



ꯇꯥꯡꯂꯕꯥ ꯃꯅꯤ ꯱꯰꯸ ꯒꯤ ꯂꯤꯛꯂꯨ ꯄꯔꯦꯡ

# তাঙলবা মণি ১০৮ গী লীক্লু পরেং

## GARLAND OF 108 PRECIOUS GEMS





*Translated into Manipuri by*

**ASEM IBOTOMBI SINGH**



# তাওলবা মণি ১০৮গী লীক্লু পরেং

অষ্টোত্তর শতনাম

## রত্নমালা



মণিপুরী লোলদা হন্দোকচবা

আসেম ইবোতোম্বী সিংহ

শ্রী সত্য সাঈ বুক্স এন্দ পব্লিকেশন্স ট্রষ্ট, মণিপুর।

GARLAND OF 108 PRECIOUS GEMS




Translated into Manipuri : Asem Ibotombi Singh
Keisamthong Hodam Leirak,
Imphal-795001



Right to publish obtained.

As approved by Sri Sathya Sai Sadhana Trust, Publication Division, Prasanthi Nilayam, Anantapur District, Andhra Pradesh. PIN - 515134, Dated September 21, 2010

First Edition Manipuri : November, 2010

Copies : 500

Published by
The Convener,
Sri Sathya Sai Books & Publications Trust
Manipur, Imphal-795001

Price : Rs. 150/-



Available at : Sai Information Centre,
Keisampat, Paona Bazar Machin,
Imphal-795001, Manipur

*Printed at:* CD Byte Computers, Yaiskul Police Lane, Imphal West - 795 001, Manipur, India

**Dedicated**
**with love and devotion**
**to**
**Bhagavan Sri Sathya Sai Baba**

# হীরম লমাই

# মণিপুরী লোনদা পুথোকচবা লাইরিক অসিগী মরমদা

এনঃ কস্তুরিনা ইংলিশতা ব্যাখ্যা তৌবা ভগবান সত্য সাঈ বাবাগী স্তুতি ১০৮ অসিবু মণিপুবী লোনদা অমুক হন্দোকপা হায়বা অসিমক ওম্ফোক্লা লুখ্রবা থবক্নি; ঐগুম্বা অমগী ইতিক্তি নত্তবনি। অদুবু ভগবানগী য়াথং ওইবম্বা তাই, নোংমা জানুৱারিগী অহানবা ইবাই, নুমিদাংৱাইরম অমা ভজন্দগী হল্লকপদা ঐগী ইনাও ডাঃ গোকুলচন্দ্রনে, সনাখ্বা সনাজাওবনে ঐখোয অহুম তাঞ্জা অমা চানদুনা খোঙনা ঙহাক শাংনা চৎমিন্নবা মতাংনি; সনাখ্বানা, "কুমশিদি বাবাগী বার্ঠদেদা লাইবিক ফোঙবগী প্রোগ্রাম লৈখ্রে; ঐনা খনবদা ভগবান বাবাগী 'অষ্টোত্তব-শতনামাবলি:' ফোঙবা ঙম্লবদি ওম্ফোক্লা লাইবক ফবা ওইগনি থাজে; তামোনা লাইবক অমুক্তং য়েংবিগেরা; অতৈ থবক ইনখাংসু হকচাংনা যাদবনা অদুক হাক্লা য়াওবা ঙমদ্রবসু মসিদা অমুক্তং ইনবিরবদি ভগবাননা কৃপা তৌগনি খল্লি, হকচাংসু ফগৎলক্কনি; ভগবানগী কৃপা অমা হেক-হেক পীবা লৈবনি।" তাকপিখি। ঐসু কদোমদগীনো ভাবতি ইতা তাদনা, 'লাইবক যেংজগে, পূন্নমক ভগবানগী কৃপানি' হেক হায়দোকখ্রে।

ৱাবী অসি চহি অসিগী জানুৱারি তাং ১দনি। লাইরিক অসি তাং ৩দা পায়বা হৌই। 'My Reality' 'ঐগী অশেংবা শক্তম' হায়বা ভগবানগী Declaratıon at the World Conference, Bombay, 17-5-68 দা লাউথোকপিখিবা অদুদগী হৌই। খরা চঙশিল্লগদি, বেদ, উপনিষদ্, গীতা, ব্রহ্মসূত্র, শ্রীমদ্ভাগবতম্, শ্রী গোপাল সহস্রনাম স্তোত্রম্, শিব জ্ঞানামৃত উপনিষদ্নচিংবা কয়াগা মরী লৈনবা ওম্ফোক্লা পাক্লবা মহাসমুদ্র অমা থেংনরে, পাখৎলে। ব্রহ্মজ্ঞান, তত্ত্বজ্ঞান মশকসু খঙ্ড্রিবা ঐনা তৌগদৌরিবা অসিবু হায়না পাখত্তুনা সাঈ বাবাদা লমজীংবীয়ু হায়না খুরুমজবা নত্তনা উপাই লৈত্রে। ঐগী থায়নগী সেনিয়ার, খৃৎ-খঙখ্রবা মরূপ-মপাংশিংগা তান্নজে। চহি কুইনা মরূপ্ ওইনা তিন্নরক্লবা, ঐগী ইয়াম্বা অহৈবম ভগীরথ সিংহনা গীতাগা মরী লৈনবা শ্লোকশিংগী ব্যাখ্যা

তৌবি; মচাক পীবি। শ্রীমদ্ভাগবতম্গী মরী লৈনবা মতাং হিন্দী ভর্শন্দা; বেদ, ব্রহ্মসূত্র, উপনিষদ্, ইংলিশ ভর্শন্দা ঐগী ইকুবোক অয়েকপম লালমণি সিংহনা লাইরিক পীবি; চাওরাকপা মপা তাকপী; পাউ, থিযু তাকপি। খরা-খরা মেন তারকই। ঐগী মরূপ, মতম অমা এগ্রিকলচর দিপার্টমেন্টকী ডিরেক্টর ওইবিরম্বা বাচস্পতিময়ূম হরিদাস শর্ম্মানা সংস্কৃত শব্দকোশশিং অমসুং হিন্দুইজমগা মরী লৈনবা লাইরিক কয়া পীবি। ঐগী ওইনা ঐগী ইয়াম্বা অসেম নবকুমার সিংহনা পীবিবা হেক য়েংলিবা মখে য়াওবগুম তৌবা 'হিন্দী তু হিন্দী' শব্দকোশ অমগা ইশাগী ওইবা বাবাগী লাইরিক খরা, সনখ্বা সনাজাওবনা পীরক্পা সাঙ্গবাবাগী 'জ্ঞান বাহিনী', 'ধ্যান বাহিনী' অমসুং 'গীতা বাহিনী' অসি ঐগীনি হায়বা তাই। ইচানুপী অসেম নিংঙোল জয়ন্তী দেবীনা যোগগা মরী লৈনবা লাইরিক, শঙ্করাচার্যগী বিবেক চূড়ামণি, উপনিষদ খরা অমসুং ষড়দর্শন পীবিরকই। অসিগুম্বা মমল নাইদ্রবা লাইরিকশিং অসিদগী থবক ওইবা য়ানবা কোইচেন চৈঞ্জে। মসিগী মতুংদা ঙসি লাইরিক অসি উবা ফংজরে। মতীক চাবা লাইরিক অমমক্ নত্রবসু ভগবান বাবাদা কচ্চবা খুদোল মচা অমদি ওইরে হায়না খঞ্জে।

অদুগা চিংখবা য়াদ্রবা য়াম্না চাউনা লম্মন তোল্লগদবা ভদ্রলোক অমদি, সাঙ্গ ভক্ত ডাঃ তায়েঞ্জম গোকুলচন্দ্র সিংহ, রিটায়র্দ কন্ট্রোলর, মণিপুর ইউনিভর্সিটিনি। মহাক্না লাইরিক অসি অইবগী খূৎ-থীরবা মনুস্কৃপ্ত মতাং কয়া অমুক টাইপ তৌবা য়ানবা শিন্দোকপদগী হৌরগা, অহানবা প্রুফ রিদিংদগী মথং-মথং প্রেস য়ৌবা ফাওবা লিশাঙ-শিংনা য়াওবিবগী অমসুং ঐবু পাঙ্গল শোল্লি খঙ্ববদগী প্রুফ থীনবা, প্রুফ তৌনবা কোপী লৌবা মশানা লাকপিদুনা কা-হেন্না চোকথখিদনবা পাঙ্গল হাপ্পীবগী অচৌবা ভার অমা পুবিবদগী লাইরিক অসি ঙসিগী ফিবম অসি ওইরক্লবগী মরু ওইবা মরম অমনি। মথংদা অধিকারীময়ুম জিতেশ্বর শর্ম্মা, ব্রহ্মপুর ভাগবতী লৈকাই অমসুং হঞ্জবম গোকুল শর্ম্মা (রিটাইর্য়দ লেকচরর), ব্রহ্মপুর থাঙ্গপাৎ মপান অমসুং বাচস্পতিময়ুম হরিদাস শর্ম্মা, ব্রহ্মপুর

চুংথাম লৈকাই অহুম্না অনুবাদ অসি সত্য সাঈ বুক্স এন্দ পব্লিকেশন্স ত্রষ্টকী ইদিতরিয়েল বোর্ডতা পীখৎপা য়াবগী থাক্তা শেম্বীবগীদমক পূন্সিগী লম্মন তোল্লবনি। মণিপুরী লোলগী বানানগী মতাংদা ঐগী ইনাও নোংমাইথেম নিলমণি সিংহ, রিটার্য়দ এডিসনেল ডিরেক্টর, এডল্ট এজুকেইশননা মতেং পাংবিবগী থাগৎপা ফোংদোকচরি। নামরত্নমালাগী সংস্কৃট শ্লোক্কী মতাংদদি নামাবলি খূদিংগী অহৌবদা সিলেবল খায়দোক্তুনা পাবা নুংঙাইনবা ইরবসু অরোইবা বন্দনাদদি অক্ষর সন্ধি তৌদুনা ব্যাকরণগী চৎনবী অদু ঙাক্লি।

অতোপ্পা রাফম অমনা ভগবানগী নামাবলি ১০৮ অসিদা য়াওরিবা বেদ-উপনিষদ্‌শিংগা মরী লৈনবা মন্ত্র শ্লোক, সূত্র খরদং অসি য়ামদ্রবসু, মখল-মথেল শুবা মমল নাইদ্রবা, মসিনা অহানবা হৌফম ওইরগা আধ্যাত্মিক্কী লম্বী-লিখুন্ থিরকপদা মাইকৈ তাকপা ঙাক্তা ওইনা তৌবগুম পূক্নীংদা ইথিল অমা ভগবাননা ইনশিনবিরকপদগী থেংনজবা খরা অদু অনুষঙ্গ পীবা চুম্না খঞ্জবদগী মতাং অসিদা নপশঞ্জরে। হান্নগী ওরিজিনেলদা য়াওদবা অমা হাপচনবা অসি ইতিক্তি ওইদবনি। অদুবু ভগবাননা তাকপিবা অমা, শাস্ত্র নিংথিনা খঙলবা মহাক অদুতনা মহাক্কী অশেংবা মশক খঙ্ই হায়বা অমা নামাবলি ২ শুবদা য়াওবদুদা অনুষঙ্গ অসি লাইরিক্কী মমৈদা পীবদা থৌনা অমদি পী। ভগবানগী উপদেশ মচা অসিদা য়ূমফম ওইরগা মণিপুরী লোন মরক্তা শাস্ত্রগী ওইবা পারিভাষিক্-শব্দ খরদি থওইনা হাপচিঞ্জরে। ঐগুম্বা অহানবা খোঙদারকপা ভক্ত খরদদি মসিনা অফবা সেবা অমা ওইবা য়াই খঞ্জবদগী হাপচঞ্জবনি। মসিগীদমক অপরাধ লৈরম্লবসু ঙাকপিগনি। তৌফম থোক্তবা ওইরম্লবসু মথংগী খুৎনমদা লৌথোকচগনি। অদুগা লাইরিক অসি ভগবানগী মফমদা খুদোল তম্বা ঙমজরিবা অমসুং লাইরিক অসি ওইনবা হোৎনবদা সেবা ফংজগ্রিবা পূম্নমক অসি শ্রী রাজকুমার সনাজাওবা সিংহ, ইম্ফাল বেস্ত দিষ্ট্রিক্ত প্রেসিদেন্ট, শ্রী সত্য সাঈ ওর্গেনাইজেশন, মণিপুরদা বাবানা থৌইনশিন অসি পীবিরকপদগীনি। পূম্নমক ভগবানদি উবিরিবনি। খঙজ-হৈজদবা, অশোয়-অঙাম কয়ামরুম ম্লাওখিবা ননাইবু ঙাকপিয়ু; অঙম্বা সেবানি খনবিদুনা অরান-অহুই

তাকপিয়ু।

মতাং অসিদা, শেংদোকহৌগদবা ৱাফম অমনা হন্দক্তা লাইরিক অসি ওইনবা কন্না হোৎনরিঙৈদা প্রশান্তি নিলয়মদগী বানান অরানবা চুমথোকপা অমা কাঙবম জয়না থাবিরকপদগী নামাবলি ১৯,২৯, ৩১, ৩২, ৩৩, ৪৭ অমসুং ৬৩ দা য়াওবা ৱাহৈ খরা লাইরিক অসিদা য়াম্না তোয়না শীজিন্নবা থেংনবদগী মতাং চায় হায়না খঞ্জদুনা চুমথোকচহৌরে। লোইননা শ্রী সত্য সাঈ বুক্স এণ্ড পব্লিকেশন্স ট্রষ্ট, মণিপুরগী কনভেনর, সঞ্জেনবম চন্দ্রকান্ত সিংহ, লাইময়ূম কামিনীকুমার শর্ম্মা অমসুং অতৈ ট্রষ্টকী সদস্যশিংনা পুন্নমক তাশন-খোমজিনবিদুনা পব্লিকেসন ট্রষ্টকী বিধি মতুংইন্না ফোঙবা য়াবগী মতিকচাবা অনুরূপ অদু য়ৌনবা দোষগুণ বিবেচনা তৌবিদুনা ফোঙবিবগীদমক শ্রী সত্য সাঈ বুক্স এন্দ পব্লিকেশন্স ট্রষ্টপু থাগৎচরি। মথংদা সনাখ্বা সনাজাওবা অমসুং সি. দি. বাইত কম্পুতর অমীনা লাইরিক অসিগী চেখূম অসি পুথোকপিবগীদমক্তসু থাগৎচরি। লাইরিক অসি ফোঙবদা অচৌবা থৌদাং লৌবিবা ডাঃ জি. ইবেমহল দেবী, ষ্টেট লেডিজ স্পিরিচুঅল কো-ওর্ডিনেটরবু থাগৎচরি। ভগবান্না ঐখোয় পূন্নমকপু মহাক্কী থৌজান ফংজবদা হেন্না মতিক্ চাবা ভক্ত ওইহনবিসনু হায়না প্রার্থনা তৌজরি।

অরোইবদা, করিগুম্বা অশোয় অঙাম থেংনবীরবদি ননাইদা খঙহনবীরক্কনি হায়না আশা তৌজে। মতম চানা শেমদোকচবগী মতাং অমা পীবিবনি হায়না লৌজগনি।

*ইম্ফাল,*
*১৯-১১-২০১০*

*অসেম ইবোতোম্বী সিংহ*
*কৈশামথোং, হোদাম লৈরক,*
*ইম্ফাল*

# ঐগী অশেংবা শক্তম

ঐ ঙসিদি ময়ামদা অশেংবা অমা হায়দবা ঙমদ্রে। ধর্ম অমসুং আধ্যাত্মিক্কী অরুবা সমস্যা কয়াদা কৎথোক্লবা ৱার্ল্ড কনফরেন্স কয়া চহি কয়াদগী পাঙথোক্কুনা লাক্লি; অদুগা লোয়ননা তোঙান তোঙানবা ধর্ম সম্প্রদায় কয়াগী কনফরেন্স মচা কয়া অমসু পাঙথোক্কুনা লাক্লি। অদুবু পূম্নমক অসি ধর্ম অদুবু হৌদোক্লন্বা অবতারশিং অদুনা থুপথ্রবা মতুংদা ঙাক্তা ওইনা তৌই। ঙসি পাঙথোক্লিবা অন্তরজাতিক সংবাদ অসিদি ভক্তশিংগী মমাংমক্তদা অহানবা ওইনা মখোয়গী অবতার অদু মশামক্লা হিংলিঙৈদা পাঙথোকপনি। অবতার মশামক দেহরূপ অমসুং নাম লৌদুনা অবতরণ গী পম্ফুং অদুগীদমক লেপ্লি।

চামগী মনুংদা নখোয় মরিফুতরা মাপন্দি ঐগী অশেংবা শক্তম খঙনবা হোৎনদে। নখোয়না ঐবু খঙবসু ঙম্লোই, ঙসিসু খঙলোই, ঙসিদগী চহি লিশিং কয়া তপস্যা তৌদুনসু অমসুং মীওইবা জাতি পূন্না হোৎনরগা থিজিন্দুনসু খঙলোই। অদুবু, য়াম্না থুনা, ঐনা ঙসি লৌরিবা নাম অমসুং রূপ অসিগী দৈবিক সাধন অসিনা পীরিবা শান্তি অমসুং আনন্দ অদুদি নখোয়না খঙবা ঙম্লগনি। মরম অসিনা, নহাক্লা ঙসি ফংলিবা লাইবক ফবা অসিদি হৌখিবা যুগ কয়াদগী সাধু-সন্তশিং অমসুং দিব্য শক্তি লৈরবা মহাত্মা কয়ানা পীরম্বা, থল্লম্বা কয়া অদুদগী হেনগনি।

ঐনা নখোয়গা চৎমিন্নবা, চামিন্নবা অমসুং নখোয়গা ৱারী শামিন্নবা অসিদা নখোয়না ঐ অসিবু চুম্নগী সাধারণ মীওইবা মরক্তা থোক্পা থৌদোক অমনি হায়না লৌরে। অদুবু, অসিগুম্বা অরানবা অসিদগী চেকশিল্লু। ঐনসু, নখোয় ময়ামগী মরক্তা য়াওশন্দুনা, ৱারী শান্নদুনা শেরান্নদা লমজিংলি। মসিসু মতম খরখক্কীনি; নহাক্লা য়াম্না থুনা ঐগী

দৈবিক শক্তি অসি খঙবা ঙমগনি; নশাদা ফাওরক্কনি। হায়রিবা মিংকুপ অদুগীদমক্তা নহাক মতম পূম্নমক্তা শেম শাদুনা লৈগদবনি। দিব্য-শক্তি হায়বসিদি মীওইবা মশাদা লোত্তুনা লৈবনি; পূম্নমক প্রকৃতিগী মায়ানা লোংলিবনি; মদু লাম্থোক্রুবা নহাক্না শোয়দনা হোৎনগদবনি।

ঐনা ওইরিবা মওংসি মীওইবা অমগী মওংদনি। অদুবু ঐনা উৎলিবা মওং অসিগী মনুংদা মীওইবনা পামজবা মহাক-মহাক্কী ঈশ্বর অদুদা য়াওফম থোকপা ঐশ্বরিক তত্ত্ব, দৈবিক সাধনাগা লোয়ননা, মীওই অদুনা মানা পামজবা নাম অমসুং স্বরূপ পূম্নমক য়াওরি। চিংনবনা নহাকপু লমফে চৎহন্নবা হোৎনরিবা অদু য়ারুনু। ঐবু থাজদুনা নহাক্কী থম্মোই মন্দিরদা লাৎপা ঙম্লবদি, খুদক্তা ঐ অসি নহাক্কী সর্বদেবত্বস্বরূপ হায়বদি ঈশ্বরগী গুণ পূম্নমক য়াওরবা শক্লোন অদু নহাক্না উবা ফংগনি; মদুতদা নহাক্না ঐগী অশেংবা শক্তম অদু খঙ্গনি।

অদু নত্তদুনা নহাক্না ঘড়িগী পেন্দুলুম অমগুম নাক-য়েৎ হাইদুনা নীংজিং মাঙজিংনরবদি নহাক্না পামজরিবা ঐগী অশেংবা শক্তম অদু উবা ঙম্লোই অমসুং পাম্লিবা আনন্দ অদু ফংবা ঙম্লোই।

অতোপ্পা অচুম্বা ৱাফম অমদা নহাক্কী পূক্নীং অদু অমুক চঙশিনসি। হৌখিবা থৌদোক কয়াদা ঈশ্বরনা পৃথিবীদা অবতার তৌরকপা মতমদা মীওইবনা মহাক অদু অবতার অমনি হায়বা খঙ্বা ঙম্বগী বর অসি অবতারগী শক্লোন লৌরম্লিবা হকচাং অদুনা থুপশ্লবা মতুংদতা ফংহল্লি। হিংলিঙৈ মতমদা, থৌদোক কয়াদা মহাক অবতারনি হায়বা সাক্ষিনা কয়া পীরবসু মীওইবনা খঙদে। মতম অদুদা মীওইবনা মহাক অদুবু ঈশ্বরনি হায়না থাজবা অদুদি কিবদগী অমসুং ঙকপদগীনি; অবতার অদুগী মনুংদা মহাক্না উৎলম্লিবা মীওইবগী শক্তিগী ৱাংমদা তৌথোরকপা থৌদৌ, হৈ-শিংবা অমসুং খুদক্তা দণ্ডিগা হেক পীবা ঙম্বা অদুননি। অদুবু, ঙসি নখোয়গী নমাংদা উৎলিবা সত্য সাঈ হায়রিবা স্বরূপ অসিদা ঙহাক্তা খষ্টৌ।

য়েংউ, ঙসিগী লনথুম, সনা-লুপা, অরং-অরাক্তা ঙাওরিবা অমসুং থাজদবদগী অকি-অখং কয়া থোকহল্লিবা, মরী ঈরৈ-লৈনদবা ৱাফম কয়াদা লমফৈ চৎলিবা অসিগুম্বা মরক অসিদগী কনানা পৃথিবী শিনবা থুংবদগী মী লাক্ক কয়া কয়াবু মফম অসিদা অমুক্তদা চিংশিল্লকপা ঙম্বগে ? মসিগী মরমদি অতে করিসু নত্তে, নখোয়না ঙসি মীওইবা অমা ওইনা উরিবা ঐ অসি জগৎ পূম্নমক শিন-থুংনা লৈরিবা পূম্নমক্তগী পুমহেন হেল্লবা, অতিশ্রেষ্ঠ, ওইবা দৈবিক শক্তি চেল্লবা মীওইবা অমথক্কী শক্লোন অদুনি।

নখোয় কয়াদা লাইবক ফরবনো ? পৃথিবী লৈবাক পূম্নমক্তগী মীওইবা কয়া অমা ভারত্তা লাই খুরুম্বা লাক্লিবা ময়াম অসি নখোয়না ঙসি উবা ফংলি। সত্য সাঈ বাবাগী মমিং শোন্দুনা অমসুং শক্লিবা নাম ময়াম অসিনা ঙসি পৃথিবী শিনথুংনা নিল্লিবা অসি নখোয়দি তাবা ফংলে। অদুসু, ঐনা লৈত্রবা মতুংদা নত্তবা, ঐনা নখোয়গা লৈমিন্নরিঙৈদা অমসুং নঙগী নমাংমক্তদা!

হৌজিক্তি সনাতন ধর্ম অমুক হঞ্জল্লক্লগনি। সনাতন ধর্মদি সমপ্রদায়িক নত্তে; বেদনা তাক্লম্বা মীওইবা জাতি পূম্নমক্কী ফনবা শেন্নল্লবা বৈদিক ধর্মনি; হান্নবা বেদনা তাক্লল্লবা ধর্মনি। মসি সাঈ সংকল্পনি।

ঐনা অচুম্ববু তুংকোইনা হিংহনগনি; অরানববু চুমথোক্কনি। মতম অদুদা নখোয় ময়াম্বু মায় পাকচনা নোকপা ফংহনগনি। মসি সাঈ সংকল্পনি।

(ৱার্লদ কনফরেন্স, বোম্বে, ১৭-৫-৬৮ দা লাউথোকখিবা)

# লাইরিক অসিগী মরমদা

ঐনা চহি কয়ামুক্কী মমাংদা পেরিয়রদা বাইলদ লাইফ সেঞ্চুয়ারি য়েংবা চংখি। মফম অদুগী "পেরিয়র হেদবার্গ" কী ইঞ্জিনিয়ার অমনা *ঐঙোন্দা করি মরমদগী ভগবান সাঈ বাবাবু মীওইবগী শক্লোন লৌবা* ঈশ্বরনি হায়রিবনো হংলম্মী। ঐনা মাঙোন্দা চে-কলম পীরগা অসুম তৌরবদি ঈশ্বর ওইবা য়ারে হায়বা মানা খঙজবা গুণ খরদং ইবিয়ু হায়জরম্মী। ইঞ্জিনিয়ার অদুনা মানা খঙজবা মরম নিপানখক্তং ইরম্মী। অদুবু য়াম্না ঙক্লিবদি নিপানমক হান্ননা ভগবান বাবাবু শৈথাদুনা শক্লরবা নাম ১০৮, অষ্টোত্তরশতনামাবলি, অদুদা লোইনা য়াওরম্বা অসিনি! ইঞ্জিনিয়ার অদুনা মখা তানা বাবা অসিবু থাঙ্গৈশেংনা 'সর্বজ্ঞ', পুম্নমক খঙলবা; 'সর্বশক্তিমূর্তি ', শক্তি পূম্নমক চেল্লবা হকচাং; 'শরণাগতত্রাণায়', চঙজরক্লববু কনবিবা; 'ভক্ত বৎসল', ভক্তবু মচামক্লি খন্না নুংশিবা; 'আনন্দদায়ী', নুংঙাইবা পীবিরিবা; 'প্রেমস্বরূপ', প্রেম হায়বদুমক্কী শক্লোন ওইবা; 'কর্মধ্বংস', কর্মগী ফত্তবা ফলবু কোকপীবা অমসুং 'সর্বান্তর্যামি', পূক্নীংগী বা পূম্নমক খঙবা পরমেশ্বর ওইবরা হায়না ঐঙোন্দা হংখি। ঐসু ঐনা হেক খঙজবা অমসুং থেংনবা (অনুভব) মখে মঙোন্দা পাওদমজে। অদুগা মখা তানা মঙোন্দা ঐনা হায়খিবা ময়ামদু কল্পনানি হায়না খল্লবদি মায়কৈ অদোমদা খরা হেন্না চঙ্শিনবিদুনা খরা কুপনা বাবাবু খঙনবা হোৎনবিয়ু, অদুগা মহাক্কা নক্শিন্নবগী কান্নফম অমা খঙবসু য়াই হায়না ঐনা মঙোন্দা নিবেদন তৌরম্মী।

নুমিৎ অদুদগী ঐসু বাবাগী ভক্তশিং অমসুং সমিতিশিংনা বাবাবু স্তুতি তৌবদা শীজন্নরিবা নাম ১০৮ অসিগী ব্যাখ্যা অমা ইরগে খনখি। মিংলেন চামনিপাল্গী অসিগুম্নবা মমল য়াম্নবা লীকলু পরেং (রত্নমালা)

অসিগী অয়াম্বা লীকলুশিংদা বাবানা ভগবান রাম, কৃষ্ণ, ললিতা নত্রগা শিরর্ডিগী সাঙ্গ বাবা ওইনা দর্শন পীবিবগী বর্ণন তৌই; ঋষি অমসুং পণ্ডিত কয়াগী মরমদা ব্যাখ্যা তৌই। অদুবু লাইরিক অসি মপুংফানা পাবিরগা খণ্ডবা ঙম্বীগনি মদুদি বাবাবু দর্শন ফংজরবা, চরণ শোকচরবা অমসুং মহাকপু ভগবান অমা ওইনা নক্লজবা (দৈবিক সম্পর্ক) ফংজহৌবা মখোয় অদুগীদমক্তদি নামাবালি অসিদা য়াওরিবা মিংলেন খুদিংমক অমমমতা ওইনা শোনজবদা, অশাৎপা লৈনা পীক্থল্লবা লৈকোন অমদা ফম্বগা চপমান্নবা হকচাং তেকখৎনিংঙাই ওই। অসিগুম্বা খুদোংচাবা অসি বাবাগী নামাবলিবু ব্যাখ্যা তৌজরিবা অইবনসু ফংজে। লাইরিক অসিদা য়াওরিবা নাম ১০৮ অসি বাবাগী নাম ১০০৮ দগী লৌথোকপনি। নাম খরা অসিনগা বাবাগী মগুণ (কীর্তি) শৈথাবদা লোইগদবা নত্তে; শোনজরিবা স্তুতি ১০৮ খরা অসিদা ফোংদোক্লীবা ঋহৈ কয়া অসিনগা মহাক্কী মহিমাগী অথুপ্পা রহস্য মপুংফানা ফোংদোকপা ঙম্বা নত্তে। অসিগুম্বা অনুভব অসি অইবা মতোমতগী অমসুং মনাক নক্পা ভক্ত খরতগী নত্তে; পৃথিবীগী তোঙান-তোঙানবা নোংজু-নুংশা খেন্নবা লমদা লৈবা ভক্ত লিশিং কয়া অমগীসুনি।

রত্নমালা অসিগী নাম ১০৮ নি; ১০৮ হায়বা মশীং অসিমক লাইগী শক্তি চেনবা অশেংবা মশীংনি; মরমদি বাবানা তাকপীবা মতুংইন্না মীওইবনা নুংশাসোর হোল্লীবা মশীং অসি নোংমদা ২১,৬০০ নি অমসুং মসি ১০৮ বু ২০০ রক মশীং থীবনি। অদুবু বাবানা মহাক্কী মমিং শোনবদা ১০৮ চপচানা শুগদবনি হায়বা লৈতে; হেনবা অমসুং ঋাৎপা য়াদে হায়বসু লৈতে হায়রি। অদুগা মহাক্না অসিমসু তাকপি; নাম অসি শোনবদা সংস্কৃত অসি নত্রবদি য়াদে হায়বা লৈতে। বাবানা মসিমসু তাকপি; মহাকপু কৌনিংবা মিংদা কৌবদা হেক্তা তায়; স্বর-ব্যঞ্জন চুমদবা, উচ্চারণ কায়বা, মপুং ফাদবা, অর্থ থোক্তবা মওংদা স্তুতি তৌরবসু থম্মোইবু শেংলবদি

মহাক্না তাই অমসুং মদুগী পাউখুম পীবি। মহাক্তি ভক্তশিংগী মনাক্তা অসুক্কী মতিক নক্না লৈস্রে মদুদি তুমিন্না খোঞ্জেল থোক্তনা মাবু শোল্লবসু তায়। বাবানা তাকপি মদুদি নাম ১০৮ নত্রগা ১০০৮ শোনগদবনি হায়না বেদ-শাস্ত্রনা নিয়ম থন্নন্নিবসি নাম য়াম্না শাংনা অমসুং য়াম্না মখোল হৌনা শোল্লগা ভগবাননা পেন্‌বী হায়বগী নত্রগা য়াম্না শোঞ্জরবদি ভগবাননা শোয়দনা তাবিগনি হায়বগী নত্তে; শাস্ত্রনা মশীং অসি থিগদবনি হায়না পাওতাক পীরম্বগী মরমদি দৈবিক শক্তি লৈবা অশেংবা মশীং ১০৮ নত্রগা ১০০৮ অসিগী মনূংদা অমত্তংদা ওইরবসু পূকচেল শেংনা শোনবা য়াওরক্র বগীদমক্নি। ইবুংঙো মহাক্তি, মতম পূম্নমক্তা ভক্তশিংনা পূকচেল শেংনা অমসুং থৱাই য়াওনা শোল্লক্রবদি অদুমত্তং তাবদা মঙ্গল আশীর্বাদ পীরগে হায়না মতম পূম্নমক্তা মিৎ-না শিংনা লৈবীরিবনি। লাইরিক অসিদা ভগবানগী মিংলেন ১০৮ গী মরমদা ব্যাখ্যা তৌজবগী মরমদি ভগবানগী নাম অসিগী অথুপ্পা রহস্য ময়াম অসি সাধক অমগী পূক্নীংবু পীক থলহন্দুনা মহাক্না নীংজরিবা অদু মহৈ য়ানবদা মতেং পাংগদ্রা হায়না খঞ্জবদগীনি। ইবুংঙো মহাক্না মহাক্কী আশীর্বাদ পীনবিবা ওইসনু অমসুং মহাক্কী কৃপাদগী ঐখোয়সু ইবুংঙোগী আশীর্বাদ লৌবদা মতিক চাবা ভক্ত অমা ওইহনবিসনু।

এন: কস্তুরি

## শ্রীসত্যসাঈ অষ্টোত্তরশতনামাবলিঃ

১। ওঁ শ্রী সত্য সাঈ বাবায় নমঃ
২। ওঁ শ্রী সত্যস্বরূপায় নমঃ
৩। ওঁ শ্রী সত্যধর্মপরায়ণায় নমঃ
৪। ওঁ শ্রীবরদায় নমঃ
৫। ওঁ শ্রী সৎপুরুষায় নমঃ
৬। ওঁ শ্রী সত্য গুণাত্মনে নমঃ
৭। ওঁ শ্রী সাধুবর্ধনায় নমঃ
৮। ওঁ শ্রী সাধুজন পোষণায় নমঃ
৯। ওঁ শ্রী সর্বজ্ঞায় নমঃ
১০। ওঁ শ্রী সর্বজন প্রিয়ায় নমঃ
১১। ওঁ শ্রী সর্বশক্তি মূর্তয়ে নমঃ
১২। ওঁ শ্রী সর্বেশায় নমঃ
১৩। ওঁ শ্রী সর্বসঙ্গপরিত্যাগিনে নমঃ
১৪। ওঁ শ্রী সর্বান্তর্যামিনে নমঃ
১৫। ওঁ শ্রী মহিমাত্মনে নমঃ
১৬। ওঁ শ্রী মহেশ্বরস্বরূপায় নমঃ
১৭। ওঁ শ্রীপর্তিগ্রামোদ্ভবায় নমঃ
১৮। ওঁ শ্রী পর্তিক্ষেত্রনিবাসিনে নমঃ
১৯। ওঁ শ্রী যশ:কায়শির্ডিবাসিনে নমঃ
২০। ওঁ শ্রী জোডি আদিপল্লি সোমপ্পায় নমঃ
২১। ওঁ শ্রী ভারদ্বাজ ঋষিগোত্রায় নমঃ
২২। ওঁ শ্রী ভক্তবৎসলায় নমঃ
২৩। ওঁ শ্রী অপান্তরাত্মনে নমঃ

২৪। ওঁ শ্রী অবতারমূর্তয়ে নমঃ
২৫। ওঁ শ্রী সর্বভয়নিবারিণে নমঃ
২৬। ওঁ শ্রী আপস্তম্ব সূত্রায় নমঃ
২৭। ওঁ শ্রী অভয়প্রদায় নমঃ
২৮। ওঁ শ্রী রত্নাকর বংশোদ্ভবায় নমঃ
২৯। ওঁ শ্রী শির্ডিসাঈ অভেদ শক্ত্যাবতারায় নমঃ
৩০। ওঁ শ্রী শঙ্করায় নমঃ
৩১। ওঁ শ্রী শির্ডিসাঈ মূর্তয়ে নমঃ
৩২। ওঁ শ্রী দ্বারকামায়িবাসিনে নমঃ
৩৩। ওঁ শ্রী চিত্রাবতীতট পুট্টপর্তিবিহারিণে নমঃ
৩৪। ওঁ শ্রী শক্তিপ্রদায় নমঃ
৩৫। ওঁ শ্রী শরণাগতত্রাণায় নমঃ
৩৬। ওঁ শ্রী আনন্দায় নমঃ
৩৭। ওঁ শ্রী আনন্দদায় নমঃ
৩৮। ওঁ শ্রী আর্তত্রাণপরায়ণায় নমঃ
৩৯। ওঁ শ্রী অনাথনাথায় নমঃ
৪০। ওঁ শ্রী অসহায় সহায়ায় নমঃ
৪১। ওঁ শ্রী লোকবান্ধবায় নমঃ
৪২। ওঁ শ্রী লোকরক্ষাপরায়ণায় নমঃ
৪৩। ওঁ শ্রী লোকনাথায় নমঃ
৪৪। ওঁ শ্রী দীনজনপোষণায় নমঃ
৪৫। ওঁ শ্রী মূর্তিত্রয়স্বরূপায় নমঃ
৪৬। ওঁ শ্রী মুক্তিপ্রদায় নমঃ
৪৭। ওঁ শ্রী কলুশবিদূরায় নমঃ
৪৮। ওঁ শ্রীকরুণাকরায় নমঃ

৪৯। ওঁ শ্রী সর্বাধারায় নমঃ
৫০। ওঁ শ্রী সর্বহৃদ্‌বাসিনে নমঃ
৫১। ওঁ শ্রী পুণ্যফলপ্রদায় নমঃ
৫২। ওঁ শ্রী সর্বপাপক্ষয়করায় নমঃ
৫৩। ওঁ শ্রী সর্বরোগ নিবারিণে নমঃ
৫৪। ওঁ শ্রী সর্ববাধাহরায় নমঃ
৫৫। ওঁ শ্রী অনন্তনুতকর্তৃণে নমঃ
৫৬। ওঁ শ্রী আদিপুরুষায় নমঃ
৫৭। ওঁ শ্রী আদিশক্তিয়ে নমঃ
৫৮। ওঁ শ্রী অপরূপশক্তিনে নমঃ
৫৯। ওঁ শ্রী অব্যক্তরূপিণে নমঃ
৬০। ওঁ কামক্রোধধ্বংসিনে নমঃ
৬১। ওঁ শ্রী কনকাম্বরধারিণে নমঃ
৬২। ওঁ শ্রী অদ্ভুতচর্যায় নমঃ
৬৩। ওঁ শ্রী আপদ্বান্ধবায় নমঃ
৬৪। ওঁ শ্রী প্রেমাত্মনে নমঃ
৬৫। ওঁ শ্রী প্রেমমূর্তয়ে নমঃ
৬৬। ওঁ শ্রী প্রেমপ্রদায় নমঃ
৬৭। ওঁ শ্রী প্রিয়ায় নমঃ
৬৮। ওঁ শ্রী ভক্তপ্রিয়ায় নমঃ
৬৯। ওঁ শ্রী ভক্তমন্দারায় নমঃ
৭০। ওঁ শ্রী ভক্তজনহৃদয়বিহারায় নমঃ
৭১। ওঁ শ্রী ভক্তজনহৃদয়ালয়ায় নমঃ
৭২। ওঁ শ্রী ভক্তপরাধীনায় নমঃ
৭৩। ওঁ শ্রী ভক্তিজ্ঞানপ্রদীপায় নমঃ

৭৪। ওঁ শ্রী ভক্তিজ্ঞানপ্রদায় নমঃ
৭৫। ওঁ শ্রী সুজ্ঞানমার্গদর্শকায় নমঃ
৭৬। ওঁ শ্রী জ্ঞানস্বরূপায় নমঃ
৭৭। ওঁ শ্রী গীতাবোধকায় নমঃ
৭৮। ওঁ শ্রী জ্ঞানসিদ্ধিদায় নমঃ
৭৯। ওঁ শ্রী সুন্দররূপায় নমঃ
৮০। ওঁ শ্রী পুণ্যপুরুষায় নমঃ
৮১। ওঁ শ্রী ফলপ্রদায় নমঃ
৮২। ওঁ শ্রী পুরুষোত্তমায় নমঃ
৮৩। ওঁ শ্রী পুরাণপুরুষায় নমঃ
৮৪। ওঁ শ্রী অতীতায় নমঃ
৮৫। ওঁ শ্রী কালাতীতায় নমঃ
৮৬। ওঁ শ্রী সিদ্ধিরূপায় নমঃ
৮৭। ওঁ শ্রী সিদ্ধিসঙ্কল্পায় নমঃ
৮৮। ওঁ শ্রী আরোগ্যপ্রদায় নমঃ
৮৯। ওঁ শ্রী অন্নবস্ত্রদায় নমঃ
৯০। ওঁ শ্রী সংসারদু:খক্ষয়করায় নমঃ
৯১। ওঁ শ্রী সর্বাভীষ্টপ্রদায় নমঃ
৯২। ওঁ শ্রী কল্যাণ গুণায় নমঃ
৯৩। ওঁ শ্রী কর্মধ্বংসিনে নমঃ
৯৪। ওঁ শ্রী সাধুমানসশোভিতায় নমঃ
৯৫। ওঁ শ্রী সর্বমতসম্মতায় নমঃ
৯৬। ওঁ শ্রী সাধুমানসপরিশোধকায় নমঃ
৯৭। ওঁ শ্রী সাধকানুগ্রহ বটবৃক্ষপ্রতিষ্ঠাপকায় নমঃ
৯৮। ওঁ শ্রী সকলসংশয় হরায় নমঃ

৯৯। ওঁ শ্রী সকলতত্ত্ববোধকায় নমঃ
১০০। ওঁ শ্রী যোগীশ্বরায় নমঃ
১০১। ওঁ শ্রী যোগীন্দ্রবন্দিতায় নমঃ
১০২। ওঁ শ্রী সর্বমঙ্গলকরায় নমঃ
১০৩। ওঁ শ্রী সর্বসিদ্ধিপ্রদায় নমঃ
১০৪। ওঁ শ্রী আপন্নিবারিণে নমঃ
১০৫। ওঁ শ্রী আর্তিহরায় নমঃ
১০৬। ওঁ শ্রী শান্তমূর্তয়ে নমঃ
১০৭। ওঁ শ্রী সুলভপ্রসন্নায় নমঃ
১০৮। ওঁ শ্রী ভগবান্ সত্য সাঈ বাবায় নমঃ



# श्री सत्यसाई अष्टोत्तरशतनामावलिः

1. ॐ श्री सत्य साई बाबाय नमः
2. ॐ श्री सत्यस्वरूपाय नमः
3. ॐ श्री सत्यधर्मपरायणाय नमः
4. ॐ श्री वरदाय नमः
5. ॐ श्री सत्पुरुषाय नमः
6. ॐ श्री सत्यगुणात्मने नमः
7. ॐ श्री साधुवर्धनाय नमः
8. ॐ श्री साधुजन पोषणाय नमः
9. ॐ श्री सर्वज्ञाय नमः
10. ॐ श्री सर्वजन प्रियाय नमः
11. ॐ श्री सर्वशक्तिमूर्तये नमः
12. ॐ श्री सर्वेशाय नमः
13. ॐ श्री सर्वसंगपरित्यागिने नमः
14. ॐ श्री सर्वान्तर्यामिने नमः
15. ॐ श्री महिमात्मने नमः
16. ॐ श्री महेश्वर स्वरूपाय नमः
17. ॐ श्री पर्तिग्रामोद्भवाय नमः
18. ॐ श्री पर्तिक्षेत्रनिवासिने नमः
19. ॐ श्री यशःकायशिर्डिवासिने नमः
20. ॐ श्री जोडि आदिप्पल्लि सोमप्पाय नमः
21. ॐ श्री भारद्वाज ऋषिगोत्राय नमः

22. ॐ श्री भक्तवत्सलाय नमः
23. ॐ श्री अपान्तरात्मने नमः
24. ॐ श्री अवतारमूर्तये नमः
25. ॐ श्री सर्वभयनिवारिणे नमः
26. ॐ श्री आपस्तंब सूत्राय नमः
27. ॐ श्री अभयप्रदाय नमः
28. ॐ श्री रत्नाकर वंशोद्भवाय नमः
29. ॐ श्री शिरडि साई अभेद शक्त्यावताराय नमः
30. ॐ श्री शंकराय नमः
31. ॐ श्री शिरडि साई मूर्तये नमः
32. ॐ श्री द्वारकामायिवासिने नमः
33. ॐ श्री चित्रावतीतट पुट्टपर्तिविहारिणे नमः
34. ॐ श्री शक्तिप्रदाय नमः
35 ॐ श्री शरणागतत्राणाय नमः
36 ॐ श्री आनन्दाय नमः
37 ॐ श्री आनन्ददाय नमः
38 ॐ श्री आर्तत्राणपरायणाय नमः
39 ॐ श्री अनाथनाथाय नमः
40 ॐ श्री असहाय सहायाय नमः
41 ॐ श्री लोकबान्धवाय नमः
42 ॐ श्री लोकरक्षापरायणाय नमः
43 ॐ श्री लोकनाथाय नमः
44 ॐ श्री दीनजनपोषणाय नमः

45 ॐ श्री *मूर्तित्रयस्वरूपाय नमः*
46 ॐ श्री मुक्तिप्रदाय नमः
47 ॐ श्री कलुशविदूराय नमः
48 ॐ श्री करुणाकराय नमः
49 ॐ श्री सर्वाधाराय नमः
50 ॐ श्री सर्वहृद्वासिने नमः
51 ॐ श्री पुण्यफलप्रदाय नमः
52 ॐ श्री सर्वपापक्षयकराय नमः
53 ॐ श्री सर्वरोग निवारिणे नमः
54 ॐ श्री सर्वबाधाहराय नमः
55 ॐ श्री अनन्तनुतकर्तृणे नमः
56 ॐ श्री आदिपुरुषाय नमः
57 ॐ श्री आंदिशक्तिये नम
58 ॐ श्री अपरूपशक्तिने नमः
59 ॐ श्री अव्यक्तरूपिणे नमः
60 ॐ श्री कामक्रोधध्वंसिने नमः
61 ॐ श्री कनकांबरधारिणे नमः
62 ॐ श्री अद्भुतचर्याय नमः
63 ॐ श्री आपद्राबान्धवाय नमः
64 ॐ श्री प्रेमात्मने नमः
65 ॐ श्री प्रेममूर्तये नमः
66 ॐ श्री प्रेमप्रदाय नमः
67 ॐ श्री प्रियाय नमः

68 ॐ श्री भक्तप्रियाय नमः
69 ॐ श्री भक्तमन्दाराय नमः
70 ॐ श्री भक्तजनहृदयविहाराय नमः
71 ॐ श्री भक्तजनहृदयालयाय नमः
72 ॐ श्री भक्तपराधीनाय नमः
73 ॐ श्री भक्तिज्ञानप्रदीपाय नमः
74 ॐ श्री भक्तिज्ञानप्रदाय नमः
75 ॐ श्री सुज्ञानमार्गदर्शकाय नमः
76 ॐ श्री ज्ञानस्वरूपाय नमः
77 ॐ श्री गीताबोधकाय नमः
78 ॐ श्री ज्ञानसिद्धिदाय नमः
79 ॐ श्री सुन्दररूपाय नमः
80 ॐ श्री पुण्यपुरुषाय नमः
81 ॐ श्री फलप्रदाय नमः
82 ॐ श्री पुरुषोत्तमाय नमः
83 ॐ श्री पुराणपुरुषाय नमः
84 ॐ श्री अतीताय नमः
85 ॐ श्री कालातीताय नमः
86 ॐ श्री सिद्धिरूपाय नमः
87 ॐ श्री सिद्धिसङ्कल्पाय नमः
88 ॐ श्री आरोग्यप्रदाय नमः
89 ॐ श्री अन्नवस्त्रदाय नमः
90 ॐ श्री संसारदुःखक्षयकराय नमः

91 ॐ श्री सर्वाभीष्टप्रदाप नमः
92 ॐ श्री कल्याण गुणाय नमः
93 ॐ श्री कर्मध्वंसिने नमः
94 ॐ श्री साधुमानसशोभिताय नमः
95 ॐ श्री सर्वमतसम्मताय नमः
96 ॐ श्री साधुमानसपरिशोधकाय नमः
97 ॐ श्री साधकानुग्रह वटवृक्षप्रतिष्ठापकाय नमः
98 ॐ श्री सकलसंशय हराय नमः
99 ॐ श्री सकलतत्वबोधकाय नमः
100 ॐ श्री योगीश्वराय नमः
101 ॐ श्री योगीन्द्रवन्दिताय नमः
102 ॐ श्री सर्वमङ्गलकराय नमः
103 ॐ श्री सर्वसिद्धिप्रदाय नमः
104 ॐ श्री आपन्निवारिणे नमः
105 ॐ श्री आर्तिहराय नमः
106 ॐ श्री शान्तमूर्तये नमः
107 ॐ श्री सुलभप्रसन्नाय नमः
108 ॐ श्री भगवान् सत्य साई बाबाय नमः



## ASHTOTHARA SATHANAMA RATNAMALA

1. Om Sri Sathya Sai Baabaaya Namah
2. Om Sri Sathya Swaroopaaya Namah
3. Om Sri Sathya Dharma Paraayanaaya Namah
4. Om Sri Varadaaya Namah
5. Om Sri Sath Purushaaya Namah
6. Om Sri Sathya Gunaathmane Namah
7. Om Sri Sadhu Vardhanaaya Namah
8. Om Sri Sadhujana Poshanaaya Namah
9. Om Sri Sarvajnaaya Namah
10. Om Sri Sarva Jana Priyaaya Namah
11. Om Sri Sarva Sakthi Moorthaye Namah
12. Om Sri Sarvesaaya Namah
13. Om Sri Sarva Sanga Parithyaagine Namah
14. Om Sri Sarva Antharyaamine Namah
15. Om Sri Mahimaatmane Namah
16. Om Sri Maheswara Swaroopaaya Namah
17. Om Sri Parthi Gramodbhavaaya Namah
18. Om Sri Parthi Kshethra Nivaasine Namah
19. Om Sri Yasahkaaya Shirdi Vaasine Namah
20. Om Sri Jodi Aadipalli Somappaaya Namah
21. Om Sri Bhaaradwaaja Rishi Gothraaya Namah
22. Om Sri Bhaktha Vathsalaaya Namah
23. Om Sri Apaantharaathmane Namah
24. Om Sri Avathaara Moorthaye Namah
25. Om Sri Sarva Bhaya Nivaarine Namah
26. Om Sri Aapasthamba Suthraaya Namah
27. Om Sri Abhaya Pradaaya Namah
28. Om Sri Ratnaakara Vamsodbhavaaya Namah
29. Om Sri Shirdi Sai Abheda Sakthyaavathaaraaya Namah

30. Om Sri Samkaraaya Namah
31. Om Sri Shirdi Sai Moorthaye Namah
32. Om Sri Dwaarakaamaayi Vaasine Namah
33. Om Sri Chithraavathee Thata Puttaparthi Vihaarine Namah
34. Om Sri Shakthi Pradaaya Namah
35. Om Sri Saranaagatha Thraanaaya Namah
36. Om Sri Aanandaaya Namah
37. Om Sri Aananda Daaya Namah
38 Om Sri Aartha Thraana Paraayanaaya Namah
39. Om Sri Anaatha Naathaaya Namah
40. Om Sri Asahaaya Sahaayaaya Namah
41. Om Sri Loka Baandhavaaya Namah
42. Om Sri Lokarakshaa Paraayanaaya Namah
43. Om Sri Lokanathaaya Namah
44. Om Sri Deenajana Poshanaaya Namah
45. Om Sri Moorthi Thraya Swaroopaaya Namah
46. Om Sri Mukthi Pradaaya Namah
47. Om Sri Kalusha Vidooraaya Namah
48. Om Sri Karunaakaraaya Namah
49. Om Sri Sarva Dhaaraaya Namah
50. Om Sri Sarva Hrdvaasine Namah
51. Om Sri Punya Phala Pradaaya Namah
52. Om Sri Sarva Paapa Kshaya Karaaya Namah
53. Om Sri Sarva Roga Nivaarine Namah
54. Om Sri Sarva Baadha Haraaya Namah
55. Om Sri Anantha Nutha Karthrune Namah
56. Om Sri Aadi Purushaaya Namah
57. Om Sri Aadi Sakthiye Namah
58. Om Sri Aparoopa Sakthine Namah
59. Om Sri Avyaktha Roopine Namah
60. Om Sri Kamakrodha Dhwamsine Namah
61. Om Sri Kanakaambara Dhaarine Namah

62. Om Sri Adbhutha Charyaaya Namah
63. Om Sri Aapad Baandhavaaya Namah
64. Om Sri Premaatmane Namah
65. Om Sri Prema Moorthaye Namah
66. Om Sri Prema Pradaaya Namah
67. Om Sri Priyaaya Namah
68. Om Sri Bhaktha Priyaaya Namah
69. Om Sri Bhaktha Mandaaraaya Namah
70. Om Sri Bhakthajana Hridaya Vihaaraaya Namah
71. Om Sri Bhakthajana Hridayalayaaya Namah
72. Om Sri Bhaktha Paraadheenaaya Namah
73. Om Sri Bhakthi Jnaana Pradeepaaya Namah
74. Om Sri Bhakthi Jnaana Pradaaya Namah
75. Om Sri Sujnaana Maargadarsakaaya Namah
76. Om Sri Jnaanaswaroopaaya Namah
77. Om Sri Geethaabodhakaaya Namah
78. Om Sri Jnana Siddhidaaya Namah
79. Om Sri Sundararupaaya Namah
80. Om Sri Punya Purushaaya Namah
81. Om Sri Phalapradaaya Namah
82. Om Sri Purushothamaaya Namah
83. Om Sri Puraana Purushaaya Namah
84. Om Sri Atheethaaya Namah
85. Om Sri Kaalaatheethaaya Namah
86. Om Sri Siddhiroopaaya Namah
87. Om Sri Siddha Sankalpaaya Namah
88. Om Sri Aarogya Pradaaya Namah
89. Om Sri Annavastradaaya Namah
90. Om Sri Samsaara Duhkhakshayakaraaya Namah
91. Om Sri Sarvaabheeshta Pradaaya Namah
92. Om Sri Kalyanagunaaya Namah
93. Om Sri Karmadhwamsine Namah
94. Om Sri Saadhu Maanasa Sobhithaaya Namah

95. Om Sri Sarvamata Sammathaaya Namah
96. Om Sri Saadhumaanasa Parisodhakaaya Namah
97. Om Sri Saadhakaanugraha Vata Vriksha Prathishthaapakaaya Namah
98. Om Sri Sakala Samsaya Haraaya Namah
99. Om Sri Sakalathathwa Bodhakaaya Namah
100. Om Sri Yogiswaraaya Namah
101. Om Sri Yogindra Vandithaaya Namah
102. Om Sri Sarva Manglakaraaya Namah
103. Om Sri Sarvasiddhi Pradaaya Namah
104. Om Sri Aapannivarine Namah
105. Om Sri Aarthiharaaya Namah
106. Om Sri Saantha Moorthaye Namah
107. Om Sri Sulabha Prasannaaya Namah
108. Om Sri Bhagavaan Sathya Sai Baabaaya Namah





# শ্রী সত্যসাঈ অষ্টোত্তরশতনামাবলি ব্যাখ্যা

## (১) ওঁ শ্রী সত্য সাঈ বাবায় নমঃ

ওঁ, লৈশেমঙৈগী ওইবা খোঞ্জেলনি। সৃষ্টিগী মতম লাকপা খুদিং ভগবান্না জগৎ অসি য়াওন্ হোং-হোংদুনা অমুক অমুক লৈশেন্নকপা খুদিংদা খোঞ্জেল অসি থোকই হায়রি। অসিগুম্না লৈশেমলোনগী ওইবা খোঞ্জেল অসি যোগীশিংনা সাধন তৌরিঙৈদা মখোয়গী য়াংলেন শরু মনুংগী শিংলীদা (স্পাইনেল কোর্ডতা) থোকই হায়রি। অসিগুম্না আদি শব্দ ওঁকার অসি পরম ব্রহ্মগী মহুৎশিনবা অভিন্ন ওইবা খোজেলনি অমসুং বাবাগী অশেংবা নাম অক্ষর ওইনা শীজিন্নবা সুরনি (সিগনেচর ট্যুননি)। 'শ্রী' হায়বদি মায়ওন্ খুদিংমক্তা মঙ্গলগী মশক ওইবা হায়বনি। মরম অসি লৈবনা ভগবানবু স্তুতি তৌবদা নাম খুদিংমক্কী মমাংদা 'ওঁ শ্রী' হায়না উচ্চারণ তৌদুনা মহাক্কী মতিক মগুণ ফোংদোক্লিবনি। 'সত্য' হায়বদি মমা ইবেম্মা ঈশ্বরম্মানা সত্যনারায়ণ ব্রত কয়া তৌদুনা ফংজবা মচানি হায়দুনা মচাবু 'সত্যনারায়ণ রাজূ' হায়না মিংথোনখিবা অদুদগী লৌদুনা অশম্বীদা 'সত্য' ব্রাহে অসিমক বাবাগী মিংদা ওইখিবনি। রাজূ হায়রিবসি শাগৈগী মিংথোন্নি। 'সাঈ বাবা' হায়বা মিংথোন অসি পক্উরিবনা 'শির্ডি সাঈ বাবা' গী অবতারনি তাক্লিবনি; সত্য সাঈ বাবা মশামক্না মহাক্না চহি ১৪ শুরকপদা মহাক শির্ডি সাঈগী শায়োন্নি হায়না লাউথোকপিখিবা নুমিৎ অদুদগী অদুম 'সাঈ বাবা' হায়না কৌথ্রবা মিংলেননি। মসিগী মতুংদগীদি

ভক্ত লাক্ষ কয়ানা মহাকপু সাঈ বাবা হায়না পূজা তৌনখ্রে অমসুং 'সাঈ বাবা' নত্রগা 'বাবা' হায়না অদুম খঙনখ্রে। অদুনা হৌজিক্তি বাবাগী মিংলেন অসিদা য়াওরিবা 'সত্য' অসি সাঈ বাবা অশেংবা অদুনি (সত্য) হায়রিবনি; সত্যনারায়ণদগী লৌবা 'সত্য' অদু নত্রে। 'সাঈ' গী অর্থদি 'মপূ' হায়বনি, 'সাঈ' দা য়াওরিবা 'স' খোম্থোক্লা তাক্লিবনা 'সর্বেশ্বর', ঈশ্বর পূম্নমক্কী ঈশ্বর, 'কিং ওফ দ কিংশ' (নিংথৌরেন) হায়না খঙ্নৈ। 'আঈ' হায়বনা 'ইমা' বু খঙনৈ। অদুনা 'সাঈ বাবা' হায়রগা, 'মপূ' 'ইমা' অমসুং 'ইপা' পুল্লপ খঙনৈ। ('বাবা' ইপাদা কৌবা মিংগৌনি।) নমঃগী অর্থদি নোম্নবা হায়বনি; খূৎ অনী লোন্নরগা খুরুমজবা অসিনা তাক্লিবনা, কর্ম ইন্দ্রি ৫ অমসুং জ্ঞান ইন্দ্রি ৫, ইন্দ্রি ১০ মক পুল্লপ্না ভগবানদা কখোকপনি। বাবানা তাকপিবা মতুংইন্না, 'নমঃ' হায়বদি ন+ম+হ খোম্থোক অহুম্না শাবনি; 'ন-মম' (ন = নত্তবা; মম = ঐ) 'ঐ নত্তবা' হায়বা তাকপনি। পূম্নমক ভগবানদা কখোক্লবনি; 'ঐ' হায়বদু লৈত্রবনি তাকলিবনি। পূম্নমক ঈশ্বরদা চঙজবগী নুংঙাইরবা নুংগী ওইবা ভাবনা অদু মপান্দা ফোংদোরকপনি হায়রি (তজ্জপস্তদর্থভাবনম্)। 'হঃ' হায়বনা ভগবানবু কৌবনি; কৎপনি। মসি হঞ্জন-হঞ্জন শোন্দুনা ভাবনা অসি হকচাং মনুংদা চঙ্হনগদবনি।

নামাবলি অসিনা বাবাবু স্তুতি তৌবদা, সত্যনারায়ণবু নীংশিংজদুনা, শির্ডি বাবাগী অবতার অমা ওইনা, 'সর্বেশ্বর' অমা ওইনা, পূম্নমক্কী 'ইমা' 'ইপা' অমসুং 'মপূ' পূল্লবা মঙ্গলগী মশক্ ওইরবা ইবুংঙো মহাকপু "ওঁ শ্রী সত্য সাঈ বাবায় নমঃ" হায়না খুরুমজরি।

## (২) ওঁ শ্রী সত্য স্বরূপায় নমঃ

অনীশুবা শ্লোক অসিদা য়াওরিবা 'সত্য' (সত্যম্) গী অর্থদি অচুম্বা হায়বনি। অচুম্বা হায়বদি অহোংবা লৈত্রে হায়বনি। হোংদোক-হোংজিন

তৌবসি মতম মখল অহুমগী মনুংদনি। মতম অহুম অদুদি - হৌখ্রবা মতম, হৌজিক অমসুং তুংদা থোক্লগদবা ভূত, বর্তমান অমসুং ভবিষ্যৎ অহুম অসিনি। অদুবু সত্য, অচুম্বা হায়বা পোৎ অদুদি মতম অহুম 'ত্রিকাল' অসিদা অহোংবা লৈতে, মতম্না সত্যদা করিমত্তা তৌবা ঙমদে হায়দুনা সত্যবু 'ত্রিকালবাধিতম' কৌই। (ত্রি=অহুম, কাল= মতম; বাধিতম্=থিংদুনা থল্লবা, হোংবা লৈতবা হায়বনি)।

বাবাবু সত্যনি হায়বগী ৱাহৌদোক্তি অসিনি - মহাক্না 'শির্ডি' কৌবা মফমদা শায়োন লৌদুনা 'শির্ডি সাঈ' হায়না খঙ্নরিঙৈদা, ৱাশকপিখিবা অদুমক মহাক মশক-মওং নাইদবা 'নিরাকার' পরব্রহ্মদগী শক্লোন পুবা সাকার হায়বদি মীগী মপোক, 'নরকার' ওইরক্পনি হায়না হন্দক্কী শায়োন্দা বাবানা অমুক তাক্থোক্লকপা অসিনি। অদুনা শায়োন অনী অসি অমত্তনি, অহোঙ্বা লৈতবনি হায়দুনা বাবাবু 'সত্য স্বরূপ' কৌবনি।

ঈশ্বরনা মীগী শক্লোন লৌবদা 'মহাক্কী' মগুণ হন্থদে হায়বা অসি খঙহল্লদুনা ভগবান কৃষ্ণনা হায়খি, 'অপঙবশিংনা ঐবু মীগী হকচাংনি হায়না খল্লি।'[১] বাবানা ঐখোয়বু অসিগুম্বা তাইওন্নবা (ভ্রম) অসি তৌদনবা চেকশিন ৱাহৈ পীরদুনা অমুক হায়রি, "নখোয়না ফনা কুইনা হোৎনদুনসু ঐগী রহস্য অসি খঙবা ঙম্লোই। অদুবু পূক্নীংদা শ্রদ্ধাগা লোয়ননা বেদ-শাস্ত্র কন্না নৈনরবদি খরগী মখৈদি খঙবা ঙমগনি।" মহাক্না মসিমসু অমুক তাক্পিরি মদুদি মহাক্কী ইচ্ছা অমসুং মহাক্কী বাক্য শোয়দনা চুমগনি মরমদি মহাক কৈদৌঙৈদসু ওইদবা, অর্থ লৈতবা ৱা ঙাঙদে, সত্য (অচুম্বা) হায়বদু মহাক্নি।

সত্য সাঈ বাবানা 'সত্য'গী মতাংদা অসিমসু তাকপি। 'সত্য' ৱাহৈ অসিগী খোম্থোক অহুমনি - স+ত+য়। 'স' না 'সাক্ষাৎকার', মশা মতোমদা ফোংদোকচবা, 'ত' না 'তপস্যা'বু খঙনৈ। তপস্যা হায়বদি,

থাদোক্পা (দিতেচমেন্ট); ইশাবু ঐগীনি খন্দবা (সেলফ দিনায়েল); 'য়' না 'য়ম' বু খঙনৈ; 'য়ম' হায়বদি থবক্কী চৈরাক (রেগুলেসন) অমসুং ইন্দ্রিগী অপাম্বা থাদোকপা (সপ্লিমেসন ওফ সেন্সেস) খঙনৈ, অদুনা সত্য হায়রগা, 'স' (মপূ ওইবা, নিংথৌ ওইবা) ফংনবা হোৎনবদা 'তপস্যা' অমসুং 'য়ম' ইন্দ্রি খুদুম চনবা হায়রিবা অনী অসি চঙ্ই। অদুনা অচুম্বা 'সত্য' হায়বদি পম্বুং য়ৌবগী অপেনবা অদুনি। বাবাদি অদুগুম্বা মখলগী অপেনবা অদুনি। বাবাদি মপূং ফারবনি, সম্পূর্ণনি (এবসোলুট); লোয়নাইদবনি (ইতর্নেল); অচুম্বনি (ক্রুথ)।

অসুম্না শায়োন অনীমক্তা হোংদনা অচুম্বা হায়বদুগী শক্লোন লৌবিরিবা বাবাবু, "ওঁ শ্রী সত্যস্বরূপায় নমঃ" হায়না খুরুমজরি।

## (৩) ওঁ শ্রী সত্য ধর্ম পরায়ণায় নম ঃ

অহুমশুবা শ্লোক অসিনা তাক্লিবনা বাবাদি 'সত্য অমসুং ধর্ম' অনী অসিদা থোইদোক্না থৱাই য়াওই (পরায়ণ ওই) অমসুং মদু পাঙথোক্লবগীদমক মীগী মপোক লৌদুনা ঐখোয় ময়ামগী মরক্তা চঙ্লকপনি; অদুগুম্বা ইবুংঙো মহাক অদুবু খুরুমজে হায়বনি। বাবানা হান্নন লাউথোকখিবদি মহাক্না 'সত্য', 'ধর্ম', 'শান্তি' অমসুং 'প্রেম' মরি অসি পূন্না লৈমিন্নবা লৈঙাক অমা শেমগৎকনি অসিনি। অদুবু, শ্লোক অসিদা 'সত্য' গা 'ধর্ম' গা অনীদমক শোল্লম্বা অসিগী মরমদি, বাবানা অমুক তাকপিখিবা পাউতাক অমগী মতুংইন্না অসুম্না হায়রি মদুদি সত্য অচুম্বা লৈবা মফমদা প্রেম লৈ; মরমদি অসত্য, ওইদবা তৌবা অমসুং ঙাঙবা অসি অকিবা অমা লৈবদগীনি। অকিবা লৈবা হায়বদি প্রেম লৈত্রে হায়রিবনি। ধর্ম লৈবা মফমদা শান্তি লৈ; মরমদি, অফ-ফত্ত খঙলক্লবা মতমদা অধর্ম লাক্লবদা লৈবাক কাং-খোং চাইরকই, শান্তি মাঙখি। অদুনা

সত্যগা ধর্মগা লৈরবদি শান্তি অমসুং প্রেম অদুম শাগোন্নরবনি। মরম অসিদগী 'সত্য' গা 'ধর্ম' গা অনীদমক্ নামাবলি অসিদা পল্লিবনি। বাবানা তাকপি মদুদি অচুম্বা সত্য হায়বদি নহাক্না পূক্লীংদা নীংলিবা অদুমক চীন্না ঙাঙথোকপা; চীন্না ঙাঙ্লিবা অদুমক থবক ওইনা পাঙ্থোকপা অদুনি। অশম্বদা চীনগা খূৎকা মান্নবা অদু সত্যনি। 'ধর্ম' হায়বদি নঙনা নঙনা তৌরিবা শিনফম অদুদা হায়রল্লিবা নীতি-নিয়ম অদু ঙাক্লা নঙোন্দা শিন্নরিবা পদবী অদুগী মতুংইন্না নহাক্না ফংলিবা অধিকার (রাইত) অদু সত্যদা যূম্ফম ওইরগা থবক্তা ওন্থোকপা কর্ম অমসুং অধিকার অদুগী দায়িত্ব (রেস্পোন্সিবিলিতি) লৌবা অদুবুনি হায়রি। অদুগীদমক ধর্ম শাস্ত্রদা য়াওরিবা 'য়ম' অমসুং 'নিয়ম' (দুজ এণ্ড দোন্তস) ইল্লগা য়ারে হায়বা ঈঙ্গিৎ পীবিদুনা শাস্ত্রগী জ্ঞান পূম্নমক মীওইবনা ইনগদবনি তাকপিরি। বাবানা শির্ডিদা লৈরিঙৈদা তাকপিখি, "নহাক্না মতম পূম্নমক্তা অচুম্বা সত্যদা খোঙ্ফম চেৎনা লৈগদবনি অমসুং নহাক্না ঙাঙথোকখিবা ৱাশক্ পূম্নমক ঙাক্কদবনি। অদুম তৌরবদি ঐ নঙগী ননাক্তা, মতম পূম্নমক্তা অমসুং মফম খূদিংমক্তা লৈগনি।" হৌজিকসু অদুম বাবানা চপ মান্ননা হান্নগুম্, ঐখোয়বু অচুম্বা ঙাক্উ অমসুং পুণ্যগী থবক তৌ, অদু ওইরবদি মহাক্না ঐখোয়বু থাদোক্লোই হায়রি। মসিগা মরী লৈননা মহাক্না লাউথোক্খ্রে, "ঐগী মিং সত্য কৌবনি; সত্য হায়বদুমক ঐনি; ঐগী থবকসু সত্যনি; ঐগী মহিমাসু সত্যনি।" মহাক্না লাক্লিবসু ধর্ম ঙাক্লনবগীদমক্তনি, মসি শেংদোক্ল বগীদমক্তনি, ধর্ম অমসুং সত্য শন্দোক্লবগীদমক্তনি, থম্মোই খূদিংমক্তা অসিগুম্বা শেংদোক্লবা ধর্ম মখল অসি লিংখৎপীরমগে তৌবনি। মরমদি মহাক্না সত্য অমসুং ধর্মবু য়াম্না নুংশি। অদুননি মহাক্না শিবা নাইবা তাইবং মীওইবগী মরক্তা মীগী শক্তম অঙ্গ-রূপ্ লৌদুনা লাকপিরিবা অসি।

অদুগুম্বা অচুম্বা অমসুং ধর্মগী তুংফম ওইরিবা সাঈবু "ওঁ শ্রী সত্যধর্ম্মপরায়ণায় নমঃ" হায়না খুরুমজরি।

## (৪) ওঁ শ্রী বরদায় নমঃ

'বরদায়' = বরপীবা 'বর'= আশীর্বাদ, 'দা' = পীবা হায়বনি। শ্লোক অসিনা তাক্লিবা 'বর' অসিদি চুম্না 'নঙনা নীংলিবদু ফংজরো' - 'তথাস্তু' - হায়বদু নত্তে। হকচাংগী নুং-পান তূনা পীবা আশীর্বাদনি। হকচাংগী মরমদা তৈত্তিরীয় উপনিষদনা অসুম্না তাক্লি মদুদি মীওইবগী মপুংফাবা হকচাং 'শরীর' অসি মিৎনা উরিবা, হকচাং কায়াৎ অসি ঙাক্তা নত্তে, তশেংবা হকচাংদি 'শরীর' মরোল মঙানা (পঞ্চ কোশ) পূল্লপ-পূল্লগা ওইবনি হায়রি। মিৎনা উবা হকচাং কায়াৎ অসি মরোল ৫ অদুগী মনুং ইথঙ-থংবা অহানবা মরোলনি। মসিবু 'অন্নময় কোশ' অচা-অথক্কী মরোল নত্রগা ইংরেজীদা হায়রগা 'ষ্টোর-হাউস ওফ ফুদ গ্রেন' কৌই। 'অন্নময় কোশ' অসিগী 'থবাই' ওইরিবা হেক মথংগী মরোল অদুবু 'প্রাণময় কোশ' কৌই। হকচাংগা থবাইগা খক্তং লৈরগা মী ওইবগী মপূংফাবা হকচাং ওইবা য়াদে; হায়বদি মসিখক্তনা মীওইবা অমা ওইনা থবক তৌফম খঙ্দে; থবক করম্না তৌগদগে, করম্বা মতমদা, করম্বা মখলগী কর্ম তৌগদগে হায়বা বিচার অমা চঙ্ই। বিচার অদু শেন্নরিবা মরোল অদু 'পূক্নীংগী মরোল' অসিনি। মসিবু 'মনোময় কোশ' কৌই। মসি উপনিষদনা পীরিবা মপূংফাবা হকচাং 'শরীর' ওইরক্নবগী অহুমশুবা কুয়োম্নি। মতাং অসি য়ৌরকপদা, পূক্নীং য়াওরবনিনা হকচাং পোলাং 'অন্নময় কোশ' অমসুং থবাই 'প্রাণময় কোশ' অনীমক থবক খরদি ঙম্লে, অদুবু মসিনা মপূং ফাবদি ওইদ্রি। পূক্নীং ঙাক্তদা থবক শিন্নরবসু, পূক্নীংদি য়াম্না কাহেন্না মনিং মখা তৌগন্বনিনা মহাকপু শেন্নবিনবা লমজিংবিবা মরোন 'কোশ' অমা দরকার লৈ। মদুবু 'বিজ্ঞানময় কোশ' (ইন্তেলেক্ত শিথ) কৌই। মসিনা মরিশুবা হকচাংগী মরোলনি। মরিখক অসিনসু থবক খরবুদি হেন্না তৌবা ঙম্লে। অদুবু তুং কোইবা য়াদ্রি। অদুনা, মঙাশুবা কুয়োম (নত্রগা মরোল) অমগা

দরকার লৈরি। মদুবু 'নুংঙাইবা', মপূংফারবা নুংঙাইবা 'আনন্দময় কোশ' কৌই। মরোল মঙা অসি শুরবদি মপূংফাবা হকচাং 'শরীর' হায়বদু ওইরে হায়রি। খুদম ওইনা হায়রবদা, 'আনন্দ', নুংঙাইবা ফংদ্রবদা 'শান্তি' লৈতে, শান্তি লৈত্রবদা 'বিজ্ঞান'সু অরেম্বনি, 'পূক্নীং'সু অরেম্বনি; অমরোমদা পূক্নীংবু থবক ওইনা শীজিন্নবা য়াদ্রবদা থব্রাইগা হকচাংগদি চপ-লেপ্তুনা হিংলি হায়বদু মঙাই; করি অমত্তা তৌফম খঙদে অমসুং তৌবা ঙমদে। অদুনা, মঙাশুবা কুয়োম 'আনন্দময় কোশ' অসিনা খ্বাই পূন্নমক্কী হৌরকফম্নি হায়দুনা 'কারণ শরীর' ইংরেজীদা 'কোজেল বোদি' কৌই অমসুং মসিনা শাস্ত্রদা য়াম্না চাউবা মফম অমা কল্লি।

মরোল মঙা অসি অমগা অমগা থাদোক্নবা য়াদবা ইশম শমজন্নবা মরোল 'কোশ' ঙাক্তনি। অদুনা বাবানা মনাই ভক্তশিংবু মতিক চাবা মী অমমম ওইনবগীদমক 'পঞ্চকোশ' গী মরোল খূদিংমক্তা মতাং চানা বর পীবিরি। 'অন্নময় কোশ' বু বর পীবিদুনা অনা-অয়েক্তগী ঙাকথোকপী; 'প্রাণময় কোশ'বু কুপ্না শেন্নবিদুনা প্রাণ মঙা অসি মাগী মাগী লৈফমদা চপ চানা লৈজনবা বর পীরি। 'মনোময় কোশ' পু অঙাও-অফে চুদনবা (ইনসেনিতি) পূক্নীং চরাংনদনবা (এজিতেসন) অদুগা লোয়ননা 'বিজ্ঞানময় কোশ' বু পূক্নীং চমম্নদনবা ঙহাক লৈতনা বেদ-শাস্ত্রগী পাউতাক পীরি; 'হোস্পিতাল' কয়া, 'বাল বিকাস', 'মহিলা বিকাস', 'প্রবচন' কয়া পীদুনা, ইউনিভর্সিটি, স্কুলনচিংবা লিংদুনা, অমসুং ভক্তশিংবু ভজন শকহন্দুনা 'পঞ্চ কোশ', শরীরগী অপুনবা কুয়োম ৫, অসিবু অমগা অমগা থাদোক্নহন্দে অমসুং মপূং ফাহল্লি। দান, কর্ম, ধর্মদা য়ূমফম ওইবা শিচ্ছা কয়া পীদুনা, 'অষ্টি', পোক্নবদি, 'ভাতি', মঙান পীগদবনি; দান অমসুং সেবা তৌগদবনি; অসুম তৌরবদি, 'তৃপ্তি' অপেনবা 'নুংঙাইবা' অদু ফংদুনা 'আনন্দময় কোশ' ফংগনি তাকপিরি অমসুং য়ৌহন্নবা শীনবিরি। অদুগীসু মথক্তা অথু-অকাই নংনবা 'বর' অমসু বাবানা তাকপিরি, 'নঙনা

দরকার লৈবা মতমদা ঐগী থোঙ হেক্তা থীল্লকউ, খুদক্তা থোঙ হাংদোক্কনি।' অমরোমদা অমুক, য়াম্না ইচম চমজবা থোঙ থীনবা ফাওবা হৈজদবা ভক্তশিংগীদমক্তসু বাবা মশামক্লা থোঙ থীন্দুনা হৌদোকপা কয়া অমসু তৌরি।

অদুগুম্বা, মহাক্কী ভক্তশিংবু বর পীবিদুনতা লৈরবা সাঈবু "ওঁ শ্রী বরদায় নমঃ" হায়না খুরুমজরি।

## (৫) ওঁ শ্রী সৎ পুরুষায় নমঃ

ব্রহ্মসূত্রনা হায়রি, 'ব্রহ্ম হায়বদি মহাক অদুনি মঙোন্দগী জগৎ সংসার অসি পোকপনি, মাগা থাদোক্লদবনি, সৃষ্টি লোয়রগা মঙোন্দা হঞ্জনবনি।'[২] মসিগা চপ মান্নবা ব্রাফম তৈত্তিরীয় উপনিষদ (৩।১।১) তা য়াওরি। অদুনা মহাক্তি শিবা নাইদবনি মপূং পূংফা-ফারবনি। অদুনা মহাক্পু 'সৎ -চিৎ-আনন্দ' কৌই। 'সৎ' হায়বদি 'মহাক অদুনি লেঙদ্রবনি', 'চিৎ ' হায়বদি 'খঙ্বা', পুম্নমক খঙ্বা, 'আনন্দ' হায়বদি মদুদগী হেন্না নুংঙাইবা অমা লৈত্রবা, মপূং ফারবা নুংঙাইবা অদুবুনি হায়রি।

মঙাশুবা শ্লোক অসিদা য়াওরিবা 'সৎ' অসি 'সৎ-চিৎ -আনন্দ' গী সৎ অদুনি। 'সৎ' অসিবু অমুক্কা চেকশিন্না মশক তাকপা ওইনা অসুম্না অমুক হায়রি, 'একমেব অদ্বিতীয়ম্'[৩] - একম্+এব+অদ্বিতীয়ম্; একম্=অমা; এব=অদুখক্তা; অদ্বিতীয়ম্=অনীশুবা অমা অমুক লৈত্রবা, অসুম্না হায়। অমুকসু হায়রি, অসিগুম্বা অমত্তা ঙায়রবা ব্রহ্ম পরব্রহ্ম নত্রগা নির্গুণ ব্রহ্ম, অসি 'একম্', অমখক্তনি খঙলবা মতুংদা ময়াম অমা ওইনীংলক্লে হায়রি। 'একোহম্ বহুস্যাম্' - 'ঐ ইতোমতনি। ঐ ময়াম ওইরগে।' অসুম্না জগৎ শেমখিবনি। অসুম্না লৈশেমখিবা মহাক অদুগী শায়োন্নি শ্রী সত্য সাঈ বাবানা ওইবিরিবা। শ্লোক অসিগী খোঙ্থোক 'পুরুষ'

কী অর্থদি, 'পূর্ণম অনেন সর্বম্', 'জগৎ অসিদা পুল্লপ্না অমত্তা হেক ৱাত্তবমখৈ পীকথন্না হাপচিল্লিবা ইবুংঙো মহাক অদু পুরুষ ভগবাননি' হায়বনি। প্রমান অসিবু মীওইবগী হকচাংদা পুশিল্লকগা পুরুষদা য়াওরিবা 'পু' অসিবু 'পুরম্' হায়। 'পুরম্' অর্থদি 'লান্‌বন্' নি। হকচাং অসি লানবননি। 'পঞ্চকোশ'না লানবনগী কল্লবা চেক্কী ফক্লাং মঙানি অমসুং হকচাংথোং মাপল 'নবদ্বার' অসিনা লানবনগী থোঙজাও মাপলনি। অদুননি হকচাংবু ঈশ্বরগী মন্দিরনি, 'দেহো দেবালয়ম্' হায়রিবা। অশঙ্বদা বাবানা মন্দিরগী মশক ওইরবা হকচাং অসিদা লেঙশিল্লি। লেঙশিল্লিবগী মওংদি, 'সৎ' অমা ওইনা মহাক্লা পূন্নমক অসি ওইবীরি, অদুগা পুরুষ অমা ওইনা মীওইবগী 'দেহ' হকচাংদা লেঙশিল্লি।

'সৎপুরুষ'কী অতোপ্পা অর্থ অমদি 'অফবা মী' হায়বনি। বাবানা থম্মোইদা লেঙশিল্লিবা ভক্ত ময়াম অদুগী মনুংদা মশানা হান্ননা অফবা মী অমা ওইরম্বা তারগদি মহাক অদুদগী থোক্লকপা সৎপুরুষগী মঙাল অদুদি ময়াম অতৈদগী থোইদোক হেন্দোকপা ওইবা তাবনি। অদুগা, অফবা মী 'সৎপুরুষ' অমগী নাপচৈদি মহাক কয়া য়াম্না মীচং-মীখাই নাইদবা হায়বদি দলা-দলি নাইদবা (অসঙ্গত) ওন্নবগে হায়বা অদুগী মখা পোল্লি। অসিগুম্বা অফবা মী 'সৎপুরুষ' অমদা বাবাগী 'সৎপুরুষ' অমুক তোংশল্লবদি মহাক অদু কয়াদা লাইবক ফরবা! মহাক্কী মতোমতা লেপচবা ঙম্বগী শক্তি হেনগৎলকপগা লোয়ননা অতোপ্পবু সেবা তৌনিংবগী পুকচেল হেনগৎলক্কনি; মাগী মিৎয়েংসু নোংম-নোংমগী পাকথোক্লক্তুনা অতোপ্পবু মতেং পাংনিংবা (সহানুভূতি) হেনগৎলক্কনি। অসুম্না সাঈ বাবাদি সৎপুরুষ ময়ামগী মপাঙ্গল হাপ্পীবা ইবুংঙো মহাক্নি। মহাক্না মপূং ওইবা অমত্তা ওাইরবা পুরুষ ভগবান ওইরগা পৃথিবীগী মী মখৈনা মহাক্কী অংশ অমমম্নি।

অসুম্না জগৎ অসিবু অমত্তা হেক ৱাত্তবমখৈ পীবিরিবা ঈশ্বরগী শক্লোন লৌবিরিবা সাঈবু সৎপুরুষ অমা ওইনা "ওঁ শ্রী সৎপুরুষায় নমঃ" হায়না খুরুমজরি।

## (৬) ওঁ শ্রী সত্য গুণাত্মনে নমঃ

তরুকশুবা নামাবলি অসিনা বাবাবু সত্যগুণগী আত্মানি হায়বদি সত্য অচুম্ববু মগুণ লৈনা শীজিন্নবা ইনশিনবীবা অমসুং লম্বী তাক্পীবা ইবুংঙো মহাক্নি; অদুগুম্বা ইবুংঙো মহাকপু খুরুমজৈ হায়বনি। মমাংগী নামাবলি অহুমশুবদা, বাবাবু সত্য অমসুং ধর্মদা পূক্লীং লুপ্পা (পরায়ণ ওইবা) ইবুংঙো মহাক অদু খুরুমজখ্রে। তরুকশুবা অসিদনা সত্যগী মগুন হেনগৎহনবগী পাওতাক পীবিরিবা মহাক অদুনি হায়না শৈথারি। সত্যগী মগুণ (কালিটি নত্রগা ভর্চ্যু) হেনগৎহনগে হায়রবদি অচুম্বা (সত্য) অদু অসুম্না ঙাঙগদবনি হায়বা তাকপা ওইনা শঙ্করাচার্য্যগী ভাষ্য মতেক অনীখক বাবানা লৌখৎলি, 'অপ্রিয় অনরুত বর্জিতম্' (অপ্রিয় = নুংশিদনা; অনরুত = খোঞ্জেল ফত্তবা ঙাংবা; বর্জিতম্=তৌরোইদবনি), 'যথা অভূত অর্থবাচনম্' (যথা=অদুমক, অভূত=হৌজিক থোক্লিবা থৌদোক অদুমক, অর্থ=ৱাহঙ্থোক, বাচনম্=ঙাঙথোকপা)। ভাষ্য অসি লৌখৎলদুনা বাবানা তাকপিরি মদুদি থৌদোক অমা নত্রগা পাউ অমা তম্বা মতমদা মশাগী হান্নগী অতাবী অচুম্বা অদু শেমদোক শাদোকপা তৌদনা, থৌদোক অদুতা ইচম চম্না তম্বা অদু 'সত্য' অচুম্বগী মগুন ঙাকপনি। অদুগা লোয়ননা য়াঙ্থোক-য়ানশিন তৌদ্রবা অচুম্বা অদু ঙাঙবা মতমদা অতাবা মীশিংগী থম্মোইদা নুংঙাইতবা, হৈনদবা, থম্মোই শোকপনচিংবা তৌহন্দ্রবদি (অপ্রিয় অনরুত বর্জিতম্) নহাক্না ঙাঙলিবা সত্য অদু মগুন লৈবা সত্যনি। অদুনা বাবানা ঐখোয়দা তপ্না ঙাঙউ, অকনবা খোঙ্থোক্ শীজিন্নগনু, মীৱা

ঙাঙনগনু হায়বনচিংবা অকনবা পাউতাক পীরি। অসুম্না বাবানা পুণ্য অমসুং অচুম্বা চৎপগী নীতি 'সদাচার' বু খ্বাইদগী মকোক্তা থম্লগা, মহাক্কী 'সত্য, ধর্ম, শান্তি অমসুং প্রেম'গী ৱাহন্থোক কোন্না পীবনি। বাবাদি সত্য অমসুং ধর্মদা পূক্নীং চংবা (পরায়ণ) ওইবনিনা ঐখোয়গী থম্মোইনুংদা লৈবিদুনা অচুম্বা পাউতাক পীবিদুনা পূম্নমকপু লোয়নরিবা সাক্ষীনি; ঐখোয়না তৌরিবা পূম্নমক খঙ্ই; তৌশন্নবগী তাঞ্জা পীদে; ফত্তবা ৱাখল হেক্তা উই। ইবুংঙো মহাক্কা লোয়নজবদগী 'সত্যমেব জয়তে' - অচুম্বনা জয় ওই - হায়বা খঙ্বা ঙমহল্লি। মহাক্তি পূম্নমক খঙ্লবা অন্তর্যামিনি। বাবাগী ভক্ত অমনা করিগুম্বা অমা খুদোন তৌজগে হায়না মচা নুপাগা তান্নজে। মচা নুপা অদুনা 'বাবানা করিসু লৌবিরোই পোৎ অদু লৈরুনু।' মপাদা হায়। মপানা য়াদদুনা পোৎ অদু লৈরে। মতম অদুদা মচানুপা অদুনা খনখি, 'বাবানা খুদোলপোৎ অসি লৌবা য়াবিরক্রবদি ফরনিদা, ঐগী ওইবা ফংনবা।' মপা অদুনা বাবাগী চরণ্ডা খুদোনপোৎ অদু কচ্চরে। বাবানা, 'পোৎ অসিদি নঙনা নচাগী লৈবনিনা নচা নুপাদা পীয়ু।' হায়খি। অসিনি বাবানা অচুম্বা (সত্য) গী মরমদা কয়া য়াম্না উশনবা, চেকশিনবগে হায়বদু। বাবাগী অসিগুম্বা ইখঙ খঙ্বা অসি হৌজিক্তি বিজ্ঞান্না খঙ্বা য়ৌবা ঙম্বা নত্তে। বাবানা খ্বাইদগী শাউবসি কিবদগী অমসুং নুংশা থিবদগী অচুম্বা ঙাঙ্থোকপা ঙমদবশিং অদুবুনি।

অসুম্না অচুম্বা হায়বদুগী থৱাই ওইবিদুনা সত্যগী মগুণ হেনগৎহনবিরিবা সাঈবু "ওঁ শ্রী সত্য গুণাত্মনে নমঃ" হায়না খুরুমজরি।

## (৭) ওঁ শ্রী সাধু বর্ধনায় নমঃ

"সাধু" হায়বদি অচুম্বা চৎপা, ৱাক্ত-পাদবা মপূংফাবা মীবু খঙনৈ। 'বর্ধনায়' হায়বদি হেনগৎহনবা, ফগৎহনবা হায়বনি। বাবানা তাক্পী মদুদি,

ফিঙাং শেৎপা ঙাক্তনা সাধু নত্তে; অশেংবা সাধু অমা হায়বদুদি অফবা মী অমা ওইগদবনি; অদুগা মহাক অদু সংসারগী লনথুম, সংসারগী নুংঙাইবদগী লাপথোক্লবা মী অমা ওইগদবনি। ফিঙাং শেত্তবসু য়াই। গীতাগী জ্ঞানযোগদা য়াওরিবা, 'পরিত্রাণায় সাধুনাম্, বিনাশায় চ দুষ্কৃতাম্'[(৪)] 'ধর্মনা মরাঈ চাঈথরক্লবা, অধর্মনা পাঙ্গল কনখৎলক্লবা মতমদা ঐনা অফবা থবক তৌবা সাধুশিংবু কনবিনবা অমসুং ফত্তবা তৌবশিংবু মাঙহন্দুনা অমুক হন্না ধর্মবু হিঙ্গৎহন্নবা যুগ খূদিংদা অমুক অমুক পোকই' দা য়াওরিবা 'সাধু' অদু ফিঙাং শেৎপবু নত্তে, অফবা মীবুনি।

অসুম্না বাবানা, অরানবা লম্বী চৎলুবদগী অন্নাবা তারবা ভক্ত কয়াবু অন্নাবা কোকহন্দুনা সাধু সঙ্গদা পুশল্লকপগী খুদম কয়া লৈখ্রবনি। জাৎ-বিজাৎ দেশ-বিদেশ খায়দনা, পৃথিবীগী লৈবাক কয়াদগী মী কয়াবু, কয়াদা নুংশিনা কোন্শিনবিদুনা, 'মশা-মশাগী অশোয়বা, অরানবা তৌখিবা কয়া অদু অমুক হন্না থোক্তনবা য়েংশল্লু, অদুগা অফবা মী অমা ওইরকউ, মদুনা মহাকপু (বাবাবু) জয় তৌদুনা মহাক্কী নুংশিবা প্রেম অসি লৌবা ঙম্গনি' হায়না বাবানা তাকপিরি। সাধু অমা ওইগে হায়রবদি ইহান হানবদা ইমুংদগী হৌদুনা ইমা ইপাদা ভক্তি লৈগদবনি; য়ুমদগী মপান হেক থোরকপদা, ওঝা-গুরু, অহল-লমন্, অমসুং পণ্ডিৎশিংবু ইকাই খুম্নগদবনি; মী ওইবগী ফননবা সেবা তৌদুনা নুঙাই-য়াইফবা, অপেনবা শন্দোক্কদবনি; অতোপ্পা মীনা নঙোন্দা তৌরকপা অরানবা কয়া কাউথোক্কদবনি; মী অতোপ্পগী থবক্তা য়েৎথাই-থিনগাইবা পীরোইদবনি; কৈদৌঙেদসু নশাগী নগুণ নশানা থাগৎলোইদবনি। মতম পুম্নমক্তা সাঈদা পুক্নীং থমগদবনি। সাঈদি জীব খূদিংমক্তা লৈবনি। "জীব অতৈবুসু নুংশিরবদি 'ঐবু' নুংশিরবনি। অসুম তৌরবদি নহাক সাধু ওইবা ঙন্নক্কনি" তাকপীরি। অদুগা মহাক্তি লোন্না-থুপ্না ওইদবা তৌবা অমসুং তৌশন্নবা

পূম্নমক হেক্তা খঙই; মপাম্বোংগী ওইবা মান্নবা তৌশন্নবনা মহাক্কী আশীর্বাদ ফংবা ঙমদে। পুকচেল শেংলবতদা মহাক্না পেনবী।

অসুম্না, পৃথিবী অসিদা অফবা মী সাধু মশীং হেনগৎহন্দুনা ধর্মবু য়োকখৎপিরিবা সাঈবু "ওঁ শ্রী সাধুবর্ধনায় নমঃ" হায়না খুরুমজরি।

## (৮) ওঁ শ্রী সাধুজন পোষণায় নমঃ

'সাধু' হায়বদি অফবা শেংলবা হায়বনি। 'সাধক' হায়বনা সাধু ওইনবা হোৎনরিবা তপস্যা তৌরিবা মহাক অদুবুনি। 'জন'= মী; 'পোষণ' = ঙাকপী-শেনবীবা, লমজিংবীবা হায়বনি। বাবানা তাকপি, "ঐনা লাক্লিবা অসি সাধু অমসুং সাধকময়াম্না ঐবু লাকউ হায়দুনা খুরুমজবদগীনি।" পুণ্য চেনবা পূকচেল মক্তবা মীনা অব্রাবা তারবা মতমদা মখোয়বু কনবিনবা উকল ওইনা লাকপনি। গীতাদা ভগবান্না ব্রাশকপগুম বাবানা মীওইবগী শক্তম (নরকার) লৌদুনা লাক্লিবা অসি মওং লৈতবা (নিরাকার) পরব্রহ্ম অদুদগীনি। বাবানা তাকপিরি, "নহাক্কী অনাবা নত্রগা লাইরবনা মরম ওইদুনা নহাক্কী আধ্যাত্মিক্কী লম্বীদা অপনবা পীরবদি খুদক্তা নহাকপু কনবিবা লাক্কনি; মরমদি ঐগী থবক্তি 'সাধুজন পোষণ', সাধুবু ঙাকপি-শেনবিবনি।" বাবানা তাকপিবা মতুংইন্না সাধুগী মগুন্দি ব্রা য়াম্না ঙাওদবা, ব্রারী-ব্রাতাই শাবদা ইংতপ্পা, মীবু মরাল শীনিংদবা, অতোপ্পবু সেবা তৌনীংবা, নোল্লুকপা অসিনি। মহাক্কী দিসকোর্স অমদা, হৌরমদাইদা, বাবানা তাকপী মদুদি মহাক বাসুদেব (কৃষ্ণ) অদুমক ওইনা অমুক হল্লকবনি। অদুনা "সাধু (অফবা মী) শিংগী পাঙ্গল, থৌনা, মশাবু থাজবা অমসুং ঈশ্বরবু থাজবা হেনগৎলগনি।" হৌজিক্তি দয়াসাগর ওইরবা সাঈনা ঐখোয়গীদমক্তা লেপ্পীরবনিনা মচা ওইবা ঐখোয় পূম্নমক অমুক হন্না 'মমিৎ তাংবশিং', 'মনা পঙ্বশিং' অমসুং 'থম্মোই

পান্দবশিং'গী মীওৎ-মীনৈ, অত্যাচার অমসুং অপমান ফংগনি হায়বগী অকিবা লৈত্রে।

অসুম্না, 'সাধুজন' ধর্ম লৈবশিংবু ঙাকপি-শেনবিরিবা সাঈবু "ওঁ শ্রী সাধুজন পোষণায় নমঃ" হায়না খুরুমজরি।

## (৯) ওঁ শ্রী সর্বজ্ঞায় নমঃ

"সর্বজ্ঞ হায়বদি "পূন্নমক খঙ্‌বা" হায়বনি। মসিগী নুংগী ওইবা ব্রাহম্বোক্তি, বাবাদি জীব খুদিংমক্তা লৈ। অদুনা মাঙোন্দা করিগুম্বা অমত্তা লোৎপা লৈতে। মহাক্না ঐখোয়গী নুংগী ওইবা ব্রা পূন্নমকপু, হান্না হাংদোক্তুনা থল্লবা লাইরিক অমা পাবগুম, ইরাই লায়না খঙবা ঙম্মি। মহাক্তি, হৌখ্রবা, হৌজিক অমসুং তুংদা থোক্লগদবা, (ভূত, বর্তমান, ভবিষ্যৎ) খঙবা ঙম্মি। মতম অহুম অসি উবা ঙম্বা ভগবানগী ওইবা মিৎ অহুম পাল্লি। থৌদোক অমদা মমিৎ তাঙলবা ডোক্তরেৎ ডিগ্রি ফংলবা ভক্ত অমনা বাবাদা "মিৎ উহনবিয়ু" নিজখিবদা বাবানা তাকপি, "নঙনা নহাক্কী হৌখিবা মপোক্তা ঈশ্বরদা মথংগী মপোক্তদি মিৎ তাঙবা অমা ওইনা পোকচগে হায়দুনা নিজখি; ঈশ্বরনা মদুবু তাবিরে; অদুনা অমুক হন্দোকপা য়াররোই।" অসুম্না সত্য সাঈ বাবাদি মহাক্কী ভক্ত পূন্নমক্কী নুংদা লোত্তুনা য়াওরিবা মশক উদবা লমজীংবা গাইদনি। খঙহৈরবা স্কোলার (পণ্ডিত্) কয়া, বিজ্ঞান কয়ানা মায়থীবা ইকাইবা নংলবদা মহাক্না মতমচানা চত্তুনা কনবি। উপায় লৈরক্তবদা মহাক্তনা ঐখোয়গী মতেং লৌফমগী পম্মুংনি, চরম সীমানি। মহাক্তি ঐখোয় পূন্নমক্কী নুংগী ওইবা হায়দোক্তবা পূক্নীংগী ব্রা (ফিলিংস) পূন্নমক খঙই। মহাক্না মী কয়াগী তুংদা থোক্কদবা খুদোংথিবা কয়া অমসুং লাইবক ফবা কয়া মাঙ্‌জৌননা তাক্‌পি। লাইফাওগুম্বা পাউজেল অসি পীবদসু কনানসু হায়জরুবা নত্তে, বাবা মশানা মোন্দা নুংঙাইনা হেক্তা

হায়বনি, অদুগা মদু য়াম্নসু মপুং ফাই, মীনা য়াম্না ঙক্ই। মহাকপু সর্বজ্ঞনি হায়বা হান্ননা খঙলবা মীদদি মসি করিসু অঙকপা নত্তে। অদুনা ইবুংঙো মহাক্কী পাউতাক অমা ফাওবা চিংখদনা ঐখোয়না লৌগদবনি।

অদুগুম্বা পূমখঙ খঙ্বা ইবুংঙো মহাকপু, "ওঁ শ্রী সর্বজ্ঞায় নমঃ" হায়না খুরুমজরি।

## (১০) ওঁ শ্রী সর্বজন প্রিয়ায় নমঃ

'সর্বজন প্রিয়া' হায়বদি মী পূম্নমক্না নুংশিবা হায়বনি। বাবানা তত্তনা তাকপি, "নখোয়না ঐবু 'প্রেমস্বরূপ' হায়বদু করি অমত্তা লান্দে।" মহাক্না অসিমসু তাকপি, "ঐহাক্কি ৱাশক অমখক লৈ মদুদি অতৈ করিসু নত্তে, নখোয় পূম্নমকপু নুংঙাইহনবা অসিতনি।" বাবাবু দর্শন অমুক্তং ফংজবা হায়বা অসিমক ভক্ত অমগীদমক্তদি মহাক অদু অচৌবা দরবার হোল অমদা চঙ্বা ফংজবগুম্বনি; দরবার অসিদা য়াম্না হেন্না ইবুংঙো মহাক্না লাকহন্নিংবা মীওই অসি লাইররবা, অৱাবা তারবা অমসুং ফত্তবা মীশিং অসিনা খ্বাইদগী হেল্লি। কনাগুম্বা অমনা মমা, মপা নত্রগা লমজীংবিবা অমা পামজরবদি বাবানা পূম্নমক অদুগী পচুংফম ওইরি। অদুনা ইবুংঙো মাগী পাউজেলদি, 'নখোয়গী অপনবা পূম্নমক লাম্থোকপা ঙমজরো' (সর্বস্তরতুদুরুগানি)। অতোপ্পা পাউজেলদি, 'পূম্নমক্না অফবা মঙ্গলগী মশক ঙাক্ত উবা ফংলসনু' (সর্বে ভদ্রানি পষ্যন্তু); 'মী পূম্নমক অশেঙ্বা জ্ঞান ফংবা ওইরসনু।' (সর্বঃ সদ-বুদ্ধিমাপ্নোতু); 'মী পূম্নমক চৎলু-চৎলুবা মফমদা নুংঙাইবা ঙাক্তা ফংবা ওইরসনু' (সর্ব ঃ সর্বত্রা নন্দাতু) অসিনি।

অসুম্না ইবুংঙো মহাক্না কনা অমত্তবু বর পীদনা থাদোক্তে। মরম অসিনা মহাকপু হিন্দু, মুস্লিম, খৃষ্টান, পার্সিয়ান, বুদ্ধিষ্ট খাইদনা খুরুম্লি।

এসিয়া, আফ্রিকা, আমেরিকা, ইউরোপ অমসুং অষ্ট্রেলিয়াগী জাৎ-বিজাৎ পূম্নমক্না চপ মান্ননা ইরাংলি। সাঈ বাবানা মরুওইনা অণ্ডাংশিং, নহা ওইরিবা, ইনখৎলক্লিবশিংবু য়াম্না চেকশিন্না শেম্নবি। নহা ওইরিবা মীরোল অসিনা তুংগী মীরোলগী মতিক চাবা দায়িত্ব পুহৌগদৌবনি; মখোয়না ঈশ্বরগা নক্নবা ওমগদৌরিবনি হায়বা মহাক্না খণ্ড্বি।

অদুগুম্বা, মীপূম খূদিংনা নুংশিজবা অমা ওইরিবা সাঈ বাবাবু "ওঁ শ্রী সর্বজন প্রিয়ায় নমঃ" হায়না খুরুমজরি।

## (১১) ওঁ শ্রী সর্বশক্তি মূর্তয়ে নমঃ

'মূর্তি' হায়বদি মশক মান্না শারবা 'শক্তম' হায়বনি। বাবাদি শক্তি পূম্নমক্কী শক্তমনি। সর্বশক্তি মূর্তি হায়রিবসি মসিনি। বাবা মশামক্না তাকপিখ্রবনি মদুদি মহাক মশামক 'মহাশক্তি' হায়বদু করিনো খণ্ড্হল্লগে হায়দুনা 'মায়াশক্তি' ওইনা অবতার তৌরক্লবনি। 'মায়া' হায়বদি প্রকৃতিগী থৌওং অমনি; থৌওং অদুমকপু মিংশেলগী মতৌগুম শীজিন্নদুনা ব্রহ্ম শক্তিনা (ইউনিভর্সেল ইনর্জিনা) কাপথোক্লক্লিবা, জীবশিংনদি অওইবা ওইরবোই নীংলিবা, মায়া শক্তি (দিলূদিং ইনর্জি) অদুমক্লি ঙসি ঐখোয়না বাবাবু তাইবংমীগী শক্তমদা উরিবা। শক্তি মখল অহুম্নি, (ক) ইচ্ছা শক্তি, (খ) ক্রিয়াশক্তি অমসুং (গ) জ্ঞান শক্তি। থবক অমা পাঙথোক্লগে হায়না নীংলিবা শক্তি অদু ইচ্ছাশক্তিনি; নীংলিবা অদু থবক ওইনা পাঙ্থোকপা ঙম্লিবা শক্তি অদু ক্রিয়াশক্তি কৌই: ইচ্ছাশক্তি অদু করম্না ক্রিয়াশক্তি ওহ্নোক্কদগে খণ্ড্লিবা শক্তি অদুবু জ্ঞানশক্তি কৌই। বাবাদি শক্তি অহুম অসিগী পুকৈনি। মরম অদুননি ইবুংঙো মহাকপু শ্লোক অসিদা "সর্ব শক্তি মূর্তি" হায়না শৈথারিবা। মরম অসিনা, বাবানা অসুম্না অমুকসু তাক্পিরি মদুদি মহাকী অশেংবা মশক খণ্ডগে হায়রবদি শাস্ত্র নিংথিনা হৈবা তাই।

*বাবানা অনীংবা (ইচ্ছা)গী লম্বী তাকই; থবকী (ক্রিয়াগী) মওং তাকই; অমসুং জ্ঞানশক্তিবু মফম চানা শীজিন্নবা ঙমহল্লি। বাবানা চহি তরুক্তা ঙাইরিঙেদা, পূমণ্ডক ঙক্রবা খুঞ্জাশিংনা করম্না মহাক্না অহাংবা অতিয়াদগী* পোৎ অমা হেক্তা পুথোক্লিবনো হংলবদা, মহাক্না হায়খি, "ঐনা হেক হায়রিবমখৈ ইনবা শক্তি অমা ঐঙোন্দা লৈ।" অশেংবমক বাবাদি মহাক্কী ইচ্ছা শক্তি, নীংবগী পাঙ্গল য়াম্না লৈ; অনীংবা অদুমক শোয়দনা পাঙথোকই, ক্রিয়াশক্তি; পাঙথোক্লিবা থবক অদু মুন্না খঙনা জ্ঞানশক্তি লৈনা মীওইবা জাতি অমসুং অতৈ জীবশিংগী কান্নবা থবক তৌই। অদুনা বাবাদি সর্বশক্তিনি।

অসুম্না শক্তি পূম্নমক পূল্লবা শক্তম লৌবীরিবা খ্বাইদগী পাঙ্গল্লবা সাঈবু "ওঁ শ্রী সর্বশক্তিমূর্তয়ে নমঃ" হায়না খূরুমজে।

## (১২) ওঁ শ্রী সর্বেশায় নমঃ

'সর্বেশা' হায়বদি 'সর্ব' অমসুং 'ঈশ' ৱাহৈ অনীগী অপুনবনি। 'সর্বেশ = ঈশ্বরগী শক্তোন পূম্নমক্কী (সর্ব = অপুনবা; ঈশ = ঈশ্বর) অপুনবা হায়বনি। অসিগুম্বা ঈশ্বর অসিনা সত্য সাঈ বাবা হায়বা মিংথোল 'নাম' অমসুং শক্তম 'রূপ' লৌদুনা পোকপিররে; অবতার তৌবিররে। মরমদি 'কোতনাঘট্টা মন্দির অমসুং বিরুপাক্ষ মন্দির'দা বাবানা পীবিখিবা দর্শন ময়াম অদুনা সাক্ষীনি।

ৱারীদি অসিনি, মৈসূর ষ্টেটকী মনুংচনবা হশন কৌবা দিষ্ট্রিক্ত অমা লৈ। মফম অদুদা 'শ্রবন বেলাগোলা' কৌবা জৈন মন্দির অমা মমিং য়াম্না চৎলি। মফম অসিদগী মাইল ২ (অনী) চৎলগা কোতনাঘট্টা কৌবা খূঙ্গং অমদা 'শিব মন্দির' অমা লৈ। খুঙ্গং অসিগী মমিং লৌদুনা শিবমন্দির অসি "কোতনাঘট্টা টেম্পল" হায়না মমিং য়াম্না চৎলি। মণ্ডির

অসিদা বাবা মশামক্লা অমুক্লা ‘শিব শক্তি’ ওইনা, অমুক্লা ‘শক্তি’ অমসুং ‘শিব’ ওইনা তোঙান-তোঙান্না দর্শন পীরম্মী। অতোপ্পা ৱারী অমনা, হম্পি হায়বা লম অদুগী বিরুপাক্ষ টেম্পল হায়না খঙনবা শিব মন্দির অদুদা অমুক্লা ‘কৃষ্ণ’, অমুক্লা ‘রাম’, ‘গণেশ’ অমসুং ‘পান্দুরঙ্গ (বিষ্ণুগী অতোপ্পা মমিং) ওইনা দর্শন পীবিদুনা, বাবানা “ঐদি মন্দির খূদিংমক্তা ভক্তশিংনা পামজবা মতুংইন্না পূজা তৌই; ঐনা মখোয়গী অনীংবা মতুংইন্না ঐঙোন্দা পূজা তৌদুনা, কচ্চবা যজ্ঞ পূন্নমক লৌই।” হায়না লাউথোকখ্রবনি। বোম্বে, হৌজিক্লা মুম্বাই দা সত্য সাঈ ওগানাইজেসনগী ধর্মগী ওইবা ৱার্ল্দ কনফরেন্স অমদা দিলিগেৎ ময়ামদা লাউথোকখ্রবনি, “ঐনা নখোয় পূন্নমকপু নুংশিবদগী ইচম চম্না ঙসি মীয়ামগী মরক্তা লাক্লুনা কোয়চৎ চৎলবসিদা ঐবু মীনি হায়না লাননা খনগনু। ঐদি ঈশ্বর পূন্নমক্কী অপুনবা সর্ব-দেবতা-স্বরূপ ওইবা শক্লোননি। জগৎ অসিদা উৎলিবা, ফোংদোক্লিবা পূন্নমক ‘সত্য সাঈ’ হায়রিবা স্বরূপ অসিগী তোঙান তোঙানবা কায়াৎ ঙাক্তনি।”

অসুম্না, ঈশ্বর পূন্নমক্কী তুংনফম নত্রগা হৌরকফম মপূ ওইরিবা সাঈবু “ॐ শ্রীসর্বেশায় নমঃ” হায়না খুরুমজরি।

## (১৩) ॐ শ্রী সর্ব সঙ্গ পরিত্যাগিনে নমঃ

‘সঙ্গ’ হায়বদি লিপুন (মায়াগী), থাদোক্লীংদবা অপাম্ববু খঙ্নৈ। ‘সর্ব’ হায়বদি পূন্নমক হায়বনি; ‘পরিত্যাগ’, থাদোক্লবা হায়বনি। বাবাদি সংসারগী করিগুম্বা মপাম্বোংগী পোৎশক অমত্তনা মহাকপু পুনশনবা ঙমদে। মরমদি সংসারগী পোৎয়াম অসি মহাক্লুম্বা মপু অমদদি করিসু মমল লৈতবা পোৎনি। মহাক্তি করিগুম্বা অমত্তসু অৱাৎপা লৈতে; অদুনা বাবানা পামজবদি, মতেংপাংবা, নিংবা থুংহনবা অমসুং আশীর্বাদ পীবা অসিতনি।

মহাক্না অমুকশু তাকপিখি, "মফম অসিদা ওইরবসু নত্রগা অতোপ্পা মফম অমদা ওইরবসু ঐগীদি ইথৌগী ইথৌ ঙাক্তনি। নহাক্কী হরাওবা হায়বা অদু ঐগীদি চীঙাক্লি; নহাক্কী চীঙাক্না ঐগী হরাওবনি" হায়নসু হেক হেক তাকপী। বাবানা য়াম্না থবক চিল্লিবসি মীওইবগী থম্মোইদা শ্রদ্ধা, ভক্তি, অচুম্বা ঙাকপা (সত্যতা), ৱাশক ঙাকপা (প্রতিজ্ঞা-পালন) অমসুং থাজবা (বিশ্বাস)কী মরু হুন্নবগীদমক্তনি; মীওইবা অমগী মশাদা য়াওজরিবা অফবা (ভদ্রতা) অদু ঙাকশেনবা অমসুং লমজীংবনি; অমসুং মদুগা লোয়ননা অফবা তাল্লক্লিবা সাধকশিংগী লম্বীবু মঙান পীবনি। অদুবু অসিগুম্বা তাইবংপানগী কর্মশিং অসি তৌবনা বাবাদদি 'তাইবং পূম্বগী সাক্ষী ওইনা লৈবা' হায়বা মহাক্কী মগুণ অদুদা করিসু কলঙ্ক তৌদে। গীতাদা ভগবান কৃষ্ণনা তাক্লিবা 'ন মাং কর্মাণি লিম্পন্তি',[৫] কর্ম তৌবনা ঐগী ইশাগী মহৌশাদা করিসু অকায়বা পীদে হায়বা অদুগা অমত্তনি। বাবানা অসিমসু তাকপিখি 'ন মে দ্বেষোহস্তি ন প্রিয়া ঃ[৬] "ঐগী য়েক্লবসু লৈতে; মরূপসু লৈতে। নহাক্তনবু তুক্কচবা অমসুং নুংশিবা খাইদোক্কুনা শান্নবদগী, মদুগী মহে ফংজবনি।" হায়না তাকপি। "ঐদি থবক তৌনীংবগী অপাম্বা লৈতে; মসিমদি তৌদবা য়াদে হায়বসু লৈতে; ঐনা থবক তৌদবদা কনানসু ঐঙোন্দা দোষ তৌবা ঙম্লোই। মরমদি, ঐগীদি ঐগী ইচ্ছানা তৌনীংবা তৌবা ঙম্মি। ঐগী ইথৌদি নহাকপু নহাক্কী হোৎনজমন অদু অৱাংবা থাক অমদা থম্বা ঙমহনবা অদুনি। নহাক্না মথং মথং কাখৎলিবা কৈরাক্কী থাক ময়াম অদু, নহাক্কী খোংথাংগী চাং অদুমক্তদা নহাক্কী অশেংবা ইচ্ছাশক্তিগী মতুংইন্না পচ্ছুং য়ৌহন্নবা ঐনা মতেং পাংবা অদুতনি।" অমরোমদা, বাবানা তাক্পিখিবা মতুংইন্না মহাক্কী থৌজাল অমসুং কৃপা অসিদি নুমিৎ মঙালগুম্বনি; হাংদোক্কুনা লৈরবা থোঙজাও অমসুং থোঙনাওদা নুমিৎকী মঙাল চঙ্‌বগুম্বনি নত্রগা ইলেক্ট্রিক স্যুইট্চ থাবগা বন্ধ হেক্তা ঙাল্লকপা অদুগুম্বনি।

অসুম্না মায়াগী লিপুন পূম্নমক থাদোক্লবা সাঈবু "ওঁ শ্রী সর্বসঙ্গ পরিত্যাগিনে নমঃ" হায়দুনা খুরুমজরি।

## (১৪) ওঁ শ্রী সর্ব অন্তর্যামিনে নমঃ

'অন্তর্যামি' হায়বদি থম্মোইগী ৱা খঙ্বা ঙম্বা হায়বনি। অন্ত : করণ ওইনা মহাক্লা থম্মোই মনুংদা লৈদুনা জীববু থৌনা পীবসু খঙনৈ। অশম্বদা পরমেশ্বর ভগবানবু খঙনৈ। কনাগুম্বা ভক্ত অমনা বাবাদা হংখি, "বাবা, নহাক্কী করম্বা শক্তিননো ঐখোয়বু নহাক্কী লাইরিক্তা হান্নবা ইদুনা লৈরন্নবদৌনা ঐখোয়গী খল্লিবা পূম্নমক অমত্তা চিখদনা হায়বা ঙম্লিবা অসিবু?" বাবানা খুমখি, "মসিদি শক্তি নত্তে; ঐগী হৌনশানি। ঐনা নঙগী পূক্নীংদা চঙ্দুনা করি খল্লি য়েংবা নত্তে: ঐদি হান্নবা নঙঙোন্দা য়াওদুনা লৈরবনি; নঙগী ৱাখলসু ঐনা খলহনবনি; ঐ য়াওদনা নঙগী পূক্নীং, খল্লিবা ৱাখল, তৌরিবা থবকশিং অদু ওইবা য়াদবনি।" মরম অসিননি বাবানা ঐখোয় পূম্নমকপু লাইরিক ফাত্তোক্লগা পাবদৌনা নীংলিবা খূদিংমক হেক্তা হায়বা ঙম্লিবা; মরমদি ইবুংঙো মহাক্তি পারিবা 'লাইরিক' অদুসু ইরিবা 'লেখক' অদুসু মহাকমক্লি। ইরিবা ৱাহৈশিং অদুসু চেনফদ্রবা 'প্রারব্ধ'গী লাইবক্লা তমখ্রবগী ফল অমসুং বাবাগী থৌজালনা খরমখৈ শেমদোক-শেমজিন তৌবিরবা, খরা অমনা ভক্ত মশানা হোৎনজবদগী ফঙ্জবা, অসিনচিংবা পূম্নমক য়েংদুনা ইখ্রবনি। ভগবান কৃষ্ণনসু আর্জুনদা তাকপিখ্রবদুনি। "থবক পূম্নমক নঙনা তৌবনি হায়না করিগুম্বদা খল্লুগনু; খল্লবদি নহাক্লা মদুগী অরুম্বা পোৎলুম পুবগী অৱাবা ফংগনি! পূম্নমক ঐঙোন্দা শিন্নথোকউ; ঐনা মদুগী ভার অদু পুবিগনি।" বাবাসু অদুম হায়রি, "করিগী কিরিবনো ? ঐনা নঙগী থম্মোইদা লৈরবদা নঙনা কনাবু কিগনি।"

অসুম্না পূম্নমক্কী মনুং-মপান উবা ওম্বা পূম্নমক্কী থম্মোইদা ঙাছোইরিবা সাঈবু "ওঁ শ্রী সর্বান্তর্যামিনে নমঃ" হায়না খুরুমজরি।

## (১৫) ওঁ শ্রী মহিমাত্মনে নমঃ

'মহিমা' গী অর্থদি অথোয়বা মতিক মগুণ হায়বনি। ঈশ্বরগী মতিক মগুন শৈথাবদা শীজিন্নবা, অৱাংবা থাক্কী ৱাহৈনি। 'মহিমাত্মা' হায়রগনা, থোইদোকপা মগুণ (কীর্তি) অদুমক্লা থৱাই ওইদুনা শাফোংলক্লবা ইবুংঙো মহাক অদুবু খঙ্নে। মহাক অদু সত্য সাঈ বাবানি। ইবুংঙো মহাক্কী অসিগুম্বা মতিক মঙাল অসিদি পৃথিবিগী মফম কয়া অমসুং ভারতবর্ষগী মফম কয়াদা ভক্ত কয়াগী মফমদা ওহাক লৈতনা উৎলিবনি। বাবাগী চিত্রদগী বিভূতি কয়া তাহনবিরি। অসিদা নত্তনা কেশর, কুমকুম, চন্দন মকুপ, অমৃত, খোইহি, চুহি ওইনা তাহন্দুনা মহাক্লা লেঙশল্লকপগী খুদম কয়া উৎপিরিবনি। কনাগুম্বা ভক্তগীদনা নুংশিবা মনম ওইনা য়ৌরকপা, মঙাল ওইনা উৎলকপা, ফকলাংদা থেৎলিবা বাবাগী চিত্রদগী লৈপরেং অদু ফেৎ-ফেৎ হায়রকপা, করিগুম্বদা "প্রণব" হায়বদি "ওঁ"কার ওইনা উৎপা, খোঙ্গুল (পাদ-চিহ্ন) অসিনচিংবা খুদম কয়া উত্তুনা মহাক লাক্লমই হায়বগী সাক্ষিনা কয়া উৎলি। মসি মহাক্কী মহিমা উৎপনি। কনাগুম্বা, পুট্টপর্তি য়ৌনা ইবুংঙোবু দর্শন তৌবা চৎপা ওমজদবা ভক্তশিংগীদমক অনকপা শিব মন্দিরগী শিব লিঙ্গদা দর্শন পীনবি। মসি কোতনাঘট্টাগী শিব মন্দিরদা তোয়না উৎলি। অসুম্না মহিমা কয়া উৎপীদুনা ভক্তশিংগী থাজবগী মপাঙ্গল হাপ্লি। অথাপ্লা লমদদি, ইবুংঙো মশামক্কী পূর্ণ-দর্শন পীবিবগা লোয়ননা পাউত্তাক কয়া পীরম্বসু লৈ। য়াম্না হকচনবা ভক্তশিংদদি বাবানা মনাকোংদা খোঞ্জেল ওইনা তাহন্দুনা তাকপি-তম্বীবা তৌই; ৱর পীবিবা কয়াসু লৈ। অসুম্না ইবুংঙো মহাক্কী মহিমাদি অঙকপনি। ইবুংঙো মহাক্তি মনিংতম্মী; মপৃংফায়। মসি মহাক্কী দিব্য শক্তিনি।

অসিগুম্বা মহিমানা থল্লবা অথোইবা আত্মা ওইরিবা সাঈবু শ্লোক অসিনা "ওঁ শ্রী মহিমাত্মনে নমঃ" হায়না খুরুমজরি।

## (১৬) ওঁ শ্রী মহেশ্বর স্বরূপায় নমঃ

'মহেশ্বর' হায়বদি 'শিব' ভগবানগী অতোপ্পা মমিংনি। 'শিব' গী অর্থ মঙ্গলগী মশক ওইবা, অশেংবা কোন্সেং হায়বনি। শিবগী খ্বাইদগী ব্রাহম্বোক-চেনবা শক্রোনদি য়েরুম মওং মানবা 'লিঙ্গ' হায়রিবা অসিনি। অঙ্ক ময়েক্তা শীজিন্নরিবা শূন্য '০' গা মান্নে। ভগবানবু ফংগে হায়রবদি পূন্সি শিঙ্খা পাঙথোকপগী (অনুশাসন) চক্র অদু মপুং ফারকপগা লোয়ননা 'ঐ অসি কনাসু নত্তে, সংসার অসি করিসু নত্তে, চৎকদবা মফম হায়বা অমা লৈতে, মাঙ্নিঙাইসু লৈতে অমসুং তোংনিঙাইসু লৈতে' হায়বা খল্লকুবা মতম অদুতদা ফঙগনি হায়বা ব্রাহম্বোক অসি শিব লিঙ্গনা তাক্লি। অসিগুম্বা অহৌবা-অরোইবা লৈতবগী ব্রাহম্বোক পীরিবা খুদম অসি শিব লিঙ্গ অসিনি হায়রি। জগৎ সৃষ্টি মতম হেক লোইরক্পা মিকুপ্তা শিব মহাদেবনা মৈগী য়ুম্বী ওইনা শাফোংলকখিবগী খুদম্নি হায়না থাজনরি। মৈগী য়ুম্বী অদু মতোন অমনা আকাশতা, মতোন অমনা পৃথিবী ময়ায় চবুক্তা চঙ্খি; ব্রহ্ম অমসুং বিষ্ণু অনীনা নাকল য়েৎ-ওইদা লেপ্তুনা য়েংহৌই; কদায়দগী হৌরগা কদায়দা লোয়বনো খঙবা ঙমদে হায়রি। অসিগুম্বা বিশ্ব-জগৎ শিনবা থুংবা মঙাল অমসুং শক্তিগী 'প্রতিরূপ' অদু শিব লিঙ্গ অসিনি হায়রি। মৈগী য়ুম্বী, ব্রহ্মা অমসুং বিষ্ণু লেপ্তুনা লৈবগী শক্তম অসি 'লিঙ্গোদভব মূর্তি' হায়না ভারতকী মফম কয়াদা লাৎনরি। লিঙ্গগী শক্রোন অসি মহাশিবরাত্রি নুমিৎতদা বাবানা মশামক্তগী পুথোক্তুনা উহল্লি।

শিব ভগবানদি, ব্রহ্মা, বিষ্ণু অমসুং মহেশ্বর লাই অহুমগী অহুমগুবনি। ব্রহ্মাবু 'সৃষ্টিকার', লৈশেম্বা; বিষ্ণুবু 'স্থিতিকার' লৈঙাক্পা;

মহেশ্বরবু 'লয়কার' হায়বদি সৃষ্টি অমসুং স্থিতি (ওরিজিনেসন এণ্ড মেন্টেনেন্স)কী শিষ্থা লোয়বা মতুংদা হান্নগী নিরাকার অমসুং নির্গুণ ওইবা হৌরকফমদা অমুক তিলহনবীবা ভগবান্‌নি হায়বনি। মীওইবগী পূন্সিগী তাক্কক অহুম, 'অস্থি', 'ভাতি', 'তৃপ্তি' (পোকপা, মঙান থোকপা অমসুং পেল্লবা) হায়বনচিংবগী অহুমশুবা 'তৃপ্তি' অপেনবা ফংলবা মতমদা হান্নগী পরমাত্মা পরব্রহ্ম গী মফমদা অমুক তিনহনবিবা ভগবান মহেশ্বরনি। মসিগী মথংদা অনৌবা সংসার, অনৌবা মপোক, অনৌবা সৃষ্টি অমুক লাক্কদৌরিবনি। অনৌবা অমুক শেমদ্রিঙৈদা পুমশেং-শেংদোকপা, কোনশেঙ অদু উৎ 'বিভূতি' না খুদম ওইনা উৎলি। অদুনা মহেশ্বর 'শিব'বু কোনশেঙ্‌ অশেঙবা (দ ওস্পিশিয়স) হায়না কৌবনি। অদুননি, শিবগী মশাদা উৎ তৈরিবা; মহাক্না বর পীবদা 'উৎ' ওইনা হৈথরক্লিবা; অদুননি শিব ভক্তশিংনা উৎ তৈরগা পূজা তৌরিবা। বাবাদি উৎ 'বিভূতি' অসি ইবুংঙোগী শ্রীহস্থদগী হৈথরকই; করিগুম্বদা মফম-মতমগী মতুংইন্না ইবুংঙোগী অয়েকপা চিত্রদগী, লাইপক (ললাট), খোঙ (শ্রীপাদ) দগী বিভূতি শিনথরকই। মহাক্কী ভক্তশিংগীদমক্তদি অসিগুম্বা উৎকী খুদোল 'বিভূতি' অসি মহা ঔষধিনি। অসিগুম্বা হকচাং, পূক্নীং অমসুং আধ্যাত্মিক্কী অনাবা পুম্নমক কোক্‌হল্লিবা বাবা অসিমক ঐখোয়গী মিংনা উবা মহেশ্বরনি। মহেশ্বরগী অতোপ্পা অর্থদি 'মহা' = খ্বাইদগী মগুণ লৈবা, 'ঈশ্বর' = ভগবান, ঈশ্বর পুম্নমক্কী মকোক থোংবা হায়বনি। বাবা মশামক্নসু মহাক্তি 'সর্বদেব স্বরূপ' অমসুং 'বিশ্ববিরাট্‌ স্বরূপ' হায়না লাউথোকপিগ্নবনি। ইবুংঙো মহাক অসি চিংনবা লৈতনা মহেশ্বরমক্নি।

অসুম্না, শিব মহাদেবগী শক্লোন লৌরিবা সাঈবু "ওঁ শ্রীমহেশ্বর স্বরূপায় নমঃ" হায়না খুরুমজরি।

## (১৭) ওঁ শ্রীপর্তি গ্রামোদ্ভবায় নমঃ

'পর্তি' হায়বসি খুঙ্গং অমগী মমিংনি; 'গ্রাম' গী অর্থনা খুঙ্গং হায়বনি; 'উৎভব' হায়বদি 'পোকপা' নত্রগা 'ফোঙদোকপা' হায়বনি। অশন্বদা বাবাবু 'পর্তি' কৌবা খুঙ্গংদা পোক্পা ইবুংঙো মহাক অদুনি হায়না শৈথাবনি। পর্তি খুঙ্গংবু মহাক্কী মগুণ শৈথাবদা (গুণগান) অসুক মপূং ওইরিবগী মরমদি মফম অসিমক্তদা বাবানা পোকপিদুনা 'প্রশান্তি নিলয়ম' কৌবা শান্তিগী তুংনফম অমা লিংখৎতুনা পৃথিবীগী মফম কয়াদগী ভক্ত কয়া তি' দুনা মহাক্কী দর্শন ফংজরিবা অসিননি। অসিদা নত্তনা মফম অসিদা বেদপোষণ, বেদবু য়োকখৎপা; ধর্মোদধারনা, ধর্মবু উদ্ধার তৌবা; ভক্তরক্ষন, ভক্তবু কনবিবা; লোক কল্যাণ, মীওইবা জাতিবু মঙ্গল ওইহনবিবা অসিনচিংবা কয়া তৌবিদুনা পুণ্যভূমি অমা ওইহনবিবা অসিনি।

পর্তিগী অতোপ্পা রহস্য অমনা, মফম অসি হান্না পুট্টপর্তি কৌরম্বা অসিনি। 'পুট্ট' হায়বদি লৈশৌবুংবু খঙ্নৈ। 'পর্তি' হায়বদি, লমহাং নত্রগা শনপোৎ খোইদ্রিবা লৌবুক হায়বনি (ভর্জিন লেন্দ)। লৈশৌবুং ঙাক্তা ঙায়রম্বা মফম ওইরম্বদগী হৌজিক ওইরক্লিবা প্রশান্তি নিলয়মগী ফিবম অসিগা চাংদম্নবদা বাবাগী গুণগান অমা ওইরকপা অদুনি। অতোপ্পা অঙকপা ৱাফম অমনা সাঈ বাবানা হান্না শির্ডি সাঈ ওইনা শায়োল্লম্বা মফম অদু "পট্টড়ি" কৌরম্বা অসিসু অমনি। 'পুট্টপর্তি' অসি পেনুকোন্দা নত্রগা ধর্মবরম কৌবা বঙ্গলৌরদগী গুন্তকল চৎপা রেলৱে লাইনদা (মিটরগেজ) লৈবা মফম অদুদগী মাইল কুম্নীথোই লাপই।

পুট্টপর্তিগী অতোপ্পা অর্থ অমসু অমুক লৈরি। পুট্ট (লিন মকোন শাফম লৈশৌবুং) অসি আধ্যাত্মিকক্কী লোন্দাদা মীওইগী হকচাংবু খঙ্নৈ। মরমদি মীওইবগী হকচাংদা লিন মখল্ তরুক লৈ। মখোয় অদুদি 'কাম' অপান্না, 'ক্রোধ' অশাওবা, 'লোভ' মিহৌবা, 'মোহ' শুমহৎপা, 'অহঙ্কার'

নাপল্ অমসুং 'মদ' ময়াই কাবা মখোয় তরুক অসি হকচাংদা লৈবা লিন ঙাক্তনি; অমনা চিক্পদা হেক্তা শিবা। অসিগুম্বা লিন মকোনগী মশক্ ওইরবা হকচাং (পুট্টপর্তি) অসিদা বাবানা পোকপিরবদি (উৎভব) ঐখোয় খূদিংমক্কী হকচাং অসি প্রশান্তি নিলয়ম ওল্লে; অদুনা শান্তিগী মফম ওইরে, কিনিংঙাই লৈত্রে অসিনি।

অসুম্না, ঈশ্বরগী শক্তম লাংদুনা পর্তি কৌবা খুঙ্গংদা পোকপিরিবা সাঈবু, "ওঁ শ্রী পর্তিগ্রামোদ্ভবায় নমঃ" হায়না খুরুমজরি।

## (১৮) ওঁ শ্রী পর্তি ক্ষেত্র নিবাসিনে নমঃ

পর্তিক্ষেত্র = পর্তি কৌবা মফম, 'নিবাস' হায়বদি খুন্দাদুনা লৈবা হায়রনি; পর্তি কৌবা মফমদা লৈবিরিবা মহাক অদুনি হায়না বাবাবু ঐখোয়না মিংথোন পীদুনা শৈথাজবনি। অদুবু, ঐখোয়না কাউরোইদৌবদি বাবাবু শৈথাবা মতম খূদিংদা মহাক অসি মফম খূদিংদা লৈবনি অমসুং ঐখোয় খূদিংমক্কী থম্মোইদা লৈবনি হায়বা অসিনি। বাবানা মহাক্তি মী খূদিংমক্কী থম্মোই মনুংদা লৈ 'হৃদয়বাসি' অমসুং মহাক্না লৈবা নুংঙাইনবা ঐখোয় খূদিংমক্কী থম্মোই শেংনা অমসুং লূনা নান্না থম্মু হায়না ইতৎ তত্তনা হায়জরবসু, মিৎনা হেক উবা ফংনা (প্রত্যক্ষ) দর্শন পীনবিবদি পর্তি কৌবা মফম অসিদা ফংজবনিনা ইবুংঙো মহাক্কী নাম ১০৮ গী মনুংদা 'পর্তিক্ষেত্র নিবাসি' হায়বা মিংথোন অসিমক্তু শৈথাজবনি।

বাবানা তাকপি, অবতারগীদমক ভগবাননা তাংদাংবা মফম খল্লি। মফম অদু তুংগী নীংশিংনিঙাই ওইহৌবা য়াবগী মরাইবক লৈবা ওইগদবনি। 'পর্তি' কৌবা মফম 'পর্তিক্ষেত্র' অসি মশাগী তোপ্-তোপ্পা মগুণ লৈবদগী ভগবাননা মফম অসিদা মিংয়েং থমগ্নবনি। অদুননি মফম অসিবু বাবানা মহাক্কী কর্মভূমি ওইনা খনগৎলদুনা তাকপিখিবা, "পর্তি[illegible]রিবা মফম

অসি অতোপ্পা তিরূপতি অমা ওইরবনি; অনৌবা মথুরা অমা ওইরবনি।" কৃষ্ণ, বুদ্ধ অমসুং শির্ডি সাঈ বাবানা মখোয় মখোয়গী পোকফম থাদোক্লবসু পর্তি সাঈ বাবাদি (সত্য সাঈ বাবাদি) মফম অসিদা পোকপিরগা, মফম অসিমক্তদা লৈবিদুনা পৃথ্বিগী ভক্ত ময়ামগী পুনফম ওইনা মহাক্কী বিশ্বপ্রেম শন্দোকপগী শিনাইদ্রবা মফম অমা ওইহনবিরে অমসুং মফম অসি প্রশান্তি নিলয়ম হায়না অশেংবা তীর্থ ময়ামগী মনুংচনবা মফম ওইহনবিরে।

অসুম্না ইবুংঙো মহাক্কী লৈফম (নিবাস) অসি পর্তিক্ষেত্র ওইদুনা অশেংবা মফম অসিদা মনাইশিংগা লোয়ননা তাইবং মীওইবগুম খুন্দাদুনা লৈবিবদগী ঐখোয়না পর্তি সাঈবু "ওঁ শ্রী পর্তিক্ষেত্রনিবাসিনে নমঃ" হায়না মিঙ্গৌজদুনা খুরুমজরি।

## (১৯) ওঁ শ্রী য়শ:কায় শির্ডি বাসিনে নমঃ

'য়শ:' হায়বদি মিংচৎ হায়বনি। 'কায়:' হায়বদি হকচাং হায়বনি। 'শির্ডি বাসি' হায়রুবগী মরমদি বাবানা শির্ডি সাঈ ওইনা মমাংগী মপোক্তা মিংচৎ লৈবা হকচাং অমা সাকার ওইনা শক উত্তুনা শির্ডিদা পোকপিখি হায়বদু নীংশিংলিবনি। শির্ডি বাবাগা পর্তি বাবাগা শক্তমদা খেন্নরবসু মিংচৎ অমসুং মতিক মগুণ্ডি চপ মান্নে। মরমদি অনীমক্কী ব্রাশক, মিংচৎ, মগুণ, বুদ্ধি-জ্ঞান চঙখোনবা, চীংলেম্বা চপ মান্নে। খরদং খেন্নবমক্তবু, পর্তি সাঈ বাবানা শায়োন ওইবা মতমদদি মিংচৎ অমসুং মতিক মগুণ শন্দোকপসি খরা খুংলৈ থুবা হেল্লি; পাক চাউনা শন্দোকপসু হেল্লি; হৌজিক মতমগী পাউ ফাওদোক ফাওজিনগী খুৎশু শীজিন্নে; অসি মগুয়। বাবানা শির্ডিদা লৈরিঙেদা, শক ১৯১৮ দা লাউথোকপিগ্রে, "ঐ চহি ৮ (নিপান) লৈরগা (১৯২৬ তা) অমুক লাকখিগনি।" শুকশোই হেক শোয়দনা শক ১৯২৬ তা সত্য সাঈ ওইনা পুট্টপর্তিদা পোক্লরে। মসিগী মতুংদা সত্য সাঈ বাবানা

পুট্টপর্তিদা লৈবা মাগী ভক্ত গায়ত্রি স্বামীদা মায়া দৃষ্টি পীনবিদুনা তাকপিরম্মী, "ঐ চহি ৮ (নিপান) সমাধিদা লৈরুরে। সমাধি মতুং 'চহি ১৫ লৈরগা' ঐগী বৈভব পূম্নমক পুট্টপর্তিদা পুরক্কে।" পুরক্লিবা পোৎশিং অদুদি অতে করিসু নত্তে, 'য়শ:কায়:' (নাম, গোত্র, শক্তি, জ্ঞান, লোকসংগ্রহ কর্ম )হায়বদি মীয়াম পূন্না কর্ম তৌমিন্নবা হকচাং অসিনি। পূম্নমক সত্য সাঈনা মশাগী চহি ১৪ শুবদা পুরকখিবনি। চহি ১৪ গা পূকনুংগী থা ৯ অমগা থারগা চহি ১৫ হায়না-বাবানা তাকপিবনি।

অসুম্না পতি সাঈনা য়াম্না খুৎলৈ থুনা মহাক্কী মমাং-শায়োনগী শির্ডিদা ফংখিবা ভক্তি, প্রেম, শ্রদ্ধা পূম্নমক অমুক হন্না পুট্টপর্তিদা পুরকপ্রে। খেন্নবা অমত্তং হায়বা তারবদি শির্ডি মতমগী শায়োন্দদি ইবুংঙো মশামক মফম অদুদা লেঙদনা লৈবনি; হৌজিক্তি পর্তিদা ইবুংঙোনা "য়শ:কায়:"গী শক্লোনদা পৃথিবী শিনবা থুংনা দর্শন পীবিরি।

অসুম্না সত্য সাঈ বাবানা মমাংগী মপোক্তা শির্ডিদা মিংচৎ উরোং খিনবীরম্মী হায়দুনা মহাকপু "ওঁ শ্রী য়শ:কায়শির্ডিবাসিনে নমঃ" হায়না খুরুমজরি।

## (২০) ওঁ শ্রী জোডি আদিপল্লি সোমপ্পায় নমঃ

'জোডি' গা 'জোড়ী'গা ৱাহৈ অনীগী অর্থ চপ মান্নে। মৈতৈলোন্দা জুরা চাবা হায়বা অদুমক্নি। নুপা-নুপী জুরাবুসু খঙ্নৈ। মসিগী ৱাপাং 'সোমপ্পা' না পীরি। 'সোমপ্পা' = সোম + অপ্পা হায়বনি; সোম = স + উমা; 'স' = মহাক হায়বনি, শিব মহাদেববু খঙ্নৈ। উমানা 'শক্তি'বু খঙ্নৈ। শিব অমসুং শক্তিগী অপূনবা জুরাবু খঙ্নৈ। অদুনা সোমপ্পা হায়রগা শিব অমসুং শক্তিগী পূম্নবা ইবুংঙো মহাকপু খঙ্নৈ। প্রকৃতি অমসুং পুরুষকী জুরা অদুনি। অপ্পা = মপু হায়বনি; 'আদিপল্লি' গী অর্থদি 'আদি =

হৌরকফম, পল্লি = খুঙ্গং' ভগবান শিবগী হৌরকফম খুঙ্গং কৈলাস চীংদোনবু হায়বনি। অপুনবদা নামাবলি অসি "জোডি আদিপ্পল্লি সোমপ্পা" হায়রগা শিব অমসুং শক্তি অনীগী জুরা, কৈলাস কৌবা খুঙ্গংদগী হৌরকপা শিব ভগবান অদু মহাকমক্কি হায়না বাবা মশামক্তা তাকপিখিবা বাক্য অমদা যুমফম ওইবনি।

'জোডি আদিপ্পল্লি সোমপ্পা' অসিমক বাবাগী বাক্যনি; করম্বা মতমদা, কদায়দা অমসুং কনাদা হায়খিবগে হায়বগী ৱারী লৈ। ইংশক ১৯৫৮ গী থৌদোক্কি; নবেম্বর তাং ২৬ তা থোকখিবনি। প্রশান্তি নিলয়মদা বাবাগী বার্ঠদে, নবেম্বর তাং ২৩, ১৯৫৮ য়াওরুবগী নুমিৎ হুম্নি শুবদা, প্রশান্তিদগী বঙ্গলৌরদা হল্লকপদা থোকখিবা সাঈ ভক্ত অমগী থৌদোক্কি। ভক্ত অদুনা কার অমা তোংদুনা মাগী ইমুং-মনুংগা লোয়ননা হল্লকপদা লম্বীদা মচানুপী চহি ২ শুরবী অঙাং অদু শারে হৌরকপদগী শ্বর থিংদুনা জ্ঞান মাঙ্খ্রে। বাবানা মসি খঙলম্মী। বাবা মশামক লম্বীদা খুঙ্গংগী অহল অমগী শক্তম লৌরগা মহাকপু শেন্নবা নহা অনীগা লমশাঙ্ চেনবা গাড়িদগী কুমথহৌই। কার খান্নগা নহা অনী অদুনা, 'নঙগী অঙাং অনাবদু অহল (বাবা) অসিদা পীয়ু; মহাক্না ফহনগনি। মী লিশিং কয়া মহাক্না ফহনখ্রবনি' হায়রম্মী। "ঐ হৌখিবা নুমিৎ হুম্নি অসি থবক য়াম্না চিনবনি; ৱামন্দুনা পোখারিঙৈদা অঙাং অমা শাথিনা লম্বীদা নারে হায়বা পাউ ফংবদগী চেল্লকপনি।" হনুবা অদুনা (বাবানা) অসুম্না হায়রদুনা ৱাহুদুনা লৈরিবা অঙাং অদু মতম্বাক্তা থল্লম্মী। হেক থম্বগা অঙাং অদু ফরম্মী। অঙাং অদু মমা-মপা অদুদা অমুক পীরম্মী। মমা-মপা অদুনা হরাওমনগ্রদুনা খুঙ্গংগী মাইবা ওইরবোই নীংদুনা লু: ১ পীরম্মী। লৌ হায়বা য়াদ্রবদা অদুগী মহুত্তা বার্ঠদে নুমিৎতা বাবানা প্রশান্তি নিলয়মদা পীখিবা প্রসাদম্ মখাম অদুদগী উঁহে অমা হনুবা (বাবা) অদুদা পীরম্মী। অঙাংগী

মমা মপানা ঙকল্লপ তৌনা মহাক কনানো হংবদা, (বাবানা) 'জোডি আদিপল্লি সোমপ্পা' হায়না খুল্লম্মী। কাইনথংদা প্রশান্তি নিলয়মদা ব্রাফমসি ব্রাব্রা লাওনরক্লবদা বাবানা মহাক্কী মিং অতে ময়াম অদু তোক্থোক্লগা মিং অদুখক্তা হায়বিরম্বগী অথুপ্পা রহস্য পূম্নমক, ব্রাহে খূদিংমক মচা খায়না অর্থ হল্লদুনা বাবানা মহাক শিব অমসুং শক্তিগী অপুনবা শায়োন্নি তাক্পিরম্মী। মরম অসিনা, বাবা মশামক্লা অঙাং অদুগী মথৱাই কনবিবগী তাঞ্জা অদু লৌদুনা মহাক্লা মহাক্কী অশেংবা উপাধি অদু খনগৎলগা মাগী ভক্তশিংদা ফোংদোকপিরিবনি।

অসুম্না, বাবানা মশামক মহাদেবগী শায়োন্নি খঙ্হল্লগে মতাগুম মহাক্লা চনখিবা পাওখোঙ্ অদুগী পাউখুম ভক্তশিংনা ফংজরবদা মহাক্তি মমাংঙৈদা (আদি) কৈলাসতা লৈবিবা শিব-পার্বতী অনীগী অপূনবা শায়োন্নি খঙজরদুনা সত্য সাঈবু "ওঁ শ্রী জোডি আদিপল্লি সোমপ্পায় নমঃ" হায়না খুরুমজরি।

## (২১) ওঁ শ্রী ভারদ্বাজ ঋষি গোত্রায় নমঃ

'শ্লোক অসিগী মপাম্থোংগী অর্থদি সাঈ বাবাবু 'ভারদ্বাজ ঋষিগী গোত্রদা পোকপা' হায়না শৈথাজবনি। মরমদি ব্রাফম অসি ভগবাননা চহি ১৪ শুরক্পদা মশামক্লা 'ঐ ভরদ্বাজ ঋষি গোত্রদা পোকপনি' লাউথোকপিম্রবনি। থৌদোক অসি থোক্ত্রিঙৈ চহি অহুম মমাংদা বাবানা মনাই ভক্ত অমগী পেরেলাইসিস অনাবা অদু কোক্হনবিবা নুমিৎতা অসিমসু হান্নমা লাউথোকপ্রবনি মদুদি মহাক্ অসি 'শিব-শক্তি' অনী পূল্লবা মীওইবগী শক্লোন্নি। শক্লোন অসি ভারদ্বাজ ঋষিদা থাইনা মমাংঙৈদা ভগবান শিবনা পীখিবা বর অমগী মতুংইন্ননি। ঋষিদা পীগ্রিবা বর অতে নত্তে - ভারদ্বাজ ঋষি অসি কলি যুগতা শিব অমসুং শক্তি অনী পূল্লগা মশাগী গোত্রদা মীগী শক্লোন্ লৌদুনা অমুক পোকচরুরো হায়বা অসিনি।

রামায়নগী মতমদা ভারদ্বাজ ঋষিনা অকন্‌বা তপস্যা তৌজবদগী অঙকপা শক্তি লৈরবা ঋষি অমা ওইনা মমিং চৎখি। হৌজিকসু প্রয়াগতা ভারদ্বাজ আশ্রম লৈরি। ব্রারীদি অসিনি, বেদ হৈনিংবদগী ভারদ্বাজনা অকনবা তোপ তৌবদগী চহি ১০০/১০০ শাংদোক্লুনা চহি ৩০০ পুন্সিখি। অদুবু, ইন্দ্র দেবনা তাকপিবদগী চহি কয়া শাংদোক্লুনসু বেদবু মপুংফানা খঙ্‌বা ওইথোক্তে হায়বা খঙ্‌লক্‌খি। অদুনা, ইন্দ্রনা মহাকপু যজ্ঞ তৌবা তক্সীখি। যজ্ঞ অদুদা শিব অমসুং শক্তিবু যজ্ঞ মপু (অধিষ্ঠাতৃ দেবতা) ওইবিনবা হায়জখি। যজ্ঞ লোয়রবদা শিব-শক্তি অনীনা পেনবিরদুনা মখোয় অনীমক পূন্না কলি যুগতা মহাক্কি (ভারদ্বাজ) গোত্রদা 'শির্ডি সাঈ' অমসুং 'সত্য সাঈ' ওইনা অবতার তৌরগে হায়না তাকপিখি। ভারদ্বাজ গোত্রদা অমুক যুগ অসিমক্তদা 'প্রেম সাঈ' ওইনা অমুক শায়োল্লক্কনি হায়নসু তাক্‌পিখি।

অসুম্না শিব অমসুং শক্তি পূল্লগা ভারদ্বাজ ঋষিগী গোত্রদা পোকপিরিবা সাঈবু "ওঁ শ্রী ভারদ্বাজ ঋষিগোত্রায় নমঃ" হায়না খুরুমজরি।

## (২২) ওঁ শ্রীভক্ত বৎসলায় নমঃ

'বৎসলম্‌' হায়বদি মমানা মচাবু নুংশিবা প্রেম অদুবু খঙ্‌নৈ। ভক্তবৎসলম্‌ হায়বদি ভক্তবু মচাগুম্না নুংশিবা হায়বনি। ভক্তশিংবু আধিভৌতিক (ফিজিকেল) অমসুং আধ্যাত্মিক (স্পিরিচুয়ল) কী ওইবা অৱা অনাদগী মচাগুম্না কনবিখিবগী খুদম মশীং থিঙমদনা লৈ। বাবানা ভক্তশিংগী মথৱাই কনবিনবা মশাগী হকচাং থাদোক্লল্লগা মহাক্কী 'কারণ শরীর'না অথাপ্পা মফমদা চত্তুনা অনাবা থৈদোকপিখিবা খুদম লৈখ্রে। মশামক্কী দর্শন পীদুনা অনাবা কোকহনবা, পাউতাক পীদুনা অৱাবা মায়োক্লবা ওন্নবা পাঙ্গল হাপ্পিবা কয়া অমসুনি। মঙ্‌দা লাক্লুনা পাউতাক

পীরম্বা কয়া অমা, ভক্তগী অব্বাবা কোক্লবগীদমক মরূপ-মপাং অমসুং পৈশা থাদুনা মতেং পাংবিবা কয়া লৈগ্রে। অসুম্না, ঐখোয় পূম্নমক সত্য সাঈ ইমা (মাতা) গী মচা ওাক্তনি।

বাবা মশামক্লা তাকপিখ্রবনি, "মচানা মমা কৌবদা ১০৮ নত্রগা ১০০৮ লক কৌদ্রবদি য়াদে হায়বা লৈতে। মমানা খঙই মচানা কৌরক্লিবা অসি মমাগী মতেং পাল্লবনি হায়বা; অদুনা খুদক্তা অদুম লাকপনি। মতৌ অদুগুম্না নঙনা ভজন শকপদা মখোল ফৎত্রবদি নত্রগা শুর চুমদ্রবদি য়াদে হায়বা লৈতে; 'লিখিত জপম্' লিশিং চামা, লাক্ষ চামা শুদ্রবদি য়াদে হায়বা লৈতে।

অদুনা বাবাদি মচা ওইহরিবা ঐখোয় পূম্নমক্কী সত্য সাঈ মাতানি হায়বা খঙ্জদুনা ভক্তশিংবু মচা অমা ওইনা নুংশিবিরিবা সাঈবু, "ওঁ শ্রী ভক্ত বৎসলায় নমঃ" হায়দুনা খুরুমজরি।

## (২৩) ওঁ শ্রী অপান্তরাত্মনে নমঃ

"অপান্তরাত্মা" ৱাহৈ অসিগী ৱাহন্থোক অনী লৈ। অনীমক শ্রী সত্য সাঈ বাবাগী ওাক্ত ওই। অহানবা ৱাহন্থোক্তা, "অপাম" (ঈশিং); "তর" (লাম্থোকপা); আত্মনে (সংসারগী সমুদ্র লাম্থোক্লিবা মহাক), হায়বনি। অনীশুবা ৱাহন্থোক্তা, "অপ" হায়বদি ফোংদোক্লিবা মুর্তি হায়বনি। অদুনা মহাক্তি জীব খৃদিংমক্তা "অন্তরাত্মা" ওইনা "নুংদা লেঙ্শীন্দুনা উহন্দবা লৈরিবা আত্মা" অদুনি। অকোনবগী "অন্তরাত্মা" গী মতাং অসিমদি, বাবা মশামক্লা লাউথোকপিগ্রবনি, "ঐদি জীব খৃদিংমক্তা লৈবনি। ঐনা লৈতবা মফমসু লৈতে। ঐবু কৌনিংবা মিং অমা শোন্দুনা কৌরকপদা পাউখুম পীরোইদবা লৈতে।"

অহানবগী সংসার সমুদ্র লানবগী ৱাহন্থোক অসিসু, মহাক্লা চহি তরামরিদা ওাইহরিঔেদগী খঙ্হনবিগ্রবনি। "পৃথিদা লৈরিবা মী পূম্নমক্লা মতেং

পাংবিরনবা ঐহাকপু কৌরে; অদুনা ঐহাক্না মখোয় পুন্নমকপু কনবিরগে লাক্লবনি।" পাউজেল অসি পীনবগীদমক, মমান্নবা ময়াম শান্নরিবা লৈকো দা চঙদুনা ইহান হানবা ভজন অমা তম্বীখি। ঈশৈ অদুদা সংসার সমুদ্রগী মরমদা হায়বিরি, সমুদ্র অসি লানবা য়াম্না লুবনি; মসিগীদমক গুরু (বাবা) অমগী মখোঙ পায়দুনা থাদোক্লবতদা সমুদ্র অসি লানবা ঙমগনি হায়না শৈথারি :

"মানস ভজরে গুরু চরণম্

দুস্তরা ভব সাগর তরণম্"

[ "চঙজগনি মীওইবনা গুরুগী চরণ্ডা

লানগে হায়রবদি সংসার সাগর।"]

'সংসার সাগর' হায়বদি অরেপ্পা শক্তম অমত্তা কুইনা লৈতবা, সমুদ্রগী ঈথককুম লেং-লেং চত্তুনা লেপ্পা লৈতনা হোংলিবা, 'পোকপা' 'হিংবা' 'শিবা' হায়বনি। মহাক্না অসিগুম্বা সমুদ্র অসি লানবদা মতেং পাঙ্গে লাক্পনি হায়না বাবানা তাকপিরি।

বাবানা য়াম্না তোয়না মীপুম খুদিংমক্তা তাক্পিবা, "ঐহাক্তি নঙগী নশা মনুংদা লৈ, ঐবু থিয়ু, ঐবু খঙ্উ" হায়রিবা অদু ঐখোয়বু কনবিরগে অমসুং অব্বাবা ঈপাক্ অসি লানবিগে তৌবনি। অদুনা মহাকপু নঙগী নশা মনুংদা উনৌ; মহাক্না পুনশন্নৌ অদুগা ইবুংঙো মহাক্মক্ নহাক্কী ওইবা ফঙগনি।

অসুক ফবা লাইবক অমা ফঙহন্দুনা অন্তরাত্মা মশক খঙহন্‌বিরিবা, পলেপফম খঙ্দবা অহোঙ্বা নাইরবা সংসার অসিদা ঐখোয় খুদিংবু সংসার সমুদ্র লানবিরিবা সাঈ বাবাবু "ওঁ শ্রী অপান্তরাত্মনে নমঃ" হায়না খুরুমজরি।

## (২৪) ওঁ শ্রী অবতার মূর্তয়ে নমঃ

বাবানা হায়খিবা অমা ঐখোয়না নীংশিংগদবা লৈ মদুদি শির্ডিদা সাঈ বাবা ওইনা পোকখিবা ভগবান অদুমক্তা পর্তিদা অমুক সত্য সাঈ বাবা ওইনা পোক্লরবনি। বোম্বে (মোম্বাই) দা ফমখিবা ৱার্ল্দ কনফরেন্স অমদা সত্য সাঈ বাবানা লাউথোকখি, "ঐদি নখোয়দা সাঈ মূর্তি অসি লাৎলু হায়দে, মরমদি ঐদি তোঙান-তোঙানবা ইষ্টদেবতা পুম্নমক্কী মূর্তি খূদিংমক্তা লৈবনি, ঐনা মী ওইনা অবতার তৌরবসু ঐগী শক্লোন তোঙান-তোঙান ওইবনি।" মরম অদুননি বাবানা ভক্তশিংদা মানা মানা পামজবা মতুংইন্না রাম নত্রগা কৃষ্ণগী দর্শন পীবিরিবা।

মহাক্লা তাকপিবমক্তবু, ভক্তশিংদা মিৎ-না শিংনা লৈনবা অসিমদি খঙহল্লি। "ঐঙোন্দা য়েংলকউ" হেক হায়বগা, য়েংথোক্লুবদা, বাম ওইনা উবা, কৃষ্ণ ওইনা উবা, কনা অমনা শ্রীনিবাস নত্রগা পদ্মনাভ নত্রগা পান্দুরঙ্গ (বিষ্ণুগী অতোপ্পা মমিং) নত্রগা গণেশ ওইনা দর্শন পী। মহাক্লা অসিমসু তাকপি, "পঞ্চভূত্না শাবা মপাম্ছোংগী মিৎনা ঐবু উবা ঙম্লোই নত্রগা মায়াগী পাত্রদা শুংদোক্লবা জ্ঞাননা ঐবু খঙবা ঙম্লোই।" পৃথিবীগী লম অতৈদা রাম, কৃষ্ণ অমসুং অতৈ অবতারগী ৱারী লীবদা সর্বদেবতা মূর্তি ওইবা সাঈ বাবানা তাকপি, "ঐনা লীরিবা অবতার ৱারী অসিদি মশামক্লা হক্থেংনরুবা অদুতনা লীবা ঙমগনি; লাইরিক অমত্তদসু ফংলোই; অদুবু ঐনা হায়রিবা অসিদি অচুম্বনি। মসিদি ঐদনা খঙবনি।" অসিনচিংবা কয়ানি। ৱারীশিং অসি প্রমাণযুক্ত ওইরবা, সাক্ষী লৈরবা ঙাক্তনি। মসিনা তাকপদি পর্তি সাঈ বাবা অসি শির্ডি সাঈগী শায়োন্দগী অমুক হল্লক্পা অদুখক্তগী নত্তি; মহাক্তি রাম, কৃষ্ণ অমসুং অতৈ অবতারশিংগী হৌরকফম দৈবিক মূল অদুমক্তদগী শায়োল্লক্পনি।

অসুম্না মীওইবগী শক্তমদা দৈবিক মূল পুম্নমক য়াওরগা শায়োনবীরিবা সাঈবু, "ওঁ শ্রী অবতারমূর্তয়ে নমঃ" হায়না খুরুমজরি।

## (২৫) ওঁ শ্রী সর্ব ভয় নিবারিণে নমঃ

'সর্বভয়' - 'অকি-অখঙ্ পূম্নমক'; 'নিবারণ' - 'ঙাকথোকপীবা' হায়বনি। ঐখোয়না ইবুংঙো মহাকপু থাজরবদি মহাক্না ঐখোয়বু কনবি। বাবানা ঐখোয়না খঙদবদগী অরানবা তৌফম থোক্তবা থবক কয়া তৌগদবদগী কনবি। খুদম ওইনা, অদুঙৈ সাঈ ভক্ত অমনা মশা মতোমতা নোংমৈনা কাপ্পুনা শিজরগে তৌবদা, খুদক অদুদা বাবানা মাবু কন্নবগীদমক্তা, মমাংঙৈ কলেজ তম্মিন্নরকপা অরিবা মরূপ অমগী শক্লোন লৌদুনা মাগী কা মনুংদা থোঙ থিন্দুনা চংশল্লক্লগা ব্বারী কুইনা শাদুনা মতম হৌহনখি। মাগী পিস্তোল অদুসু লোন্না পুরক্লগা, মথংগী নুমিৎতা তেলিগ্রাম তৌদুনা মাগী "মাঙখিবা পোৎ" অদু মফম অসিদা লৈরে হায়বা বাবা মশামক্না পাউ থাবিরকপগী ব্বারী লৈখ্রবা অদুনি।

অকি-অখঙ্, অনা-অয়েক, কোকহনবগী খুদম কয়া অমসু লৈরি। চার্লস পেন কৌবা পাইলোৎ ভক্ত অমনা কেলিফোর্নিয়াগী নোংথক্তা পাইদুনা লৈরিঙৈদা এরোপ্লেন অদু থাও টৈঙ্কি যুদুনা ব্বিন্দশিলদ গ্লাসতা পেট্রোল কাপথোরক্লবদা পাইলোৎ অদুনা অকিবা লৈতনা ইরন্মী, "ঐ করিসু অকিবা পোকখিদে মরমদি বাবানা ঐগী ইনাক্তা ফমদুনা লৈবা উখি।" অসিদসু নত্তনা থাঙ্ থাগদবগী ওপরেশন তেবলদা লৈরবা অনাবদা দর্শন পীনবিদুনা অকিবা কোকহনবিখিবা কয়া লৈরি। ভক্ত কয়া অমগী পুক্নি লোমদুনা অরোইবা য়াহিপ তাল্লমদাইদা বাবানা মাগী দর্শন পীনবিদুনা ইংনা তপ্না লানবিখিবা কয়া অমগী ব্বারী লৈরি। অসুম্না মাগী দর্শন ফংজখ্রবা ভক্তশিং অদুদি পোকপা শিবগী চক্র অদুদগী মুক্ত ওইরবনি। বাবাবু থাজরবা ভক্ত অদুদি অকিবা পোক্তে, মরমদি ইবুংঙো মহাক্তি ইচং থৌবা অমসুং থৌনাগী লোইবা নাইদ্রবা ঈফুৎনি।

আসামগী টেজপুরদা ৱাগী উমং অমা মৈ হৌরক্তুনা ফাইয়র এক্সটিঙ্গুইজর মেচিন কয়ানসু মুখৎপা ঙল্লরোইদবা মৈজাও লম্মৈ অদুবু, মফম অদুদা লৈবী বাবাগী ভক্ত অমনা, অৱাবা খোঙ্থাংগা লোয়ননা কপ্লদুনা "সত্য সাঈ বাবা" হায়না কৌরক্লবদা মৈ অদু সেকেন্দ মঙাগী মনুংদা মুৎখিবগী মিৎনা উবা ৱারি লৈ। মফম অদুদা লৈরম্বা আর্মি ওফিসার অমনা হায়, "ফাইয়র ইঞ্জিন কয়ানা মুৎথৎনবা হোৎনরবসু অদুক খোঙ্লৈ-থুনা মৈ অদু মুৎপা ঙল্লোই।" অসিদসু নত্তে, বাবাদি মীওইবগী পূক্নীংগী লোত্তুনা লৈবা "তুক্কচবা" কৌবা মৈরি অদুবুসু মুৎহনবা ঙম্মী।

অসুম্না অকিবা পূম্বা লৈহনবিদ্রবা সাঈবু "ওঁ শ্রী সর্ব্বভয়নিবারিণে নমঃ" হায়না খুরুমজরি।

## (২৬) ওঁ শ্রী আপস্তম্ব সূত্রায় নমঃ

'আপস্তম্ব', মুনি অমগী মমিংনি; 'সূত্র' হায়বদি ধর্মগী লাইশোন তিনশোল পাঙথোক্লবগী পূজাপদ্ধতি, পুজাগী নিয়ম তাকপা বাক্য অদুবু খঙ্নৈ। আপস্তম্ব মুনিনা সূত্র মখল অমা ইরম্মী; মদু 'আপস্তম্ব সূত্র' হায়না খঙ্নৈ। ভারতবর্ষগী শাগে জাৎ অৱাংবনি হায়না খঙ্নবা কাংবুদি পারী পুরী হংনবদা ইপা-ইপুগী ধারা তাকপগী মথক্তা, করম্বা গোত্র অমসুং করম্বা মুনিগী লাইনীং-লাইশোন (সূত্র) চৎলি তাকনৈ। সত্য সাঈ বাবাদি মহাক শিব-শক্তিগী অপুনবা লাংওন্নি, ভারদ্বাজ পরম্পরাগী লাইনিং চৎপা অমসুং মদুগা লোয়ননা ভক্তশিংবু আশীর্বাদ পীরগে কুমথরক্লবনি হায়না লাউথোকখি। সূত্র ইরম্বা আপস্তম্ব মুনিবুসু বর পীরগে হায়দুনা লাংঙোল্লকপনি হায়না লাউথোকপিখ্রবনি। বাবানা চহি ১৪ শুরকপা মতমদা অসিমসু লাউথোকপিখ্রবনি, "ঐদি শির্ডি সাঈ বাবানি, ভারদ্বাজ গোত্রনি অমসুং আপস্তম্ভ সূত্রগী নিয়ম চৎপনি।"

মতাং অসি য়ৌরকপদা বাবাদা স্তুতি তৌজবা ওইনা নুমিৎ অদু নীংশিংহৌশি। নোংমা শ্রী সত্যনা অহাংবা অতিয়াদগী মখূৎনা অথুম অহাও কয়া লৌর-লৌরগা মমান্নবা ময়াম অদুদা পীজরক্লবদা মীয়াম কোইশিন্দুনা য়েংনরম্মী। সত্যগী য়ুম্লোন্নবা অমনা, "নচানুপাদু কূম্মে ওইহৌরবনি, মীনা পূমকোই কোইশিন্দুনা লৈহৌরবনি" তম্লরবদা মপাবুং পেন্দবেক্কপ্পা রাজূ শাওনিংবোই, ইকাইবোই তৌদুনা মচাবু হেক্তা ফুরগে নীংদুনা চৈ অমা পায়রগা সত্যগী মনাক্তা লাকখি। 'ঙসিদি ভুৎলা-প্রেৎলা শেংনা তাকউ নত্রবদি চৈ অসি উবরা ?' 'নঙনা অদুম্না হেক্তা তৌরগা কনানা থাজগনি, প্রমান পীয়ু', মপানা হায়খি। অঙাং ওইরিবা সত্যনা ঈংনা তপ্না "লৈ খরা পীবিয়ু" হায়জরম্মী। মালিকা খুজোক অমা ফংলবদা মদু অতিয়াদা চাইখৎলম্মী। লৈবাক্তা তেলেগু ময়েক্তা 'সাঈ বাবা' হায়না মালিকা লৈশিং অদু তাখি। মতম অসিদা সাঈ বাবা কনানো হায়বসি অন্ধ্রপ্রদেশতা খঙদ্রিবনি।

ব্রহ্মপুরাণগী মতুংইন্না আপস্তম্ব মুনিনা চহি কয়া লাইনিংদুনা শিবগী দর্শন অমসুং বর ফংজখি। শির্ডিদা অবতার ওইবিরম্বা শির্ডি বাবানা হান্নন মসিমসু তাকপিখ্রবনি মদুদি মহাক ভারদ্বাজ গোত্রগী ব্রাহ্মননি অমসুং আপস্তম্ব মুনিগী বৈদিক পরম্পরাদা ইবা সূত্রগী নিয়ম ঙাক্না চৎপনি। মতৌ অসুম্না, হন্দক সত্য সাঈ বাবানা মশাগী চহি তরামরি শুরকপদা লাউথোকপিখিবা অসিনা শির্ডি সাঈ অমসুং সত্য সাঈ বাবা অনীমক অমত্তনি তাক্লি।

অসুম্না ঋষি আপস্তম্ব সূত্রগী নিয়ম ইনবা ভারদ্বাজ গোত্রদা পোকপা সত্য সাঈ বাবাবু "ওঁ শ্রী আপস্তম্ব সূত্রায় নমঃ" হায়না খুরুমজরি।

## (২৭) ওঁ শ্রী অভয় প্রদায় নমঃ

'অভয়', অকিবা লৈতবা; 'প্রদায়' অপীবা হায়বনি। 'প্রদাতা'-দান য়াম্না চাওবা তৌবা মী-হায়বা ৱাহৈ অদুগী ব্যাকরণগী ওইবা পূনশল্লবা মওংনি। অশম্বদা সত্য সাঈ বাবাবু অকিবা কোকহনবিবা ঈশ্বর অমা ওইনা গুণগান তৌবনি।

রামায়ণদা ভগবান রামনা "ঐ অসি মীয়াম পূম্নমক্কী চঙজফম ওইরগনি; ঐনা পূম্নমকপু অকিবদগী মুক্ত ওইহল্লগনি, মসি ঐগী ৱাশক্কি।" (অভয়ম্ সর্বভূতেভ্য দদাম্যেতৎ ব্রতম্ মমঃ) তাকপিখিবা অদুগা য়াম্না মান্নরি। মরম অসিননি, বাবানা খুবাক তিংথোক্লগা থাঙ্গৎতুনা আর্শীবাদ তৌববু ঐখোয়না "অভয় হস্থ" হায়রিবা। মহাক্কী ফোতো নত্রগা যন্ত্র য়াওবা লিক অমা পীরকপা নত্রগা মহাক্কী মমিং শোঞ্জবা নত্রগা নীংশিংজবতদা ভক্ত কয়াবু লানফমদা য়েক্লবদগী কনবিখিবা ৱারী লৈখ্রবনি। ভক্ত অমনা লানফমদা য়েক্লবনা লান্দারক্লবদা বাবাগী ফোতো অমা উৎলুবতদা য়েক্লবগী সিপাহি ৮ চেনখিবগী ৱারী লৈরিবনি। অসিদা নত্তনা দুর্ঘটনা কয়া, মৈহৌ-লাংপোক কয়া, ঈশিং ঈচাউ কয়া অমসুং বোম লংশল্লকপদগী কনবিখিবা কয়ানি। 'অভয় হস্ত' গী মুদ্রা অসিমক্তি লাইশংদা ভগবানগী মূর্তিশিংদা য়াম্না তোয়না থেংনবা মুদ্রানি। বাবাগী অসিগুম্বা মুদ্রা অসিনা ভক্তশিংদা ফত্তবা মিংয়েং চঙ্গদবদগী ঙাকথোকপী; য়েক্লবদনা অকিবা পোকহল্লি। অসিগুম্বা খূৎকী মুদ্রা অসি ভক্তশিংগীদমক্তদি বাবাগী থৌজাল শোয়দনা ফংলগদবগী খুদম্নি। অদুনা বাবাগী ভক্তশিংনা মুদ্রা অসি য়াওবা মহাক্কী তসবীরদা পূজা তৌবা পাম্মী; পূক্লীং লুমই। মরমদি মসিনা মখোয়বু, লায়না-তীন্না, খুদোংথিবা কয়াদগী কনবি। খ্বাইদগী [illegible] ওইবা, বাবানা ভক্তশিংদা কোক্হনবিবা অৱাবা অসি পোকপা অ[illegible]শিবগী চক্রদগী লানবিবা অসিনি। ভগবান কৃষ্ণনা গীতাদা তাকপিখিবা অদুগসু

মান্নরি, "নঙনা কন্না নুংনাংলিবা, অচুম্বনা কদায়নো, অরানবনা করিনো, অফবা-ফত্তবনা করিনো হায়না কন্না খল্লিবা অদু পূমতোক তোকথোক্লগা নঙগী বিচার পূম্নমক ঐঙোন্দা চংজরো; ঐগী অনীংবগী মতুংইন্দুনা ঐগী হুকুম চংলু; ঐনা নঙবু কনবিগনি। নঙ করি অমত্তা খ্রাগনু।"(৭) মসিমক যুগ-যুগ খূদিংদা অবতারশিংনা ভক্তগী অকিবা কোকহনবা কয়া অদুগা চপ্ মান্নবা মওংদা সাঈ বাবানা কলি যুগ অসিদা অমুক হঞ্জন্না থৌজানবিরবনি।

অসুন্না, অকি-অখণ্ড য়েংখাই থিনগাই পুম্বদগী কোকহনবিবা সাঈবু "ওঁ শ্রী অভয়প্রদায় নমঃ" হায়না খুরুমজরি।

## (২৮) ওঁ শ্রী রত্নাকর বংশোদ্ভবায় নমঃ

"রত্নাকর" গী অর্থদি রত্ন (মণিমুক্তা) থোকফম হায়বনি। সমুদ্রদা মুক্তা (পার্ল) অমসুং পোহাল (কোরেল) ফংই। লৈপাক (পৃথিবী) দা অতোপ্পা মণি তরেৎ ফংই। অদুনা 'রত্নাকর' হায়রগা সমুদ্র অমসুং পৃথিবীবু খঙনৈ। বাবাদগী ঐখোয় রত্ন য়াম্না ফংই। মহাক্কী পাউতাক (উপদেশ), থৌনা (উৎসাহ), পূম্নমক রত্ন (মণি) ঙাক্তনি; ঐখোয়না ফংজরিবা ইবুংঙোগী আশীর্বাদ, বুদ্ধি অমসুং জ্ঞান, পূম্নমক রত্ন ঙাক্তনি। পূম্নমক অসিগী মথক্তা অসুক লাইবক ফরবা, রত্ন কয়া ফংলবা ভক্ত, ঐখোয়না য়াম্না অঙকপা অমগা লোয়ননা নুংঙাইজরিবদি সত্য সাঈ পোকখিবা পুট্টপর্তিদা লৈবা রাজু শাগেগী য়ুম্নাক মমিং অসি রত্নাকর (রত্নগী হৌরকফম) ওইরম্বা অসিনি।

বাবানা তাকপি মদুদি অবতার অমা তৌদ্রিঙৈদা ভগবাননা হান্ননা মহাক্কী অবতারগা চুনবা শাগে, য়ুম্নাক অমসুং মফম খল্লি। পুট্টপর্তিগী কোণ্ডম্ রাজু কৌবা সত্য সাঈগী মপা পোকপা মবুধৌ, চহি ১০০ হেন্না

পুন্সিখিবা অহল অদু রত্নাকর শাগৈগী রত্ন অমনি; অতোপ্পা রত্ন অমনা মচানুপা অহল পেদ্দবেঙ্কপ্পা রাজুনি। মরমদি মপুবোক কোগুম রাজুনা রত্নাকর ধারাগী "বেঙ্কাবধুত" কৌবা সাধু অমা পূজা তৌজে। সাধুগী আশীর্বাদতগী ফংজবা মচা নুপা অদু সাধু অদুগী মমিং লৌদুনা পেদ্দবেঙ্কপ্পা রাজু কৌবনি। সত্য সাঈগী মপাবুংনি। মরম অদুনা সত্য সাঈ বাবাবু রত্নাবলি অসিদা 'রত্নাকর বংসোদ্ভব', রত্নাকর শাগৈদা পোকপা হায়না শৈথাবনি।

মমা ইবেম্মা ঈশ্বরম্মাগী অঙাং ওইরিঙৈগী মমিং 'নমগিরম্মা' কৌই। মহাকপু ঈশ্বরম্মা কৌখিবগী মরমদি মহাক্কী মপানা ঈশ্বরগী মন্দির অমা কৎতুনা ঈশ্বরগী মূর্তি অমা অভিষেক তৌজবদগী ফংজবা মচানি হায়না ঈশ্বরম্মা কৌখিবনি হায়রি। মকুবোক কোগুম রাজুনদি মাগী মশুনুপা সত্যনারায়ণ রাজু অসি 'ঈশ্বর' নি; ঈশ্বরগী মমাদি ঈশ্বরম্মা কৌগদবনি হায়না ঈশ্বরম্মা কৌখি।

সাঈগী মপা ইবুংঙো পেদ্দবেঙ্কপ্পা রাজু অমসুং ঈশ্বরম্মা মমা ইবেম্মা অনীনা খ্বতি চুম্না অমসুং পূজা পদ্ধতি কায়দনা সত্যনারায়ণ পুজা লাৎচবদগী ফংজবা মচা ওইবনা ঐখোয়না সত্যনারায়ণ রাজুবু সত্য নারায়ণগী অবতার অমা ওইনা ফংজবনি। অসুম্না অবতারশিংগী মরক্তগী রত্ন অমা ওইবা, 'সত্য সাঈ বাবা' ওইনা মরাইবক ফরবা মমা-মপাগী মতম্বাক্তা আগমন ওইবিররে। ঐখোয় ভক্ত পূম্নমক্না অসিগুম্বা সত্যনারায়ণগী অবতার ওইনা রত্নাকর শাগৈদা শায়োনবিরিবা বাবাগী থৌজাল ফংজদুনা মহাক্কী পাওখোল্লোই ওইজগে; ইবুংঙো মহাক্কী প্রেম সঙ্গীৎকী বাঁশী ওইনা থৌগঙ্জগে নীংজদুনা শ্রদ্ধা অমসুং ভক্তিগা লোয়নননা "রত্নাকর শাগৈদা পোকপিরিবা সাঈবু", "ওঁ শ্রীরত্নাকর বংশোদ্ভবায় নমঃ" হায়না খুরুমজরি।

## (২৯) ওঁ শ্রী শির্ডি সাঈ অভেদ শক্ত্যাবতারায় নমঃ

শ্লোক অসিগী মূল তত্ত্বদি ৱাহৈ অহুম্না পূনশল্লগা পীরি - 'অভেদ' + 'শক্তি' + 'অবতার'। 'অভেদ' হায়বদি খেন্নবা লৈত্রবা হায়বনি। অশম্বদা, পুট্টপর্তিগী সত্য সাঈ বাবানা শির্ডি সাঈ বাবাগা শক্তিদা করি মত্তা খেন্নবা লৈতবা অবতার তৌরকপনি হায়বনি।

'সত্য' সাঈ বাবা মশামক্তা মশাবু 'সাঈ বাবা' কৌজে। মসি চুম্নগী মিঙ্গৌ শমজনবা নত্তে; সাঈবাবা অনীমক্কী মরক্তা খেন্নবা লৈতে হায়বা বাবানা খঙ্হনবনি। বাবানা চহি ১৪ শুরকপদা মশামক্তা মহাক সাঈ বাবানি হায়না লাউথোক্লিঙৈদা 'সত্য নারায়ণ' কৌরম্বা মতমগী 'সত্য' হায়বা ৱাহৈ অদু পাউজেল অসি লাউথোকখ্রবা মতুংদগীদি হাপখিদ্রবনি।

পুট্টপর্তিদা 'সত্য' সাঈ বাবা হায়না কৌজবদা য়াবা অমত্তং হায়ববু পুট্টপর্তিদা লৈবীরিবা বাবা অসি অশেংবা (সত্য) সাঈ বাবা অদুনি হায়বা খঙ্ননবখক্কী অমসুং নৌনা খোংদারক্লিবা ভক্তশিংদা ৱারী-ৱাতাই শাবদা মচা তানবগী ৱা মঙাইরে।

মসিগী খুদম হায়ববু শির্ডিদা কনাগুম্বা ভক্তনা সাঈ বাবাবু খুরুজবা মতমদা ভক্ত অদুদা মহাক্কী চিত্র, মূর্তি নত্রগা পর্তি বাবা মশামক্কী দর্শন নত্রগা শির্ডি সাঈগী দর্শন হেক হেক পীনবিদুনা অবতার অনী অসি খেন্নবা লৈতে হায়বা তোয়না ঈঙ্গিৎ পীরি। বাবা মশানসু লাউথোকই, "নহাক্না শির্ডিদা কংলিবা অদু ঐগোন্দা অদুম য়ৌই।"

শির্ডি সাঈ বাবাগী মূর্তিখক্তদা চাংনাইনা পূজা তৌজবা য়াম্না অহুল ওইরবা ভক্ত অমনা পুট্টপর্তি তানা বাবাগী চরণদা চঙ্জরকপা মতমদা বাবানা তাকপিখি, "নহাক্না থম্মোই শেংনা শির্ডিদা পূজা তৌবদু ঐ পোল্লি; অদুবু করিগীনো নঙনা মী অতোপ্পগী মতেং হেক-হেক নিরিবা, ঐগোন্দা হায়রকউ, ঐ নঙগী নতেং পাংগে।"

অসিগুম্বা মিৎনা শঙ-শঙনা উরবা (অপরোক্ষ অনুভূতি) খরা অসিদগী ইচম চমজরবা মনাই ভক্তশিংনা শ্রদ্ধাগা লোয়ননা পুট্টপর্তি বাবাবু শির্ডি সাঈ বাবাগা মান্নবা শক্তিদা অবতার তৌবিররবা সাঈনি হায়দুনা "ওঁ শ্রী শির্ডি সাঈ অভেদ শক্ত্যাবতারায় নমঃ" হায়না খুরমজে।

## (৩০) ওঁ শ্রী শংকরায় নমঃ

"শংকর (শঙ্কর) ৱাহে অসি "শং" অমসুং "করোতি" হায়বা ৱাহে অনীনা শেম্বনি। "শং" (নুংঙাইবা), "করোতি" (থবক তৌরিবা মহাক, কর্তা।) ৱাহে অনীনা পুল্লগা থোক্লিবা অর্থদি 'মহাক্না খুদিংমক্তা লনথুম, নুংঙাই-য়াইফবা কোনশেং ওইনা পীবি' হায়বনি। বাবানা লাউথোকখি, "ঐগী ভক্তশিংগী লৈফমদা শেৎন-চানবা অৱাৎপা লৈরোই। ঐনা ভক্ত অমত্তবু অৱাবা তাহল্লোই।"

তশেংনমক ইবুংঙো মহাক্তি 'দর্শনম্ পাপনাশনম্', দর্শন তৌজবতদা পাপ্ কোক্পনি। মহাক্কী চরণ শোকচবদি কর্ম ফত্তবা তৌখিবগী পোৎলুম অদু লৌথোকপীবনি। ইবুংঙো মহাক্না ৱারী শাজবদি অৱাবা কোক্পিবনি; থৌনা হাপ্পীবনি। বাবাদা শিব মহাদেবগী মগুণ পুম্নমক য়াওরি। মহাক্তি 'বিভূতিভূষণ' নি; হকচাংদা উৎনা (বিভূতি) ফিজেৎ ওইনা থোনবনি।

মহাক্তি ভগবান শিবগুম্না ইচম চম্না উন্নবদা নুংঙাইজবনি (সুলভপ্রসন্ন)। মহাক্কী থৌজাল্দি য়াম্না লায়না ফংজবনি। হম্পিদা লৈরিবা "বিরূপাক্ষ তেম্পল" হায়না মমিং চৎলবা মন্দির অদুদা মহাক্না শিবগী দর্শন ইতৎ তত্তনা পীরি। বাবাবু শৈথাদুনা খুরুমজবা (প্রশংসা) মতাং অসিদা বিরূপাক্ষ মন্দিরগী ৱারী অমা লৈখিবা অসি অমুক হন্না নীংশিংনিংঙাই ওইরি। অঙাং ওইরিবা সত্যনা চহি ১৪ শুরকপদা মহাক্কী চমৎকার কয়া শাফোংলক্লবদা সত্যগী ময়াম্না শেষম্ রাজুনা মনাও

সত্যনারায়ণবু উরবকৌন্ডগী হন্সিপ কৌবা মফম অদুদা পুদুনা বিরূপাক্ষ মহাদেবগী মন্দিরদা, মনাওনুপাবু লাই-তীন ওক্লবা ওইনা খল্লদুনা, তীনকোক-লাইকোক্লবা খুরুমজে। সত্য নারায়ণ রাজূদি মন্দির মনুং চঙ্লোই হায়দুনা মন্দিরগী ফক্লাংদা ঙাদুনা লৈহৌই। অঙকপদি, আরতি কৎলকপা মতমদা মহাদেবগী মূর্তি লৈফম অদুমক্তদা সত্যনা নোকমি-নোকমি লেপ্তুনা লৈবা উখি। ময়াম্বা শেষম রাজূ পাখৎচখি। সত্যদি মপান্দা লেপ্তুনা লৈহৌই হায়রক্লবদা মপান্দা চেম্হোক্তুনা য়েংলুই। হান্নগুম ফক্লাংদা ঙাদুনা লৈরমই; পাখত্তুনা ময়াম্বনা মন্দির মনুংদা অমুক য়েংলুবদসু মতম অদুমক্তদা শিব মহাদেবগী মূর্তি মফমদুদা অদুম লেপ্তুনা লৈরম্মী। নুমিৎ অদু তাং ২৩।৫।৪০ নি। শ্রী শেষম রাজূনা ঙকপদা খম থেংখি; মনাওনুপাগী মগুণ খঙলকপগুম তৌখি। নুমিৎ অদু কাউবা ঙমখিদে। মৈসূর ষ্টেটকী মমিং চৎলবা কোতনাঘট্টাগী শিব মন্দিরদা লাৎলিবা শিব লিঙ্গদা সত্য সাঈ অমসুং শির্ডি সাঈ অনীমক্কী আকৃতি অদু হৌজিক-ফাওবা উবা ফংলি। ভক্ত কয়ানা মহাকপু শিবসাঈ ওইনা দর্শন ফংজবদগী মদুবু লাইশোন ঈশৈ অমসুং কবিতা কয়া ঈশৈ ওইনা মফম অদুদা শক্লরি। 'শঙ্কর' হায়বসি 'শিব'গী অতোপ্পা নামনি। বাবাগী পূন্সিগী ৱারী ইবা লাইরিক্কী মমিং "সত্যম্ শিবম্ সুন্দরম্" থোক্লি - মহাক শিবনি হায়বদি মহাক শঙ্করনি।

অসুম্না শ্লোক অসিনা পর্তি বাবাবু ভগবান শঙ্করগী শক্লোন লৌবিরিবা সাঈনি হায়দুনা "ওঁ শ্রী শংকরায় নমঃ" হায়না খুরমজরি।

## (৩১) ওঁ শ্রী শির্ডি সাঈ মূর্তয়ে নমঃ

"শির্ডি সাঈ মূর্তয়ে" হায়বদি সত্য সাঈ বাবা অসি শির্ডি সাঈ গী অতোপ্পা মূর্তি অমনি, শির্ডি সাঈগী অবতারনি তাকপীরিবনি।

শির্ডি সাঈ বাবাগী শায়োন্নি হায়বগী চেনফদ্রবা প্রমান্দি (প্রত্যক্ষ) সত্য সাঈনা চহি ১৪ শুরকপা মতম, ইংশক ১৯৪০ অসি পুট্টপর্তিদা কনা অমত্তনা, চহি ২২ গী মমাংদা শির্ডিদা থোকখিবা থৌদোক হায়বদি ইংশক ১৯১৮ দা শির্ডি মহাক্না মহাসমাধি ফংখিবগী ৱারী খঙ্‌বা নত্ত্রি। থাপ্নপ্রবা লম্নি অমসুং তাম্নপ্রবা মতমনি। অদুবু, সত্য সাঈ বাবানা শক ১৯৪০ দা চহি ১৪ শুরকপা অঙাং ওইরিঙৈদা, 'ঐগী থবক্কী মতম লাক্লে; ঐগী ভক্ত ময়াম্না ঐবু কৌরে' হায়দুনা মহাক্না তন্নিবা লাইরিক ময়াম অদু লংথোক্কুনা লাউরকখি।

বাবানা তাকপিখ্রিবা 'ঐগী থবক্কী মতম য়ৌরক্লে' হায়রিবা অসি অদুঙৈ শির্ডি সাঈ বাবানা পাঙথোক্লে নীংলম্বা, শির্ডিদা ৱাংহৌবা থবকশিং অদুনি। মসিসু ঐখোয়না ভাবনা শাজনবা য়াবা নত্তে; শির্ডি সাঈ বাবানা হান্ননা লাউথোক্পিরম্লবনি, "ঐনা মী লাক্ক কয়া 'শুভ্র মার্গ' অচুম্বা অঙানবা লম্বীদা লমজীংগদবা লৈরি। ঐনা মখোয়বু পঙ্ছুংফম হেক য়ৌদ্রিবা ফাওবা লমজীংগনি। ঐগী থবক হায়ববু মখোয়বু বর পীবা মঙ্গল পীবা অসিতনি।" অসুম্না হান্ননা লাউথোকপ্রবা থবক অসিনি হন্দক সত্য সাঈ বাবানা শক ১৯৪০ দা 'ঐগী থবক্কী মতম য়ৌরক্লে' হায়না লাউথোকপিরক্লিবা। মহাক্কী আশীর্বাদনা ভক্ত খূদিংমক্কী অনা-অয়েক কয়া কোকপিরি; পূক্নীং শেংদোকপিরি অমসুং মীপূম খূদিংদা আশাগী মঙাল পীবিরি। শির্ডি সাঈ বাবাগী অবতারনি হায়বগী অতোপ্পা ৱাফম অমনা মহাক্না থুপত্রিঙৈগী মমাংদা 'ঐ চহি ৮ গী মতুংদা অমুক হল্লকখিগনি' হায়বিরম্বা অদুনি। অদুগা চপ চান্ননা ইং শক ১৯১৮ দা মহাক্না মহাসমাধি ফংখিবা মতুং চহি ৮ লৈরগা ১৯২৬ তা সত্য সাঈ বাবানা খোংদাবিরকপা অসিনি।

অসুম্না, পুট্টপর্তিদা সত্য সাঈ বাবা কৌজরবসু ইবুংঙো মহাক অসি শির্ডি সাঈগী শক্লোন লৌবিরবা সত্য সাঈ বাবানি হায়বা খঙজরদুনা মহাক্কী ভক্তশিংনা "ওঁ শ্রী শির্ডি সাঈ মূর্তয়ে নমঃ" হায়না খুরমজরি।

## (৩২) ওঁ শ্রী দ্বারকামায়ি বাসিনে নমঃ

শির্ডি বাবানা শির্ডিদা মুসলমানশিংগী লাইনীংশঙ্ মসজিদ অমা শাখি। মদু মহাক্না মহাক্কী ভক্ত ময়ামগা লোয়ননা দরবার তৌফম ওইনা শীজিন্নখি। মতম অদুদা বাবানা তাকপিখি, 'হৌজিক লাইনীংশঙ্ অসি মসজিদ ওইদ্রবনি; দ্বারকা ওইরবনি। বাবানা মখা তানা তাকপিখিবগী মতুংইন্না দরবার হোল অদু দ্বারকামাঈ (দ্বারকা ইমা) অমসুং মসুদিমাঈ (মসজিদ ইমা) অনীমক ওইরে। মরমদি মসিনা মমা অমনা মচা শেন্নবগুম জাৎ-বিজাৎ খায়দনা মথৱাই কল্লে; মতেং পীরে অমসুং পীবা য়াবা মীনুংশিগা লোয়ননা খুদোংচাবা কয়া পীরে। 'দ্বারকা' হায়বদি থোঙ্ মরি হাংদোক্নুনা লৈবা, মী মখল মরি (৪) দা বর মখল মরি পীবা অদুবু খঙনৈ। বর মখল মরি অদু 'ধর্ম', 'অর্থ', 'কাম' অমসুং 'মোক্ষ' হায়রিবদুনি। বর মখল মরি (৪) অসি পুরুষার্থ কৌই। বর অসি ফংগদৌরিবা মী মখল ৪ অদুগী অহানবা অদু 'আর্ত' কৌই, অৱাবা নংলবা ভক্ত কাওবুবু খঙনৈ; অনিশুবা মী মখল অদুনা 'অর্থার্থী' কৌই, মখোয় অসিদি নুঙাই য়াইফবা, লনথুম পামজবা মখলগী মীশিং অদুনি; অহুমশুবা কাওবু অসিনা, 'জিজ্ঞাসু' কৌই, মখোয় অসিনা মহে-মশিং, মবুদ্ধি মরৌশিং চাওখৎপা পামজবা কাওবুনি; মরিশুবা মী জাৎ অসিনা 'জ্ঞানী', ব্রহ্মজ্ঞান খঙ্লবা কাওলূপনি। মী মখল মরি অসিমক্তি গীতাগী শ্লোক্তা 'চতুর্বিধা ভজন্তে মাম'-পুন্য চেনবা মী মখল মরিনা ঐবু পূজা তৌই হায়না ভগবান কৃষ্ণনা অর্জুনদা তাকপিখিবা মী মখল ৪ অদুনি। (৮) হৌজিক অমুক সত্য সাঈ বাবানা অবতার তৌরক্লবা মতম অসিদদি প্রশান্তি নিলয়মনা দ্বারকা হায়বদু ওইররে। অদুগা থাইনা শির্ডি বাবাগী দ্বারকা মাঈদা তৌবগুম্না, ভক্ত মখল ৪, 'আর্ত', 'অর্থার্থী', 'জিজ্ঞাসু' অমসুং 'জ্ঞানী'শিংদা পুরুষার্থ মরি (৪) অদু বর ওইনা বাবানা মহাক্কী ভক্তশিংদা পীবিররে।(৮)

পুরুষার্থ হায়বদি মী অমগী পুন্সিদা তৌদবা য়াদ্রবা মথৌ (পান্দম)শিং অদুবুনি। পুরুষার্থ মরি - ধর্ম, অর্থ, কাম অমসুং মোক্ষ হায়রিবা অসি ভক্ত (সাধক) অমনা মাগী লমথুংফম (সাধ্য) অদু য়ৌনবা হোৎনবদা সাধন মপুং ফানা মহৈ য়ান্নবগীদমক পুন্সিগী তৌফম থোক্পা মথৌশিং অদুনি; অমত্তা ব্রাৎপা য়াদে। পুরুষার্থগী ইহান হানবা মচন্ 'ধর্ম' হায়রিবা অসি কর্মবুনি। অফবা কর্মবু ধর্ম কৌই হায়বা হেক নীংশিংনবা ধর্ম হায়রুবনি। 'অর্থ' হায়বদি লনথুম্বুনি। 'কাম' হায়বদি শাস্ত্রনা য়াবা অপাম্বা অদুনি। 'মোক্ষ' হায়বদি অরান খুবম ফংবা হায়বনি। পুরুষার্থ পাঙথোক্লুবগীদমক সাধক নত্রগা ভক্ত অদু য়াম্না মতিক চাবা অমা ওইগদবনি। অদুগুম্বা মতিক চাবা সাধক ওইহনবিগে হায়বগীদমক বাবানা ঐখোয়বু দ্বারকাদা কৌশিল্লিবা অসিনি। পুরুষার্থ মরি অসি মথং-মনাও ওন্নবসু য়াদবনি। ভগবানগী কৃপা লৈত্রবদি পান্দম মরিমক মপুং-ফানা পাঙথোকপা ঙমগন্দে।

অমরোমদা বর ফংগদৌরিবা পুন্য চেনবা ভক্ত মখল মরি অসিগী প্রার্থনাসু তোঙান-তোঙাল্লি। 'আর্ত ভক্ত'না ভগবানদা কপ্তুনা প্রার্থনা তৌই; 'অর্থার্থী ভক্ত'না ওইজ-ওইথক, লনথুম, সম্মান, নুংঙাইবা, ভোগ ফংননবগীদমক প্রার্থনা তৌই। মনিং থুংদ্রগা ভগবানবু চৈ-থাংই, নিন্দা তৌই। ভগবানদগী থাপতোরকই; কা-হেঞ্জল্লক্লগা নাস্তিক 'লাই থাজদবা' ফাওবা ওইরকই। অদুনা, 'আর্ত' অমসুং 'অর্থার্থী' ভক্ত মখল অনি অসি অনেম্বা থাক্কীনি। অদুবু ভগবাননা মখোয় অসিবু থৌশাদবা তৌদে; মরমদি ভগবাননা খঙই মহাক্কী ইচ্ছানি মদুদি অপিকপদগী অচৌবা ওইরকই, 'অবিদ্যা' হায়বদি ব্রহ্মতত্ত্ব য়াওদবা শিক্ষাদগী 'বিদ্যা' হায়বদি ব্রহ্মতত্ত্ব ফংনরিবনি। ভগবাননা অসিগুম্বা ভক্তশিংবু অঙাংনা মনীং থুংদ্রিবা মথৈ মমাদা নিংঙাই তৌজবনি খন্দুনা মোমোন-মোমোন নোক্লা মথং মথং

অৱাংবা থাক্তা কাখৎনবা লমজীংবীরি। অহুমশুবা মখলগী ভক্ত 'জিজ্ঞাসু' দি ভগবানদা পেনবীনবগীদমক প্রার্থনা তৌদে। ভগবৎ তত্ত্ব ফংনবগীদমক ইবুংঙো মাগী শক্তম অদু থম্মোইদা ঈরাৎচনবগীদমক খুরুমজে। মরিশুবা মখলগী জ্ঞানীভক্তসু জ্ঞানমার্গদা চেৎনা থাজবা সাধক ওইবনা প্রার্থনা তৌদে। মহাক্তি ভগবানগী অশেংবা মশক অদু খঙ্নবা তাল্লিবনি। করিগুম্বা মহাক্না প্রার্থনা তৌরক্লবদি, মদু মপাম্ভোংগী অচম্বা ৱাখল খরদং পোকহন্নবগীদমক্তনি। মদুদগী হেঞ্জিনবা কান্ননিঙাই অমা খল্লুদে। ইবুংঙো মাঙোন্দগী কান্নবসু কান্নদবসু থৌশারুদে"(১) অদুবু বাবানদি মখল মরি (৪) অসিগী ভক্তশিংবু বেদগী ক্রিয়াকাণ্ডগী পদ্ধতি কায়দনা পূজা তৌবা তঙাইফদে তাকপি। মরমদি মসিনা ভক্ত খুদিংমক্কী চিত্তশুদ্ধি ওইহল্লি; থম্মোই শেংহল্লি হায়না তাক্পি। অসুম্ তৌরবদি পুরুষার্থ মরি অসি পাঙথোকপদা হেন্না মতিকচাবা ওইহল্লি।

শির্ডিদা শায়োন ওইরিঙৈদা বাবানা দ্বারকাবাসি অমা ওইবগী ধারনা কায়দনা শ্রীকৃষ্ণগী মূর্তি অমা খিল্লগে খনখি, অদুবু মদু নঙলমদনা শায়োন থুপখিবনা হানখ্রে। হৌজিক্তি পর্তি সাঈ বাবানা পুট্টপর্তিদা লৈরিবা প্রশান্তি নিলয়মবু দ্বারকানি অমসুং বাবা মশামক দ্বারকামায়িবাসি (দ্বারকাদা লৈবা) অমা ওইরবনি খঙ্হল্লদুনা প্রশান্তি লাইশং মাণ্ডবকী থোংজিন্দা কৃষ্ণ মূর্তি অমা, অতোপ্পা কৃষ্ণগী মূর্তি অমনা 'বেদি' হায়না খঙ্নবা লাই ঈরাৎফমদা, অহুমশুবনা লাইখুরুমফম মাণ্ডবতা, মরিশুবনা মাণ্ডপকী ৱাংমদা খরা ৱাংলপ্পা কৃষ্ণগী মূর্তি অমা, অসুম্না পূন্না কৃষ্ণগী মূর্তি মরি স্থাপন তৌবিররে।

অসুম্না, শির্ডিগী দ্বারকামায়িদা মমাংগী মপোক্তা শির্ডি সাঈ মিংলেন তৌবিদুনা লাংওন্‌বিখিবা সাঈনা পুট্টপর্তিদা প্রশান্তিগী দ্বারকামায়িদা অমুক শায়োনবিরক্লবা সত্য সাঈ বাবাবু "ওঁ শ্রী দ্বারকামায়িবাসিনে নমঃ" হায়না খুরুমজরি।

## (৩৩) ওঁ শ্রী চিত্রাবতী তট পুট্টপর্তি বিহারিণে নমঃ

'চিত্রাবতী', তুরেল অমগী মমিংনি, 'তট' হায়বদি তোর্বান হায়বনি, 'পুট্টপর্তি' হায়বনা বাবানা অবতার তৌখিবা খুঙ্গংগী মমিংনি; 'বিহারিণে' হায়বদি লীলা শান্নবা হায়বনি। চিত্রাবতী তুরেল মপান্দা, পুট্টপর্তি খুঙ্গংদা শায়োনবিদুনা লীলা (বিহার) কয়া শান্নবিখিবা বাবাবু খুরুমজরি হায়বা ৩৩ শুবা নামাবলি অসিনা তাকলি।

নামাবলি ১৮ শুবদা বাবাগী বাণী অমদা পনখিবগুম পুট্টপর্তি খুঙ্গং অসি ভগবাননা অবতার তৌদুনা লীলা শান্নরগে হায়না খনবিখ্রবা মফম্নি। খুঙ্গং অসিগী মমিংদা মচেৎ ওইনা য়াওরিবা "পর্তি"গী খোঙ্হোক্না মমাংঙৈ শির্ডি বাবানা অবতার তৌবিখিবা মফমগী "পট্টরি" অদুগা য়াম্না মান্নরি। "পর্তি" কৌখিবগী মরমদি মফম অসি লিন মকোন শাবা লৈপূং মশীং য়াম্না লৈরম্বদগীনি। "পুট্ট" হায়বদি লিন মকোন শাফম লৈপূংবু খঙনৈ।

চিত্রাবতী তুরেল অসি মৈসূরগী মমিং চৎলবা নন্দিগিরি, নন্দি চীংদগী হৌরক্পনি। চীং অসিবু নন্দিগিরি কৌখিবগী মরমসু শিব মহাদেবগী শাদোং ওইরিবা ষন্লাবা নন্দিগী শাওং মানবদগীনি। ইতিহাসকী তাংকক্ অমদা মমিং য়াম্না চৎখিবা ধর্ম চেনবা চোলা শাগৈগী নিংথৌরেন্শিংগী হাক্তক্তা অচৌবা শিবগী মন্দির অমা শাখিরম্মী। নন্দিগী মপু (ঈশ্বর) ওইরিবা শিব ভগবানবু "নন্দিকেশ্বর" হায়না কৌদুনা লাৎলম্মী।

থাজনরিবা ধর্মগী প্রথাদি, নন্দি অসিমক্ ধর্মগী শায়োন্নি হায়বা অসিনি। ভগবান শঙ্করগী শাদোংনি। নন্দিগী মখোঙ্ মরি (৪) অদু 'সত্য', 'ধর্ম', 'শান্তি' অমসুং 'প্রেম' কৌবা খোঙফম মরি (৪) দা নেৎলি হায়বগী থাজবা অসিনি। অসুম তৌনা নন্দিগিরিনা ধর্ম্মগী খোঙফম মরিদা নেত্তুনা চৎপা ফংজবগী আশীর্বাদ ফংজবগুম চিত্রাবতী তুরেলসু বাবাগী বর অহুম

ফংজে মদুদি (ক) সত্য সাঈ বাবানা তুরেন অসিগী তোর্বান্দা শায়োনবিবা, (খ) চিত্রাবতী তুরেল খোংবানগী লৈঙোই শেক্তা মথক্তা বাবানা অঙাং ওইরিঙৈগী বাল্যলীলা শান্নফম ওইবিখিবগী আশীর্বাদ ফংজবা অমসুং (গ) তুরেল খোংবান্দা ঈশ্বরগী নাম শোনবা; মীয়াম পুন্দুনা ভজন কয়া শক্নুনা চহি কয়াদগী রাম নবমী, বৈকুন্থ একাদশীনচিংবা পর্ব খুদিংগী শেংদোকপিবা। অসিগীসু মথক্তা চিত্রাবতী তুরেল লৈঙোয়দগী বাবাগী দৈবিক শক্তিনা ঈশ্বরগী মূর্তি কয়া, চিত্র কয়া, ধর্ম গ্রন্থ কয়া, মনিমুক্তা কয়া, অথুম-অহাও, বিভূতি, অমৃত চফু, অসিনচিংবা কয়া লৈঙোয়দগী ওলহন্দুনা ভক্ত কয়াদা কৃপা ফংহনখ্রবনি। তশেংনা হায়বা তারবদি চিত্রাবতী তুরেল অসি সরযু অমসুং যমুনা তুরেল ওল্লবনি।

অসুম্না চিত্রাবতী খোঙবান্দা লৈবা পুট্টপর্তিদা ঙাম্থোইরিবা সাঈবু "ওঁ শ্রী চিত্রাবতীতট পুট্টপর্তিবিহারিণে নমঃ" হায়না খুরুমজে।

## (৩৪) ওঁ শ্রী শক্তি প্রদায় নমঃ

"প্রদান" গী অর্থদি পীবা হায়বনি; 'প্রদায়', পীবিরিবা মহাক অদু হায়বনি। অশন্বদা, শক্তি পীবিরিবা ইবুংঙো মহাকপু খুরুমজে হায়বনি। বাবানা ঐখোয়দা থৌনা, শক্তি অমসুং জ্ঞান পীবিরি। মরমদি মহাক্তি শক্তিগী শক্লোন, 'শক্তি স্বরূপ' ওইনা পোক্পিরক্লবনি। মহাক্তি শিব অমসুং শক্তিগী অপুনবা শায়োন্নি। কৈলাসকী চীংদোন্দা শিব-শক্তি থাদোক্লদনা লৈবীবগুম পুট্টপর্তিদা পূন্না লৈবিরিবনি। অদুগা লোয়নন্না মহাক্লা মহাক্কা শাগোন্নবা মগুন্, 'শিবম্' অমসুং 'শক্তি' অনী অসিসু ঐখোয়দা পীবিরি। 'শিবম্' হায়বদি অচিক্পা অমসুং আনন্দবুনি; 'শক্তি' হায়বদি হকচাংগী পাঙ্গল, থৌনা অমসুং জ্ঞানগী অর্থনি। অনী অসি মহাক্লা বর ওইনা পীবিরবনি। বাবাদা য়া অমত্তং ওইরবসু ঙাঙবা ফংলবা মহাক অদুদি নুংগী ওইবা

আত্মাবিশ্বাস অমসুং পানগী ওইবা ইশাবু থাজবগী পাঙ্গল পীবিদুনা অকি-অখণ্ড লৈহন্দে। ঈশ্বর অনীশুদে, ঈশ্বর ইশাদা য়াওরিবনি (অহম্ ব্রহ্মাস্মি) হায়বা অদ্বৈতবাদকী সিদ্ধান্তবু মহাও লৈনা তাকপিবা গুরুনি। মরমদি, মহাক্না তাকপিবদগী মপাম্বোংগী ৱাহৈ অমসুং খোঞ্জেল শীজিন্নদবা অচিকপা ধ্যানগী পাম্বৈনা আনন্দগী মহাও অনুভব তৌহনবিরি; অইবা লাইরিক কয়ানা খঙ্হন্বগী মথক্তা, মীওইবগী মরাইবক্কী অকা-অকুম কয়া হক্থেংনহন্দুনা অমসুং মদু কুপ্না শেন্নবীদুনা পুন্সিগী মহাও খঙ্হনবীরি। বাবানা তাকপিবদা, ঐখোয়না খ্বাইদগী শক্তি লৈবা মী অমা ওইনীংলবদি 'ঐগী ঐগী ইশাদা য়াওরিবা শক্তি অদু মশক খঙ্বা, অসি য়াম্না মরূ ওই' হায়বা অসিনি। ধর্মদা শক্তি য়াম্না পীবগা লোয়ননা ধর্ম সভা, ধর্মগী লাইশং, আশ্রমনচিংবদা ধর্ম অমসুং ধর্মগী পুন্সিবু অতৎ-অখম লৈতনা শেন্নদুনা দেশ-বিদেশ খূদিংদা লৈরিবা সংস্থান পূম্নমক্তা পাঙ্গল হাপপীরি। মীওইবা জাতিগী বুদ্ধি অমসুং মনোবৃত্তি হেনগৎহনবীরি। অর্জুন্দা ভগবাননা পীবিখিবা থৌজালগুম বাবানা ঐখোয়গী মিৎ অসি প্রেম্না পীক থল্হন্দুনা জগৎ অসি ব্রহ্ম অদুমক ওইনা উবা ঙমহনবিরে। মহাক্না ঙাঙলিবা অসি তারগা অমসুং তৌরিবা ময়াম অসি উরগা মায়া সংসারদা লূপ্লম্বা (আসক্ত ওইরম্বা) অদু খরা কোমথোরক্লে। কাউথোক্লুরবা অন্তরাত্মাবু অমুক নীংশিংহল্লে।

অসুম্না ঐখোয়বু শক্তি পীনবিরিবা সাঈবু "ওঁ শ্রী শক্তিপ্রদায় নমঃ" হায়না খুরুমজরি।

## (৩৫) ওঁ শ্রী শরণাগত ত্রাণায় নমঃ

'শরণাগতত্রানায়' হায়বদি 'মঙোন্দা চঙ্জরকলবা পূম্নমক মহাক্না কনবি' হায়রিবনি; ৱাহৈ অহুমগী সন্ধিনি, 'শরণ' = চঙজবা; 'আগত্' =

লাকপা মী' 'ত্রাণ' = কনবিবা হায়বগী ৱাহহ্বোক্নি। ইবুংঙো মহাক্না ভগবান রাম ওইনা অবতার তৌরক্লবা মতমদসু মহাক্না হায়খি মদুদি কনাগুম্বা অমনা পূকচেল শেংনা মাঙোন্দবু চংজরক্লবদি হান্নগী মরাল কয়া লৈবা ওইরবসু মহাক অদু ঙাকপিগনি অমসুং মহাক্কী মীনি হায়না লৌগনি। অনুতাপ অমসুং সমর্পণ অনী অসি মাগী থম্মোইদা চঙনবা থোঙজাওনি তাকপিখি। হৌজিক অমুক, অসিগা চপ মান্ননা বাবানা তাক্পীরি, "ঐনা নঙগী পোৎলুম পূম্নমক পুবিগনি; রেলগাড়ী মনূংদা তোংলবা নঙনা নকোক্তা কোকথোং পুবগী করি কান্নরি? ঐঙোন্দা পূম্নমক শিন্নরো।"

অদুনা, ঐখোয়না বাবাবু ঐখোয়গী অপাম্বা মতুংইন্না শীজিন্নবা য়াবিরিবনি। মহাক্না পীবা খূদিংমক মহাক্কী থৌজালনি হায়না লৌগদবনি। ভগবত গীতাদা শ্রীকৃষ্ণনা অর্জুনদা তাকপিখিবা, "মামেকম্ শরণম্ ব্রজ"(১০) - 'ঐঙোন্দা চঙ্জরকউ' হায়না তাকপিবগা লোয়ননা 'নহাক হৌজিক দায়িত্ব পূম্নমক থাদোক্লো, খুৎলং-লম্মন শিংবা পূম্নমক তোক্লো, ঐনা নঙবু কনবিরগনি অমসুং ননিং তমহল্লগনি' হায়খিবা অদুগা চপ মান্নবা খোঞ্জেলদা হৌজিক সাঈ বাবানা ঐখোয় পূম্নমক মঙোন্দা চঙ্জরক্লবা তাকপিরিবনি। খেন্নরিবমক্তবু গীতাদা মহাক্না অর্জুনদা তাকপিবদি লানগী দোলায় থৌবা সারথি অমা ওইনা তাকপিখিবনি, হৌজিক সত্য সাঈ বাবানা তাক্পিরিবনা, মশামক 'সনাতন ধর্মগী সারথি' অমা ওইননি। 'সনাতন' হায়বদি, মফম মতম হায়বা অমুক খায়দোক্তনা মতম পূম্নমক্তা অহোঙবা নাইদবা হায়বনি। অদুনা বাবাদি মতম পূম্নমক্তা, মফম খূদিংদা, জীব খূদিংমক্তা লৈরিবনি। অসুম্না সত্য সাঈ বাবানা ঐখোয়গী থৱাইগী শকউদবা সারথি, হেক পোকপদগী শিবা ফাওবা, ওইবিরিবনি। মাঙোন্দা চঙ্জবতনা ঐখোয়গী অৱা-অনা অমসুং পাপ্তুগী কনবা ঙমগনি।

অসুম্না, চঙ্জরক্লিবা ভক্তশিংবু ঙাকপি-শেনবিরিবা সাঈবু "ওঁ শ্রী শরণাগতত্রাণায় নমঃ" হায়না খুরুমজরি।

## (৩৬) ওঁ শ্রী আনন্দায় নমঃ

আনন্দ, খ্বাইদগী হেন্না নুংঙাইবা হায়বনি। পূম্নমকপু শেংদোকপিবা নুংঙাইবা মখল অদুনি। শাস্ত্রনা "ব্রহ্মানন্দ", খ্বাইদগী অথোইবা নুংঙাইবা 'এবসোলুৎ হেপিনেশ' হায়রিবদুনি। মসি 'সর্বকারণ কারণম্' হৌরকফম পূম্নমক্কী হৌরকফম (দ কোজ ওফ অল কোজেস) নিসু হায়রি। বাবাদা আনন্দ হায়বা মিংথোল অসি ভক্তশিংনা কৌজবদি মহাক অসি 'নিরাকার', মওং লৈতবা হকচাং হায়বদি ব্রহ্মদগী 'নরকার', মীগী শক্লোন লৌবিরক্লবনি হায়বগী ভাবনানি। শঙ্করাচার্য্য না হায়রি, 'ব্রহ্ম হায়রিসিমক আনন্দ হায়বা অদুনি। পূম্নমক মসিদগী মাগী মাগী উপাধি নত্রগা ফমথোন অমমম্ লৌরগা ঐখোয় পূম্নমক খাইদোকপনি। ঈশিং মরিক্লা সমুদ্রদগী খাইদোরকপগুম্বনি। মরিকশিং অদু অমুক পূনশল্লগা সমুদ্রদা হঞ্জলকপগুম ঐখোই পূম্নমক্কী অরোয়বা তিন্নফমশু ব্রহ্মনি।' বাবাদি ব্রহ্মনি; মরমদি মহাক ব্রহ্ম মশক খঙ্ই। শাস্ত্রনা হায়রি, 'ব্রহ্মবিদ্ ব্রহ্মৈব ভবতি', ব্রহ্মবিদ্ = ব্রহ্মবিদ্যা লৈরবা মহাক অদুনা; ভবতি = ওইবনি; ব্রহ্মৈব = ব্রহ্ম অদুমক হায়বদি 'ব্রহ্ম খঙলবা মহাক অদু ব্রহ্মনি।' মহাক অদু 'পরম আনন্দ স্বরূপ'নি অমসুং খ্বাইদগী হেন্না নুংঙাইবা অদুমক্কী শক্লোননি।

মীওইবদা য়াওরিবা 'সাঈ'গা নুমিৎতা (সূর্য্যদা) য়াওরিবা 'সাঈ'গা অমত্তনি, 'স এক' ইবুংঙো মহাক্তি অমত্তনি। সাঈ দা য়াওরিবা 'স' গী অর্থদি 'সর্বেশ্বর' হায়বনি। বেদনা অদুম্না হায়রি, "জীব খূদিংমক্তা 'পরমানন্দ', খ্বাইদগী নুঙাইবা হায়বদু য়াওরিবনি। মীগীবু ওইরবসু শাগীবু ওইরবসু নত্রগা অপিকপা জীবদগী দেবতা ফাওবদা 'পরমানন্দ', হায়বদি

খ্বাইদগী অথোয়বা নুংঙাইবা হায়বদু চপ মান্ননা য়াওবনি, মহাক্তি অমত্তনি। অসিগুম্বা মপান্ নাইদ্রবা পরম আনন্দগী পিকখ্রবা মচেৎ অমত্তং চাদুনা জীব পূন্নমক্লা হিংজবনি।" ঐখোয়না ইবুংঙো মহাকপু উজবদা, ব্রাহে অমত্তং ঙাংজবা ফংহৌবদা, নত্রগা মহাক্কী চরণ শোকচবা ফংবদা, নত্রগা চুমনতগী কাইনথংদা মমাংঙৈদা ফংজখিবা মহাক্কী দর্শন, স্পর্শন অমসুং সমভাষণ নচিংবা অমুক নীংশিংজবদা ফংজবা আনন্দ অদু হায়নিঙাই লৈতবনি; অব্রাংবা ফম অমা ফংবগুমই, হকচাং কনখৎলি, অব্রাংবা থাক্কি নুংঙাইবনি। মসি শেংলবা আধ্যাত্মিক্কী নুংঙাইবনি।

বাবাদি আনন্দ স্বরূপনি। মহাক্লা ঐখোয় পূন্নমক্তা, ঐগী-ঐগী লৈজবা অব্রা-অনা পূন্নমক মঙোন্দা কখোকউ অদুগা মদুগী মহুত্তা মঙোন্দগী আনন্দ পূন্নমক পুজখো, অখাকপা লৈতনা পীরবনি তাকপিরি। মহাক্তি আনন্দগী মহাসাগরনি, লোইবা লৈররোইদবা, লেঙদ্রবা আনন্দনি।

অদুগুম্বা পরমানন্দগী মশক ওইরবা, নুংঙাইবগী শক্লোন লৌবিরিবা সাঈবু "ওঁ শ্রী আনন্দায় নমঃ" হায়না খুরুমজরি।

## (৩৭) ওঁ শ্রী আনন্দ দায় নমঃ

"আনন্দ দায়ি" হায়বদি আনন্দ পীরিবা মহাক অদুবু খঙ্নৈ। বাবাদি আনন্দ পীবা ঈশ্বরনি। মহাক্লা ঐখোয়দা মতম পূন্নমক্তা হায়দুনতা লৈবনি, মদুদি ঐখোয়না ঐগী ঐগী অব্রাবা, নুংঙাইতবা লৈরবদি পূন্নমক মঙোন্দা লোইনা শিন্নৌ অদুগা মদুগী মহুত্তা মহাক্লা মরাঙ কায়না পীরিবা আনন্দ অদু লৌজৌ। তৈত্তিরীয় উপনিষদতা আনন্দ, অশেংবা নুংঙাইবগী অন্দাজ অমা, থাক কয়ামরুম থোক্লা, মীওইবগী নুংঙাইবা 'মনুষ্য আনন্দ' থাক্তগী অহানবা ওইনা হৌরগা মথং মথং পীরি। অসুম্না হায়রি,

'নহা ওইরিবা মী অমগী ৱাখল তৌসি; মহাক অদু বেদ শাস্ত্রসু হৈরবনি; মহাক অদু সংসারগী নুংঙাইবা অদু পাম্জবা মীনি হায়না খল্লসি; মপাঙ্গল ফৈ, মথৌনা লৈ, সংসারগী লন্-থুম পূন্নমক পাঈদুনা ইমুং-মনুং, অৱাৎ-অপা লৈতবা হায়বদুনি। অসিগুম্বা মী অমনা নুংঙাইরিবা খুৎনুঙাই অদু 'মনুষ্য আনন্দ' কৌই। মসি ব্রহ্মানন্দ য়ৌনবগী (এবসোলুৎ হেপ্পিনেসকী) অহানবা শিংতেকনি। 'মনুষ্য আনন্দ' ১০০ না 'মনুষ্যগন্ধর্ব আনন্দ' অমগা মান্নে; 'মনুষ্য গন্ধর্ব আনন্দ' ১০০গা 'দেবগন্ধর্ব আনন্দ' অমগা মান্নে; অসিগুম্বা 'দেবগন্ধর্ব আনন্দ' ১০০না 'পিতৃ আনন্দ' অমগা মান্নে (মনুসংহিতাগী মতুংইন্না পিতৃদেবতা অসি থৱাই পানবা জীব পূন্নমক্কী হৌরকফম্নি।); 'পিতৃ আনন্দ' ১০০ না 'অজানজ দেবতা আনন্দ' অমগা মান্নে; 'অজানজ দেবতা আনন্দ' ১০০গা 'কর্মদেব আনন্দ' অমগা মান্নে; অসিগুম্বা 'কর্মদেব আনন্দ' ১০০ গা 'দেব আনন্দ' অমগা মান্নে; 'দেব আনন্দ' ১০০গা 'ইন্দ্রদেব আনন্দ' অমগা মান্নে; 'বৃহস্পতি আনন্দ' হায়রবদি 'ইন্দ্রদেব আনন্দ' ১০০ গা মান্নে; 'বৃহস্পতি আনন্দ' ১০০গা 'প্রজাপতি আনন্দ' অমগা মান্নে; 'প্রজাপতি আনন্দ' ১০০ গা 'ব্রহ্মানন্দ' অমগা মান্নে। ব্রহ্মানন্দ (এবসোলুৎ হেপ্পিনেস) গী থাক য়ৌরক্লবদি আনন্দ অমসুং আনন্দ ভোগ তৌরিবা অনীগী মরক্তা খেন্নবা লৈত্রে। (মসিবু ঐখোয়না অসুম্না শমজন্বা য়াই; মনুষ্য আনন্দ $১০^{২০}$=ব্রহ্মানন্দ অমা)।

ৱাফম অসি শাশন্নবা নত্তে হায়রি। মরমদি কনাগুম্বা মী অমনা 'শাস্ত্রবিদ' হায়বদি বেদ শাস্ত্র মতিক চানা খঙলবা অমসুং মদুগা লোয়ননা 'অকামহত' ওইরবা হায়বদি 'কাম' অপাম্বা লৈত্রবা মী অদুদি ব্রহ্মানন্দ ফংই। ভৃগু মুনিনা মপাইবুংঙো বরুণগী গুরু কৃপা ফংজদুনা অকনবা তপস্যা তৌজবদগী ব্রহ্মানন্দ করিনো হায়বা মশাগী ওইবা অনুভূতি, হকথেংননা খঙ্জবা ওমখিবগী ৱারী তৈত্তিরীয় উপনিষদগী ভৃগুবল্লিদা য়াওরি।

অসিগুম্বা খ্বাইদগী ৱাংবা থাক্কি নুংঙাইবা অদুনি বাবানা ওইরিবসি। বাবাবু মশক খঙ্বা ঙম্লবা মহাক অদু আনন্দ স্বরূপ ওইরবনি; আনন্দমক্তা 'মহাক' অমুক্তা ওইজগে তান্নরক্কদৌরিবনি। অদুগুম্লবা পরমানন্দ পূমথোয় থোয়রবা নুংঙাইবা অদু ফংলবা মহাক অদুদি অতোপ্পা করিগুম্বা অমা খঙ্নিংলুবা, করিগুম্বা অমা পামলুবা লৈত্রবনি। বাবানা ঐখোয়দা পীবিরিবা আনন্দ মচা মচা খরা অসিদি আনন্দ মহাও খঙহন্দুনা মথং-মথং সাধনা তৌদুনা ব্রহ্মানন্দ ফঙবা ঙম্নবনি। অদুননি বাবানা ইতৎ-তত্তুনা ঐখোয় পূম্নমক্তা ঐখোয়গী লৈজবা অৱাবা, অনাবা, পূম্নমক মঙোন্দা লোয়না শিন্নরো, মদুগী মহুত্তা মঙোন্দগী নুংঙাইবা হায়বদুমখৈ পীরগে তাকপিরিবা।

অসিগুম্বা আনন্দ নুংঙাইববু পীঙম্বা সাঈ বাবাবু "ওঁ শ্রী আনন্দ দায় নমঃ" হায়দুনা খুরুমজরি।

## (৩৮) ওঁ শ্রী আর্ত ত্রাণ পরায়ণায় নমঃ

'আর্ত' হায়বদি অৱাবা নংলবা হায়বনি। গীতাদা তাক্লিবা ভগবানবু প্রার্থনা তৌজবা মী মখল মরি (আর্তি, অর্থার্থী, জিজ্ঞাসু অমসুং জ্ঞানী) হায়রিবা অদুগী মনুংদা 'আর্তি' হায়রিবা মী মখল অসি ভগবানবু থিরকপা ইহান হানবা, ঈশ্বরদা কপলাওদুনা প্রার্থনা তৌবা মীনি। 'ত্রাণ' হায়বদি কনবিবা, কোকপিবা হায়বনি। বাবাদি অৱা-অনা নংলবশিংবু কনবিদুনা লাক্লি। কনাগুম্বা অমনা বাবাবু য়াম্না থাজনা, থম্মোই শেংনা ইবুংঙো মাবু কৌজরবদি মানা কনবিদবা লৈতে।

শঙ্করাচার্য্যগী মোত মতংইন্না "আর্ত" হায়বসি অৱাবা মখল অমবু খঙ্নৈ। অৱাবা অদু হকচাংগী অনাবা নত্রগা শানা শোক্লবা ওইবা য়াই; হূরানবা ডাকুনা মরল মথুম মুনবিখিবা ওইবা য়াই। বাবাদি অসিগুম্বা অৱা-

অনা নংলবা মীশিংবু কন্‌বি। তৌবতবু, অসিগুম্বা মীওইশিং অদু বাবাবু থাজবা, মহাক্না তাকপা নিয়ম চৎপা ওইবা তাই। অদুম তৌরবদি ইবুংঙো মহাক্না মীওইবনা খাঙ্‌বদা ৱারবা অনাবা কয়াদগী কোকপী; দুর্ঘটনা কয়াদগী কন্‌বি। ভক্ত অমনা নিয়ম চুম্না তাঞ্জবা পৈশা, অফবা থবক্তা নিয়ম চুম্না শীজিন্নরবদি বাবানা মহাক অদুবু হূরান চিন্থিদগী কনবি। অদুম্না তৌজবা পাম্বা মীশিংবুসু দয়া তৌবিদুনা ইকাইখুম্নবা মী ওইহল্লি।

অদুনা বাবাবু "আর্তত্রাণ পরায়ণ" - অৱাবা অনাবদগী কনবিবদা পূক্নীং চংবা (পরায়ণ ওইবা) হায়না মিংগৌজবনি। বাবানা অসুম্নসু তাকপি মদুদি, কনাগুম্বা অমনা মহাক মশা-মঊ ফবা মী ওইজগে, ইনাক কৈরাক খুনবা, লনথুম্ লৈবা মী অমা ওইজগে হায়না নিবদা অকায়বা লৈতে, মঙোন্দা নিরবদি পীবি। বাবানা তাকপী মদুদি, ঈশ্বরনা অরাম খৌরাংবা হায়বা অমা মহাক্না জীবশিংদা পীরম্লবনিনা মদু কোকহন্নবসু মহাক্না অমুক শিনবীবা তাবনি।

অসিগুম্বা জীবগী অৱা অনা তারবশিংবু ঙাকপি-শেন্‌বীরিবা সাঈবু "ওঁ শ্রী আর্তত্রাণপরায়ণায় নমঃ" হায়না খুরুমজরি।

## (৩৯) ওঁ শ্রী অনাথ নাথায় নমঃ

"অনাথ" হায়বদি মপূ পানদ্রবা, ঙাকপি-শেনবিনবা লৈত্রবা হায়বনি। মখোয় অদু মমা-মপা লৈত্রবা ওইবা য়াই, হুন্দোকপিরম্লবা, শেৎন-চানবা লৈজদ্রবা ওইবা য়াই নত্রগা মরৈবাক্তগী তাম্থোকপিরক্লবা মীচেন্ ওইবা য়াই। নত্রগা 'আধিদৈবিক' ওইবা হায়বদি তম্বা [illegible]দ্রবা লাইগী নোংদম নত্রগা মহৌশা লাইরেম্বীগী প্রকোপ অমদগী অৱাবা তারবা ওইবা য়াই। বাবানা অসিগুম্বা অনাথ পুম্ন[illegible]কী মমানি, মপানি, মপূনি (নাথ) অমসুং ঙাক-শেনবিবনি। বাবানা মহাক্কী ভক্ত অমা স্ত্রোক তৌদুনা শিবা

চণ্ডবা খণ্ডদনা নারবদা মহাকপু কন্‌বিনবা মাগী স্ত্রোক্‌কী অনাবা অদুমক মশাদা লৌশল্লগা নুমিৎ ৮ নি থমদুনা লেনবিখিবদা অসুম্না তাকপিখি, "উপাই লৈত্রবা অমগীদমক্তদি ঈশ্বরনা মহাক্কী চংজফম্নি; ঐনা ঐগী ভক্তগীদমক মাগী স্ত্রোক্‌কী অনাবা অসি লৌশল্লুবনি। ঐনা অবতার তৌরকপদা পাণ্ড্‌থোক্কে খল্লিবা থবক ময়ামগী মনুংদা মসিসু অমনি।" বাবানা মসিমসু ঐখোয়দা খণ্ড্‌হল্লি মদুদি কনাবুসু 'অনাথ' হায়না হায়গনু; মরমদি মহাক্না মখোয়গী মমা-মপানি। মহাক্না কনাবুসু হুল্লান্দুনা ঙাণ্ড্‌দে; লাইরিক হৈহৌদ্রবা ওইবা য়াই, কুষ্ঠী থুংবসু ওইসনু, মখূৎ-মশা শোয়নাইবসু ওইসনু, পূম্নমকপু নখোয়না অমত্তা ওইনা য়েংউ, পূম্নমক 'সাঈ' না তোঙান-তোঙানবা মওং লৌদুনা লৈবনি হায়বা খণ্ডগদবনি হায়না তাক্‌পি।

"কনাবুসু তুক্কচগনু, কনাবুসু হন্থনা ঙাঙ্গনু, কনাবুসু হঙ্গোইবা ইস্থোকপা তৌগনু। নহাক্না মাগী মরাল ঙাক্ত উবদু চুমদবনি। মখোয় পূম্নমক নহাক্কুম্বা 'সাঈ' অমমম্‌নি" হায়না বাবানা তাকপি। "ব্রায়েল বিচার পূম্নমক ঈশ্বরদা শিন্নৌ; মহাক্তি, হৌখিবা মতম্, হৌজিক অমসুং তুংদা থোক্লগদবা খণ্ড্‌বনি। অদুগী মতুংইন্না মহাক্না মাগী মাগী চান্নবা মথৌ শিন্নবনি। ভগবানগী ইচ্ছাদা হিংউ; পূম্নমক্‌পু পূজা তৌ; পূম্নমকপু নুংশিযু। মসিনা বাবাগী হুকুম্নি।" অদুম্না তাকপিবা বাবানি।

অসিগুম্বা অনাথ ওইরবা মপী-মপা লৈত্রবশিংগী মপু ওইবীরিবা সাঈবু "ওঁ শ্রী অনাথনাথায় নমঃ" হায়না খুরুমজরি।

## (৪০) ওঁ শ্রী অসহায় সহায়ায় নমঃ

সংস্কৃততা 'সহ' হায়বদি 'লোয়নবা' হায়বনি। 'অসহায়' = উপাই লৈত্রবা, চংজফম লৈত্রবা, মরূপ মপাং কনাসু লৈত্রবা; 'সহায়ায় = চংজফম লৈবা, মাগী উপাই লৈবা হায়বনি। নঙনা কনাসু লৈত্রে খল্লবদি মদু থাজরুনু; নঙ মতোমদা নত্তে; বাবানা ননাক্তা লৈ। মাবু নীংশীংউ অমসুং মাবু কৌ।

বাবানা হায়, মহাক নঙগী তুংদা লেপ্লি (বেন্টনে), নহাক্কা লোয়নদুনা চৎলি (জন্তনে), নংগী ইমুংদা লৈ (ইন্তনে), নহাক মাগী মীৎয়েং মনুংদা লৈ (কন্তনে)। কনাগুম্বনা পুট্টপর্তিদগী ইবুংঙো মহাক্কী অয়াবা লৌরগা লংফে চৎলবদি, মহাক্কা তাকপি, "ঐদি নঙগা লোয়ননা টিকেৎ কক্তবা যাত্রিক অমগুম্না চৎমিন্নগনি।" চৎশু চৎলি হায়বগী খুদম কয়া বাবানা উৎপিখ্রে। মহাক্কা পাইলোৎ অমা হু থক্তুনা শিগদবদগী কনবিখ্রে। অঙাং অমা কারনা তক্তুনা শিগদৌরবদা ফুট ৩' ব্রাৎলিঙৈদা গাড়ি অদু খঙ্লেপ লেপ্লদগী ড্রাইভর অদু স্তিয়ারিংনা মথবাক্তা য়ৈদুনা ব্রাম্বখি! থৌদোক অসি কেরালাগী ত্রিচুর লম্বীদা থোকখিবনি। সাধু অমা গঙ্গা তুরেলগী ঈরৈনা চেম্ম্বুখ্রবদা বাবানা পোঙ মচা অমদা মাবু তোর্বানলোমদা পুখৎপিরকখি। খৃষ্টান ধর্ম চৎপা নুপা অমা য়ু থকপগী নিশাদা লাইচুমন্দুনা, শাগৈ-নাতৈ অমসুং মরূপ-মপাংশিংগী ইজ্জৎ য়াম্না শোক্লক্লবদা উপাই লৈতদুনা সাঈ ভক্ত অমগী য়ুমদা পুরকখি, কা মনুংদা থেৎলিবা বাবাগী ফোটো, যিজস খৃষ্টগী মুর্তিদগী বিভূতি ময়াম চেম্ম্বরকপা উবদা য়ু ঙাওবা নুপা অদু অদুক্কী মতিক বাবাগী থৌজাল ফংখ্রে মদুদি নুমিৎ অদুদা বাবাবু খুরু-খুদক কুন্দুনা খুরুম্লগা পুন্সিগী য়ু থক্লরোই হায়না ব্রাশকখ্রে। মহাক্কা ঐখোয়বু তোঙাননা থম্বিরবসু ঐখোয়নবু মহাক লৈ অমসুং মহাক্কা শোয়দনা কনবিগনি হায়না থাজরবদি অমসুং কনবিয়ু হায়জরবদি মহাক্কা কনবি। ডাক্তরনা খূৎ থারবা অনাবা নত্রগা অনাবগী ইমুংনা ডাক্তর কৌবা কান্নদ্রে খল্লবসু, মহাক্কা লাইয়েংবি। অমম্বনা কোইশিল্লকপা পুন্সিদা ইবুংঙোনা মঙাল পীরি; উপাই-লৈরক্তবদা অনৌবা আশা পীরি। মোৎ খেন্নবদগী শেৎন-খাইনবা ওইবা অকিবা লাক্লবদা ইবুংঙো মহাক্কী ব্রাহে অমনা অচুম্বা মাইয়োন তাকপি।

অসুম্না, তেংবাংবিনবা কনা লৈত্রবশিংগী পাম্বে ওইবিরিবা সাঈবু, "ওঁ শ্রী অসহায় সহায়ায় নমঃ" হায়না খুরুমজরি।

## (৪১) ওঁ শ্রী লোক বান্ধবায় নমঃ

'বান্ধব' হায়বদি নুংশিনবা, মীগী ফনবা খনবা, মরূপ (বন্ধু) গী অর্থনি; সাঈ বাবাদি, পৃথিবী (লোক) পুম্নমক্কী ফনবা খনবিবা মরূপ্নি (লোকবান্ধবনি) হায়রিবনি। 'বন্ধম্' হায়বদি লিপূন, নুংশিবা, থাদোক্ক দবা, ৱাহৈদগী, 'বন্ধু' (মরূপ) লাক্পনি। বাবানা লাউথোকপিখ্রবনি, "নহাক্কী নুংশিরবা ইমা-ইপানা নঙবু নুংশিবদি 'নিরবন্ধন', তৎন-থানবা য়াদবা তঙাইফদা লিপূন্নি; অদুগা ঐগী লিপূন্দি 'সমবন্ধন', ঐ ইশানা য়ানা নঙগীদমক্তা পুরকপা লিপূন্নি; ৱানিঙাই লৈতবনি।" মরম অসিনা, বাবাগী লিপূন অসিনা মমা-মপাগী নুংশিবদগী খরা তোপ-তোপ্পা অমা ওই; পাপ-পুণ্যগী খেন্নবা থম্মী। মহাক্কী অসিদি হেন্না নুংশি চাউবা মমা অমগা য়াম্না চৈরাক কনবা মপা অমগনা মচাদা থল্লিবা বন্ধন্ অদুনি। বাবানা অমুক্কসু তাকপিরি, মদুদি মহাক্কা লাকলিবা অসি মীওইববু অরানবা লম্বীদগী অচুম্বা লম্বী পুরক্কবা লাকপনি। ত্রেতা যুগতা রামনা হায়খি, 'ঐনা লাক্লিবা অসি পৃথিবী অসিবু 'রাক্ষস' হায়বদি ফত্তবা তৌবা মীশিংদগী কনবীদুনা হিংচাবা লৈত্রবা লৈবাক (অ-রাক্ষসম্) অমা ওইহনবনি।' মসিনি ইবুংঙো মহাক্কা মালেমদা থল্লিবা নুংশিবগী চাং।

বাবানা তাক্পিরি, "পূকচেন ফত্তবা খনবা হায়বা অসিমক লায়না অমনি। পূকচেন ফত্তবা হায়বসি মীওইবগী থম্মোইদা লায়জুবা মহিক মখল অমনি। মরম অসিনন্নি ঐনা মীওইবগী থম্মোইবু নুংশিবা 'প্রেম' না শেংদোক্কে লাক্লিবা। ঐনা নখোয়বু ঐগী ইনাক্তা পুশিল্লগা চুম্না চৎহনগদৌরিবনি।" অসিদা নত্তনা মহাক্তি পৃথিবীগী মরূপ্নি (বন্ধুনি) হায়বগী পাউজেল অমসু অসুম্না পীরি, "ঐদি অন্ধ্রপ্রদেস মচাশু নত্তে; ভারত্ মচাসু নত্তে; পৃথিবীগী দেশ খুদিংমক অসি ঐগী ভবন্গী কা

অমমম্নি।” ধর্ম শাস্ত্রনা হায়রি, ‘জগৎ-ত্রয়ম্ সামভব নরতন স্থলে।’ ‘জগৎ মরোল অহুম অসি শিব মহাদেবগী জগোই শাফম নর্তনালয়নি।’ বাবানা মহাক্কী চাওরবা ভবন্ অসিদা চৎনিংবা মওংদা শিনথুংনা চৎলিবা অসি মীওইববু পুক্নীং থৌগৎপিনবা, খণ্ডদ-হৈত তাকপিনবা অমসুং মীওইবা জাতিবু ফগৎহনবিনবনি।

অসুম্না তাইবং জিবগী মরূপ-মপাং ওইবিরিবা সত্য সাঈ বাবাবু “ওঁ শ্রী লোকবান্ধবায় নমঃ” হায়না খুরুমজরি।

## (৪২) ওঁ শ্রী লোকরক্ষা পরায়ণায় নমঃ

বাবানা ‘লোকবন্ধু’ ওইবিরিবনিনা মহাক অসি ‘লোকরক্ষা’ মীওইবা জাতিবু কনবিবদা থৱাই লুপচবা (পরায়ণ ওইবা) অসিদি হৌনশানি, প্রাকৃতিকনি। বাবাগী প্রবচন্ (দিসকোর্শ) অমদা তাক্পিখি মদুদি ভারত্বর্ষদা কৈদৌনুংদা অমাং-অতা থোকলোই, মরমদি মফম অসিদা ধর্মবু হিঙ্গৎহন্দুনা মীওইবা জাতিবু কনবিনবা মহাক্না অবতার তৌররে। “ভারত্বর্ষদি মীওইবা জাতিবু চিংলিবা অকনবা ইঞ্জিন অমনি; প্রেম কৌবা স্তিম ইঞ্জিন্না সত্য অমসুং ধর্মগী রেল তালিদা থৌরিবা রেল গাড়ী অমনি; শান্তিগী পম্বুং অদুদা থুংলুগদবনি।” অসুম্না বাবানা তাকপিবনি। মরম অসিনা ঐখোয়না শান্তিগী পম্বুং অসি য়ৌবা ওম্নবা ভারত্ অসি মতম চানা চানা শেমজিন্দুনা থম্গদবনি হায়না তাকপি।

বাবানা তাকপিবা অতোপ্পা ৱাফম অমনা, ভারত হায়বদি, ‘ভা’ = মঙাল; রত্ = রতি, থাদোক্লদবা (নুংশিজবা), ৱাহৈ অনীনা পূল্লগা ওইবনি। মঙালবু নুংশিজবা হায়বগা ভগবানদা রতি (নুংশিবা) লৈজবা হায়বগা অমত্তনি। অদুনা ভগবানদা রতি লৈরবত্দা ভারতকী অশেংবা সিতিজন্ অমা ওঁইগনি। অতৈদি শাশিন্নবনি। অদুনা বাবাগী অসিগুম্বা

মীওইবা জাতিবু কনবিবগী পূকচেল অমসুং লম্বী অশোমদা ঐখোয়বু মায় পাক্লা লমজীংবিরিবা অসিদা মতুংইনবা ফংজরিবা ভারতবাসি পুম্নমক লায়বক ফরবনি।

জগৎ অসি বাবাগী রাজমহল অমা ওইবা মরম্না মসিগী রক্ষাগীদমক মহাক্না মতম পুম্নমক্তা পৃথিবী শিনবা থুংনা লৈরিবা ভক্তশিংদা শিক্ষা পীবিরি অমসুং দর্শন তোইনা পীবিবগা লোয়ননা সত্য, ধর্ম, শান্তি অমসুং প্রেমগী পাউজেল শন্দোক্লি।

অসিগুম্বা তাইবং জীববু ঙাকপি-শেনবিরিবা সাঈবু, "ওঁ শ্রী লোকরক্ষাপরায়ণায় নমঃ" হায়না খুরুমজরি।

## (৪৩) ওঁ শ্রী লোকনাথায় নমঃ

বাবাদি লোকনাথনি; জগৎকী মপূনি। 'লোক' হায়বদি মীওইবগী থম্মোইদা লৈরিবা আধ্যাত্মিকী ওইবা মরোল অহুম্বু খঙনৈ - স্বর্গ, পৃথিবী অমসুং পাতাল। অমরোমদা পারি-পুরিগী ওইবা মরোল তরামরিবুসু খঙ্‌নৈ-মথক্তা মরোল ৭ অমসুং মখাদা মরোল ৭ পু খঙ্‌নৈ। ইচম চম্না হায়রবদা মীওইববুসু 'লোক' হায়না খঙ্‌নৈ। মীওইবগী আধ্যাত্মিক 'হৃদয়' থম্মোইদা, 'প্রেম' নুংশিবা, 'হর্ষ' হরাও-তায়াম্লিংবা, 'শোক' অৱাবা, 'করুণা' মীনুংশিচাওবা, 'ক্রোধ' অশাওবা নচিংবগী লৈফম্নি। অদুবু বাবানা অসিগুম্বা থম্মোই অসিগী য়ুম্বুরেন ওইনা লৈরবনিনা পুম্নমক অশোয়-অঙাম য়াওদনা শেন্নবিরি। অদুনা মহাক্‌পু 'লোকনাথ' কৌজবনি। মহাক্তি অন্তর্যামিনি; লোইনা খঙ্‌বনি (সর্বজ্ঞ), ঐখোয় পুম্নমক্কী ফনবা শীনবীরিবনি।

বাবানা তাকপিরি, "শিব ভগবানদি মীওইবগী 'শ্বাস' নি, হায়বদি জীব পুম্নমক্কী 'স্বর' নি, থৱাইনি। মরম অসিননি, থৌদোক অমদা, মরুপ-

মপাং তেংথানরক্লবদা বাবানা তাক্পিখিবা, "ফরে ফরে, কপ্পা তোক্লো, খন্দুনা য়েংউ পোক্পা অমসুং শিবা লৈরমদ্রবদি করি লীলা শান্নরগা অদুক কুইবা মতমদু ঐনা লৈগনি; করি তৌরগা ঐ মতম লেনগনি?" জীবশিংনা অমুক পোকই; চহি খরা লৈরমগনি অদুগা অমুক শিগনি, পূন্নমক বাবাগী লীলা ঙাক্তনি। ঐখোয় পূন্নমক ইবুংঙো মাগী মখুত্তা লৈবা কতপুতলি (প্লাইফদিবী) ঙাক্তনি; ইবুংঙোনা ফগদবা মওংদা শান্নরিবনি। করম্বা মতমদা কনাবু, লীলাগী করি মতাং শান্নহনগদগে, ইবুংঙো মহাক্তনা খঙই; মহাক্না চিংলকপা লংলা অদুগী মতুংইন্না লাইফদিবী ওইবা ঐখোয়না জগোই শাজবনি। ঐখোয়না লৈরিবা মরোল তরামরিনা শাবা 'লোক' অসি লীলাগী রঙ্গমঞ্চনি; বাবানা 'রঙ্গনাথ', লীলাগী ডাইরেক্তরনি। অতে আচার্য গুরুশিং অসিনা ব্যক্তি-নাথ, মীগী মপুনি। আচার্য্যশিংনা লন্নাই মীওইবশিংবু অফবরোমদা পরিবর্তন তৌবিরিবনি। অদুবু, বাবাদি লোকনাথনি, জগৎকী মপুনি; পৃথিবী পূন্নমকপু পরিবর্তন তৌবিরিবনি।

অসিগুম্বা তাইবং জীবগী মপু ওইরিবা সাঈবু "ওঁ শ্রী লোকনাথায় নমঃ" হায়না খুরুমজরি।

## (৪৪) ওঁ শ্রী দীনজন পোষণায় নমঃ

"দীন", বাহে অসিনা কোল্লিবা অর্থ অসি য়ামখ্রে। লৈখা তারবা, চানিংঙাই-থক্লিংঙাই লৈত্রবা, মরুফংনা মাঙ্লে হায়না খঞ্জরবা, লায়না অমদগী অব্বাবা ওইরবা, মীনা ওৎপিরবা, অরোনবা থবক তৌরুরবা, নীংবা কায়রবা, লিংজেন হম্বরবা, অসিনচিংববু খঙনৈ। 'পোষণ' গী অর্থদি 'ঙাক-শেনবিবা' হায়বনি। অব্বাবা তারবা মীবু কনবিরিবা মহাক অদুবু "দীনজনপোষণ" হায়বনি। অদুগুম্বা ইবুংঙো মহাক অদু বাবানি। মসিদা মহাক্না খরখিৎ খেন্নহল্লিবমক্তবু কনানা খরা হেন্না বাবগে হায়বগী মতুংইন্না অকোন-অহান খরা খায়দোকই।

অমরোমদা, বাবাদি কল্পবৃক্ষ নি। পৃথিবীদা লৈরিবা অৱা-অনা তারবাশিংগী অনীংবা থুংহনবা উপাম্বীনি। (কল্প=নীংবা; বৃক্ষ= উপাল)। মহাক্না শির্ডিদা শায়োনলিঙৈদা তৌবগুম্না প্রশান্তি নিলয়মদা ইবুংঙো মহাক্কী অৱা-অনা তারবা ভক্তশিংদা পীনবা হৱাও-তয়াম্বা, অপেন্বা, আশীর্বাদ, থৌনা অসিনচিংবা কয়াগী লনগৈ পুক্কে থন্না লৈ। অদুনা অৱাবা তারবা (দীনজন) মীশিংনা প্রশান্তিদা লাকপদা ৱাগদবা, লনথুম পৃখগদবা লৈতে। বাবানা তাকপি; "নহাক্নবু পৃকচেল শেংনা নিজরবদি অমসুং খুরুমজরবদি, ঐনা নঙগী ননাক্তা অৱাংপা পূন্নমক পীনবা হেক্তা লাক্কনি। ঐগী নাকোং, খোঙ-খূৎ পূন্নমক, নহাক্কী মতম চানা ননাক্তা লাক্নবা থৌরাং তৌদুনা লৈ।" ভগবত গীতাদা হায়রিবা, 'সর্বত : পানি পাদম, সর্বতোক্ষি শিরোমুখম'(১১) (ইবুংঙো মহাক্কী খোঙ-খূৎনা য়ৌদবা, শোক্তবা লৈতে, মফম খূদিংদা ইবুংঙোগী মিৎ, কোক অমসুং মাইথোং লৈ) হায়রিবা অদু হেঞ্জনবা ৱাফম নত্তে; মসি অচুম্বনি হায়বা ভক্তশিংনা খঙ্ই।

"কৈদৌঙৈদসু নঙগী কনাসু লৈত্রে খনগনু; ইকাইরবনি হায়দুনা ঙক নোম্থগনু; কৈদৌঙৈদসু পাপকী পাপী ওইনা পোক্লবনি খনগনু। নঙোন্দা দৈবিক শক্তি য়াওরিবনি; অদুনা নহাক্কীসু অমর ওইনবগী অধিকার অদু লৈরিবনি। মসি খঙদবদগী নহাক্না বুদ্ধি ফকচন্দুনা অজ্ঞানগী অন্ধকারদা নহাক্কী কনা লৈত্রবনি হায়না থরো থরো ওল্লি; মরম অসিননি নঙনা হোৎনরিবা পূন্নমক অরেম্বা তাদুনা তুশিল্লিবা, মায়থিরিবা। ৱাগনু, ঐনা নঙবু নুংশিরি, ঐনা নঙবু ঙাক্ শেল্লি; নহাক্পু নিন্দা তৌনিংঙাই লৈতে; দন্দি পীনিংঙাই লৈতে।" অসুম্না বাবানা তাকপিরি।

অসিগুম্বা, তোল্লন-তারবা মীওইশিংবু য়োক্খৎপিরিবা সাঈবু "ওঁ শ্রী দীনজনপোষণায় নমঃ" হায়না খুরুমজরি।

## (৪৫) ওঁ শ্রী মূর্তি ত্রয় স্বরূপায় নমঃ

'মূর্তিত্রয়' গী অর্থদি মূর্তি অহুম পূল্লবা হায়বনি (মূর্তি = শক্লোন; ত্রয় = অহুম)। বাবাগী শক্তি অহুস্থু খঙনৈ; শক্তি অহুম্মক অমগা অমগা খেন্নৈ; মাগী মাগী সিমানা লৈ। 'স্বরূপ' = অশেংবা (মহৌশাগী) শক্তম হায়বনি। মূর্তিত্রয়গী নুংগী ওইবা অর্থদি বাবাগী মহৌশাগী ওইবা 'স্বরূপ' অসি শক্লোন অহুমগী অপুনবনি; শক্লোন অহুম অদুদি ব্রহ্মা, বিষ্ণু অমসুং শিব ভগবাননি। ব্রহ্মানা লৈশেম্বনি, বিষ্ণুনা লৈঙাকপনি অমসুং শিব ভগবান্না লৈরোন চন্‌বনি; শক্লোনশিং অসি মথং মনাও নাইনা 'পোকপা', 'হিংবা' অমসুং 'পুন্সি লোন্বা' হায়বনি। অমরোমদা হায়রগা, 'তুরেল মরূ', 'তুরেল' অমসুং 'সমুদ্র' নি; 'সৃষ্টি', "স্থিতি" অমসুং 'প্রলয়' নি। বাবাদা অহুম্মক লৈ; অহুম্মক্লা পূল্লগা ওইরকপা শক্তম (স্বরূপ) নি। বাবানা অহাংবদগী পোৎ (বস্তু) অমা হেক্তা শেম্মী; মসি "সৃষ্টি" নি; ভক্তশিংগীদমক্ বিভূতি নত্রগা কুমকুমগী অথনবা পাত্র পীবি। লৌথোকপগী লোয়বা নাইদে; মসি 'স্থিতি' নি; অমুকসু, লৈরম্বা বস্তু অমবু মাঙ্‌হনবা ঙম্মী। মসি 'লয়' নি; সৃষ্টি লোয়বগী ঈঙ্গিৎনি। অহুম অসি ইশম-শম্না, প্রকৃতিগী গুন অহুম, সত্ত্ব,রজস্ অমসুং তমস্ হায়বা অদুনি।

অসুম তৌনা, বাবানা শক্তি অহুম্মক পায়বা মরম্না মহাকপু 'দত্তাত্রেয়' সু কৌই। 'দত্তাত্রেয়' ভগবান নারায়ণগী অবতার অমনি। ব্রহ্মা, বিষ্ণু অমসুং মহেশ্বর, ভগবান অহুম্না হকচাং অমত্তদা মকোক অহুম লোঙদুনা অবতার তৌবনি। অমরোমদা, বাবাবু মহাক্না য়ৌনিংবা মফমদা মতম অমত্তদা য়ৌবা ঙম্মি হায়দুনা 'তক্ষনাথ সর্বগামি' সু কৌই। ('তক্ষ = শেম্বা; তক্ষনাথ = শেম্বীবা মপু; 'গামি' = চৎলি; গাতু=লম্বী হায়বা ৱাহৈদগী ওইখিবনি; সর্বগামি= মফম পুম্নমক্তা য়ৌই, হায়বনি) করিসু, কনাসু অপাম্বা লৈতে, পুম্নমক্ থাদোক্লবা বাবানি হায়দুনা মহাক্কী মমিং

'ত্যাগী' কৌই; চীঞ্জাক চাবা জীবশিংগী হকচাংদা অন্তরাত্মা ওইনা লৈ হায়দুনা ইবুংঙো মহাক্পু 'ভোগী' সু কৌই। দিব্যশক্তি পূম্নমক পায়শল্লগা মথং-মনাও কায়দনা থম্বা ওম্মি হায়দুনা 'দিব্যযোগী' কৌবনি। থৌজাল হৈবা মহাক্নি হায়দুনা বাবাবু 'দয়ালু' হায়নসু কৌবনি। অসুম্না বাবাদি ভগবান শ্রী নারায়ননা লাংঙোন্বিরকপা 'দত্তাত্রেয়' গী অবতারনি। মরম অসিনা মহাক 'মূর্তিত্রয়' নি; মহাক্না 'শেন্মী'; 'হিংহল্লি' অমসুং 'লৌশিল্লি'।

অসিগুম্বা, ব্রহ্ম, বিষ্ণু অমসুং মহেশ্বরগী শক্তম অহুম্মক অমুক্তদা ওইবীরিবা সাঈবু, "ওঁ শ্রী মূর্তিত্রয়স্বরূপায় নমঃ" হায়না খুরুমজরি।

## (৪৬) ওঁ শ্রী মুক্তি প্রদায় নমঃ

'মুক্তি' হায়বদি নিংখাতল্লবা হায়বনি। 'মোক্ষ' হায়নসু খঙ্নৈ। ধর্ম শাস্ত্রগী মতুংইন্না মোক্ষ নত্রগা মুক্তি গী অর্থদি অরোইবা পম্বুং অমুকসু পোক্তবা, অমুকসু শিদ্রবা, ভগবানগী অংশদা তিনখ্রবা হায়বনি। ধর্ম শাস্ত্রনা অমুকসু হায়রিবদি, ঐখোয় ইশা খঙলবসু খঙ্দ্রবসু, জীবশিংনা মপোক কয়া হঞ্জন-হঞ্জন পোক্লিবসি মুক্তি ফংনবা হোৎনবগী লমদাং অমনি, মুক্তি ফংনবা তান্নরিবনি। বাবাবু ঐখোয়না নিঙজবদি, পোকপা-শিবগী হঞ্জন-হঞ্জন অৱাবা নংলিবা অসি কোকহনবিদুনা মুক্তি পীবিনবনি। 'প্রদায়' হায়বদি পীবিবা হায়বনি। 'মুক্তি প্রদায়', মুক্তি পীবিবা ভগবান হায়বনি। মসিগী নুংগী ওইবা অর্থদি মীওইবগী মশাগী মথংগী মপোক, তুংগী পুন্সি অসি হন্দক্কী মপোক্না পীবনি; হন্দক্কী মপোক্তা তৌরিবা কর্ম, থল্লিবা ৱাখল অদুগী মতুংইন্না, অনীংবা অদু থুংননবা মথংগী মপোক অমুক পোকপনি। অদুনা মরম ওইদুনা মীওইবদি অপাম্বা, নীংবা থুংদবা কয়া লৈবনা হঞ্জন-হঞ্জন পোক্তুনা পোকপা-শিবগী চক্রদা উংদুনা নাম্বোক্পা ওমদনা অদুম লৈবনি। অদুবু, বাবাদা ঐখোয়না চঙজরবদি, মহাক্না ঐখোয়বু অসিনা ফবনি অসিনা

ফত্তবনি হায়বনচিংবা তঙ্গীদুনা বিবেক নত্রগা বিচার তৌবা ঙমহন্‌বিদুনা কান্নদবা, 'কাম' থাদোকপা তঙ্গী; 'বৈরাগ্য' হায়বদি কান্নদ্রবা পুন্সি মতাংগা চান্নদ্রবা অপান্বা থাদোকপা তঙ্গী। বাবানা ইতৎ-তত্তনা ঈঙ্গিৎনা কয়া, পাউতাক্লা কয়া তাক্‌পি মদুদি বৈরাগ্য হায়বদি য়ূম পান্দবা, কাম্ পূম্নমক পুমথা- থাদোকপদু নত্তে; পূন্সিগী লমদাং মতুংইন্না, ইশা খরা ৱাইচিনবা ফনবা খরা-খরা অসুম থাদোকপা অদুবুনি। বাবানা তাকপিখিবা লৈ, "নঙনা অঙাং ওইরিঙৈদা উকক-ৱাকক, চৈতেক-চৈরাং পায়দুনা শান্নরম্বদু চহি নিফু শুরকপা মতমদা পোৎশিং অদু করি ওইনা খল্লকপগে! চহি নিফুগী মতাং অদুদা নঙনা উকক্‌শিংদু উরগা খল্লক্‌লিবা অহোংবা অদু 'বৈরাগ্য' নি।" নঙনা লংফৈ চৎপা মতমদা সুত-কেস মচা অমা পায়রগা চৎপগা, পোৎলুম ময়াম পুরগা চৎপগা অনী অদু করম্বনা হেন্না নুংঙাইবগে হায়না বাবানা হংবিদুনা বৈরাগ্যনা কান্নবগী মরমদা ঈঙ্গিৎ পীরি। অদুনা ইবুংঙো মহাক্তি নুংগী ওইবা মীকপ থোকহনবা ভগবাননি; মতম পূম্নমক্তা ঐখোয়বু লমজীংবা বাবানি। 'মুক্তি' হায়বা অসি ভগবানগী খুদোনপোৎ নত্তে; মসিদি ঐখোয়না হোৎনজবগী মহৈনি অমসুং ভগবানগী কৃপাদগী ফংজবনি।

মুক্তি ফংলবদি মীওইবগী মপোক্কী তীর্থ খোংচৎ লোয়রবনি, পাঞ্জল চল্লবনি। মসি 'মুক্ত' কৌই। মসিনি মুক্তিগা মুক্তগা খেন্নবা। অদুনা করিগুম্বা অমা ফংনবা হোৎনবা অদুগা, হোৎনবদগী ফংলক্লিবা পোৎ অদুগা খাইদোক্লবা য়াদে, অমত্তনি। মসি খঙ্‌লবদি মহাক অশেংবা জ্ঞান ফংলবনি।

অসিগুম্বা জ্ঞান অসিদি অজরনি, অমরনি মাঙদ্রবনি। অসুম্না, ঐখোয়বু মুক্তি পীঙম্বা সাঈবু "ওঁ শ্রী মুক্তিপ্রদায় নমঃ" হায়না খুরুমজরি।

## (৪৭) ওঁ শ্রী কলুশ বিদূরায় নমঃ

মল্লিনাথ কৌবা সংস্কৃতকী পণ্ডিত অমগী ৱাহস্লোক মতুংইন্না, 'কলুশ' গী অর্থদি 'মতিক চাদবা, পাঙ্গল শোনবা', হায়বনি; অমরোমদা,

মরাল লৈবা, অশোয়বা কয়া তৌববুসু খঙ্‌নৈ। 'বিদূর' হায়বগী অর্থদি 'য়াম্না থাপ্লা' বু খঙ্‌নৈ। 'কলুশ বিদূর' হায়না বাবাবু কৌবগী মরমদি মহাক্তি মাগী ভক্তশিংবু অশোয়-অঙামদগী য়াম্না থাপ্না থম্বী হায়রিবনি। মহাক্তি পূম্নমক খঙ্‌ই; শক্তি পূম্নমক্না থল্লি, মতীক চাউই হায়বা খঙ্‌নৈ।

বাবাগী ইচ্ছানা অথিংবা পূম্নমক লাম্ছোকপা ঙম্মি। বাবানা হায়, "ঐগী সংকল্প, ৱাশক পূম্নমক মহে য়ানগনি। ঐ কান্নদবা মশক নাইদবা থবক অমত্তা তৌদে; কান্নদবা অর্থ লৈতবা ৱা অমত্তা ঙাঙদে।" অসুম্না বাবাদি মহাক্না তৌবা ঙমদবা অমত্তা লৈতে; মহাক্কী ইচ্ছা শক্তিনা থবক খূদিংমক তৌবা ঙম্মি। "অদুবু ঐনা পাম্বদি," বাবানা অমুকসু তাকপি, "থবক অদু নহাকপু তৌহন্নিংবনি; নঙগী নীংথিনা তম্বীরবা অমসুং শেংদোক্লবা হৈ-শিংবা অদু ঐনা পাম্বনি।"

অসুম্না, ভগবৎ প্রাপ্তিগীদমক্তা চঙ্‌জরক্লবা মনাইশিংবু অৱাৎ-অপা অশোয়-অঙাম লৈতনবা শেংদোকপি; ঈশ্বরগী নামাদা তৌখিবা অরানবা কয়া চুমথোক্‌লি; লম্বী লান্‌না চৎখিগদৌরবা যাত্রিক কয়াবু মায়ওন চুমথোকপি। ধর্মগী মরমদা অখূবা মিৎয়েং, কল্লকপা, য়েংথিবনচিংবা থম্মোইদা লৈরম্বা অমোৎপশিংবু শেংদোকপিদুনা সংসার লমশাঙ্‌দা তীর্থ চৎমিন্নরিবা, সহযাত্রিকশিংবু চপমান্নবা পম্বুংফম অদুদা য়ৌহল্লি।

বাবাদি সমপূর্ণনি, মাঙোন্দা অশোয়-অঙামদগী থাপ্না লৈ, মতিক মপাঙ্গল লৈ হায়বা ভক্তশিংনা খঙজবদগী সাঈ বাবাবু "ওঁ শ্রী কলুশবিদূরায় নমঃ" হায়না নিফুতরেৎ শুবা শ্লোক অসিনা শৈথাদুনা খুরুমজরি।

## (৪৮) ওঁ শ্রী করুণাকরায় নমঃ

শঙ্করাচার্য্যনা 'করুণা'বু কৃপা, থৌজানবিবা হায়না ৱাহন্থোক পী।' 'দু:খিতেষু দয়া' অৱাবা তারবা মীদা থৌজানবিবা নত্রগা 'সর্বভূত

অভয়প্রদা', শয়তান, ভূত-প্রেত্, অরানবা তৌবা মীশিং অমসুং অন্ধবিশ্বাসতগী অকিবা কোকপিবা (অভয় প্রদান) হায়নসু করুণাগী অর্থ হল্লি। অবাবা তারবা মীবু থৌজানবিবা, অকি-অখঙ্দগী কোকহনবিবা অমসুং অমাঙ-অতাদগী কনবিবা হায়বনি। বাবাদি 'করুণাকর' নি। হিংলিবা, চৎলিবা, উৎলিবা পূম্নমক মহাক্কী থৌজান (করুণা) ঙাক্তনি। ঙসি ঐখোয়না উরিবা মহাক অসি করুণাগী মূর্তিনি। মূর্তি অসিমক করুণা ওইনা লৈহৌরগদবনি।

অমুকখক্ কনাগুম্বা অমনা বাবাদা হংজখি, "ভগবান্না মহাক্কী ইচ্ছাশক্তিতনা লোয়না পাঙ্থোকপা ঙম্মি হায়রগা করিগী মহাক্না মী ওইনা পোকপনো ?" বাবানা পাউখুম পীখি, "চুম্মি, অদুম তৌদ্রবসু য়াবনি; অদুবু অমদি হায়গে, ভগবাননা মী ওইনা পোক্লমদ্রবদি নখোয়না মহাকপু উরগা নুংঙাইহিরিবা, মহাকপু শোক্লগা নুংঙাইহিরিবা (আনন্দ); ব্রারী শাজবদা নঙনা পেঞ্জরিবা অদু করম্না ফংগনি ? মহাক্না নখোয় ময়ামগী মরক্তা লাক্লমদ্রবদবু কনানা নখোয়দা ঙসি মহাক্না পীরিবা পাউতাক্ অমসুং নখোয় কয়াবু চুমথোকপিরিবা কয়া অসি করম্না ফংগনি?" বাবাগী পাউখুম অসিদা য়াওরিবা থৌজাল নত্রগা দৈবিক করুণা অসি কয়াদা পাকখ্রবা, কয়াদা লুখ্রবা ! বাবাদি পূম্নমক খঙবনি। মহাক্না ঐখোয়গী লমচৎ অমসুং হৈনবিদা য়াওরিবা পিক্প্রবা ছিদ্র অমা ফাওবা খঙ্বিবনি, চুমথোকপিবনি। মহাক্না নুংশিনা ঙাঙই; মহাক্না ঙাঙবা খূদিংমক তানিংহল্লি। অসুম্না মহাক্না ঐখোয়বু পম্বুং য়ৌনবা খূৎ পায়দুনা পুবিগদৌরিবনি। মসিনি মহাক্কী করুণাগী চাং।

মহাক্না সংসার অসিদা অবতার তৌবিররিবদি ঐখোয়বু নুংশিবিবদগীনি। মরমদি মহাক্না খঙ্ই মদুদি মীরোন কয়া কয়া মীওইবনা মাগী প্রতিভা পীথোরক্পা লৌশিং কয়া লান্না শীজিন্নদুনা অমগা অমগা য়েংথিননবা অমসুং কিবা হেনগৎনবা মাইকৈরোমদা চত্তুনা লৈরে। অমগা অমগা নুংশিনবা অমসুং শান্তি লৈনা হিংনবগীদি শুকখন-খন্নদ্রে।

বাবাদি, লান্না লমজিংবিগ্রবা নত্রগা মশা খঙ্না নত্রগা খঙ্দনা অরানবা তৌগ্রবা মী ফাওবা নুংশিবিদনা অমসুং থৌজানবিদনা তোক্তে। অকন্বা, অথোৎপা উপাই কয়া শীজিন্নদুনা মহাকপু চুমথোকপি। শ্রী বিষ্ণুনা মহাক্কী লাইরিক তম্মিন্নরকপা কুচেলাবু মহাক্কী কোনুংদগী ময়ূমদা হনখিবদা লনথুম করি অমত্তা পীদনা মখূৎ হাংনা নুংঙাইনা ময়ূমদা লৈরুনবা হলহনখ্রবদা কুচেলানা ভগবানগী অদুগুম্বা মতৌ অদু য়াম্না থৌজাল হৈবা ইবুংঙো মহাক্কী করুণানি হায়না থাগৎখি। মরমদি মহাক্না খঙ্ই অদুগুম্বা ওইজ-ওইথক অদু ময়ূমদা পুদুনা লাক্লবদি লন্থুমগী নুংঙাইবদা তাউদুনা শুমহৎখিবদগী মাগী মরূপ বিষ্ণুবু কাউখিবা য়াই।

অসিগুম্বা করুণাগী অথুপ্পা কৃপা ময়াম অসি পীবিরিবা সত্য সাঈ বাবাবু "ওঁ শ্রী করুণাকরায় নমঃ" হায়না খুরুমজরি।

## (৪৯) ওঁ শ্রী সর্ব ধারায় নমঃ

'সর্ব'= পূম্নমক; 'ধারায়', ('আধার' হায়বা ৱাহৈ অদুদগী লাকপনি) অর্থদি হৌরকফম (য়ূম্ফম) নত্রগা ঙাক্লৌ হায়বনি। মহাকপু শোন্নিংবা নাম শোল্লবসু অমসুং লাৎনিংবা মওং-মতৌ মূর্তি অমদা হেক্তা লাৎলবসু বাবাদি পূম্নমক্কী ঙাক্লৌ ওইনা লৈবিরবনি হায়না ইবুংঙো মহাকপু ৪৯ শুবা নামাবলি অসিনা শৈথাজবনি।

বাবানা তাকপি মদুদি, কনাগুম্বা ভক্ত অমনা ভগবৎ প্রীতিগীদমক্তা বিশ্বনাথ, ব্যঙ্কটেশ নত্রগা পান্দুরঙ্গ নত্রগা অন্নপূর্ণাগী লাইশংদা কোক নোন্দুনা তোঙান-তোঙান্না খুরুমজবদা মহাক্না খুরুমজরিবা ভগবান অদুদি অমখক্তনি। অদুগুম্বা অমত্তা ওইবা ভগবান অদুবু মশক তাকপা ওইনা বাবানা অমুকসু প্রমান ওইনা তাকপিরি, "সর্ব দেব নমস্কার ঃ কেশবম্প্রতিগচ্ছতি।"[১২] অর্থদি (সর্বদেব নমস্কার=তোঙান তোঙানবা

লাইয়াম্ খুরুমজরবসু, কেশবম্প্রতিগচ্ছতি = কেশব ভগবান্দা লোয়না তিনখি।) 'লাইয়াম কয়া পূজা তৌজরবসু পূম্নমক্কী পঙ্খুংদি কেশব ভগবাননি। ('কেশ' কী অচম্বা অর্থদি শম হায়বনি।) বাবানা তাক্পিবদা কেশব ভগবানদি মহাক অদুনি; অদুগুম্বা মহাক অদুগী শল্লাং অমদা ব্রহ্মা, বিষ্ণু অমদুং শিব অহুম্মক্ য়াওই হায়রিবনি। অসিনি বাবাগী মগুণ।

শাস্ত্রী অমগী ব্রাহংদা বাবানা অসুম্না পাউখুম পীবিখিবা লৈ, "পৃথিবী শীনবা থুংনা পীজ-পীথক তৌরিবা ঐনা অদোমবু পীজ-পীথক তৌবদা করিশু ব্রানিংঙাই ওইদে; অদুবু ঐনা হায়জনিংবা অমত্তংদি অসিনি মদুদি অদোমনা তাকপি-তম্বীরিবা তত্ত্ব-বিধিশিং অদু শিষ্যশিংদা তম্বীদ্রিঙৈদা ইশানা হান্ননা সাধন তৌবিখিগদবনি।" অসুম্না অকনবা নিয়ম অমা ঙাক্লা চৎলিবা বাবাদি ময়ামগী ভাণ্ডারনি, আধারনি অমসুং সর্বসিদ্ধিনি। মহাক্তি ঐখোয় পূম্নমক্কী ঙাক্লৌনি (সর্বাধার)। মহাক্তি ব্রহ্মস্বরুপনি, হায়বদি মদুদগী পোক্লকপা, পোক্লকফম অদুমক্তা অমুক তিনখিগদবা অদুগুম্বা হৌরকফম অমসুং তিনফম্ 'ব্রহ্ম' অদুনি। মসিবু শাস্ত্রনা হায়রি, "তত সৃষ্ট্বা তদেব অনু প্রবিষ্ট" (তত্ = মহাক অদুনা; সৃষ্ট্বা = শেম্মী; তদেব = মদুদা; অনুপ্রবিষ্ট = অমুক হন্না তিনখি।) পূম্নমক মপু মহাক্না শেম্বনি; মঙোন্দা অমুক তিনখিবনি। অসিননি তেলেগু মরোলদা ঐখোয়না ঈশৈ ওইনা শক্লিবা, 'অন্তা সাঈ ময়ম, ঈ জগমন্তা সাঈ ময়ম।' অর্থদি 'পূম্নমক সাঈনা পীক থল্লে; থল্লে পৃথিবী অসিসু মহাক্তনা।' 'সর্ব্বম্ খলবিদম্ ব্রহ্ম।'(১৩) 'পূম্নমক ব্রহ্ম ঙাক্তনি।' তশেংনমক ঐখোয়গীদি সাঈ ঙাক্তনি।

অসুম্না পূম্নমক্কী হৌরক্ফম ওইরিবা সাঈ ভগবানবু, "ওঁ শ্রী সর্বাধারায় নমঃ" হায়না খুরুমজে।

## (৫০) ওঁ শ্রী সর্ব হৃদ্‌বাসিনে নমঃ

'হৃদ' হায়বদি থম্মোইবুনি; 'বাসিনে' হায়রগা 'বাস' তৌবা, লেঙশিনবিবা হায়বনি। 'সর্ব', পূম্নমক হায়বনি। থম্মোই পূম্নমক্তা লৈবা (সর্বহৃদ্‌বাসিনে) হায়রগা মীওইবা নত্রগা জীব ঙাক্তগী থম্মোইদা নত্তবদা, জগৎ লৈশেম্বদা চঙ্‌বা পোৎচং পূম্নমক অসিগী মনূংদা ভগবান লৈ হায়বনি। গীতাগী শ্লোক অমদা হায়রিবা "ঈশ্বর : সর্বভূতানাম্ হৃদ্দেশ... তিষ্ঠতি"[১৪] "ঈশ্বরদি থবায়পানবা খূদিংমক্কী থম্মোইদা লৈ, হায়রদুনা চপ মান্নবা মওংদা বাবানা ভক্তশিংগী থম্মোইদা লৈবিরি হায়না থাজবদগী ভক্তশিংনা মহাক্পু 'সর্বহৃদবাসিনে' হায়না শ্লোক অসিনা শৈথাজবনি।

মতাং অসিদা খঙ্‌গদবা অমনা 'হৃদ' থম্মোই হায়রিবা অসি মিহুল হুল্লিবা হকচাংগী ওইবা থম্মোই অদু নত্তে। হৃদকী 'হৃদ' হায়রিবা থম্মোই অসিদি কাম, অপাম্বগী লৈফম অমসুং হৌরকফম মরূ অদুনি। কঠোপনিষদকী শ্লোক অমনসু হায়রি 'হৃদয় কৌবা থম্মোইদা য়াওরিবা অপাম্বা (কাম) ময়াম অসিনা লোইনা হেক চৎখিবদা মহাক অদু অমর ওইরবনি; ব্রহ্মগী মশক খঙ্‌লবনি; ব্রহ্মদা তিল্লবনি।'[১৫] আনন্দগী মশক ওইরবা আত্মানা হৃদয় আকাশ মনুংদা বাস তৌদুনা লৈ। অদুনা 'হৃদ' দা নাপল, অহংকার অমসুং চীংনবা থমদুনা মোৎহনগনু; মরমদি অদুগুম্বা শেংলবা থম্মোই অদুদা ভগবান লেঙশিল্লিবনি।

বাবানা তাকপি, "থম্মোই শেংলবা মীশিং অদু মরাইবক ফরবনি, মরমদি মখোয় অসিদি ঈশ্বর উবা ফংলবনি।" বাবানা মখা তানা অমুক তাকপিরি, "নিংথৌরেন অমনা মহাক্না পাল্লিবা লৈবাক অদুগী বর্গ ইঞ্চি খূদিংমক মহাক্কী লম ওইরবসু, মহাক্না ঙাহাক পোথানিংলক্‌পা মতমদা লৈবাক অদুগী মফম অমদা হেক্তা পোথারোই; মহাক শোয়দনা তিংখং লৈতবা, অনানবা, লৈতেম মান্নবা, অথোৎপা, পোথাবা নুংঙাইবদা মফম

থিরক্কনি। মতৌ অদুগুম্না, ভগবাননা 'সর্ব হৃদ্ বাসিন থম্মোই খুদিংমক্তা লৈবা' ওইরগসু মহাক্না শাফোংবদি অশেংবা থম্মোইদতনি।"

বাবাগী বাক্য অসিমক্তি, মাগী ভক্তশিংবু মাগী মাগী 'হৃদ' শেংদোক্লবা অচৌবা পূক্নীং থৌগৎপা অমনি। ঐখোয়না ঐগী ঐগী থম্মোইবু শেংদোক্লবদি, ফত্তবা বাখল লৈহন্দ্রবদি, মহাকপু খঙ্জবা ঙমগনি, থম্মোইনুংদা লাৎচবা ঙমগনি।

অসুম্না থম্মোই পূম্বদা ঙাম্ছোইরিবা সাঈবু "ওঁ শ্রী সর্বহৃদ্বাসিনে নমঃ" হায়দুনা খুরুমজরি।

## (৫১) ওঁ শ্রী পুণ্য ফল প্রদায় নমঃ

'পুণ্য' হায়বদি অফবা থবক তৌবা হায়বনি। মীওঙোন্দসু কান্নবা, মশাদসু কান্নবা অফবা ঙাক্ত ফংবা থবক হায়রিবনি। 'প্রদায়' হায়বদি পীবিবা হায়বনি। 'ফল' হায়বদি থবক্কী মহে হায়বনি। থবক্কা থবক্কী মহেগা থাদোক্লদে; অদুনা অফবা তৌরগা অফবা ফংই; ফত্তবা তৌরগা ফত্তবা ফল, 'পাপ' ফংই; অব্রাবগী মশক ওই। মসি লৈশেম্বদা য়াওরক্লবা নিয়ম্নি। নিয়ম অসি, ভগবাননা তাইবং মীওইবসু দিব্য শক্তি ফংবা ঙমজরসনু হায়না শেম্বীরবনি। স্বামী অমৃতানন্দনা চহি ৮৫ শুরকপদা বাবানা স্বামীদা মশামকপু গণেশ ওইনা দর্শন ফংহনবিখি। অসিগুম্বা ফল, (কৃপা) অসি স্বামী অমৃতানন্দনা অঙাং ওইরিঙৈ, চহি ৭তা ঙাইরিঙৈদা নুমিৎ ৪৫ চুপ্না লেপ্তুনা গণেশ পূজা তৌখিবগী পীনবিবনি। 'পুণ্যফল প্রদায়' হায়বদু তশেংনমক মসিনি। মরম অসিদগী, বাবানা য়াম্না তোয়না নীংশিংবি মদুদি মহাক্না কনাগুম্বা অমা য়াম্না শাথিনা ব্রারবসু মীনুংশি পোক্তে; মরমদি মসি মহাক অদুনা ভগবানগী নিয়ম অদু ইফোং ফোংনা থুগাইখিবগী ফলনি, মহেনি। যিবমদা, শাবানদা, পূক্নীং লৌশিংগী অমসুং আধ্যাত্মিক্কী থাক্তা

অমগা অমগা খেন্নরিবা অসি পাপ-পুণ্যগী ফল মতুংইন্ননি। মীওইবনা অসিগুম্বা পাপকী ফল অসি কোক্লিংলবদি করি তৌগদগে হায়বসু বাবানা অমুক পীরি : অহানবদা মহাক অদুনা মাগী তৌফম থোকপা মথৌ তৌবদা ফল হায়বদি মহেগী য়েংলগা তৌরোইদবনি। অনীশুবদা, মহাক অদুনা মথৌ অদু ত্যাগ, থাদোকপগী ব্বাখলগা লোয়ননা ঈশ্বর সেবাগী ব্বাখলদা তৌগদবনি। অদুম তৌরবদি "সর্ব ধর্মান্ পরিত্যজ্য মাম্‌একম্ সরণম্ ব্রজ॥ অহম্ ত্বাম্ সর্ব পাপেভ্যো মোক্ষয়িষ্যামি মা শুচ :॥(১৬)" 'ধর্ম পূম্নমক অদু থাদোক্লগা ঐঙোন্দা অমসুং ঐগী ইশাদা চঙ্জরকউ; অদুম তৌরবদি ফত্তবা পাপকী ফত্তবা ফল পূম্নমক কোকপিগনি।' অহুমশুবদা মহাক অদুনা আত্মা লৈ হায়বসি খঙলবদি মহাক সত্যম্ (অচুম্বা) হায়বদু ওইরবনি। বাবানা তাক্‌পিরিবা পূম্নমক অসি ঐখোয়গী দায়ীত্ব, তৌফম থোকপা ইথৌ মশক তাকপিবনি; ঐখোয়না ইবুংঙো মহাক্কী মফমদা চঙ্জরবদি মহাক্না ঐখোয়বু ইশাগী অশেংবা মশক খঙ্হন্দুনা নিংখা তম্বগী লম্বীদা লমজিংবিগনি।

অসুম্না অফবা থবকশিংগী মহে পীনবীরিবা সাঈবু "ওঁ শ্রী পুণ্যফলপ্রদায় নমঃ" হায়দুনা খুরুমজরি।

## (৫২) ওঁ শ্রী সর্ব পাপ ক্ষয় করায় নমঃ

সর্বপাপ = পাপ পূম্নমক; ক্ষয় = মাঙ্হনবা; করায় = থবক তৌবা; পূন্না হায়রবদা, 'সর্বপাপক্ষয়করায়', 'পাপ পূম্নমকপু কোকপিবা' হায়বনি। বাবাবু শৈথাজবনি। গীতাদা ভগবাননা তাকপিখ্রে মদুদি "কনাগুম্বা মহাক অদুনা মহাক্কী অপাম্বা, পূক্নীং, ব্বাহে অমসুং থবক পূম্নমক ঐঙোন্দা চঙ্জরবদি ফত্তবা পাপ পূম্নমক ঐহাক্না কোকপীগনি।" (অহম্ ত্বাম্ সর্বপাপেভ্যো মোক্ষয়িষ্যামি, মা শুচ:)। বাবানা তাকপি, "ব্বারগনু, নহাক্না কৎথোকপগী লম্বী খঙজদদুনা ফত্তবা তৌখিবা ময়াম অদু ঐনা

কোকপিগনি।" "ঐদি পাপ পূম্নমকপু কোকপিবনি (সর্বপাপক্ষয়কার)। তৌবতবু নহাক্লা পাপ কোকপিবা মতিকচাবা অমা ওইনবা ঐঙোন্দা চংজবা (সমর্পন) তাই।

তশেংনা হায়রবদা, বাবাদি নীংহন্নরবা মী খূদিংমকপু থৌনা অমুক হাপ্পীবনি; লোয়ননা মশাবু থাজবা হেনগৎহনবনি; য়াম্না শাথিনা মরান লৈরবা মী ফাওবদা আশা পীবিরিবনি। মরাল নত্রগা পাপ হায়বা অমা অমুক লৈতবনি; পূম্নমক খঙ্জদবদগী থোকপা ঙাক্তনি; শাগৈ-নাতৈ ফরে হায়বগী, লাইবক ফবগী অমসুং থবক মীথোই মীহেনবগী মরমদা করিশু খঙ্লুদবা; মতম খূদিংদা লাইবক থিরবনি হায়না খন্দুনতা লৈবা ময়াম অমনি। বাবাদি মশানা মশাবু হম্বুনা খন্বা অসি য়াদবনি। খুদম ওইনা, ঈশ্বর খুরুমজবা মতমদা 'ঐদি পাপচেল্লবনি, পাপচেন্না পোক্লবনি' হায়বনচিংবা অসি য়াদে (পাপ অহম্ পাপ জম্মনাম্)।

"করম্না নহাক্লা সাঈগী মনাক্তা লৈরগা অসিগুম্না নশানা নশাবু অদুক হম্বুনা খন্গদৌরিবনো ?" হায়বা অসি বাবানা হেক হেক হংই। "অদুবু নহাক্লা খঙজদবদগী ফত্তবা পাপ অদু তৌরুরবসু, পূক্লীংদা নিংঙল্লক্তবা অমগা লোয়ননা অদুগুম্বা ফত্তবা থবক অদু অমুক হন্না মতুংদা তৌররোই হায়না লেপ্পবদি ঈশ্বরনা মদুগী থৌনা হাপ্পীগনি অমসুং পাপ অদু শেংদোকপদা মতেং পাঙ্গনি" হায়না তাকপিরিবা বাবানি। অমুকসু মখা তানা বাবানা তাকপিরি মদুদি 'দুর্বল্যম্' হায়বদি 'শোম্বুবা' হায়বসিমক পাপনি। মরমদি ব্রাখল শোম্বুরবদি অচুম্বা হায়বা পোৎ অদু মশানা উরবা অমসুং মদু মশাদা থেংনদুনা (অনুভব) খঙ্লবা ফাওবা মদু অচুম্বনি হায়বা লৌশন্বা ঙমদে। অদুদসু নত্তনা পূক্লীং শোল্লবা মীদদি অচুম্বা অদু ঙাক্লবগীদমক করিগুম্বদা 'ইরান লৈরে হায়না য়াজৌ' হায়রকপদা মদু মায়োক্লবা কিবদগী অচুম্বা অদু খঙজন্নদে; অচুম্ববু খঙ্জন্নদবা তৌগনু হায়না বাবানা তাকপি।

অসুম্না, ভক্তশিংনা তৌখিবা পাপ্‌পু কোকহনবিবা সাঈবু, "ওঁ শ্রী সর্বপাপক্ষয়করায় নমঃ" হায়না খুরুমজে।

## (৫৩) ওঁ শ্রী সর্বরোগ নিবারিনে নমঃ

অনাবা (রোগ) পূম্নমক্তগী খ্বাইদগী লুবা অনাবদি 'ভবরোগ' হায়বসিনি। 'ভব' কী অতোপ্পা অর্থ অমদি 'সংসার' হায়বনি। অদুনা, ভবরোগ হায়বগা মীওইবনা সংসারদা অমুক পোক্লবসু থাদোকপা ঙমদদুনা হঞ্জন-হঞ্জন মপোক কয়া পোক্তুনা লৈনিংবা অসিবু খঙ্‌নৈ। বাবানা কোক্‌পিরিবা খ্বাইদগী মরুওইবা অনাবদি 'ভবরোগ' অসিনি। অতৈ অনাবদি মচা মচা ঙাক্তনি।

অনা-অয়েক হায়বা অসিমক্তবু পূক্লীং পীকথহল্লি; পূক্লীং পীকথরবদি ঈশ্বরগী মায়কৈদা চঙ্‌শিল্লিবা পূক্লীংবু লমখাংদা ইন্দ্রিগী লৈখোমদা পূথহল্লি অমসুং পঞ্চভূতনা শাবা হকচাং অসি অৱা-অনাগী ৱাখলদা কণ্ডাওনহল্লি। মরম অসিনা বাবানা মাঙোন্দা চঙজরকপা মী খূদিংমক অসিগুম্বা অনাবা কয়া কোকহল্লি। বাবাগী বিভূতি নত্রগা মহাক্কী মখূৎনা আকাশতগী শেন্নকপা, মহাক্কী চিত্রদগী তারকপা পোৎ খূদিংমক্লা তাইবং মীওইবা ঐখোয়গী অনাবা পূম্নমক কোকহনবা ঙম্মি।

বাবানা লাউথোকপিবা অমা লৈ মদুদি মহাক্লা হকচাংগী অনাবা কোকহল্লিবা অসিদি মহাক্কী মনাক্তা মী চিংশিন্নবগীদমক্তনি। হকচাং ফগৎলবা মতুংদা সংসার 'মায়া'না পীরিবা শাথিবা অনাবা অমা হকচাংদা লোত্তুনা লৈরিবা অদুগী লাইওং খঙ্‌বা ঙম্নবনি; অমসুং লাইওং অদু খঙ্লবা মতুংদা মশানা মশাগী লায়েংজবা ঙম্নবনি। বাবানা তাকপিরিবা অনাবা মখল অসিগীদমক্তনি ঐখোয়না ইবুংঙো মাবু ঐখোয়গী গুরুনি, কৃপা পীবিয়ু হায়না চংজরিবা; অমসুং মসিনা মরম ওইদুনা গুরুগী কৃপা ফংজরবা

মতমদা অশেংবা জ্ঞান, অচুম্বা থবক অমসুং অচুম্বা ব্রাখল লাক্তুনা লায়না পূম্নমক কোক্পা ঙমগদৌরিবা।

মতৌ অসুম্না 'ভবরোগ'বু কোক্পিরবদি অতৈ অনাবদি করিসু লৈতবনি হায়বা খঙ্হনবীবগা লোয়ননা অনাবা পূম্নমকপু কোকহনবিরিবা সাঈবু "ওঁ শ্রী সর্বরোগ নিবারিনে নমঃ" হায়না খুরুমজরি।

## (৫৪) ওঁ শ্রী সর্ব বাধা হরায় নমঃ

'বাধা' হায়বদি অপনবা, য়েখাই-থিনগাইবা অমসুং চৈনাখোলবু খঙনৈ; 'হরা' হায়বদি 'মাঙ্হল্লিবা মহাক' অদুবু খঙ্নৈ। 'বাধা হরায়' হায়বদি য়েখাই থিনগাইবা, অমসুং চৈনাখোলনচিংববু মাঙ্হনবিবা মহাকপু খঙ্নৈ। সাধারন মীওইবা ঐখোয়দা পীরিবা অপনবা, য়েখাই-থিনগাইবা কয়াবু বাবানা মাঙ্হনবীরি। ইংশোক ১৯৬২দা ভারত্তা চীনানা লান কন্না তাশল্লকপা মতমগী থৌদোক অমনি। বাবানা লাউথোকপিখি, "চীনাগী লানমীনা মহাক্কী জন্মউৎসব থুগাইবা ঙম্মোই।" বাবাগী মপোক্ নুমিৎ নবেম্বর তাং ২৩, ১৯৬২ গী কন্না লাংলিঙৈ মতাং অমনি। য়াম্না ঙক্পা মওংদা, কনা অমত্তনা ভাব তাবা ঙমদবা ফিবম অমদা চীনাগী য়াম্খ্রবা লানমী পূম্নমক নবেম্বরগী তাং ২২ গী অহিংদা হন্দোকখি। মখোয়না হন্দোকখিবগী মরম খঙ্খিদে। অমুক্রা ১৯৬৫ গী থৌদোক অমনি। ভারত-পাকিস্থানগী লান কনখৎলকপা মতমনি; অমগা অমগা কন্না হুন্নবা (কেম্পেন অমসুং কাউন্তর কেম্পেন) তৌনবা মতমনি। বাবাদি 'দশেরা' কুম্মৈগী য়াম্না চাউনা শিললাংলি। বাবানা মতাং অদুদা লাউথোকপি, "নুংশা থিরুনু, দশেরাগী উৎসব কায়রোই; লান অসি মতম চানা অদুম তোকচখিগনি।" অঙকপনি, মাইকৈ অনীমক্কী লানমীশিং অমসুং লৈবাক অনীমক্কী লিদরশিংগীসু পূমঙক ঙক্পা মওংদা 'দশেরা' য়ৌদ্রিঙৈ কুম্মৈ

হৌগদবা নুমিৎ হুন্নি ব্রাৎলিঙৈদা 'সিজ ফায়ার' (খূৎলাই থাদোক্লবী) হেক্তা লাউথোরকখি। ইউনাইতেদ নেসন্স ওর্গেনাইজেসন ফাওবা পূমঙক ঙক্খি।

খুদোংথিবা মচা-মচা, খুদম ওইনা নোংজুথাগী কুমগী নোংজাওনা সভা যাত্রা কয়া, পব্লিক মীতিং কয়া কায়হন্দনা নোং অমসুং নোং-নুংশিৎ মহাক্কী দয়ানা থৈদোক্লুনা চৎখি। ভক্ত কয়া অমনা অৱাবা তারবা মতমদা মহাকপু কৌজবদা খুদোংথিবদগী নাম্ছোকচখি। মৈহৌ-লাংপোক্তগী, কার এক্সিদেন্তগী, থেঙ্গাইনবদগী, অৱাংবদগী তারকপা কয়া; অচেনবা রেল গাড়ীদগী, বাবাবু কৌজবতদা নাম্ছোক্লুনা হিংহৌবগী থৌদোক কয়া অমনি। ৱাফম অসিগী অচুম্বদি, বাবানা হান্না মমাংদা লাউথোকপিখ্রবনি, "কনাগুম্বা অমনা পূকচেল শেংনা ঐবু কৌরক্লবদি অথাপ্পা অমসুং অনকপা খেন্নবা লৈতনা মফম অমদা হেক্তা ঐহাক লাক্লনি অমসুং নহাক্পু কন্‌বিগনি।" বাবানা শির্দিদা লৈরিঙৈদসু লাউথোকপিখ্রবনি, "ঐ ভক্ত অমত্তগী খুদোংথিবা থোকহল্লোই।"

অসুম্না অৱা-অনা পূম্ববু কোকহনবীবা সাঈবু "ওঁ শ্রী সর্ববাধাহরায় নমঃ" হায়না খুরুমজে।

## (৫৫) ওঁ শ্রী অনন্ত নুত কর্তৃণে নমঃ

'অনন্ত' হায়বদি অরোইহ্-অখম লৈতবা হায়বনি; 'নুত' = থাগৎপা, শিংথাবা অমসুং 'কর্তা' = লৈশেম্বা মপূ হায়বনি। 'অনন্তনুতকর্তৃণে' হায়বদি 'থাগৎপদা, শিংথাবদা লোয়বা নাইরোইদবা লৈশেম্বা মপূ, জগৎ কর্তা', হায়বনি। সত্য সাঈ বাবাবুনি শৈথারিবা অসি। সত্য সাঈ বাবানা অরেপ্পা লৈতনা তৌরিবা দয়া কৃপা, অনাবা কয়া ফহনবিরিবা, মীওই কয়া কনবিবা, অশোয়-অঙামদগী ঙাকপিবা কয়া তৌবিদুনা অৱাংবা থাক্তা পুখৎপিরিবা ময়াম অসি ভক্তশিংনা শৈথারোল কয়া শক-শোন্দুনসু লোয়বা নাইররোইদবা অনন্তনি হায়রিবনি।

'কর্তা' হায়না মিঙ্গৌবা ইবুংঙো মহাক্না শেম্নীরিবা, তৌরিবা কৃপা ময়াম অসিগী মতুংইন্নদি মহাক অসি ব্রহ্মা, বিষ্ণু, মহেশ্বর মহুম্মক পূন্নবনি। অসুম্না বাবাদা লৈশেম্লোনগী লাই অহুম্মক পূন্নবনিনা মহাক অসি 'দত্তাত্রেয়' ভগবান হায়বদু ওইরে। মতৌ করম্না দত্তাত্রেয় ভগবানবু ব্রহ্মা, বিষ্ণু অমসুং মহেশ্বরগী অপুনবা অবতার ওইখিবনো হায়বগী পুরাণগী ওইবা ৱারী লৈ। 'দত্তাত্রেয়' হায়বা অসিমক্কী ৱাহৈগী অর্থদি পূমতোপ তোপ্পী। 'দত্ত' = বর হায়বনি; 'ত্রেয়' = 'অত্রি' হায়না খঙ্নবা ঋষি অদুবুনি। ইশম শম্না 'দত্তাত্রেয়'গী অর্থদি 'অত্রি' ঋষিনা ফংজবা 'বর' হায়বনি। ফংলিবা বর অদু ব্রহ্মা, বিষ্ণু, মহেশ্বর অহুমগী অপুনবা অবতার অমা মহাক্না মচা ওইনা ফংজখিবা অদুদা মচাগী মমিংবু 'দত্তাত্রেয়' থোনখিবনি। ব্রহ্মাণ্ড পুরানগী মতুংইন্না ঋষি অত্রি গী তাম্লোয় অনুশুয়া, মহাক্কী সতী ধর্ম ঙাকপগীদমক মরোল অহুম, স্বর্গ, মর্ত, পাতালদা মমিং চৎলি। ৱাফম অসি কয়াম শেংলবনো চাংয়েং তৌনবা ব্রহ্মা, বিষ্ণু অমসুং মহেশ্বরনা চাক্লিবা ব্রাহ্মন শারগা সতী অনুশুয়াদা মানা শেৎলিবা ফি অদু ভিক্ষা ওইনা নিরকখি। সতীনা মখোয় অহুম অদু ব্রাহ্মণ নত্তে, নমথাক তৌবনি খঙ্খি। অদুবু মখোয়না থম্মোই শেংনা নিবা ওইরবদি পীগনি অমসুং শোয়দনা লৌগনি ৱাশকউ হায়না ৱাশকহন্নখি। ৱাশকহল্লবা মতুংদা সতী অনুশুয়ানা হায়খি, নুপী অমা ওইনা মখোয়না নিরিবা ভিক্ষাগী পোৎলম অদুদি মাগী মপূরোইবা নত্রগা মচাদা পীগদবনি; অদুবু মাগী মপুরোইবা লৈরিবনিনা, মখোয়না নিরিবা ভিক্ষা অদু থম্মোইশেংনা তশেংনমক পাম্বা ওইরবদি মখোয় অহুম্মক মাগী মচা ওইবা য়ানবা পোকপদা ঙাইরিবা অঙাং ওনবা তাই হায়রক্লবদা সতীগী লৌশিংগী লাংদা থুদুনা চীন পৃথরুৱদগী ব্রহ্মা, বিষ্ণু অমসুং মহেশ্বরগী মকোক অহুম লোংবা অঙাং ওন্খি। অত্রিনা ৱারী পূম্নমক খঙ্লবদা, মসিদি অত্রিদা ভগবান্না পীবা মমল য়াম্বা বরনি, লেম্না মাঙবা য়দে হায়দুনা অঙাংগী মিং 'দত্তাত্রেয়' থোনখিবনি হায়রি।

ভগবান অহুমগী অপুনবা অবতারনি হায়দুনা 'দত্তাত্রেয়' বু হৌজিক খা ভারত্তা, য়াম্না মগুণ লৈবা, জগৎকী মপু অহুমগী শক্তি চেনবা বিষ্ণুগী মুর্তি অমা ওইনা লাৎনরি।

অসিগুম্বা কর্তা ওইবিরিবা বাবাবু পৃথিবীগী মফম খুদিংমক্তগী অঙাং-অহল হায়বা লৈতনা, মীচম অমসুং অচৌ-অশাং খাইদনা ইবুংঙো মাগী মগুণ শক শোন্নরি; লোয়বা নাইদে। কলাকার অমত্তনসু ইবুংঙো মাগী মগুণবু য়েক্তুনা তাকপা ঙমদ্রিবনি; অদুবু হোৎনরি, শৈথারি। মাগী মগুণ শকপগী খৌরাংবা অদু থিংবা ঙমদ্রি। মহাক্কী থৌজাল ফংজপ্রবা মহাক অদুদি, মাগী থম্মোইদা লেংদ্রবা মূর্তি ওইদুনা লৈপ্রবনি; মহাকপু হেক শোনবা তোকপদা মশামক মমা-মপা লৈজদ্রবা মী অমগুম মতোমতা খঙরিবনি। মহাক্কী থৌজাল অমুক্তং ফংজপ্রবা মী অদুদি মহাক্কী মনাক্তা অমুকসু তোয়না চৎলি। মহাক্কী খৌরাংবা কোক্লবা হোৎনৈ; পেনবা নাইদে। বাবানা শন্দোক্লিবা 'প্রেম'গী পাউজেল ৱারী শাজে; জ্ঞান ফংজবগী ৱারী শাজে; মহাক্কী অঙকপা মগুণ কয়া শকচৈ; অদুম পেনবা নাইদে।

অসিগুম্বা, মাগী মগুণবু শকপগী লোয়বা নাইদ্রবা, লৈশেম্বা মপুগী মগুণ চেল্লবা সাঈবু "ওঁ শ্রী অনন্তনুতকর্তৃনে নমঃ" হায়না খুরুমজে।

## (৫৬) ওঁ শ্রী আদি পুরুষায় নমঃ

'আদি' হায়বদি হৌরকফম হায়বনি; 'পুরুষ' হায়বদি সাঙ্খ্য শাস্ত্রগী মতুংইন্না হৌজিকসু লৈরিবা মশক হোংবা লৈত্রবা, হান্নদগী লৈরক্লিবা মহাক অদুবুনি হায়রি। অদুনা 'আদি' (খ্বাইদগী ইহান হানবা) অমসুং 'পুরুষ' (হৌজিকসু লৈরিবা) ৱাহে অনী অসি পুনশল্লগা 'আদি পুরুষ' হৌজিকসু লৈরিবা খ্বাইদগী ইহান হানবা মহাক অদু হায়বনিনা ঈশ্বর নত্তনা কনা অতোপ্পা অমা নত্তে। অদুগুম্বা পুরুষ মহাক অদু সত্য সাঈ বাবানি হায়না

শৈথাবনি। অঙ্কগী ময়েক্তা হায়রগা খ্বাইদগী ইহান হানবা কাখল (দিজিৎ) অদুনি। ময়েক অসিনা হৌবদগী হৌজিকফাওবা লেঙদনা লৈরগা, কুইর-কুইরগা 'শূন্য' (জিরো) অমমম্ হাপচিল্লিবা মখে অরেপ্পা লৈতনা চাউবা হেনগৎলকপা অদুমক্কি "আদিপুরুষ" কী মগুণ হায়ববু।

বাবাদি কলি যুগকী অবতারনি। মীওইবা জাতিবু লৈখা তাদনবা ধর্মবু হিঙ্গৎহনবা লাকপনি; ধর্ম হায়বসি মীওইবা জাতিগী অমত্তা ঙায়রবা পরম্পরা অমনি; মসিবু সনাতন ধর্ম কৌই, লোয়বা নাইদবনি। বাবানা 'সনাতন সারথি' নি; হায়বদি 'লৈশেম্বা জগৎ সৃষ্টিগী মতমদগী (আদিদগী) অরেপ্পা লৈতবা শাথৌবা' হায়বা অদুমক্কি। কুরুক্ষেত্রদা ইবুংঙো মহাক্না শাথৌবা ওইদুনা অর্জুনবু মুক্তি ফংনবগী বিজ্ঞান তাকপিখি।

'কুরুক্ষেত্র' হায়বদি, 'কু' (অমম্বা) বু 'রু' (মাঙ্হনবা) 'ক্ষেত্র' হায়বদি লানফম হায়বনি। মীওইবগী হকচাং অসি কুরুক্ষেত্রনি। ঐখোয় খুদিংমক্কী হকচাং অসি কুরুক্ষেত্রগী লানফম্নি। শোক্লরিবা লানফম্না 'অফবা' গা 'ফত্তবগা', 'জ্ঞান'গা 'অজ্ঞান'গা, 'অপেনবা'গা 'পেন্দবা'গা, 'পীনিংবা" (থৌজাল)গা 'পীনিংদবা' (মশক য়েংনিংদবা)গা, 'মচিন-মনাও ওইবগী ব্রাখল'গা 'কল্লক্লবা' অসিনচিংবা মশীং লাকঙমদ্রবা অক্ষৌহিনী তেঙ্গোল ময়াম থাদোক্তুনা নোং যুঙ্ ঙানবদগী নুমিৎ তাবা ফাওবা নুমিৎ খুদিংগী লান শোক্লরিবনি। হায়রিবা লানফম অসি অতৈ কদায়দা নত্তে, মীওইবা ঐখোয়গী হকচাং মনুং অসিদনি। অদুনা, ইহান হানবা মীওইবা অদুদগী হৌরগা হৌজিক ফাওবা অসিদা মী খুদিংমক্কী সারথি (শাথৌবা) অমমম দরকার লৈদুনা লাক্কি। ভগবান (পরমাত্মা) মশামক্না মীওইবনা লানফম খুদিং অসি শোক্লবা ঙম্নবা মী খুদিংমক্কী হকচাং দোলায় অসিগী মনুংদা সারথি ওইবিদুনা লাক্কি। জ্ঞানেন্দ্রিয়শিংনা শগোল ওইদুনা চিংলি। থৌবিরিবা লম্বীদি সত্য অমসুং প্রেমগী লমশাঙ্নি। খুদোংথিরিবদি,

ঐখোয় অয়াম্বনা ইবুংঙো মাবু মশক খঙদে, য়ানিংদে অমসুং থৌশাদে। অদুবু বাবাদি ঐখোয়গী সনাতন সারথিনি, আদি পুরুষনি, 'হকচাং' কৌবা দেবনগর অসিদা আদিপুরুষ ওইনা লেঙশিনবিদুনা লৈরিবনি।

'পুরুষ' কী পুমতোপ তোপ্পা অর্থ অমসু লৈরি, 'মহৈ পীবিরিবা মহাক' হায়বনি। বাবানা মাগী সাধকশিংদা মখোয় মখোয়না তান্নজরিবা অমসুং হোৎনজরিবা অদুগী মহৈ পীবিরি। মানা মানা নীংজবা ইস্তদেবতাগী দর্শন পীনবি। স্বামী পুরষোতমানন্দ দা 'পদ্মনাভ' খোইদৌদা থম্বাল শাৎপা শ্রীবিষ্ণুগী দর্শন ফংহনবিখি। দর্শন পীনবিখিবা মফমদি ঋষিকেশ মনাক্কী বসিষ্ঠগুহ কৌবা মফম অমদনি।

অসিগুম্বা, মীওইবা জাতিবু জীবন সঙ্গ্রামদা লমজীংবিরিবা, সনাতন সারথি ওইবিরিবা সাঈবু আদি পুরুষ ইহান হানবা মশানা শেমজবা নুপাগী শক্তম ওইবনি হায়দুনা "ওঁ শ্রী আদিপুরুষায় নমঃ" হায়না খুরুমজরি।

## (৫৭) ওঁ শ্রী আদি শক্তিয়ে নমঃ

'আদি' হায়বদি খ্বাইদগী ইহান হানবা নত্রগা আরম্ভ, হৌদোকপা হায়বনি। 'আদি শক্তি'গী অর্থদি ঈশ্বরগী মায়ারূপ ওইবা লৈশেমঙৈগী শক্তি হায়বনি। অমরোমদা হায়রগা জগৎ সৃষ্টিগী হৌদোকশেল্ ওইবা শক্তিনি, ওল্লু হায়বদা ওনবা ঙম্বা। অদুনা, আদি শক্তিবু পরমেশ্বর, হায়বদি ঈশ্বর পূম্নমক্কী ঈশ্বর ওইরিবা মহাক অদুনি অমসুং মহাক্কী ইচ্ছা শক্তিনা সৃষ্টিগী থবক পাঙথোক্লিবনি হায়না শাস্ত্রনা তাক্লিবনি। ইবুংঙো মহাক অদু অতৈ কনাসু নত্তে, ভগবান শিবনি। 'শিব'গী অর্থদি খ্বাইদগী শেংবা, কোনশেং হায়বনি। বিজ্ঞানগী বিচারদা য়েংলবসু ইনর্জিদগী পোৎ ওইরকপনি; পোৎচাকশিংদগী ইনর্জি অমুক ওল্লি; অনী অসি অমত্তনি হায়নসু খাবানা তাকপিবা লৈশ্রে। অদুবু লৈশেম লোনগী মতুংইন্নদি

পোৎচাক্তগী ইনর্জি (শক্তি) না হাপ্লি হায়রি। অদুনি আদি শক্তি হায়রিবা অসি। আদি শক্তি অসি কোন্‌শেংনি, ইনর্জিনি; হায়বদি শিব শক্তিনি।

বাবা মশামক্লা মহাক শিব শক্তিনি হায়না লাউথোকপীগ্রবনি। বাবাগী ভক্ত কয়ানসু সাঈ বাবাবু মখোয়গী 'মমা' ওইনা অনুভব তৌবা লৈগ্রবনি। বাবানা নুপী ভক্তশিংদা য়াম্না তোইনা প্রশান্তি নিলয়ম অসি মখোয় মখোয়গী মমাগী য়ূমমক্নি খল্লু তাকপিগ্রবনি।

বাবাদি আদি শক্তিনি, আদি শক্তিদি লৈশেমঙৈগী শক্তিনি অমসুং ইমাগী শক্তিনি হায়রবনিননা আদি শক্তি অসি আদি পুরুষকী উৎদ্যোগ শক্তি ওইবা রূপ অমনি। নুপীগী শক্তিনি। মতাং অসিদদি আদি পুরুষকা আদি শক্তিগা অনী অসি তোঙান-তোঙানলি। অসুম্না, 'আদি শক্তি' না নুপীগী শক্তি ওইবা অদুননি নবরাত্রিদা মহাকপু পুজা তৌরিবা, নবরাত্রি অসি ইমাবু ইরাৎপগী কুম্মৈনি। ইমা হায়বসি আদি শক্তিনি; লৈশেমঙৈগী শক্তিনি (প্রাইমেল ইনর্জি); অদুননি বাবানা করিগুম্বদা সরস্বতী করিগুম্বদা দুর্গা অমসুং মতাং অমদনা লক্ষ্মী ওইনা শক্তি অমত্তগী শক্লোনবু মশক হোং-হোংদুনা মতাং চানা দর্শন পীবিরিবা। চপ মান্নবা শক্তিনা তোঙান-তোঙানবা শক্লোন তোঙান-তোঙানবা থবক তৌবগী ঈঙ্গিৎনি।

আদি শক্তি অদুনা জ্ঞানগী মরী লৈনবা থবক তৌরকপদা সরস্বতীগী শক্লোন, য়েক্লবা মাঙ্‌হন্‌বা মতমদা দুর্গাগী শক্লোন, লন-থুম তানশনবা মতমদা আদি শক্তিনা লক্ষ্মীগী শক্লোন লৌবনি। অদুননি বাবানা জ্ঞানীশিংগী সভাদা (বিদ্বত সভাদা) সরস্বতীগী শক্লোন উত্তুনা সভাগী অধ্যক্ষ ওইরিবা। বেদগী কর্ম্মকাণ্ড ঙাক্লা চৎপা যজ্ঞদা দুর্গাগী শক্লোন লৌদুনা লেঙশিন্‌লি; লনথুম্ (দান্) য়েল্লমদাইদা লক্ষ্মীগী শক্লোন লৌই। মফম অমসুং মতম খেন্নবগী মতুংইন্না পীনবিরিবা শক্তি অদু আদি শক্তিনি। সাক্ষিনা অসি মনাই ভক্তশিংদা অমুক্তা ময়েক শেংহল্লগে হায়দুনা নুপী ভক্তশিংদা মহালক্ষ্মী

অমসুং গৌরি ওইনা দর্শন পীবিখিবা লৈ। অসিগুম্বা ইবুংঙো মহাক্কী আদি শক্তিনা মমা অমা ওইনা উৎপা অসি অমুক্তা ময়েক শেংহল্লিবনা বাবানা অঙাংশিংদা তৌবিরিবা দয়া অসিনি। অশোনবা, শোয়নাইরবা, উপাই লৈজদ্রবা কয়াদা মতেং পাংবিবা চৎপা ঙমহনবিবা, লাইরিক তম্বীবা, মচাক মরল পীবিবা, অসিনচিংবা কয়াগী মতেংনা অতনবা কোকহনবি অমসুং জ্ঞানগী মৈরা চুখৎপী; ফম্নাইবা মী ফাওবা ওইহন্দুনা ঈশ্বর ফংনবা লম্বীদা লমজীংবিরি।

অসিগুম্বা আদি শক্তি হায়বদি শক্তি পুম্নমক্কী হৌরকফম, নুপীগী শক্তি ওইবা সাঈবু, "ওঁ শ্রী আদিশক্তিয়ে নমঃ" হায়না খুরুমজরি।

## (৫৮) ওঁ শ্রী অপরূপ শক্তিনে নমঃ

'অপরুপ' হায়বদি পূক্নীং নুংঙাইহনবা, তোপ-তোপ্পা, অতাঙ্বা নত্রগা অঙকপা হায়বগী ৱাহন্থোক লৈ। অদুনা 'অপরূপ শক্তি' হায়রগদি 'পূক্নীং নুংঙাইহনবা অমসুং অঙকপা শক্তি লৈবা মহাক অদু' হায়বনি। বাবাবু শৈথারিবনি।

ঐখোয় খূদিংমক্কী থম্মোইদা লৈবনিনা, ঐখোয়না তৌরিবা পুম্নমক বাবানা খঙ্ই। থবক অদু পাঙ্থোক্লিঙৈদা তৌগে হায়না নীংদা নীংলকপদা বাবানা অদুম খঙ্খ্রবনি; থৌরাং তৌবা হৌরকপদা মহাক্না হান্না খঙ্খ্রবনি। মফম খূদিংমক্তা লৈবীরিবা মহাক্লিনা অহাংবা আকাশ শীজিন্নদুনা মহাক্কী ইচ্ছা মতুংইন্না হেক্তা য়ৌবা ঙম্মী, দর্শন পীবা ঙমই। মহাক্না হৌজিক লৌরিবা অবতারগী শক্তম অসি ওইনসু মফম অমদা, মতম অমদা হেক্তা য়ৌরকপা ঙম্ই। ইবুংঙো মহাক্না জ্ঞানস্বরূপ ওইবিরবনিনা ঐখোয় খূদিংমক্কী করিনা খ্বাইদগী ফগনি নত্রগা চুনগনি হায়বা খঙবী। ভগবান কৃষ্ণগী অবতার

মতুংদগী ঙসি ফাওবদা, সাঈ শক্তি নত্তনা কনা অমত্তনা মদুগা মান্নবা নত্রগা অহেনবা অমত্তা পুথোকপা ঙমখিবা লৈত্রি। শির্ডিদা লৈরিঙৈদসু মহাক্না 'ঐ বাসুদেব নি' হায়না লাউথোকপিখ্রবনি। 'ঐ মহালক্ষ্মীনি', 'ঐ পন্দরিনগরগী ভগবান বিঠোবানি।' বিঠোবাগী অতোপ্পা মমিং বিট্টল হায়নসু খঙ্নৈ, বিষ্ণুগী অতোপ্পা মমিংনি। মুম্বাইগী মনুংচনবা শোলাপুর মনাক্তা পন্দরপুর নত্রগা পান্দরিনগর দা লাংপা মরুওইবা বিষ্ণু মুর্তি নি। 'ঐ গনপতিনি', 'ঐ দত্তাত্রেয়নি', 'ঐ কৃষ্ণনি'। 'জগৎকী মপাম্ছোংগী শক্লোন পূম্নমক ঐঙোন্দা লোয়না য়াওরি', 'ঐ নিরাকারনি, মওং লৈতবনি অমসুং মফম খূদিংমক্তা লৈবনি; জগৎ অসিদা উরিবা পূম্নমক ঐ ঙাক্তনি।' অসুম্না য়াম্না তোয়না তাকপিখ্রবনি।

শির্ডিদগী পুট্টপর্তিদা (শায়োল্লকখ্রবা) লাকখ্রবা 'সত্য' সাঈ বাবা অসি জগৎশিনবা থুংনা লৈ হায়বা খঙহনবিদুনা অসুম্না লাউথোকপিখ্রবনি, "জগৎকী অমত্তা ঙাইরবা লেঙ্দ্রবা মহাক্ অদু ঐনি, ঐদি মফমখূদিং মনুং মপান খায়দনা লৈবনি। ঐগী শক্লোনদা জগৎ ব্রহ্মাণ্ড অসি য়াওরিবনি। বিশ্ববিরাট স্বরূপনি। ঐদি দেবতা পূম্নমক্কী অপুনবা শক্লোননি।"

"ঐ শকলোন লৈতবা নিরাকারদগী মীওইবগী শক্লোন (নরকার) ওইরকপনি", হায়না তাকপিবগা লোয়ননা বাবানা অসুম্না অরোইবা ওইনা পাউতাক পীবিখ্রবনি, "কনাগুম্বা অমনা ঈশ্বর কদায়দা লৈ হায়না হংলবদি অমুক নাকোয়ননা ঈশ্বরদি মফম খূদিংদা লৈ হায়বা খুল্লগনু। পুট্টপর্তিদা চৎলু, ঈশ্বর উনবা ফঙ্গনি হায়না মফম অসিদা থারকউ।" অসুম্না পাউজেল পীখ্রবনি।

অসিগুম্বা থোইদোকপা অঙকপা শক্তি লৈরবা সত্য সাঈ বাবাবু "ওঁ শ্রী অপরূপশক্তিনে নমঃ" হায়না খুরুমজরি।

## (৫৯) ওঁ শ্রী অব্যক্ত রূপিনে নমঃ

ভগবত গীতাদা ভগবান কৃষ্ণনা তাকপিরি, "বিশ্বজগৎকী অহানবা নোংঙাল্লকপদা উরিবা (ব্যক্ত) পূম্নমক মশক উদবা (অব্যক্ত) ব্রহ্মদগী ওইরকপনি; নুমিৎতাবা মতমদা মশক উরম্বা পোৎ, ব্যক্ত ওইরম্বা পূম্নমক মশক উদবা অমম্বদা অমুক তিনখিগদবনি। মসিনি অব্যক্ত হায়রিবা অসি।"(১৭) শ্লোক অসিগী 'নোংঙাল্লক্পা' হায়রিবা অসি জগৎশেম্বা সৃষ্টিগী অহানবা নুমিৎ অদুনি; অয়ুক্কী নুমিৎ থোক্লকপা অদু নত্তে।

'অব্যক্তরূপ' হায়বদি 'অব্যক্ত' (মশক উত্তবা) অমসুং 'রূপ' (শক্লোন) ৱাহৈ অনী অসি পূনশল্লগা উদবা শক্লোন, নিরাকার ব্রহ্মবু খঙ্নৈ। সত্য সাঈ বাবাবু মশক উত্তবা অব্যক্ত রূপনি হায়বদি নিরাকার ব্রহ্মগী মশক্লি হায়রিবনি। অমরোমদা গীতাগী শ্লোক অসিদা পীরিবা নিরাকারদগী সাকার ওইরকপদা উরিবা শক্লোনশিংনা মথৌ লোয়রগা নিরাকার ব্রহ্মদা তিন্খিবা অসিনা তাক্লিবদি, 'অব্যক্তরূপ', মশক উত্তবা শক্লোন লৌবিরিবা বাবা অসি মশক উবা 'ব্যক্ত'গী হৌরকফম্নি হায়বনি। অদুনা বাবাদি লৈশেম্বা, লৈতাবা অমসুং লৈরোন চনবা (সৃষ্টি, স্থিতি অমসুং লয়) অহুম্মক্কী মপূনি হায়বনি। মহাক্না তাকপিবা লৈ, "নহাক্না করিগুম্বদা 'সৃষ্টি' 'স্থিতি' অমসুং 'লয়' অহুম অসিবু অমুক্তদা খঙলবদি নহাক্ ঈশ্বর উরবনি।" 'লয়' হায়বদি নিরাকার শক্উদবা অদুবুনি; 'স্থিতি' লৈতাবা হায়বা অসিমক্তি, লৈশেম্বা 'সৃষ্টি' অমসুং লৈরোনচনবা 'লয়' গা অনীগী মরক্তা লৈবা শক্লোননি। মরম অসিনা বাবাদি 'অব্যক্তরূপ' (মশক উত্তবা শক্লোন) অমসুং 'ব্যক্তরূপ' (উরিবা শক্লোন) অনীমক পূল্লবনি। শক্তম উৎপা 'ব্যক্তরূপ' তা লৈরবা মতমদা সত্য সাঈ বাবা নি; শক্তম উত্তবা 'অব্যক্তরূপ্তা' লৈরবা মতমদা ব্রহ্মনি, নিরাকারনি; 'দত্ত' শক্তিনি হায়বদি দত্তাত্রেয় ভগবানগী শক্তিনি; হায়বদি, নারায়ণ-শিব-ব্রহ্ম অহুমগী অপুনবা শক্তিনি।

গীতাদা ভগবাননা তাকপি, "ঐদি পোকপা, শিবা অনীনা শোকপা ঙমদবা ওইরবসু প্রকৃতিগী পোৎচংশিং শীজিন্নদুনা মশক অমসুং মমিং লৌদুনা হেক-হেক লাকই।" (১৮) বাবানা 'আকাশ', অহাংবা শীজিন্নরবা শক্লোন লৌরকপদু বিষ্ণুনি, মফম খুদিংমক্তা হেক্তা য়ৌবা ঙমই; 'বায়ু', নুংশিৎ শীজিন্নদুনা শক্লোন লৌরকপা মতমদা মহাক অদু সূর্য্যদেবনি, নুমিৎ কৌবা লাই অদুনি। মহাক্তি অরংবনি, মঙালনি, জ্ঞানগী হৌরকফম্নি। 'অগ্নি' মৈ শীজিন্নদুনা লৌরকপা শক্লোন অদু মহেশ্বরীনি, ইমানি; অমাং-অতা লৈত্রবা নুপীগী শক্লোননি। 'জল', ঈশিং শীজিন্নদুনা ওইরকপা শক্লোননা গনেশনি, বিনায়ক্লি, বিঘ্নেশ্বরনি; হায়বদি অমাং-অতা, য়েখাইথিনগাইবদগী কনবিবা দেবতানি। 'পৃথিবী', লৈপাক শীজিন্নদুনা ওল্লক্পা শক্লোননা শিব ভগবাননি, বিভূতি তৈবনি (বিভূতি-ভুষণনি)। মতম পূম্নমক্তা ঙাকপি-হৈবনি।

নিরাকার (অব্যক্ত) ওইরবসু মহাক্তি অমুক্তদা বিষ্ণু, সূর্য্য, দুর্গা, গণেশ অমসুং শিব পূল্লবনি। অদুনা মহাক্কী মমিং 'সর্বদেবতা' কৌই। ঈশ্বর পূম্নমক অমত্তদা পূনশল্লবা শক্লোলনি।

অসিগুম্বা 'অব্যক্তরূপ', তাইবঙ্গী ইন্দ্রিশিংনা খঙঙমদ্রবা সাঈবু "ওঁ শ্রী অব্যক্তরূপিনে নমঃ" হায়না খুরুমজরি।

## (৬০) ওঁ শ্রী কামক্রোধ ধ্বংসিনে নমঃ

'কাম' - অপাম্বা, 'ক্রোধ'-অশাওবা, 'ধ্বংসি' - মাঙ্হনবা, মহাক অদুবু খঙ্নৈ। অপূনবদা, বাবাবু অপাম্বা অমসুং অশাওববু মাঙহনবিবা ইবুংঙো মহাক অদুনি হায়না শৈথাবনি। বিষ্ণুসহস্রনামদসু ভগবানবু 'কামহা' অপাম্বা-মিহৌবা মাঙহনবা, 'ক্রোধহা', অশাওববু মাঙহনবা হায়না শৈথারি। অশাওবা হায়বসি অপাম্বদু ফংদ্রবা মতমদা নত্রগা মদু

ফংনবা হেৎনবদা অথিংবা পীরুবা মতমদা ওইরক্পা ফিবম (বিকার) অদুনি। অতৎ-অখম লৈতনা অহোঙবা নাইবা সংসারগী মায়াদগী পোক্লকপা অপাম্বদি অপেন্বা অমসুং অরেপ্পা লৈতে: অপাম্বা অমনা অপাম্বা অমদা অমুক লম্জিংই; অদুনা নীংবা থুংবা কৌবা লৈতে; অদুনা অপাম্বা লৈরিবা মখৈ অশাওবা লৈ। অপাম্বা অমসুং অশাওবা অনী অসিবু মাঙ্হনবিবদি বাবানি।

অদুনা বাবানা তাকপি, 'পুরুষার্থ' হায়বদি মীওইবনা পুন্সিগী শান্নবুংদা চন্দবা য়াদবা পাঞ্জন মরি (৪) বু খঙনৈ; মখোয় অদুদি ধর্ম, অর্থ, কাম অমসুং মোক্ষ হায়না খঙনৈ। ধর্ম (কর্ম অফবা) গী পাম্বৈনা অর্থ (লনথুম) তানশনগদবনি; ননিং থুংলবা মতমদা 'মোক্ষ' হায়বদি অজ্ঞানগী শারংদগী থাদোরক্নুনা মনিং মখা তন্নবা জ্ঞানী অমা ওইরকপা ফঙনিংবগী অপাম্বা (কাম) পোক্হনবা অদুবুনি।

অসুম্না বাবানা সংসার মায়াগী অপাম্বা অমসুং অপাম্বদগী পোক্লকপা অশাওববু মাঙ্হনবীদুনা 'বৈরাগ্য'গী লম্বীদা লমজীংবি। নহাক্না 'জপ' অমসুং 'ধ্যান' তৌদুনা 'মোক্ষ'গী লম্বীদা খরদংবু চঙ্শল্লবদি মখা তাবদি বাবানা মথং-মথং তপ্না-তপ্না লমজীংবিদুনা মীওইবা ঐখোয়না ফংগে তান্নরিবা নুংঙাইবা 'আনন্দ' অদু ফংহনবিগনি।

উরিবা, তারিবা পূম্নমক অসি সাঈ ঙাক্তনি; নঙোন্দা লৈরিবা আত্মা অদুসু সাঈনি হেক খঙবা মতমদা নহাক্না কনাবুসু হুন্নানবা অমসুং হঙ্গোইবা লৈররোই। সাঈনা ঐখোয়দা পীবিরিবা পূম্নমক খ্বাইদগী ফবা ঙাক্তনি খঙলবা মতমদা নহাক্না করি অতৈ থোইদোকপা অপাম্বা লৈররোই, সাঈগী থৌজাল নত্তনা। সাঈ ভক্তশিংগী হান্না লৈজরম্বা 'মহৌশা' পূম্নমক অচিকপা, অঈংবা, খোইরাংবা লৈত্রগা অনৌবা মহৌশা অমদা ওন্থোকপিদুনা 'শান্ত স্বরূপ' কী শক্লোন অদু ফঙজবা ঙম্নগনি। কাম অমসুং ক্রোধ (অপাম্বা

অমসুং অশাওবা) গী লৈফম লৈররোই। 'শান্তি'দি অপান্বা লৈত্রবা মতমদা ফঙ্ই; 'প্রেম'দি অশাওববু জয় তৌবা ঙন্নবা মতমদা ফঙ্ই। পূন্নমক অসি সাঈগী কৃপানা ওইথোকই।

অসিগুম্বা অপান্বা অমসুং অশাওববু খুদুম চন্নবা সাঈবু, "ওঁ শ্রী কামক্রোধধ্বংসিনে নমঃ" হায়না খুরুমজরি।

## (৬১) ওঁ শ্রী কনকাম্বর ধারিণে নমঃ

'কনক' হায়বদি 'সনা' হায়বনি; 'অম্বর' হায়বদি ফিজেৎ; 'ধারণ' ফিজেৎ থোনবা হায়বনি। অশম্বদা বাবাবু সনাগী ফিজেৎ থোনবা ইবুংঙো হায়না শৈথাজবনি। ধর্মগী চৎনবী মতুংইন্না দেবতাশিংবু সনাগী ফিজেৎ থোনহল্লি। মতম অদুদা ইবুংঙো মহাকপু 'কলিত কনক চেলা', সনা মচুগী, রেশমগী ফিজেৎ থোল্লবা নত্রগা 'পীতাম্বরধারি' - পীত-নাপু মচু, অম্বর-ফিজেৎ, ধারি-থোল্লবা, নাপুগী ফিজেৎ থোল্লবা হায়না ভক্তশিংনা অমুক্কা পেন্না শৈথাজে। ('কলিত'-থোল্লবা, শেৎলবা; লৈতেংলবা; 'কনক'-সনা; 'চেল'-ফিজেৎ) সত্য সাঈ বাবাসু সনা মচু শঙলবা অম্বর শেৎলি। শির্ডি বাবা ওইনা শির্ডিদা লৈরিঙৈদসু বাবাদি সনাগী ফিজেৎ চপ মান্নবা মওংদা অদুম থোন্‌বনি। বাবানা মচু শঙ্বা ফিজোল থোনবা অসি ভক্তশিংনা দর্শন নুংঙাইনবনি; ফিগী মখলদি রেশমগী ওইদবা য়াদে হায়বা অকক্নবা থমদে। "ভক্তশিংনা ঐহাকপু ঙাংলৈনবা নত্রগা নাপু মচুগী রেশমগী ফৈজোম শেৎপা পাম্মই, মদু উরগা মখোয়না নুংঙাইজে; মখোয়গী নুংঙাইবা অদু ঐগীদি চীঙ্গাকনি, মদুনা ঐ হিংলিবনি, অদুনা ঐনা মচু শঙ্বা ফিজেৎ শেৎপনি" অসুম্না বাবানা তাকপি। ধর্ম শাস্ত্রদসু ভগবানবু কনকাম্বরধারি নত্রগা পীতাম্বরধারি হায়না শৈথোক্লী। অদুনা বাবানা পীতাম্বর থোনবা, মচুনা অঙাংবা মচুগী ওইবা, অসিদা পৃথিবীথুংনা ফাওরিবা অসিসু য়াম্না

মতা চানরি। অদুবু শ্রদ্ধা লৈরবা ভক্তশিংদদি বাবানা ফিজোল অমবু থোল্লবসু অতোপ্পা অমবু থোল্লবসু মহাক্তি মতম পূম্নমক্তা সনাগুম অদুম লংত্রিক লংই অমসুং মমল য়ামই। ফিজোল খেন্নবনা করিসু থোইদোক্তে। ভক্তশিংগী নুংঙাইনবা বাবানা নুংশিবিদুনা থোনবীবা সনা মচুগী ফিজোলনি, 'কনক অম্বর' নি।

অসুম্না, সনা মচুগী ফিজোল থোল্লিবা সাঈবু, "ওঁ শ্রী কনকাম্বরধারিণে নমঃ" হায়না খুরুমজরি।

## (৬২) ওঁ শ্রী অদ্ভুত চর্য়ায় নমঃ

'অদ্ভুত' = অঙকপা; চর্য়া = থৌওং, থৌদৌ হায়বনি। অশম্বদা, তৌথোরকপা খূদিংদা অঙকপা ওইবা ইবুংঙো মহাক অদু হায়বনি। ব্যাকারণগী ওইবা অর্থদা, 'অ' = অমুক্তা ওইখিদ্রিবা; 'ভূতম্' = মমাংদা অমুক্তা থোকখিদ্রিবা হায়বনি (ন-ভূতম্ হায়রগা চপ মান্নে।) বেদনা হায়বা অর্থগী মতুংইন্নদি 'অদ্ভুত' কী অর্থসি 'উবা ফংদবা' - করিগুম্বা মফম অমত্তদসু উখিদ্রিবা - হায়।

সত্য সাঈ বাবাগী সর্বজ্ঞ ওইবা, পূম্নমক খঙ্বিবা জ্ঞান, মহাক্কী মগুণ অমসুং শক্তি অসিদি মমাংদা অমুক্তা থোকখিদ্রিবা ঙাকনি। খুদম ওইনা, ঙসি ফাওবা ভারতবর্ষগী করিগুম্বা মফম অমদা বাবা নত্তনা মহাক্কী ইচ্ছা শক্তিনা মহাক্কী মুর্তি নত্রগা চিত্রদগী বিভূতি, কুমকুম, চন্দন মকুপ, য়াইঙং মকুপ, খোইহি, অমৃত নত্রগা মাখন তাহল্লকপা, খিকথরকপীখিবা অসুম্না কৃপা পীনবিখিবা লৈত্রি। অতৈ ইষ্ট দেবতা অমত্তনা অসিগুম্বা অঙকপা অসি উৎপিখিবা লৈতে। অদুবু বাবানদি ভারতবর্ষগী অৱাংথংবা হিমালয়দগী খাথংবা ভারতকী অরোয়বা ফাওবগী মনুংদা য়ামদ্রবদা ইমুং লিশিং অমগী মথক্তা অমসুং সমুদ্র ৱাংমা লান্না পৃথিবীগী মফম কয়াদসু মসিমক উৎপিখ্রে।

আমেরিকা (ইউ: এস: এ:) দা ভক্ত অমনা 'বাবানা মফম খূদিংমক্তা লৈ' হায়বা অশেংবা ওইরবদি মহাক্কী মনাক্তসু 'বিভূতি' খিকথবিদুনা সাক্কিনা পীবিয়ু হায়না নীংদ-নীংজবদা বাবানা পীরকপা পাওখুমদা মহাক য়াম্না নুংঙাইজখি। মহাক্কী কাদা থেংলিবা বাবাগী চিত্রদা মশেক মঙান নিপান কাপথোকপা নিলকান্ত (সফাইয়র) মণি অমা গুক্তা থোনবা উবা ফংজখি। মদু হৌজিক ফাওবা লৈরি।

বাবানা থৌজানবিগে নীংলবদি ভক্ত অদুগী মমঙদা নত্রগা টেলিগ্রাম নত্রগা টেলিফোন নত্রগা চিঠিনা য়ৌহল্লি; মসি বাবাগী তোঙানবা পূমতোপ তোপ্পা থৌদৌ অমনি। য়াম্না তোইনা মহাক্কী চিত্রদগী অইবা চে মচেং অমদা চিঠি ওইনা তারক্কুনা পাউ থারকই; মাগী ভক্তনা ময়ূমদা কচ্চবা ভোজন অদু বাবানা থাপ্না লৈরবসু মশামক লাকপিদুনা অদুম ফংবী। কেরালাগী মঞ্জেরী কৌবা মফম অমদা মহাক্কী ভক্ত অমগী মমাংদা বাবা মশামক্তা সাকার ওইনা লেঙবিরক্কুনা পুং কয়া ৱারী শাখি; ভজন শকমিন্নদুনা থৌজান পীবিখি; মতম অসিদা বাবাদি অন্ধ্রপ্রদেশকী ব্যঙ্কট্গিরি কৌবা মফম অদুদা লৈরিবনি।

অসিগুম্বা অমুক্তা উদ্রিবা থৌদৌ কয়ানা অঙকপা মশক্ ওইরিবা সাঈবু, "ওঁ শ্রী অদ্ভুতচর্য্যায় নমঃ" হায়না খুরুমজরি।

## (৬৩) ওঁ শ্রী আপদ বান্ধবায় নমঃ

'আপদ' - খঙ্হৌদনা তাশল্লকপা খুদোংথিবা; 'বান্ধব' - মরূপ (বন্ধু) খঙ্নৈ। অশম্বদা, 'আপদ বান্ধবায়' - খঙহৌদনা অৱাবা তারকপা মতমদা কনবিবা মরূপ হায়বনি। সাঈ বাবাগী গুণগান অমনি। ৱাবানা তাকপিখি, "ঐহাক্তি ভক্তবু কনবিবনা (ভক্তরক্ষন) ঐগী ইথৌনি।" মরম অসিননি অৱাবা তারবা, খঙহৌদনা থোকপা দশা কয়াদা বাবাবু নীংশিংজবতদা কনবীখিবগী ৱারী কয়া লৈরিবা।

শ্রী টি: চিদম্বরৈয় কৌবা বাবাবু থাজবা অহল ওইরবা আনন্তপুরদা লৈবা এদভোকেট অমা কন্না চেন্নিবা ট্রেন গাড়ীদগী আর্কোনম কৌবা মফম অদু য়ৌরমদাইদা খণ্ডহৌদনা ওন্থরম্মী; অদুবু অশোক-অপন য়াওখিদে। অমুক্কা আর্কিরিপল্লি হায়না খঙ্নবা, স্বামীগী আশ্রমদগী মাইল ৩০০ লাপ্পা মফম অমদা শ্রীরামমূর্তিগী নুপী অদু মাগী সারিদা মৈনা ৱায়দুনা মৈচাক ফনা চাকখৎলম্মী। মহাক্কা পাখত্তুনা ‘স্বামী’ হায়না খঙ্লাউ লাউরম্মী। বাবানা মাগী খোঞ্জেন অদু তাবিবদগী মৈ অদু মতোমদা অদুম মূৎহনখিরম্মী। ভক্তশিংগী কার কয়া রোড এক্সিদেন্ট থোক্তুনা মথক মখা ওল্লম্মী; অদুবু মিকুপ অদুদা স্বামীবু কৌজবতদা মনাই ভক্তশিংদু করি অমত্তা শোকহন্‌খিদবগী ৱারী কয়া লৈরি। দলান অৱাংবদগী অঙাং তারকপদা শোকখিদবগী থৌদোক কয়া ভক্তশিংদা থোকখি। বাবানা মফমশিং অদুদা চত্তুনা কনবীখিবা ঙাক্তনি।

ভক্ত অমনা দবল রেলৱে ত্রেক অমা লাল্লম্মী, মাল পুবা রেলগাড়ী অমনা থোমগদবা খজিক্তা ঙাইরবদা তেলেগু মরোলদা ‘শোমদা লাওনে; ভাব্ তারিবরা নঙনা তৌরিবা অদুবু’ হায়বা বাবাগী খোঞ্জেন অমা তাখি। হনুবা অদু খোঙকাপ অমা খংহন্ হন্দোকই অমসুং মথৱাই হিংহৌই।

চার্লস পেন কৌবা আমেরিকাগী পাইলোত অমা মানা তোংলিবা এরোপ্লেন বেরা তৌরক্তুনা লৈমায়দগী ফুট ১৫০০ দা নেম্না পাইথরকপগা লোয়ননা মমাংগী নুংশেল, ৱিনস্ক্রিন দা পেট্রোল য়ুদুনা কাপ্থোরক্পা হৌরক্লমই। পাখত্তুনা নাকনদা য়েংথোক্লুবদা বাবানা মনাক্তা ফমদুনা লৈরম্বা উবদা করিশু পাখৎখিদ্রে। য়াম্না ঈংনা, তপ্না লৈপাক্তা লেন্দিং তৌরম্মী; অশোয়বা অদু শেমদোক্লগা অমুক পাইখৎখি।

অশুম্না বাবাদি ময়ামগী বন্ধুনি, মরূপ্নি, লমতাকপনি, ইমা-ইপানি অমসুং ঈশ্বরনি; মফম পূম্নমক্তা, মতম পূম্নমক্তা লৈবনি। অসিদসু নত্তনা

বাবানা মাগী সাধকশিংবু আধ্যাত্মিককী অৱাংবা থাক্তা পুখৎপী; নাপল নত্রগা নীংবা কায়বা অনীমক্তগী কনবি। অসুম্না সাধকশিংবু মাগী মাগী লাইনিং পৱৈদা লমজিংবিদুনা, ইবুংঙো মহাক্না পূম্নমক্কী পম্বুংফম ওইবিদুনা চিংশিনবি।

অসিগুম্বা অৱাবা তারবশিংবু তেংবাংবীবা সাঈবু, "ওঁ শ্রী আপদ্বান্ধবায় নমঃ" হায়না খুরুমজরি।

## (৬৪) ওঁ শ্রী প্রেমাত্মনে নমঃ

বাবানা তাকপি, 'প্রেম', অশেংবা নুংশিবা অসি ঈশ্বরগী মঙালনি। "ঋষিশিংনা নুংশিববু 'আত্মা' কৌই"। অসিগুম্বা নুংশিবনা থল্লবা আত্মা অসিনা মীপূম খুদিংমক্কী থম্মোইদা ঙাক্লোইরি। বাবানা অমুকসু তাকপিরি মদুদি, 'নুংশিবা', 'আত্মা' অমসুং 'থম্মোই' অহুম অসিমক ঈশ্বরনি। ঈশ্বরগী মশক্ মুন্না খঙবা ঙম্নবা মহাক্না ভক্ত ওইরিবা ঐখোয়দা অমুক্কসু অসুম্না তাকপিরি, "জীব খুদিংমক্তা নুংশিবা য়াওই, অদুবু মখোয় মশেন অমগা অমগা লৈনরিবা মরী অদু খেন্নবগী মতুংইন্না মমিং তোঙাল্লি। নুপা-নুপী নুংশিনবগী মরীবু 'মোহ' কৌই; মমা-মচা নুংশিনববু 'বাৎসল্য' কৌই; মরী-মতা নুংশিনববু 'অনুরাগ' কৌই। ঈশ্বর নুংশিববু 'ভক্তি' কৌই। মসিগী মনুংদা মমা-মচা নুংশিনবা অসিদা অপাম্বা মিহৌবা য়াওদে, হায়বদি 'কাম' য়াওদে; কখোকপা ঙাক্নি। শাস্ত্রনসু 'প্রেম' হায়বসি অপাম্বা, 'কাম', অসি থাদোকপা ঙম্নবা মতমদা ওইরকই হায়রি।

বাবানা হায়রি, "নঙনা ঐবু মশক চুম্না শক্তাক্লিংলবদি ঐবু 'প্রেম স্বরূপ' হায়না কৌবনা খ্বাইদগী চুমগনি।' তশেংবনি, ইবুংঙো মহাক্তি 'প্রেমস্বরূপ' নত্রগা 'প্রেমাত্মা' অদুমক্তি। প্রেম নত্রগা নুংশিবগী শক্লোননি। ইবুংঙো মহাক্কী প্রেমদি অৱাবা তারবা, চানিংঙাই শেৎনিংঙাই লৈজদ্রবা

অমসুং হিংনবগী লানফম মায়োক্লরিবা ইচম চমজবা ভক্তশিংদগী হৌরগা সাধু সন্ন্যাসী ফাওবনি।

মহাক্লা হায়, "ঐঙোন্দা নঙগী পোৎলুম অদু থাংথৌ, অদুগা ঐঙোন্দগী নুংঙাইবা, ননিং থুংজবা অমসুং অপেনবা পুরগা চৎচখো।" অসুম্না মহাক্তি মাগী 'মচাশিং'বু নোংজু-নুংশা মরক্তা চরাম-চদংননা লৈবা অদু য়েংদুনা লৈবা ঙমদে। "মচা অমনা মমা অমবু নাওপুবা অমসুং পোকপদা কয়াদা অৱাবা পীথ্রবা ? অদুবু, অদুক অৱাবা পীথ্রবা অদু ফাওবদা মমানা মচাবু ফত্তবা অমত্তা খনবা ঙমদে, মচাগী অৱাবদা য়েংদুনা লৈবা ঙমদে। মতম পূম্নমক্তা মচাগী ফনবা খনগনি।" অসুম্না বাবানা ঐখোয়দা তাকপি।

মসিগা চপ মান্নবদা, "নহাক্লা নশাগী পোৎলুম পূম্নমক ঐঙোন্দা থাংথরকপদা নহাক্লা য়াম্না ফত্তবা মী ওইরবা ফাওবদা, ঐনা নঙগী ভার অদু লোয়না পুবিগনি।" অসুম্না ইবুংঙো মহাক্লা সত্য সাঈগী শায়োন লৌবিরকপা অমসুং পূম্নমক্কী অৱা-অনাগী পোৎলুম পুবিগে হায়না য়াবিরিবা পূম্নমক অসি মহাক্লা ভক্তশিংদা কয়া য়াম্না প্রেম লৈবগে হায়বগী প্রমাণনি।

মহাক্লা লোয়না উবী অমসুং খঙ্বী; মহাক্লা ঐখোয়গী হৌথ্রবা, হৌজিক অমসুং তুংগী ফিবম পূম্নমক খঙ্বা ঙম্মি। ঐখোয়না খঙদবদগী মায়াগী লাংনা কুপখিদুনা নাহ্ণোকপা ঙমদদুনা ঈশ্বরগী লম্বীরোমদা চঙশনবা ঙমদ্রিবা পূম্নমক লোয়না খঙবী। অদুম ওইদুনসু মহাক্লা ঐখোয়বু মাগী মনাক্তা চিংশিল্লী, নুংশিনা থৌজাল পীবি; ঐখোয়বু মনীং তমহল্লি, মপূং ফাবা মী ওইহল্লি; অমসুং অকিবা লৈহন্দে। মসিনি বাবাগী নুংশিবগী চাং।

অসিগুম্বা, নুংশিবা (প্রেম) না মঙাল ওইনা ফোংদোকপিরিবা সত্য সাঈবু, "ওঁ শ্রী প্রেমাত্মনে নমঃ" হায়না খুরুমজরি।

## (৬৫) ওঁ শ্রী প্রেম মূর্তয়ে নমঃ

'প্রেমমূর্তি' অমসুং 'প্রেমস্বরূপ' অনীমক্কী ৱাহদ্বোক অদুম মান্নে। বাবানা মশাগী চহি ২০ (কুন) শুরকপদা ইখিবা চিঠি অমদা প্রেমগী অর্থদি 'অৱাবা লৌথোকপিবা অমসুং নুংশিবনা মহুৎ শীঞ্জিনবীবা অদুবুনি' হায়খি। মসিবু শাস্ত্রগী লোন্দাদা, প্রেম = (কাম + ত্যাগ) হায়নসু শীজিন্নে। অদুবু প্রেম অসি অৱাৎ অপা লৈতে; মশা মউ খীংই, পূক্লীং থৌগৎনিঙাই ওই, মীওইবগী সেবা তৌবা অমসুং মনীং থুংহনবা ঙমই। বাবাদা অসিগুম্বা প্রেম অসি লৈবননি মহাক্না মফম পূম্নমক চৎলিবা অমসুং মফম খুদিংমক্তা মহাক্তবু অমুক্তং দর্শন তৌজগে ঙাইরিবা অমসুং ভক্ত পূম্নমক্পু মনীং থুংহল্লিবা। মহাক্কী অসিগুম্বা অকন্বা প্রেম অসি লৈবননি বাবানা ভক্তশিংদা চিঠি কয়া ইরিবা, মেগাজিন কয়া ফোঙলিবা; পাউজেল কয়া পীবিরিবা, লাইরিক কয়া ফোঙবিরিবা; ঐখোয়গী চিংনবা কয়া কোকহনবিরিবা; অৱাবা কয়া কোকপিরিবা; ঐখোয়গী সাধনাদা মতেং পাংবিদুনা পম্বুংফম য়ৌবা ঙমহনবিরিবা।

বাবানা হায়, "ঐগী খূৎ অসি পীবখক্তনি হৈরিবা।" মহাক্না শেল্লিবা পোৎ অমত্তা মাগী শীজিন্নবা নত্তে। মাগী মতম পূম্নমক মীওইবগী কান্নবা থবক তৌবদা শীজিন্নে; মীওইববু থাজ্ঞৎপিনবা অমসুং মনীং মখা তমহন্নবা হোৎনবদা শীজিন্নে। মহাক্না ঐখোয়বু প্রেমগা ঈরোইননা নোংম-নোংমগী মপান ফগৎলক্নবা পাউতাক পীরি। মহাক্না ঐখোয়বু 'সর্বজনসমান-প্রেম' (সর্বজন - মী পূম্নমক; 'সমান' - চপ মান্নবা; প্রেম-নুংশিবা), মী পূম্নমক্তা চপমান্নবা নুংশিবা ঙম্নবা থৌনা পীরি। 'সর্বজন', মী পূম্নমক হায়বসিদা মখল-মখা য়ামই; বাবানা পূম্নমক অদুগী তোঙান-তোঙানবা থৌদাং লৌই। বাবানা পূম্নমক খাঙ্বা ঙম্মি; থাজদবসু খাঙবা ঙম্মি, ব্যবহার কায়বসু খাঙ্বা ঙম্মি; অদুবু তৌশন্নদুনা মীবু পেলহন্নবা হোৎনবদি

খাঙ্বা ওমদে। মী মচা, নাপন্না কামখৎলগা চাউনা উহন্নবা হোৎনরিবা, যোগ নত্রগা সাধনাদা হৈশিংলবনি খন্দুনা বাবাবু চাং ওন্নবা হোৎনরিবা, করিগুম্বদা মহাকপু হুল্লান্নবা হোৎনরিবা পূম্নমক মহাক্না খঙই। অদুবু, বাবানা অসিগুম্বা মরাইবক থীরবা মীওইশিং অসিবু য়াম্না নুংশিনা তৌই। মহাক্না ঐখোয়দা অসিগুম্বা মীওইশিংবু ব্যবহার তৌদুনা লোয়নৌ, মখোয়বু লুনা তৌবিয়ু, য়ানিংদবা লৈরবসু উৎথোক্কনু, খাঙবা কল্লু, অদুম ফরক্কনি হায়না পাউতাক পীরি।

অসিগুম্বা, নুংশিবগী শক্তম লাংলিবা সাঈবু, "ওঁ শ্রী প্রেমমূর্তয়ে নমঃ" হায়না খুরুমজরি।

## (৬৬) ওঁ শ্রী প্রেম প্রদায় নমঃ

'প্রেম প্রদান', প্রেম দান তৌবিবা, প্রেমবু লেম্না য়েহ্নোকপিবা ইবুংঙো মহাক হায়না বাবাবু শৈথাজবনি। ৬৪ শুবা নামরত্নদা বাবাবু 'নুংশিবগী থবাই অদুমক্কি, প্রেমাত্মানি' হায়খ্রে। নামরত্ন ৬৫ শুবদা মহাকপু 'প্রেম'গী 'শরীরবদ্ধ ওইবা', মী ওইবগী শক্লোন লৌরবা 'প্রেম মূর্তি' অদুনি হায়খ্রে। ৬৬ শুবা নামরত্ন অসিদনা বাবাবু 'নুংশিবা' গী হৌরকফম্নি, নুংশিববু পীবিরিবা 'প্রেমদাতৃ'নি হায়না সত্য সাঈ বাবাবু মগুণ চাউনা শৈথারি। তশেংবসু বাবানা জীব পূম্নমকপু নুংশিয়ু তাকপিদুনা ঐখোয় পূম্নমকপু ধর্ম সভা কয়াদা 'প্রেমস্বরূপ' 'নুংশিবগী শক্লোন' ওইরবা পূম্নমক হায়না য়াম্না নুংশিনা কৌবী। মরমদি ইবুংঙো মহাক্না ঐখোয়বু মঙোন্দা য়াওরিবা প্রেমগী ধারা অদু মশক খঙহন্নিংই।

'প্রেমধারা', প্রেমগী ঈফুৎ অসি অতে করিসু নত্তে; ইবুংঙো মশামক্কি। সাক্ষাৎকার, মিৎনা উরবা ওইনা ঐখোয়গী ইমাংদা লেপ্লিবা সাঈ বাবা অসিনি। মহাক্তি অন্তর্যামিনি; পূম্নমক্কী হৌরকফম ওইবা 'কারণ

শরির’ নি। ইবুংঙোগী নুংশিবদি থম্মোইদগী পীবা প্রেমদাম্নি। মহাক্কী বরদগী নুংগুম্না কল্লবা থম্মোই কয়া মীনুংশি চেনবা ওইহনখ্রে। মসিনি ইবুংঙোগী প্রেমগী মর্য্যাদা; মসিনি ইবুংঙো মাগী প্রেমগী মগুণ।

ইবুংঙো মহাক্কী প্রতিমা লাৎচবতদা ইমুং অদুগী লিরবা অনাবা কয়া কোকপিখ্রে। মপা-মচা কায়নরম্বা কয়া পূনশন্নখ্রে; মমা কয়ানা মচাগী নুংশিবা অমুক ফংখ্রে; মচিন-মনাও কায়নরম্বা (বিচ্ছেদ) কয়া অমুক হন্না লেঙ্গোন্নখরে। ঈমুং মশেল খৎনরম্বা কয়া তাইশন্নখরে। কাং-খোং চাইরম্বা (অনাচার) কয়া শান্তিগী মহাও ফংখ্রে। অহঙ্কার কয়া নোল্লুকপরোমদা মায়ওনখ্রে; খুবাক কয়া লোন্নখ্রে, লাইশোন ঈশৈগা লোয়ননা। অসুম্না বাবানা অমগা অমগা মতেং পাংনহন্দুনা মচিন মনাও ওইবা, নুংশিনবগী ব্রাখল লাক্লবগী উৎসাহ কয়া পীবিখ্রে। হৌজিক্কী লোন্দা হায়রগা বাবাগী কৃপাদগী ‘সত্য’ না ইলেক্ট্রিক করেন্ট ওনখ্রে; ধর্মনা তারা ওইদুনা ‘শান্তি’ গী বল্ব কয়াদা প্রেমগী মঙাল লাকখ্রে।

অসুম্না, নুংশিববু পীনবীরিবা সাঈবু, “ওঁ শ্রী প্রেমপ্রদায় নমঃ” হায়না খুরুমজরি।

## (৬৭) ওঁ শ্রী প্রিয়ায় নমঃ

‘প্রিয়’ হায়বদি নুংশিবা হায়বনি। বাবাদি পূম্নমক্না নুংশিজবনি। পূম্নমক্না মহাকপু নুংশিবগী শক্লোন ওইনা পূজা কৎলিবনি। মীয়াম্না পাম্নে, স্বাগত তৌই অমসুং কোইতান তান্নরিবনি, মাগী দর্শনগীদমক। অঙাং-অহল, লাইর-ইনাকখুনবা, মরাইবক ফবা, মরাইবক থীবা, অপঙ-অশিং হায়বগী খেন্নবা লৈতে। থম্মোইগী লোনবু খঙ্লবদি ইবুংঙো মাগী মনাক্তা লাকই। খোংউপ তূবগী শিনফম তৌবা নুপা অমনা বাবাবু মাগী ময়ূমদা চাক কৌই। বাবা চৎলি। হায়রিবা অসি বুদিলি কৌবা খুঙ্গংদনি; শনগাড়ী

অমা তোংদুনা চৎলি। বাবানা হায়, "ঙসি নহাক্কী থম্মোইদা ফাওরিবা নুংঙাইজবা, পেঙবা (সন্তোস) অসি ঐগীদি চীঙাকনি (আহার)।" বাবানা মখা তানা হায়খি, " শির্ডিদা লৈরিঙেদদি ঐ করিগুম্বা মতমদা য়াম্না তমথী; মী খরসু অদুম ফুরিবনি; অদুবু, হৌজিক্তি পুট্টপর্তিদা লাক্লবনিনা ঐ মপুক লাম্লবা মীবু পীজগে, থবাই বারবা মীবু নুঙাইহল্লগে। মরম অসিনা হৌজিক্তি ঐ তপ্না ঙাঙবা তারে। লাইরববু চাক্ কৌবা তারে অমসুং ঐনা ময়ামবু সেবা তৌবা তাই। মসিনা মখোয়বু থবায় তানা চানিংহনগনি অমসুং চাবা তূমহনগনি।" বাবাদি অসুক্কী মতিক্ মীনুংশি চাউখ্রে মদুদি মী পূম্নমক মাগী মনাক্তা চঙবা য়াই অমসুং মখোঙ্ শোকপা য়াই, ঐখোয়না মরাল কয়া লোৎলবসু লোৎত্রবসু মাগী থৌজালদি শোয়দনা পীবি। ঐখোয়গী ইরাল খঙ্লবসু মানা মোমোন মীনোক্কা লোয়ননা ইনাক্তা চঙ্শনবী অমসুং অরানবা পাপ্কী থবক তৌরুরবসু মদুদগী মায় লৈথোরক্কুনা পূণ্যগী থবক অমসুং মীনুংশিহৈবরোমদা পুশিনবী।

মহাক্তি মমা অমগুম্না মীনুংশি চাউই; মপা অমগুম্না বারক চেৎলি; ওঝা অমগুম্না বাখল চাউই অমসুং ঈশ্বর অমগুম্না ঙাকপিহে। অদুনা কনাগুম্বনা নুংশিহৈবা মমা অমা পামজরবা, অশিংবা মপা অমা লৈনিংলবা, মীয়োক-মীচান ফবা ওঝা অমসুং থৌজানহৈবা ঈশ্বর অমা অমুক্তদা পাম্নবদি ইবুংঙো মাগী মনাক্তা চঙ্লকই।

অসিগুম্বা, খূদিংমক্লা নুংশিজবা ওইরিবা সাঈবু "ওঁ শ্রী প্রিয়ায় নমঃ" হায়না খুরুমজরি।

## (৬৮) ওঁ শ্রী ভক্ত প্রিয়ায় নমঃ

গীতাদা ভগবান কৃষ্ণনা তাকপি, 'মহাক অদুনা অফবা থবক তৌদুনা পূণ্য চেনবা মী ওইরবদি পূক্নীংগী শান্তি ফংই। অদুগুম্বা ঐগী ভক্তদি

করিগুম্বা মতমদসু অৱাবা নংদে।' 'ন মে ভক্তা ঃ প্রনশ্যতি'[১১] (মে—ঐগী; ভক্ত—লাইনীংবা; ন প্রনশ্যতি—অৱাবা নংহন্দে।) মহাক্লা শির্ডিদা সাঈ বাবা ওইনা অসুম্না তাকপী, "কনাগুম্বা অমনা মহাক্কী পূক্নীং অদু ঐঙোন্দা মতম পূম্নমক্তা থম্লবা, অদুগা পোৎ অমত্তা হান্না ঐঙোন্দা কংতনা শুকচা চাদ্রবা, অদু ওইরবদি ঐ অসি মহাক্কী মনাই ওইরবনি।" পুট্টপতিদা শায়োন লৌদুনা লাক্লবা মতমদদি সত্য সাঈ বাবানা অসুম্না অমুক তাকপিররে, "ঐগী ভক্তনা ঐবু পূজা তৌরমদাইদা মহাক্কী পূজা অদু মপূং ফানা পাঙথোক্লবগীদমক ঐনা পূজা তৌফম কাগী ৱাংমদা থোঙজিন্দা ঙাইদুনা লৈগনি।" অসুম্না বাবানা ভক্তশিংবু য়াম্না নুংশি (ভক্ত প্রিয়ায়) হায়বদু ঐখোয় খঙ্বা ঙম্লে।

ইবুংঙো মহাক্তি ভক্তশিংগীদমক্তা 'অনকৃপা' অমসুং 'অথাপ্পা' হায়বগী খেন্নবা থমদে; ভক্তশিংগী ময়ূমদা হূরানবা চঙ্হন্দে; কাংলুপকী ঈরাং (জাতি বিপ্লব) থোকপা মতমদা মহাক্কী ভক্তগী ময়ূম্বু কনবী; শোকহন্দে। অচৌবা লৈবাক্কী লাঞ্জাও (রাষ্ট্রীয় সংগ্রাম) গী অৱাবা খুদোং থীবদগী ঙাকথোকপী; দেশকী সীমানাদা লৈবা ভক্তশিংবু কনবী। হায়রিবা পূম্নমক অসি অথাপ্পদা লৈবা ঙাক্তনি। মহাক্লা অমুকসু তাকপী, "ঐনা নখোয়বু মিৎকুপ খুদিংগী মিৎপান্না মিৎপু শেন্নবগুম শেন্নদুনা লৈরিবনি।" মনাই ভক্ত কয়ানা মহাক্কী দর্শন ফংজনীংলবসু শেন্ লৈতদুনা চৎপা ঙম্লোইদৌরি হায়না মমিংতা মপী তাবা ওন্নবদি শেঙ্গাওদা শেন থাদবী; য়াম্না থাপ্পা লমদমদা লৈবা দেবালয়দা সেবা তৌজবা ভক্তশিংনা মহাক্কী মনাক্তা লাক্লিংলবসু পৈশাগী খুদোংচাদবা লৈরবদি দেবালয়গী ফক্লাংদা থেৎলিবা প্রতিমাদগী পৈশা থাদবী। মহাক্কী দর্শন ফংনিংবগী ঙাওরবা ভক্ত ময়াম অমনা পেনুকোন্দা ষ্টেশনদা রেলবে টিকেৎ ফংদদুনা কঙাওনরবদা মখোয়গী তীর্থ যাত্রা অদু পূক্নীং থৌগৎপা ওইনা টিকেৎ থম্বীরম্মী।

কনাগুম্বনা অসিগুম্বা দয়া-কৃপা ফংজবদা মতিক চাবা ভক্ত ওয়া ওইনীংলবদি বাবাবু মখোয়গী অমত্তা ঙায়রবা লমঙ্গিবিবা অমসুং ঙাকপী শেনবীবা ইপা-ইমামক্লি হায়না চপচানা থাজবা অমসুং ভক্তি লৈরবদি

ওইথোকই। "ঐবু ঐগী ভক্তশিংগী মফমদা চিংশিল্লিবসি অতে কনানসু নত্তে মখোয়গী ভক্তিননি" হায়রদুনা 'ভক্তি' হায়বগী অর্থদি 'ভ'=ভগবানদা; 'অক্ত'=নপশনবা 'রক্তি' বু খঙ্নৈ। অপূনবদা, ভগবানদা পুক্নীং লুপশিনবা 'অনুরাগ' লৈববু ভক্তি কৌই। ভগবানদা অসিগুম্বা ভাব 'বৃত্তি' অসি লৈরবা নত্রগা লৈনবা হোৎনরিবা সাধক মহাক অদু বাবানা মতম পুম্নমক্তা ঙাকপী শেনবী।

অসিগুম্বা, মহাক্কী ভক্তশিংবু নুংশিজবা সাঈবু, "ওঁ শ্রী ভক্তপ্রিয়ায় নমঃ" হায়না খুরুমজরি।

## (৬৯) ওঁ শ্রী ভক্ত মন্দারায় নমঃ

'মন্দার' হায়বদি স্বর্গবু খঙ্নৈ। বাবাদি ভক্তশিংগীদমক স্বর্গনি হায়রিবনি। স্বর্গগী নন্দন-কানন্দা হৌরিবা অনীংবা মখে পীবা ঙম্বা উপাল-কল্পবৃক্ষনি, কামধেনুনি, মখোয়গী চিন্তামনিনি। মহাক্না চহি ১৫-১৬ শুরকপদা মাগী ভক্তশিংবু চিত্রাবতী তুরেল মপান্দা হৌরিবা মঙ্গে পাম্বী (হৌজিকসু হৌরি) মখোঙদা পুবিরগা পাম্বীগী মশা মরেং খূদিংমক্তগী পংহেক্তা হেকপদা ভক্তশিংনা পামজবা উহে পুম্নমক ফংই। কনানসু মঙ্গে অমত্তা হেকপিয়ুদি হায়দে, মঙ্গে নত্তবা উহে ময়ামদি বাবানা পঙ্হেক্তা হেকই; মহাক্না শেম্বা প্রকৃতিগী নিয়ম, ঋতুগী পরিনাম, পুম্নমক লাম্ফোকপিদুনা মঙ্গে অমখক্তগী সেম, হৈনৌ, থৈবোং অমসুং লফু পাম্বী হৌহন্দুনা ভক্তশিংগী অপাম্বা মতুংইন্না হেক্লগা পীজে। মঙ্গে পাম্বী অদু হৌজিক্তি কল্পবৃক্ষ কৌরে। (কল্প-কল্পনা, ভাবনা শাবা অনীংবা; বৃক্ষ - নীংবা থুংহন্বা উপাল হায়বনি, স্বর্গদা হৌবা পাম্বীনি।) তশেংবমক্তি মসি ইবুংঙো মহাক্না হেক নীংলিবমখে পাঙথোক্পা 'সংকল্প বৃক্ষ' হায়বদুনি। মাগী মখোঙদা চঙজৌ; পৃথিবী অসি স্বর্গ ওইরবনি। অদুবু, বাবাদি কল্পবৃক্ষদগীসু অমুক মগুণ লৈবা হেল্লি। কল্পবৃক্ষগী থৌজালদি ঐখোয়না

মনাক্তা চঙলগা নিরগা পীবনি; বাবাগীনা মশামক লাক্লগা পীবনিনা, ঐখোয়না খঙদবদগী ফত্তবা বর নিরুগনি হায়বগী অকিবা অদু লৈহন্দে।

বাবানা তাকপিরি মদুদি মহাক্লা ঐখোয়গী হৌগ্রবা পুন্সি অমসুং তুংগী পুন্সি খঙবনিনা ঐখোয়না পূম্নমক মাঙোন্দা শিন্নবা তাই। বাবাদা ঐখোয়নদি য়াম্না পামজবা থৌদাং অমা নিজরুবদা অফ-ফত্তা খঙবনিনা, তুংদা ফংলক্লোইদবা লৈরবদি তৌগনু হায়না তাকপিরক্কদবা লৈরবনি। মরম অসিনা, ইবুংঙোদা পূম্নমক শিন্নথোকপনা খ্বাইদগী ফবা ওইগনি। মাবু মশক খঙ্লবা ভক্ত অমগীদমক্তদি ইবুংঙো মহাক্তং লৈরগা পূম্নমক মপুং ফারবনি।

বাবানা তাকপি, স্বর্গ হায়বসি খ্বাইদগী নুংঙাইবা হায়বদুগী লৈফম্নি। স্বর্গ অসি মফম অমা ওইনা চাউনা লম কন্দুনা লৈবা নত্তে। মসিদি মীওইবগা শাগোন্নরিবা, মশাদা য়াওরিবা প্রকৃতি অদুনি। ঐখোয় অসি স্বর্গ হায়বদুনি; অদুবু ঐখোয়না ইশাদা য়াওরিবা স্বর্গ অসি থাদোক্লগা অতোপ্পা মফমদা শান্নরবনিনা অৱাবগী অৱাবা ঙাক্ত ওইবনি। বাবানা ঐখোয়গী সত্যনি; মহাক্লা ঐখোয়গী খ্বাইদগী ৱাংবা আনন্দনি। অসি নত্তনা অতৈ লৈতে। বাবানা তেলুগু মরোলদা 'অন্দরি লোনু, সাঈ উন্নাডূ' (সাঈদি মফম খুদিংমক্তা লৈবনি) হায়দুনা ঐখোয়দা মহাক্কী তাংদাংবা মশক অদু তাক্লি। মরম অসিনা মহাক অসি 'মন্দার'নি, স্বর্গনি। মফম পূম্নমক্তা লৈবা পোৎ খুদিংমক্তা য়াওবা মন্দার নত্রগা স্বর্গনি। অদুনা ঐখোয়না তৌশন্নবা অসি তোক্লবা অমসুং মচু শঙ্লবা লীলাগী ফিজোন অসি হোংদোক্লবা, অদু ওইরবদি ঐখোয় ইশাদগী সাঈ অদু থোকচরক্কনি। বাবাদি মাগী ভক্তশিংনা হেন্না খঙ্লবনিনা, মহাক্পু 'ভক্তমন্দার' ভক্তশিংগী অথোয়বা স্বর্গ হায়না নীংশিংজবা অমসুং ধ্যান তৌগদবমক্লি। ঈশ্বরতনা ঐখোয়না পাম্লিবা অশেংবা আনন্দ অদু পীবা ঙম্মী। মহাক্কী থৌজালতনা ঐখোয়দা য়াওরিবা ঈশ্বর অসিনা অতোপ্পদা য়াওরিবা ঈশ্বর অদু থিরকপা ঙমগনি।

ঐখোয়দা য়াওরিবা আনন্দ (নুংঙাইবা) অদুনা অতোপ্পদা য়াওরিবা 'আনন্দ' অদু থিরকপদা আনন্দ মশেন খঙনরক্কনি।

অসিগুম্বা ভক্তমন্দার ভক্তশিংগী স্বর্গ ওইরিবা সাঈবু "ওঁ শ্রীভক্তমন্দারায় নমঃ" হায়না খুরুমজরি।

## (৭০) ওঁ শ্রী ভক্তজন হৃদয় বিহারায় নমঃ

ভক্তশিংগী থম্মোইদা নুঙাইনা শান্নরিবা ইবুংঙো মহাকপু খুরুমজে হায়বনি। ভক্তজন = ভক্তশিংগী; হৃদয় = থম্মোইদা; বিহার = শান্নবা হায়বগী পুনশিল্লবা অর্থনি। নামাবলি অসিনা বাবাবু, মহাক্তি, 'হৃদবাসি' হায়বসি ভক্তগী থম্মোইদা লেঙশিনবিবদা নত্তনা য়াম্না নুংঙাইনা শান্নদুনা হায়বদি 'বিহার' ওইদুনা লৈবীরি হায়না শৈথাবনি।

ইবুংঙো মাগী ভক্ত অমা ওইজরবদি লাইবক ফবা মী অমা ওইগদৌরিবনি; নত্রা? অদুবু বাবানদি মী লাক্ষ কয়া তিল্লবা সভাদা লাউথোকখ্রে, "ঐ নখোয়দা ঙসিদি নখোয়বু ঐগী ভক্তনি হায়দুনা কৌররোই; মরমদি, নখোয় ময়ামগী মরক্তা ঐগী ভক্ত কৌবা য়াবা অমা ফাওবা য়াওদে।" অদুনদি মতৌ করম তৌরগা বাবানা ঐখোয়গী থম্মোয়দা লেঙশিল্লক্কগা শান্নবিরবা য়াবা মতিক চাবা ভক্ত অমা ওইবা ফংগনি? কয়াদা লুরবা ব্রাফম্নো? তাকপীরিবা বাবাগী বাক্য অসিনা অরেপ্পা ওইবা তারবদি ঐখোয় পূম্নমক ইবুংঙো মহাক্কী ভক্ত অমা ওইজবা ফংবগী আশাদি লৈতবগা চপ মান্নরে!

অদুবু ব্রারুনু, বাবানা ঐখোয়দা অয়াবা ব্রারোন অমা তাকপিরি, "নখোয়না ঐগী ভক্ত ওইনিংলবদি অমসুং নখোয় খুদিংমক্কী থম্মোইদা ঐগা নুংঙাইনা শান্নমিন্নবা পাম্লবদি নথম্মোই শেংউ, লৌথুপ লৌকোয় লৈগনু, নশাদা মীনদি খঙ্দনা, নঙনা কনাগুম্বা নত্রগা করিগুম্বা পোৎশক

অমগা থাদোক্লবা ঙমদবা, অফা-অপুন অমা চুরিবা (আসক্ত) অদু হান্না অমুক্তা থাদোকখো। মদুগী মহুৎতা নশাদু ইহো হোবা ব্রাগী বাঁশী অমা হান্না ওনখো; বাঁশী অদু চুমদ্রিং চুম্বা, অমোৎ-অকাই পক্তবা ওইগদবনি। অদু ওইরবদি বাঁশী অদু জগৎকী মপুনা নঙবু খোংদুনা শান্নজরগনি। ভগবানগী অশেংবা শ্বরনা কান্নকপদা নঙোন্দগী থোক্লকপা দৈবিক গীতকী খোঞ্জেন অদু তাবদা পৃথিবী পূম্বা মিকপ থোক্লকনি।"

অশেংবা ব্যাকরণগী ওইবা ব্রাহম্বোক্তদি 'হৃদি অমসুং হৃদয়ম্' হায়বসি অর্থ চপ মান্নদে; হৃদয়ম্ হায়বদি, হৃদি = থম্মোই মনুংদা; অয়ম্ = লেঙশিল্লিবা মহাক, ব্রাহে অনী অসি পূনশিল্লগা (সন্ধি) ওইবা ব্রাহেনি। অদুনা ভগবান লেঙশিন্দ্রিবা থম্মোই অদু 'হৃদি' কৌগনি; ভগবান লেঙশিল্লবতদা থম্মোই অদু 'হৃদয়' নত্রগা 'হৃদয়ম্' কৌগনি।

বাবানা অসিমসু তাকপিরি, "ভক্তি লৈগে হায়রবদি বিভক্তি লৈহল্লোইদবনি।" 'বিভক্তি' হায়বদি শেৎন-খাইনবা, তিন্নবা য়াদবা হায়বনি; অসিগুম্বা ব্রাখলগী বিকার অসি লৈরিবা মখেদি ভক্তি লৈবা ঙল্লোই। বিভক্তি লৈরবা থম্মোইদা করম্না ইবুংঙো মহাক্না লেঙশিনগনি। অশেংবা ভক্তদি মাগী মশাগী লন্নাই ব্রাখল লৈতে; পূম্নমক মহাক্কী ইচ্ছানা মাগী ব্রাখল ওইরিবনি। ভক্তনা তৌরিবা পূম্নমক ইবুংঙো মহাক্না তৌরিবনি। মাগী ব্রাহে খুদিংমক ইবুংঙো মহাক্কী বাক্যদগী ওইরিবনি। মাগী ব্রাহে, লনথুম পূম্নমক মঙোন্দগী লৌবা ওইগদবনি; পূম্নমক ইবুংঙো মাঙোন্দা কখোক্লবা ওইগদবনি। অদুতদা বাবানা ভক্ত মাগী থম্মোইদা লেঙশিনবীগদৌরিবনি।

অদুগুম্বা মনাই পূম্নমক্কী থম্মোইনুংদা ঙাম্বোইরিবা সাঈবু "ওঁ শ্রী ভক্তজনহৃদয়বিহারায় নমঃ" হায়না খুরুমজরি।

## (৭১) ওঁ শ্রী ভক্তজন হৃদয়ালয়ায় নমঃ

ভক্তজন = ভক্তশিংগী; হৃদয় = থম্মোই; আলয় = লৈফম; হায়বনি। অশম্বদা ভক্তশিংগী থম্মোইদা লেঙশিনবীরিবা ইবুংঙো মহাকপু খুরুমজে হায়বনি।

বাবানা সৎসঙ্গ সভা অমদা মাগী ভক্তশিংদা ৱারী মতাং অমগী পাউতম্মি, "নোংমা নুপা অমনা মাগী মরূপ অমদা সংসার অসিদা খ্বাইদগী চাউবা পোৎ অসি করি ওইগনি খল্লি, মাগী মোৎ পীউ হায়খি। মাগী মরূপ অদুনা মদুদি পৃথিবীমুক পাক চাউবা, মগুণ লৈবা পোৎপু কদায়দা ফংগনি হায়না খুমখি।" মসিগী ৱাপাং ওইনা বাবানা ৱারী অদু মখা শমথরকখি, "অদুবু পৃথিবী অসিগী শরুক অহুম থোকপগী অনীদি ঈশিংনি; ঈশিং অসুক য়াম্বসি নুমিৎ (সূর্য) না থক্তোকপা ওমই। অদুগা নুমিৎ অসিসু পাকথ্রবা আকাশ অসিদা মাগী পিক্লবা রেখা (খোংচৎ-পরীং) অমদগী হেন্দোক্তনা পীক্লা অসুম লৈজবনি। অদুগা চাউরে হায়রিবা আকাশ অসিসু বামন অবতারদা ভগবান বিষ্ণুনা 'ত্রিবিক্রম'গী শক্লোন লৌদুনা মহাক্কী খোঙফম অমখক্লা নেৎপদা পীক থনখিবনি; অনীশুবা খোঙফম অমনা নেৎপদা পৃথিবীসিসু পীক থনথ্রবদা, অহুমশুবা খোঙফম নেৎফম্ পীয়ু হায়রকখি; হায়নখিবা ৱাশক্কী মতুংইন্না দান তৌবদা নাপন চাওরবা বলি নিংথৌনা অহুমশুবা খোঙফম পীনিঙাই লৈতদুনা মহাক্কী মকোক্তা বিষ্ণুগী অহুমশুবা খোঙফম পীখি; বিষ্ণুগী অহুমশুবা খোংফম অসিনা নেৎপদা বলি নিংথৌ পাতালদা চংখি।" অদুবু অদুগুম্বা চাউরবা, মতিক মগুণ লৈরবা ত্রিবিক্রমগী শক্লোন লৌরিবা বিষ্ণু অদু বৈষ্ণব অমগী থম্মোই মনুংদা য়াম্না পিক্লা, য়াম্না ইকোম কোম্না নুংঙাইনা বাস তৌদুনা লৈ; মরম অসিনা খ্বাইদগী চাউবা, খ্বাইদগী মগুণ লৈবা করিনো হায়বা তারবদি ভক্তগী হৃদয় (থম্মোই) অসিনি হায়না তাকপিখি। অদুগুম্বা থম্মোই হায়রিবা মফম অদুদনি বাবানা মহাক্কী লৈফম (আলয়) মন্দির ওইদুনা লেঙশিল্লিবা।

বাবানা মখা তানা, গীতাগী ১৮ শুবা পন্দুপকী ৬১ শুবা শ্লোক অদুগী মতেক অমা "ঈশ্বর সর্বভূতানাং হৃদ্দেশে তিষ্ঠতি।" লৌখৎলদুনা হায়খি, "ঈশ্বরনা জীব পূম্নমক্কী থম্মোইদা লেঙদনা লৈ; থিযু মহাকপু, থেংনগনি মহাকপু লৈরম্বা নহাক্কী থম্মোই মনুংদা।" (ঈশ্বর = লাই, মহাক অদুনা ঐখোয়বু শেন্নবিরিবা); সর্বভূতানাং = জীব পূম্নমক্কী; হৃদ্দেশে = থম্মোইদা; তিষ্ঠতি = লৈ।)

গীতাগী শ্লোক অমা লৌখৎলদুনা, বাবানা, জীব পূম্নমক্কী থম্মোইদা লৈরিবা ঈশ্বর মহাক্তা (বাবাগা) থম্মোই পাল্লিবা মীওইবগী হকচাংগা লৈনরিবা মরী অদু ঐখোয়দা খঙহল্লি। "ক্ষেত্র পূম্নমক্তা ঐতবু ক্ষেত্রজ্ঞনি খঙঙু; খঙফম্ থোক্পা পোৎ খূদিংমক্কী অখঙ্বা হায়বদু ঐনি।" ক্ষেত্র হায়বদি হকচাং অসিবু খঙনৈ। অচম্বা অর্থদা অকক্লবা মফম অমবুসু ক্ষেত্র হায়না খঙ্নৈ। প্রমান তৌরগা শীজিন্নবা ঙাহেনি। 'ক্ষেত্রজ্ঞ' হায়বনা হকচাং নত্রগা অকক্লবা মফম অদুবু মশক মুন্না খঙ্লিবা মহাক অদুনি হায়রি। মীওইবগী হকচাংবু ক্ষেত্রনি হায়রবনিনা মদুবু পূমখঙ্ খঙলিবা 'ক্ষেত্রজ্ঞ' অসি জীবাত্মানি। "ক্ষেত্রজ্ঞং চাপি মাংবিদ্ধি সর্বক্ষেত্রেষু"(২০) (ক্ষেত্রজ্ঞম্ = হকচাংবু খঙবা; সর্বক্ষেত্রেষু = ক্ষেত্র পূম্নমক্কী মনুংদা; মাং = ঐ; বিদ্ধি = খঙ্ই হায়রিবনি)। ভগবত গীতাগী অহৌবদা 'ধর্মক্ষেত্রে কুরুক্ষেত্র' হায়না হৌরিবা অদুদা ধর্মগী মফম (ধর্মক্ষেত্র) হায়রিবা অদু অতৈ করিসু নত্তে; মীওইবগী হকচাং অসিবুনি। মরম অসিদগীনি বাবানা তেলেগু মরোলদা লাউথোকপিখিবা, "অন্দরিলোনু সাঈ উন্নাডু", অর্থদি "মী খূদিংমক্তা সাঈ লৈবনি" তাকপিরিবা। অদুনা ঐখোয়গী থবক নত্রগা শিল্পা করিনো হায়বা তারবদি অতৈ করিসু নত্তে, 'মনস্', পূক্নীংদা লৈরিবা, মৈরী থোক্তনা ওমদুনা চাক্লিবা অপাম্বা, মীহৌবা, মীবু নুংশিদবা অসিনচিংবদগী থোরক্লিবা মৈখুগী অমম্বা অমসুং মৈরীগী মনম অদু তাম্থোকখিবা অমসুং শেংদোকপা অসিদনি। হায়রিবা অমোৎপশিং অসি

হেক শেংদোকখিবদা হান্না লেঙ্শিন্দুনা লৈরব্রবা শ্রীভগবানগী অমকপা লৈত্রবা মণ্ডাল অদু মতোমতা মশাগী মতিক মগুণ পূন্নমক অমত্তা চিখ্নদনা ফোংদোরক্কনি।

মহাভারতকী ৱারীদা পাণ্ডবগী মহারানী দ্রৌপদীনা ভগবান কৃষ্ণবু থব্রাই শোক্লা, 'হে দ্বারকানাথ, দ্বারকাগী মবুংঙো' হায়না কৌবদা খরা তপ্লপ্লা, ভগবাননা মাগী লীলাগী শরুক অমা ওইনা, লেঙলক্লগা দ্রৌপদীদা তাকপিখি, "য়েংউ, ঐ লাকলে, নহাক্লা দ্বারকাদা লৈবা ঐবু কৌরক্লবনিনা লমশাং চৎপদা খরা-খিত্তং থেংদোকপ্রে। মদু নত্তদুনা 'হে হৃদয় বাসি, থম্মোইগী মবুংঙো' হায়না কৌরম্লবদি, নক্লা লৈরিবা থম্মোইদগী থোরক্তুনা কয়াদা থুনা য়ৌরক্লমগদবা।"

বাবানা অসুক য়াম্বা ৱারী, লাইরিকশিং অসি ঐখোয়দা তাহনবগী মরমদি মহাক্লা মহাক্কী ভক্তশিংনা মহাকপু (বাবাবু) কদায়দা থমগনি অমসুং কদায়দা অমুক উনগনি হায়বদু খঙ্ননবা তাকপিবনি।

অসুম্না, ভক্তশিংগী থম্মোইবু মহাক্কী অশেংবা লৈফম ওইহনবিরিবা সাঈবু, "ওঁ শ্রী ভক্তজনহৃদয়লয়ায় নমঃ" হায়না খুরুমজরি।

## (৭২) ওঁ শ্রী ভক্ত পরাধীনায় নমঃ

'ভক্ত পরাধীন' হায়বদি ভক্তগী মখাপোনবা; ভক্তনা হেক হায়রিবমখে য়াদবা ঙমদবা হায়বনি। বাবানা মনাই ভক্তগীদমক্তা কয়া য়াম্না লুনা থৌজানবিবা অমসুং অশেংবা 'ভক্ত' অমা ওইবদা 'ভক্তি'না হান্না মরু ওই হায়বা খঙহনবীবা অদুবু ৭২ শুবা রত্নাবলি অসিনা শৈথারি।

বাবানা মশাগী চহি ২০ শুরকপা মতমদা লাউথোকপিখ্রবনি মদুদি ভক্তশিংনা পূক্নীং চঙনা, নিয়ম অমসুং নিষ্ঠাগা লোয়নননা, মহাকপু সাধন, জপ অমসুং ধ্যান তৌদুনা, মানা মানা নীংনীংবা ঈশ্বরগী রূপ (শক্লোন)

অমসুং নাম (মিংলেন্) শোন্দুনা নিয়ম নাইবা পুন্সি মরেল অমদা নীংজরবদি মহাক্ অদুবু কনবীবা হায়বসি মহাক্কী মখোনি। বাক্য অসি বাবানা তেলেগু মরোলদা অসুম্না লাউথোকখি "নেমে নিশতালথোতি, নম্মু গোলচুবরিনি, রক্ষিন্চু চুন্দুতে ঘনতা নাকু।" অসুম্না, বাবাদি ভক্ত পরাধীন ওইবা মহাক্কি হায়বা য়াম্না ওস্তানা লাউথোকপিদুনা ভক্তবু কনবিরগে হায়না ঐখোয়গী ইরক্তা কুমথরিবক্কবা ইবুংঙোনি।

বাবানা তাকপিরিবা, 'নিষ্ঠা' হায়রিবসি পূক্নীংদা শ্রদ্ধা, লেঙদ্রবা থাজবা থম্বা অমসুং ভক্তি লৈববু খঙ্নৈ। অদুগা মহাক্না তাকপিরিবা 'নিয়ম' অসিগীদি শাস্ত্রীয় ওইবা অকনবা ৱাহন্থোক লৈ। স্মৃতি শাস্ত্রগী মতুংইন্না 'নিয়ম' মখল তরা পীরি - 'স্নান', ইরুজবা; 'মৌন', ৱা-ঙাঙদবা মতম খাকপা; 'উপবাস', চরা-হেনবনচিংবা; 'যজ্ঞ', হোম, জপ; 'বেদ-পাঠ', বেদ-শাস্ত্র নৈনবা; 'ইন্দ্রিয়নিগ্রহ', ইন্দ্রি খুদুম চনবা; 'শৌচ', হকচাং শেংদোকপা; 'অক্রোধ', শাওদবা; 'অপ্রমদ', ময়ায় কাদবা, অচারম থিদবা অসিনচিংবা। যোগ শাস্ত্রনসু নিয়ম মঙা পীরি - শৌচ হায়বদি হকচাং শেংদোকপা; সন্তোষ হায়বদি পূক্নীং পেম্ থোকপা; তপস্যা, অৱাবা খাঙ্বা-তপস্যা তৌদবা হকচাংদি প্রেম য়াওদবা থম্মোইগুম্বনি। স্বাধ্যায় হায়বদি মীনা ঙাঙবা তাবা তম্বা, হায়বদি ঙাঙবগা-তাবগা অনীগী মরক্তা নুংশিনবা অমসুং ইকাই খুম্নবা থম্বা অমসুং ঈশ্বর-প্রণিধান হায়বদি কর্ম্ম খুদিং ঈশ্বরদা শিন্নথোকপা; অসুম্না লৈ।

মসিগা লোয়ননা, মাগী ভক্তশিংসু অমুক্তা হেন্না ভক্তি পরায়ণ হায়বদি ভক্তিদা পূক্নীং চঙ্নবা মহাক্কী অপাম্বা অদু নাকোয়ননা ফোংদোকপিরি, "ঐদি ভক্ত পরাধীন ওইদে, ঐনা ওইরিবদি 'ভক্তি পরাধীন', হায়বদি ভক্তিগী মখা পোনবনি, ভক্তিনা হায়রিবমখে তৌগনি।" অদুনা চুম্না 'ভক্ত' অমা ওইবগা লোয়ননা ইশাগী 'ভক্তি' ভাবনা হেন্না

য়োকখৎকদবনি; অদুগা লোয়ননা ঐখোয়গী শ্রদ্ধা অদুসু মচিং-মশোন নাইহল্লোইদবনি। মদুম তৌরবতদা ঐখোয়নসু মহাকপু অমুক্কা হেন্না ঐখোয়দা চিংশিঞ্জবা ঙমগনি হায়বগী ঈঙ্গিৎ পীরি।

বাবানা হান্নলা লাউথোকপিগ্রবনি মদুদি 'ভক্তরক্ষা' ভক্তবু কনবিবা হায়বসি মহাক্কী হন্দক্কী অবতার অসিনা লৌগদৌরিবা শিল্লা ময়াম অদুগী মনুংদা য়াম্না মরু ওইবা অমনি। ভক্ত অমনা মতেং পাংবিয়ু হায়না হেক্তা কৌরকপদা মহাক্না হান্না হেক্তা চেল্লকপনি।

বাবানা মহাক্কী ভক্তবু অসুক্কী মতিক নুংশিগ্রে মদুদি য়াম্না কন্না শিবা য়ানা নারবা ভক্ত অমনা থম্মোই শেংনা কৌরক্লবদি খুদক্তা তাই। অনাবা অদু ফৎত্রিবা ফাওবা মশামক্না অনাবা অদুগী মহুৎশিল্লি অদুগা মনাই অদু মাগী আধ্যাত্মিক মার্গ হায়বদি আত্মাবু থিরক্লিবা লমদাং অদু মপূং ফাদ্রিবা ফাওবা কনবি।

অসিগুম্বা, ভক্তগীদমক্তা কদায়দা শোয়খিগদগে হায়না শেন্নবিরিবা ভক্তশিংগী মখাপোনবা সাঈবু "ওঁ শ্রী ভক্তপরাধীনায় নমঃ" হায়না খুরুমজরি।

## (৭৩) ওঁ শ্রী ভক্তি জ্ঞান প্রদীপায় নমঃ

'প্রদীপ' গী অর্থদি 'থাওমৈ চুখৎপা' হায়বনি। বাবানা ঐখোয়দা ভক্তি অমসুং জ্ঞানগী মৈরী চুখৎপিরি। অভিভাষণ খূদিংদা ঐখোয়বু 'আত্মা-স্বরূপ' নত্রগা 'দিব্যাত্মাস্বরূপ' (আত্মাগী মশক ওইবা নত্রগা পরমাত্মাগী মশক ওইবা) হায়না মিঙ্গৌবিদুনা হাংনা থাঙ্গৎপিরি। মহাক্না অসিমসু তাক্পিরি, "কনাগুম্বনা নঙবু 'ওইদবা ঙাঙবা' হায়না মিংগৌবদা নঙনা শাওরিবদো নহাক্কী প্রকৃতিগী অশেংবা মশক্তি 'অচুম্বা হায়বদু ওইবা' অদুননি। ওইদবা ঙাঙবা মী নত্তে হায়রিবনি। কনাগুম্বনা 'শকথিবা' হায়রগা শাওনিংলিবা অদুসু নঙগী অশেংবা শাগোন্নরকপা প্রকৃতিদি 'ফজবা' হায়বদু

ওইবননি। মতৌ অসুম্না নহাকপু কনাগুম্বনা 'ফত্তবা মী'নি হায়বদু তাবদা শাওনিংলিবা, য়ানিংদ্রিবা অদুসু নঙগী অশেংবা মহৌশাদি 'অফবা মী' অমা ওইবননি।" অসিগুম্বা পূক্নীং থৌগৎনিঙাই ওইবা নুংশিরবা পাউতাক কয়া পীবিবগা লোয়ননা জগৎ অসিদা অহোংবা লৈররোইদবা 'সত্যম্', অচুম্বা, 'শিবম্', অশেংবা অমসুং 'সুন্দরম্', ফজবা হায়রিবা অহুম অসিগী হৌরকফম 'পরমাত্মা' ওইরিবা ইবুংঙো মহাক্পু পূজা তৌগদবনি হায়না তাকপিরি। মরমদি ঐখোয় হায়বদি জীবাত্মা পূম্নমক পরমাত্মাদগী মীওইবা অমমম্ ওইনা (ব্যক্তিগত), তোঙান তোঙান্না পোক্লকপনি হায়বা ঈশ্বরগী ওইবা দিব্যজ্ঞান অসি বাবানা ঐখোয়দা খঙ্‌হন্নিংই।

অদুগা য়াম্না তোয়না অসিমসু তাকপিরি, 'ঐ কনানো?' 'ঐ কদায়দগী লাক্পনো?' 'করি তৌবা লাকপনো?' ব্রাহংশিং অসিগী পাউখুম পীনবা হোৎনগদবনি। ব্রাহংশিং অসিগী পাউখুম ফংনবা হোৎনবা অদুনা ঐখোয়দা আধ্যাত্মিক জ্ঞান ফংবগী অমসুং করম্না ফঙগনি হায়বগী হৌফম ওইগদৌরিবনি। ভক্তি নত্রগা শরণাগত, ঈশ্বরদা চংজরবতদা মীওইবগী মহৌশাগী য়াওজরকপা অফিং-অফাই অমসুং মচিং-মশোন নাইবগী প্রকৃতি অদু হেন্না কান্নবা মওং অমদা পুরকপা ঙম্মী। অদুম তৌরবতদা মীওইবা ঐখোয়না কর্ম পূম্নমক ঈশ্বরদা চংজদুনা পূক্নীং শেংদোকপা ঙম্মি। মতম অদুদা হান্না লৈজরম্বা অচুম্বা সত্যগী অশেংবা শক্লোন অদু মায়কৈ খুদিংদা উবা ফংগনি।

জ্ঞাননা মীওইববু নুমিৎকী মতৌগুম নিংতম লম্বীদা লমজীংবা ঙম্মি। অদুবু অদুগুম্বা জ্ঞানগী মঙাল অদু ময়েক শেংনা ফংগে হায়রবদি কাম অমসুং মায়াগী লৈচিন-নোংফাই অদু যোগ অভ্যাস তৌদুনা হান্নবা শেংদোক্কদবনি। যোগ হায়বদি পূক্নীংবু অচুম্বা লম্বীদা পুনবা শীজিন্নরিবা সাধনা হায়বদি উপাই অদুনি। ভগবত গীতাদা য়াওরিবা কর্ম যোগ, জ্ঞানযোগ, ভক্তি যোগ অমসুং রাজযোগ, মখল মরি অদু ভগবান কৃষ্ণনা

অর্জুনদা তম্বীবনি। পূম্নমক পুক্লীংবু খল অমত্তদা থম্বদা চঙ্বা উপাইহ্ ঙাক্তনি। পরমাত্মাদা তিল্লুবা য়ানবা শেম-শারিবনি। ইশম শম্না বাবানা ঐখোয়দা তাকপিরিবনা অদুক য়াম্বদু ঐখোয়দা লুমনগনি। অদুনা খ্বাইদগী লায়বা পুক্লীংবু লাকশন্নবা উপাইদি 'ভক্তিযোগ' অসিনি। ভক্তি যোগবু খ্বাইদগী লায়বা যোগনি হায়বগী মরম পীরদুনা বাবানা তাকপী মদুদি ভক্তিদি অঙাংদসু য়াওই; অহলদসু য়াওই; ইনাক খুনবা অমসুং লায়রবদসু য়াওই; লাইরিক হৈবা, হৈতবা খায়দে; অদুনা ভক্তি যোগগী পাম্বৈনা পুক্লীং শেংদোক্কদবনি।

অসুম্না ভক্তি জ্ঞানগী মঙাল পীবিরিবা সাঈবু, "ওঁ শ্রী ভক্তিজ্ঞানপ্রদীপায় নমঃ" হায়না খুরুমজরি।

## (৭৪) ওঁ শ্রী ভক্তি জ্ঞান প্রদায় নমঃ

'প্রদায়' হায়বদি পীবিবা, লেম্না পীবিবা হায়বনি; 'প্রদান'দগী লাকপনি। রত্নমালা অসিনা বাবাবু ভক্তি অমসুং জ্ঞান লেম্না পীবিবা সত্য সাঈ বাবাবু শৈথাদুনা খুরুমজবনি। বাবানা শীজিন্নরিবা যোগগী লম্বী অসি ভক্তিদগী হৌবনি। ভক্তিগী অর্থদি ঈশ্বরদা প্রেম লৈবা হায়বনি; অমরোমদা প্রেমগী অর্থদি অপাম্বা, কাম অদু কখোকপা, ত্যাগ তৌবা ঙম্বদুনি হায়রি। ঐগী অপাম্বদগী ফংলক্লিবা লন্‌থুম অদু জীববু কান্ননবদা শীজিন্নবা ঙম্নবা মতমদা 'কাম' অপাম্বা অদু 'প্রেম' নুংশিবা ওল্লি। অসিগুম্বা মখলগী প্রেম অসি ঈশ্বরদা ওনশল্লকপা মতমদা 'ভক্তি' ওল্লি। জ্ঞানগী অয়ৌবী অর্থদি ঈশ্বর মশক খঙ্বা হায়বনি। অদুনা 'ভক্তি' কাল্লম্লগা জ্ঞান ফংবা ঙমদে। অদুনা ভক্তিগী লম্বী তাক্লগা, ভক্তিগী লম্বী অদুমক্তদা চৎহল্লগা জ্ঞান ফংহনবনি, মসিনি বাবানা ঐখোয়বু লমজীংবিরিবা। মহাত্মা অমসু তাকপিরি, "কর্ম যোগগী লম্বী অসিদি খুঙ্গংগী লম্বীগুম্বনি, নোংজুথাদা

চৎপা নুংঙাইতবা; ঈকংথা ঙাইরগা চৎনিংবা অদুগুম্বা লম্বীনি। অদুবু, নহাক্লা কয়লাস থারবা লম্বী, 'ভক্তি' হায়রিবা ষ্টেট হায়ব্রে অদু য়ৌবা ঙম্মবা কর্ম তৌদবদি য়াদে। 'ভক্তি' গী লম্বী লমদাংবু য়ৌবা ঙম্নবদি 'জ্ঞান' হায়রিবা অনানবা নেশনেল হায়ব্রে অদুদি নক্লবনি; অদুম য়ৌরবনি।"

অসুম্না, ইবুংঙো মহাক্তি ঐখোয়গী লমজীংবা গুরুনি; অমুক্তংবু নহাক্লা নশাবু মশক খঙ্নবা লম্বীদা খোঙ্ থাংজনগে লেপ্লবদি মতুং তারকপা অদুদি বাবানা খূৎ পায়দুনা অদুম লমজীংবীরগদবনি; অহানবা খোঙথাংদা খরা লুরবসু খোঙকাপ খূদিংগী অসুম অসুম হৈনরক্নুনা, লমখাংদা থেংনবা অপনবা পূম্নমক লাম্থোক্নুনা তুংকোইনা ইশা ইৎপা ঙম্নকনি।

চহি ১৬ তা ঙাইরিঙৈদা বাবানা অহল ওইরবা দিগম্বর স্বামীদা, "স্বামীনা অকনবা তপস্যা তৌদুনা স্বয়ম-সিদ্ধ ফংবিগে হায়রবদি মদুদা চঙ্বা মচাক, চান-থক্লবা, স্বামীনা লৈনবা (বাস তৌনবা) মফম পূম্নমক সিদ্ধ ফংদ্রিবা ফাওবা পীজগে" নোল্লুক্লা হায়জখি। অতোপ্পা মতাং অমদসু চহি ৭০ শুরবা স্বামী সৎচিদানন্দদা স্বামীনা তপস্যা তৌনবা অপাম্বা মফমদা চৎপিয়ু, নুংঙাইগদবা মফম খনবিয়ু, মফম খূদিংমক্তা মহাক মশানা স্বামীবু শেন্নজগনি হায়খি। 'জ্ঞানাদ্ এব তু কৈবল্যম্', (জ্ঞানাদ্ = জ্ঞানগী পান্থে; এব = অদুতনা; তু = শোয়দনা; কৈবল্য = মুক্তি) 'জ্ঞানগী পান্থেতনা মুক্তি ফংবা ঙম্মি' - অসুম্না বাবানা তাকপি। অদুবু উহৈনা শীজিন্নবা য়াবা উহৈ ওইরকপদা উহৈ য়ানবা; উহৈ মপুং ফাবা; উহৈ মুনবা হায়না মতাং অহুম লৈবগুম তাইবং মীওইবা ঐখোয়সু কর্ম (থবক তৌবা); উপাসনা (ঈশ্বরগী হায়বদি গুরুগী মনাক্তা ফম্বা, পূজা তৌবা) অমসুং জ্ঞান তানশনবা হায়রিবা থাক অহুম অসি অমত্তা চিংখদনা পাঙথোক্কদবনি। জ্ঞানবু ফংলবদি, উহৈনা মুল্লগা থুম্বগুম, মীওইবা ঐখোয়সু নুংঙাইবা অপেনবা, আনন্দ হায়বদু ফংই। অদুবু ঐখোয়না খঙ্গদবদি উহৈবু

মুলহল্লিবনা নুমিৎকী মঙালনি; মীওইবদা আনন্দ পীবিবা মঙান অদুনা বাবানি।

অসিগুম্বা ভক্তি অমসুং জ্ঞানবু পীবিরিবা সাঈবু, "ওঁ শ্রী ভক্তিজ্ঞানপ্রদায় নমঃ" হায়না খুরুমজরি।

## (৭৫) ওঁ শ্রী সুজ্ঞান মার্গদর্শকায় নমঃ

'সুজ্ঞান'গী অর্থদি অশেংবা জ্ঞান; 'মার্গ = লম্বী; 'দর্শক' = উৎপীবা হায়বনি। অপুনবদা 'বাবাদি অশেংবা জ্ঞানগী লম্বীদা লমজীংবিবা ইবুংঙো মহাক্নি' হায়বনি। বাবাদি জ্ঞান ফংনবা লম্বী তাকপিবা ইবুংঙো মহাক অদুনি। মহাক্কী 'প্রশান্তি বিদ্বানমহাসভা' অসিনা ভারত শীনবা থুংনা শন্দোক্লিবা অসি লম্বী অহুম তাক্লবনি : (ক) মী ওইবা জাতিবু 'সুজ্ঞানমার্গ', অশেংবা জ্ঞানগী লম্বী তাকপিদুনা মশানা মশাবু মশক খঙজনবনি। (খ) জ্ঞান মার্গদি অরাইবা লম্বী নত্তবনা লমখাংদা থেংনবা অতোং-অকুৎ অদু তেমথোকপনি। অমসুং (গ) পরম্পরাগী ওইবা, থাইনদগী লোয়নরক্লবা, বেদ শাস্ত্রনা পীরিবা অশেংবা জ্ঞান ময়াম অদু শন্দোক্লা তাকপা, নৈনবা অমসুং মদুগা লোয়ননা ভক্তশিংনা মানা-মানা থেংনরকপা কয়া অদু পাউ ফাওদোক্লবা অসিনি।

'সনাতান সারথি', থাগী চেফোঙ লোন কয়ামরুমদা ফোঙলিবা অসিদা য়াওরিবা পাউজেল পুন্নমক বাবানা তাক্পিবা আধ্যাত্মিক শিক্ষা ঙাক্তনি। প্রশান্তি নিলয়মদা অমসুং অতৈ মফমদা নুমিৎ খূদিংগী পীবিরিবা দর্শন পুন্নমক্তা বাবানা হকথেংননা পীরিবা পাউতাক কয়া অসি অশেংবা জ্ঞানগী লম্বীনি (সুজ্ঞানমার্গ); মহাক্না পীবিরিবা ভাষন (দিস্কোর্শ) খূদিংমক মীওইবা জাতিদা তুংদা ফংলক্কদবা মশাগী ফংফম থোক্পা (দৈবিক ভবিষ্যতা) অদু হান্না মশক খঙদোকহৌনবা লমদাং অদু অসিদা লৈরে তাকপিবনি।

ইবুংঙো মাগী 'ন্নাহে' (শব্দ) হায়বদি ভাষ্য খুদিংমক মন্ত্র অমমম্নি; 'ভাষণ' খুদিংমক উপনিষদ অমমম্নি। তিরূবন্নামলয়দা লৈবা শ্রীরমন আশ্রমগী স্বামী অভেদানন্দনা মাগী চিংনবা কোক্লবা প্রশান্তি নিলয়মদা অমুক্তা চৎকে হায়না খল্লকপা খুদক্তা শ্রীরমন আশ্রম অদুমক্তদা বাবানা মাগী দর্শন পীনবিখি (!) অমসুং স্বামীদা সুজ্ঞানমার্গ, অশেংবা জ্ঞানগী লম্বীদা চৎনবা পাউতাক পীবিখি।

'অসিগুম্বা অথোইবা জ্ঞানগী লম্বী তাকপিরিবা সাঈবু, "ওঁ শ্রী সুজ্ঞানমার্গদর্শকায় নমঃ" হায়না খুরুমজরি।

## (৭৬) ওঁ শ্রী জ্ঞানস্বরূপায় নমঃ

বাবাবু জ্ঞানগী শক্লোন লৌদুনা লাকপিরবা ইবুংঙো মহাক অদুনি হায়না শৈথাবা নামাবলিনি। বাবানা হান্না লাউথোকপীখ্রবনি মদুদি মহাক্তি যজ্ঞ হায়বদি থাদোকপা, পীথোকপা, কথোকপা (পরিত্যাগ নত্রগা সন্ন্যাস) গী তুংনফম (অন্তরস্থান) অদুমক্নি। যজ্ঞগী রহস্য, শাস্ত্রনা মখল কয়া তাক্নি। বাবানা তাক্লবা যজ্ঞ মখল অসিদি অমুক মমল তীক্লরুবা লৈত্রবা, মহুৎ অমুক লৌগে খন্দ্রবা মখলগী কথোকপা অমসুং পীথোকপা অদুনি। মতাং অসিদা যজ্ঞগা দানগা খেন্নবা নীংশিংবা য়াই; যজ্ঞদা মনতিক্লবা য়াওদে; দান তৌবদদি, দান তৌবগী কান্নবগী আশা অমা য়াওই হায়রি। অসিগুম্বা যজ্ঞ হায়রিবা থাদোকপা মখল অসি মুক্তি নত্রগা মোক্ষ ফংনবগী লম্বী লমশাং অদুনি। ঐখোয়না হেক পোকপদগী অসুম চাওরকপা, মথং মথং, অহন ওইরক্তুনা, খরা খরা অসুম পান্নক্তদুনা থাদোরকপা, লনথুম থাদোরকপা, হকচাংগী পাঙ্গল লোয়শল্লকপা অসিনচিংবা অসিসু যজ্ঞগী (থাদোকপগী) মনুংচল্লি। পূম্নমক থাদোক্লমদুনা ভগ্বানদা চঙ্জরকপা হায়বসি পুক্নিগী মহৌশানি। মসিমক যজ্ঞ অমনি হায়বা মহাক্না ঈঙ্গিৎ

পীবিবনি। ঐখোয়না মসি খঙবা তাই। মসি সত্যনি, অচুম্বা অদুনি, লেঙদ্রবনি। সত্য (অচুম্বা, অশেংবা) অসিমক বাবানি; মসিদি জ্ঞানীশিংতনা খঙই। জ্ঞান হায়বদি ধর্মগী অৱাংবা থাক্কী দর্শনগী মতেংনা ধ্যান তৌদুনা ইশানা ইশাবু মশক খঙ্‌লকপা; অদুগা লোয়ননা জগৎ অসিদি ভগবাননা শান্নবা ওহাক্কী মায়ানি, মসিগী মরুমদা সাঈ লোত্তুনা লৈরিবনি হায়বা খঙ্‌লকপা ওম্বদুনি। ব্রহ্মতত্ত্বদা হায়রগা মশক-মওং নাইদবা নির্গুণ, নিরাকার ওইবা মহাক অদুবু খঙবা মীবু জ্ঞানী কৌই। অসিগুম্বা জ্ঞান অসিনা মী অমবু মশাদা লোত্তুনা য়াওরিবা 'সাঈ' অসি মশক খঙ্‌বা ওমহল্লি।

অসুম্না বাবাদি জ্ঞানগী তুংনফম ওইবদা নত্তনা জ্ঞানগী শাফোংলবা শক্লোন (সাকার) লৌবা 'জ্ঞান স্বরূপ' অদুনি। বাবাদি চহিগা য়েংনরুবদা হৈ-শিংবনা হেল্লবা অঙাং অমা ওইনা হৌরকপনি। অদুনা মাবু অঙাং ওইরিঙৈদগী মমান্নবশিংনা 'গুরু' হায়না কৌবনি। স্কুলদসু ওঝাদগী মানা হেন্না খঙ্‌বনি। অদুনা মহাকপু স্কুলদা 'ব্রহ্মজ্ঞানী' - ব্রহ্ম মশক খঙ্‌লবা হায়না ময়াম্না য়ানরবনি। ক্লাস ফাইব, মঙাশুবদা তমখৎলক্‌পদা মহাক্না মাগী লাইরিক পূন্নমক লঙথোকপ্রবনি; লাইরিক তম্বা তোকপ্রবনি। অদুবু, বাবানা ইথোরকপা, ঙাঙথোরকপা তারুরবদি বেদ শাস্ত্র পূন্নমক খঙ্‌লবা পণ্ডিত ওইনা তৌই; মসি 'জ্ঞানস্বরূপ' নত্তনা করিসু ওইনিংঙাই লৈতে। য়াম্না খঙহৈরবা জ্ঞানীশিংনা বেদশাস্ত্র নৈনবদা চিংথবা লুর-লুরবা মতাং কয়া মহাক্না প্রশান্তিগী বিদ্বান মহাসভাদা পুথোরকই।

'সাঈ ইচ্ছা' দি মনুং মপান ফাওনা লৈবা অমসুং মতম্না নমহৎপা ওমদবা ঈশ্বরগী শক্তিনি, দৈবিক শক্তিনি। অসিগুম্বা ইচ্ছা শক্তি অসিদগী শরুক খরা হোংদোক-হোংজিন (পরিবর্তন) তৌরগা অতৈ ফিবমশিং (বৃত্ত) অসি ওইরকপনি; বৃত্তশিংগী ওহাক্কী ওইবা হোংদোক-হোংজিন অসিনা ইবুংঙো মহাকপু শউম অমা ফাওবা পীবা ওম্বা নত্তে।

অসিগুম্বা জ্ঞানগী শক্তম ওইহ্রিবা সাঈবু "ওঁ শ্রী জ্ঞানস্বরূপায় নমঃ" হায়না খুরুমজরি।

## (৭৭) ওঁ শ্রী গীতাবোধকায় নমঃ

'বোধক' কী অর্থদি জ্ঞান পীবিবা মহাক অদু হায়বনি। 'গীতাবোধক' হায়বনা, গীতা তম্বীবা মহাক অদুবু খঙ্হনৈ। নামাবলি অসিনা বাবাবু গীতা তাকপিবা ইবুংঙো মহাকপু খুরুমজে হায়না শৈথারি।

গীতাদা ভগবান্না তাকপিখ্রে মদুদি অসিগুম্বা যোগ অসি অহানবদা মহাক্না আদিত্যদা তম্বিখি; মথংদা মনুদা, অদুগী মথংদা ইক্ষ্বাকুদা; ইক্ষ্বাকুগী মথংদা, রাজর্ষি কয়ামুক্তা মথং-মথং, অর্জুন য়ৌবা ফাওবা তম্বীরক্লিবনি। মতাং অসি ময়েক অমুক্কা শেংনা খঙ্বা নুংঙাইনবা গীতাগী, 'জ্ঞান-কর্ম-সন্ন্যাস-যোগ' গী অহানবা শ্লোক্তা য়াওরিবদু অমুক্তং হঞ্জননা য়েংসি। ভগবান কৃষ্ণনা অর্জুনদা তাকপিখি, "ঐনা সৃষ্টিগী মতমদা খ্বাইদগী অহানবদা আদিত্যগীদমক (আদিত্যবু 'বিবস্বত' হায়নসু কৌই; সূর্যদেব, নুমিৎপু খঙ্হনৈ) জ্ঞান যোগ অসিবু তাকপিখি; আদিত্যনা মচানুপা মনুগীদমক, অদুগা মনুনা মচা ইক্ষ্বাকু নিংথৌগীদমক যোগসিবু হায়খি (তাকখি)।"(২১)

মতাং অসিদা পনবা য়াবদি পৌরাণিক বিজ্ঞানগী মতুংইন্না ব্রহ্মাগী অহানবা মচা 'স্বয়ম্ভুব' মনুদগী হৌরগা মীওইবা জাতিগী হৌরকফম আদি মনু ১৪ লৈ হায়রি। মদুগী মনুংদা ৭শুবা 'বিবস্বত মনু' অসি 'আদিত্য'সু কৌই; সূর্যদেব, নুমিৎপু খঙ্হনৈ। অসিগুম্বা বিবস্বত মনু অসি হৌজিক লৈরিবা মীওইবা জাতিগী মপানি হায়রি। পরম্পরা অসিগী মতুংইন্না, সূর্য বংশগী পুকোক, প্রপিতামহ রাজর্ষি ইক্ষ্বাকু অসি মনুগী মচানুপানি হায়রি। অমুকসু মতাং অসিদা চেকশিন-ব্রাহে অমা পীরিবনা, আদিত্য মনু অসি

ঐখোয়না মিংনা উরিবা স্বাকার ওইবা নুমিৎ অসিগী অধিষ্ঠাতা দেবনি; করিশু খঙজদবা অচেতন ওইবা মৈবুল অসিদি মাগী হকচাংনি; মসিদা অভিমান তৌদুনা লৈবদগী লাই অদুবু ঐখোয়না নুমিৎনি হায়বনি।

অদুনদি মতাং অসি সৃষ্টিগী য়াম্না লুবা, অথুপ্পা ৱারোলনি। চপচাবা ভাব তারা গুমদ্রবদা অর্জুননা ভগবানদা হংজখি, "ইবুংঙো নহাক্তি তুংদা পোকই (পোকপা কুইদ্রি), অদুগা আদিত্যদি য়াম্না হান্না সৃষ্টিগী মতমদা পোকখি; মরম অসিনা নহাক্না আদিত্যবু সৃষ্টি তৌবা মতমদা জ্ঞানযোগ তাকখি হায়বসি ঐনা করম্না খঙগনি।"(২২) অর্জুনগী চিংনবা অসি কোক্লবা শ্রীকৃষ্ণনা তাকপিখি, "হে অর্জুন! ঐগী অবতার ওইবা মপোক কয়ামরুম ওইখ্রে; অদুগা নঙগীসু কর্মনা মরম ওইদুনা ফংবা মপোক কয়ামুক হৌখ্রে। য়েক্লববু ৱাহনবা হে অর্জুন! ঐদি নঙগী অমসুং ঐগী মপোক পুম্নমক অদুবু সর্বজ্ঞ (পুম্নমক খঙবা), ঈশ্বর ওইবা মরমদগী খঙই; অদুগা নঙদি অজ্ঞানী ওইবা মরম্না মদু পুম্নমক্কু খঙদে।"(২৩) মতৌ অদুগুম্না শ্রী সত্য সাঁঈ বাবাগী নামাবলি ২৪ শুবগী মতুংইন্না বাবাবু অবতার মূর্তি ওইবা; ৭৩ গী মতুংইন্না 'ভক্তিজ্ঞান প্রদীপ' ওইবা' ৭৪ গী মতুংইন্না সুজ্ঞানদর্শকায় ওইবা; ৭৬ কী মতুংইন্না 'জ্ঞানস্বরূপ' ওইবিদুনা পুম্নমক পুমখঙ্ খঙবা মরম্না ইবুংঙো মহাকপু ভগবান শ্রীকৃষ্ণগুম্না 'গীতাবোধক' গীতা তাকপিবা মহাক অদুনি হায়না (৭৭) শুবা নামাবলি অসিদা শৈথারনি।

বাবাদি 'পার্থসারথি' ওইবদা নত্তনা 'সনাতন সারথি' অমসুনি। মতম পুম্নমক্তা মীপুম খুদিংমকী থম্মোইদা লৈহৌরগদবা সারথি অমসুনি। ইবুংঙো মঙোন্দা অমুক্তা হায়দ হায়য়ু, "শিষ্যা স্তেহহং সাধিমাং ত্বাং প্রপন্নম্"(২৪) (অহম-ঐ; শিষ্য-ছাত্র; অস্ত-অসোংবনি; ত্বাম্-নঙোন্দা; প্রপন্নম্-চংজরি; সাধিমাম্ - ঐবু তাকপিয়ু) 'ঐ নহাক্কী শিষ্যনি; নঙোন্দা চংজরবা ঐঙোন্দা তাকপিয়ু।' মসিদা নপুক্লীং শেংনা হায়য়ু। মতম

অদুদা নহাক্কা চুনবা গীতা অদু, বাবানা মহাক্কী দোলায়গী (হকচাংগী) শাথৌবা ওইনা ফমদুনা পুন্সি লানফম (কুরুক্ষেত্র) ময়ায়দা (গীতা) তাকপিগনি।

তৌবতবু অর্জুননা ভগবানদা লোয়না কখোকপা, চঙজবা অদুগুম্না নহাকসু বাবাদা চঙজবা তাই। মতম অদুদা মহাক্না নহাকপু গীতা তাকপিগনি। অদুগা লোয়ননা মহাক্না থৌজানবিদুনা দর্শন পীবিগনি; মতম অদুদা বাবাবু 'পূন্নমক ইবুংঙো মহাক্নি' হায়বা খঙগনি। কুরুক্ষেত্রদা মচিন-মনাও চান্মমঙাগী লানফমদা কৃষ্ণনা সারথি ওইদুনা অর্জুনদা গীতা তাকপিবদগী মীওইবগী অজ্ঞান্দগী পোকপা অপঙবা, পাণ্ডববা ৱাখল চাম-চাম, কয়াবু জয় তৌবা ঙমজবা অদুগা চপ মান্নবা অনুভব অমা নহাক্না বাবাদগী ফংগনি।

অশেংবমক, ঐখোয় পূন্নমক পুন্সিগী শাংলবা অমসুং খুরবা লম্বী অসিদা চৎপদা 'সত্য' অচুম্বা অমসুং 'অপরাজয়' মীনা লাকচদবা ফংজগে হায়রবদি সত্য সাঈ বাবাদগী ঐখোয়গী গীতা অমা দরকার ওইরক্লি। অদুগুম্বা গীতা অদু বাবানা পীরি অমসুং তাকপিরি।

অসিগুম্বা গীতাবু তাকপী তম্বীরিবা সাঈ বাবাবু "ওঁ শ্রী গীতাবোধকায় নমঃ" হায়না খুরুমজরি।

## (৭৮) ওঁ শ্রী জ্ঞান সিদ্ধিদায় নমঃ

'জ্ঞানসিদ্ধি' হায়বদি জ্ঞান ফংলবা; 'দায়' হায়বনা অপীবা মহাক অদু হায়বনি। 'দায়ক'তগী লাকপনি। বাবা অসি জ্ঞানসিদ্ধিদায় ওইবা ঐখোয়বু জ্ঞান ফংহনবা ইবুংঙো মহাক অদুনি হায়না স্তুতি তৌজবা নামাবলিনি। বাবাদি মনাইশিংবু মতম পূন্নমক্তা খঙনিংবা পোকহল্লি। মতম পূন্নমক্তা পুন্সিগী অশেংবা নুংঙাইবা অদু করম্না ফংগনি হায়বগী খঙনিংবা

অমসুং থেংনবা (অনুভূতি) অদু ফংনবগী মরমদা মিৎ-না শিংনা লৈহল্লি। অদুনা, বাবা মশামক ঐখোয়গী পন্থুং হায়বদি 'গুরি' ওইরবসু, পন্থুং মশামক্তা ঐখোয়গী লমজীংবা 'গুরু' অমসু ওই। ঐখোয়বু খঙহন্দনা নুংদা গুরুগী (গু=অমম্বা; রু=মাঙ্হনবা) শিন্থা অমা কন্না পাঙ্থোক্লুনা ভক্তশিংবু জ্ঞানগী মঙাল পীনবা হোৎনবিরি। বাবানা অচৌবা ধর্মগী সম্মেলন নত্রগা সভা অমদা ভাষণ পীবা খূদিংদা, মীওইবনা পঙ্দুনা মতম খরদংগী ওইবা লনথুম, ফিজেৎ-ফিগাই কয়াদা য়াম্না পামশল্লুবা অদুগী কান্নদবা, ওইরোইদবা কয়াগী মরম্দা হেক-হেক হায় (তাকই); মীওইবদি লনথুমগী মনাই ওইদুনা লৈ; লনথুমদি কনাগীসু মনাই ওইদে হায়বগী ঈঙ্গিৎ পীবি। মনাইনা মপু শাবা ঙমদবনিনা লনথুম পায়রগা নীংবা থুংদবা, অৱাংপা, পেন্দবা হেনগৎলকপগী মরম পীরকপদা বাবাগী দিস্কোর্স তারুবা ভক্তশিংদি মঙান ফংদুনা তপ্না-তপ্না জ্ঞানসিদ্ধিগী লম্বীদা খোঙদাবা হৌরকই।

মতম অমা 'সনাতন সারথি' কৌবা থাগী চেফোঙ অদু অহানবা ফোঙবা মতমদা বাবানা চেফোঙ অদুগী এদিতরদা অসুম্না পাউজেল অমা পীখি, "ঙসি হায়বা নুমিৎ অসিদগী 'সনাতন সারথি'না মীওইবগী অহংকারদগী ওইরকপা, ওইদ-পাদবা তৌবা, লমনখুম্বা, লৌতুনবনচিংবা তৌরিবা অসিগী মায়োক্তা যুদ্ধকাল অমা লাউথোক্লুনা আন্দোলন চঙ্বা হৌরবনি। 'বেদ'না মসিগী লানমীনি, 'উপনিষদ' না লানগী 'শস্ত্র', খূৎশু-খূৎলাই ওইগনি; 'লোক কল্যাণ', মীওইবা জাতিগী অফবা মঙ্গলনা লানঙম ফিরাল ওইগনি। লানঙম পুংজাও অসিগী মখোল তাবদা মীওইবগী শান্তি অমসুং আনন্দ ফংগনি।" শান্তি অমসুং আনন্দ ফংবদি 'জ্ঞানসিদ্ধি' জ্ঞান লাক্লবা মতমদা ফংগদবনি। 'জ্ঞানসিদ্ধি, হায়বসি অশেংবা 'অমখক' (একম সৎ) হায়বদু মশক খঙবা অদুবুনি। জগৎকী অশেংবা মশক্তি

সত্যনি; সত্য হায়বদি 'অমত্তা' ঙাইরবা হৌরকফম অদুবুনি; অদ্বৈত্বনি, অনীশূদবনি। মসি খণ্ডলবতদ্দা জগৎ অসিদা তুংকোইনা মীওইবা জাতিনা হিংবা ঙম্লবগী মচাক পুম্নমক্কী হৌরক্ফম (মূল) অদু খণ্ড্বা ঙমগদৌরিবনি; 'সত্য' অমসুং 'মিথ্যা' (অওইবা অমসুং ওইদবা) অনীমক অসিগুম্বা অমত্তা ঙাইরবা পরমসত্য হায়বদি মাগুম্বা অনীশুদ্রবা (অদ্বৈত তত্ব) ওইবা পরমেশ্বর ভগবানদগী থোক্লকপা ঙাক্তনি। বাবানা মতিক চারে হায়না খনগৎলবা শিষ্য অদুতনা অসিগুম্বা জ্ঞান অসি ফংবা ঙমগনি।

অসুম্না, জ্ঞানগী মতেংনা মুক্তি ফংনবগী লম্বী তাক্পীরিবা সাঈবু, "ওঁ শ্রী জ্ঞানসিদ্ধিদায় নমঃ" হায়না খুরুমজরি।

## (৭৯) ওঁ শ্রী সুন্দররূপায় নমঃ

সুন্দর-ফজবা, শুমহৎপা; রূপ-লক্ষন নত্রগা শকফম। সুন্দররূপ-ফজবা শকফম। ভগবান শ্রী সত্য সাঈ বাবা অসি মশক ফজে; ঈশ্বরগী মগুণ চেনবা শুমহৎপা শকফম্লি হায়না নামাবলি অসিনা শৈথাবনি। প্রভাবিৎ ওইবা, মঙাল চেনবা শন্নাঙ্নি। মীনুংশি চেনবা মিৎতা অন্তরাত্মাগী নুংঙাইবগী মঙান থোকই। চীঙ্লেম্মী; ঈংনা তপ্না ৱা ঙাঙবনা খোয়থুম্নবা খোঞ্জেন চেল্লি; দয়া কৃপাদা অখাকপা লৈতে। ভাগবত নীংথিনা খঙবা মীদি মহাকপু দর্শন ফংজবদা কৃষ্ণ ওইনা উই। ব্যাসদেবনা ভাগবত্তা ইবুংঙো মহাক্পু শ্যামসুন্দর হায়না মিংথোঞ্জদুনা আকাশ মচু, নীল বর্ণগা প্রমান তৌদুনা শৈথাজবা ইবুংঙো মহাক অদুনি ঙসি ভক্ত লিশিং কয়ানা, সাধু-সন্ত কয়ানা ভগবানমক্লি হায়না খুরুমজরিবা!

বাবানা মশামকপু ভক্ত কয়াদা দর্শন পীবদা অমুক্না পাণ্ডুরংগ, শ্রীনিবাস, অমুক্না রাম, অমুক্না কৃষ্ণ ওইনা পীবি। মসি মীওইবা ঐখোয়না খঙবা ঙমদ্রবা ইবুংঙোগী ফজবগী শক্লোন অমনি। য়াম্না তোইনা পৃথিবীগী

মযম অতৈদগী শাকপা ভক্ত কয়ানা ফোটো নমলুবদা ইবুংঙোগী হকচাংগী অকোয়বদা অমসুং কোক্তা ইকোয় কোয়না মণ্ডাল হায়বদি দৈবিক প্রভা (দিভাইন হেলো) থোকপা থেংনৈ। নহাক্না মহাক্পু দর্শন ফংজবদা মহাক্না মমাংদা ফমদুনা য়েংবগী পেনবা নাইদবা পুংজা কয়া হৌখিবা খঙহৌদবা অদু মহাক্কী শুমহৎপা শকফম্নি। মসিনি ঈশ্বর ওইবগী শুমহৎপা শক্তম; পেনবা নাইরোই, য়েংদুনতা লৈনিংগনি। মসিগী মরম অতৈ করিসু নত্তে; নঙঙোন্দা য়াওরিবা ঈশ্বর, 'জীবাত্মা' অদুনা বাবাদা য়াওরিবা 'দৈবত্ব' হায়বদি ঈশ্বরগী মতৌ অদুগা নকশিন্ননিংবা অদুগী খৌরাংবা অদুনি।

অসিগুম্বা ফজবা শক্তম ওইরিবা সাঈবু শৈথাজদুনা "ওঁ শ্রী সুন্দররূপায় নমঃ" হায়না খুরুমজরি।

## (৮০) ওঁ শ্রী পুণ্য পুরুষায় নমঃ

'পুণ্য' হায়বদি অশেংবা, নুংশিবা মীশূম খূদিংনা য়ানিংবা, অফবা, থবাই তাজবা অসিনচিংববু খঙ্নৈ। বাবাদি শাওংদা-শাদাদা ফজবগী শায়োম্নি; খাঙাঙ খূদিং নুংশিবা, ঈংনা তপ্পা খোঞ্জেলনা ইবুংঙো মাগী ফজবগী, মীনুংশি চাউবা থম্মোই চেনবগী খুদম্নি। অদুনা ইবুংঙো মহাকপু পুণ্য পুরুষ হায়না শৈথাজবনি। অমরোম্দা পুণ্য পুরুষকী অর্থ অসি মী মহাক অদুগী মমিং শোনবদা অফবা মঙ্গোল পীবা অদুবুসু খঙনৈ। অদুনা ইবুংঙো মহাক্কী মমিং হন্না-হন্না শোন্দুনা জপ-ধ্যান্নচিংবা তৌনরি। বাবানা অসিমসু তাকপিখ্রবনি মদুদি 'নাম' মমিংগা 'রূপ', মশক্কা অনী অসি থাদোক্নবা য়াদবনি। মমিং হেক নীংশিংবদা, মশক হেক নীংশিংলকপা, মশক হেক উবদা মমিং হেক নীংশিংলকপনি। অনীমক অচুম্বা লেঙদ্রবা অমগী মমায় অনীনি। মরম অসিনা বাবাগী মমিং অমা অমসুং অতোপ্পা ঈশ্বরগী মমিং অমা, অনীগী মরক্তা অমা হেক্তা শোনবদা দর্শন ফংদুনা পুণ্য চেনবা হায়বদু ওই; মগুণ লৈবা হায়বদু ওই।

মরুম অসিনা মহাক্কী নাম শোনবদা পূক্লীং শেংই অমসুং ইশাদা নির্মল ওইবা য়াথল অমা ফাওই; চিত শুদ্ধি শুই অমসুং পূক্লীং নুংঙাইহল্লি। অশেংবা কল্পনা-শক্তি হেনগৎহন্দুনা থাগ্লা উবা ঙম্বা, দূর-দৃষ্টি হায়বদু ওই; পূক্লীং ইঙান ঙাল্লি। বাবানা মহাক্কী অৱাবা তারবা ভক্তশিংদা, মখোয়না মথম্মোই শেংনা কৌজরক্লবদা, সত্য সাঈ বাবা ওইনা নত্রগা মানা-মানা নীংজবা ইষ্ট দেবতা ওইনা দর্শন কয়া কয়া পীবিখ্রে। "সাঈ রাম" হায়বা নাম্না চিনবান্দা শোন্‌বা 'বাক জপ' ওইরগা নত্রগা নাম অসি চেদা হন্না হন্না ইদুনা 'লিখিত জপ' তৌবদা ঐখোয়গী পূক্লীং শেংদোকপী, লমচৎ শেংহল্লি অমসুং পূকচেল-খোইজেন তিন্নবা হেনগৎহল্লি।

ফমফম তানা নুংঙাইবা মওংদা ফল্লগা সাঈ বাবাগী মূর্তিবু খোঙ-তোন শুপ্লা পূক্লীংদা চিংশিন্দুনা ধ্যান তৌবদা মনাই ভক্তশিংগী চেতনাদা সত্যম্, সুন্দরম্ অমসুং আনন্দ হায়বদি অচুম্বা, ফজবা অমসুং পূক্লীং লৈতানা নুংঙাইবনা পীক থলহল্লি।

অসিগুম্বা পুণ্য চেল্লবা ইবুংঙো মহাকপু "ওঁ শ্রী পুণ্যপুরুষায় নমঃ" হায়না খুরুমজরি।

## (৮১) ওঁ শ্রী ফলপ্রদায় নমঃ

'প্রদা' গী অর্থদি অপীবা মহাক; 'ফলপ্রদায়' হায়বদি ফল পীবিবা ইবুংঙো মহাক হায়বনি। ফল হায়বা অসিদি কর্ম তৌদ্রবদি ফংদে। অদুনা কর্মগা ফলগা থাদোক্লবা য়াদে। অমরোমদা কর্ম মখল অনী শুই হায়না বাবানা তাকপিরি। অমনা সাধারন ওইনা থবক খূদিংমকপু কর্ম ঙাক্তনি হায়না লৌই; কর্মগী অতোপ্পা অর্থ অমদি থরা তোঙানবা অমসুং শাস্ত্রীয় ওইবা মওংদা তাকপিরি। অদুনা অকোনবগী কর্ম অসিদি বেদনা তাকপা ক্রিয়া-বিধি হায়বদি নিয়মগী মতুংইন্না তৌরিবা যাগ-যজ্ঞ পূম্নমক কর্মগী

মনুং চল্লি হায়রি। বাবাদি কর্ম মখল অনীমক লৌই তাকপিরি। ইবুংঙোনা কর্ম মখলশিং অসি লৌবা লাকপদা ফল শোয়দনা পীরম্লগা চৎলি হায়নসু তাকপিরি। বাবানা তাকপিখি, "নহাক্না যাগ-যজ্ঞ তৌদুনা শোল্লিবা লাইশোন পূম্নমক ঐনা নঙগী থোঙজিন্দা ঙাইদুনা তারিবনি। লাইশোন অদু নহাক্কী থম্মোইদা কয়া য়াম্না লুনা শোল্লিবনো তারিবনি। অদুগী মতুংইন্না ফল পীরিবনি।" নহাক্না, 'হে ইবুংঙো, নহাক্না ঐগী বারিবা অসিবু উবিদ্রবরনে?' হায়রকপদা ঐগী 'মিৎ' মফম অদুদা হেক্তা য়ৌরকপনি। 'হে ইবুংঙো, ঐনা হায়জরিবা অসিবু তাবিদ্রবরনে?' হায়বদা 'ঐগী 'নাকোং' মফম অদুদা নঙগী বাকৎ অদু তানবা হেক্তা য়ৌরকপনি। "নহাক্না নহাক্কী অবাবা অদুনা পুবা-থাংবা ঙমদ্রদুনা তেংথারকপদা ঐ ইখোঙ থোংনা লাক্নুনা নঙবু পান্থোম পায়দুনা চিংখৎপনি।" অসুম্না সত্য সাঈ বাবাদি নহাক্না নহাক্কী থাজবগী 'পান্থী' অদু নিংথিনা 'ঈশিং' চাইবিরবদি 'উহৈ' শোয়দনা পীবনি। মহাক্কী নিয়মদি, নহাক্না 'কর্ম'গী 'মরু' হুন্দুনা হৌহল্লবদি মহৈ শোয়দনা পী; অদু নত্তদুনা নহাক্কী কর্ম অদু সন্ন্যাসকী মৈরক্তা লংশন্দুনা চাকহল্লবদি কর্মগী ফল পীদে হায়রি। সন্ন্যাসকী মতাং অসিদদি নহাক্কী কর্ম অদু মতোন চোংদ্রবনিনা নহাকপু অবাবা অমসুং নুংঙাইবা হায়বা অনী থোকপীগী বন্ধন অসিদগী ননিংনখা তস্বা ঙম্লে, মুক্ত ওইরে হায়নসু তাকপিরি।

অসিগুম্না, কর্মবু তৌরবদি লেম্না নামৎ মাঙহন্দবা অমসুং তৌখিবা থবকশিংগী মতিক চাবা মহৈ পীবিরিবা সাঈবু "ওঁ শ্রী ফলপ্রদায় নমঃ" হায়না খুরুমজরি।

## (৮২) ওঁ শ্রী পুরুষোত্তমায় নমঃ

ইশম শম্না 'পুরুষ' হায়বদি আত্মাবু খঙ্নগনি। ব্যাকরণগী ওইবা বাহম্থোক্তা 'পুর' হায়বদি 'হকচাং' বু খঙনৈ। বাবানা তাকপি, 'হকচাং

(পুর) মনুংদা লৈরিবা মহাক অদু 'পুরুষ' কৌই। জগৎ অসিগী হকচাং ময়াম অসিদা চপ মান্নবা অমুক্তদা শন্দোক্লুনা লৈরিবা মহাক অদু পূল্পগ্না 'পুরুষোত্তম' কৌই। পুরুষ পূম্নমক্কী মকোক্লি। অর্থদি 'পুরুষ' না নাইতোমনি। মসিবু 'ব্যাষ্টি', মচেৎ হায়বদি নাইতোম কৌই। নাইতোম জীববুসু খণ্ডনে। 'পুরুষোত্তম' হায়বদি নাইতোম পুরুষ (ব্যাষ্টি) ময়ামগী অপুনবা 'সমষ্টি' অদুবু খণ্ডনে। প্রমান অমদা, 'পুরুষ' না উপাল অমা ওইবদা উমং অদু 'পুরুষোত্তম' নি। বাবাদি 'পুরুষ'সু ওই; 'পুরুষোত্তম' সু ওই। (পুরুষোত্তমদি বিশ্ব জগৎপু অমত্তা ওইনা ফোংদোকপা ঈশ্বরনি।) মহাক্না অমুকসু অসুম্না তাকপিরি, "সাঈ গী মমিংনা পৃথিবী শিনবা থুংনা লৈ; ইঙ্খি খূদিংমক সাঈ ঙাক্তনি। মরমদি ঐ লৈতবা মফম অমত্তা লৈতে; ঐ নত্তবা মমিংসু অমত্তা লৈতে।"

গীতাদা ভগবাননা অর্জুনদা তাকপিখ্রবনি, "ঐদি পোকপা-শিবা নাইবা অমাঙ-অতাগী মখা পোনবা আধিভৌতিক ওইবা পোৎ হায়বদি 'ক্ষর' ওইবা মপাম্বোংগী পদার্থ পূম্নমক ফাওদোক্লুনা কোইচৎ চৎলগা লৈবনি, অদুগা অমাঙ অতা লৈত্রবা আধ্যাত্মিক ওইবা হায়বদি 'অক্ষর ওইবা' পূম্নমক্কী মথক্তা লৈবনিনা পৃথিবী পূম্নমক্তসু অমসুং বেদ-শাস্ত্র পূম্নমক্তসু ঐবু 'পুরুষোত্তম' কৌরিবনি। কনাগুম্বা মীওইবা অমনা মাগী দেহগী মায়া শুমহৎলাংদগী লাম্বোক্লুনা ঐবু 'পুরুষোত্তম' নি হায়বা খঙ্বা ঙম্লবদি মহাক অদু ঐবু শেংনা উপাসনা তৌরবা মী ওইরবনি।"(২৫) অদুগুম্বা পুরুষোত্তম অদু থিজবা অমসুং মঙোন্দা চঙজবা নত্তনা অতোপ্পা উপাই অমা লৈত্রবনি। মরমদি মীওইবা অমগী মশাদা য়াওরিবা 'পুরুষ' অদু পুণ্যাত্মানি, জীবাত্মানি; পুরুষোত্তমনা জীবাত্মা পূম্নমক্কী তুংনফম ওইবা মহাসমুদ্রনি, পরমাত্মানি; অনী অসি থাদোক্নবা য়াদবনি। মরম অসিনা পুরুষোত্তম ওইরিবা বাবাবু পূজা তৌজবদা অফবা ফল ফংলিবনি। মহাক্কী মীওইবগী শক্লোন উরগা ওন্ন-তৈনবা খন্দনবা বাবানা মসিমসু য়াম্না তোয়না

পাউত্তাক পীরি, "ঐনা নখোয়গা ৱারী শারি, নখোয়গুম্না তাইবং চীঙ্গাক চাই অদুবু নীংশিংউ, ঐদি বিশ্ব জগৎ পুম্নমক্কী অমত্তা ওইবা পুন্নপ পুন্নবা ঈশ্বরনি।"

অসুম্না জগৎকী হকচাং ময়াম অসিদা শীন-থুংনা লৈরিবা পরমাত্মা (পুরুষোত্তম) গী মশক ওইরবা সাঈবু "ওঁ শ্রীপুরুষোত্তমায় নমঃ" হায়না খুরুমজরি।

## (৮৩) ওঁ শ্রী পুরাণ পুরুষায় নমঃ

পরমশ্বের ভগবানবু শাস্ত্রনা বর্ণন তৌবদা "অজো নিত্যাঃশাশ্বাতোয়ং পুরাণঃ" (২৬) অসুম্না হায়। অজো (অজ) - পোক্পা অমসুং শিবা লৈতবা; নিত্য-অহোংবা লৈতবা, লেঙদ্রবা; শাশ্বত- অমাঙ-অতা লৈত্রবা; পুরাণ - হায়ঙমদনা কুইরবা, অসিনচিংবা মগুণ ময়াম থাদুনা পরমেশ্বরবু মশক তাক্লবা হোৎনৈ। পূন্না অমুক হায়রবদা, "ভগবান পরমেশ্বরদি পোকপা শিবা লৈতে; অহৌবা অরোইবা লৈতে, লেঙদ্রবনি, হায়ঙমদনা কুইরবনি, থায়নদগী লৈরক্লবনি", অসিনি। বাবাদি সৎ-চিৎ-আনন্দ অহুম্মক পুল্লবনি। 'সৎ' হায়বদি মতম অহুমদা, হৌখ্রবা, হৌজিক্ অমসুং তুংদা লাক্কদবা-ভূত, বর্তমান অমসুং ভবিষৎতা -লেঙদনা লৈরবা অদু 'সৎ' নত্রগা 'সত্য' কৌই; মদু সত্য সাঈ বাবানি; 'চিৎ' হায়বদি খঙলবা, মঙাল ফংলবা অদুবু খঙনৈ; 'আনন্দ' হায়রগা খ্বাইদগী হেন্না নুংঙাইরবা, পরমসুখ অদুবু খঙনৈ। বাবাদা 'বিশেষ' ওইবা থোইদোকপা গুণ অহুম অসি পূন্না লৈবনি। অদুগীসু মথক্তা বাবাদি 'সনাতন' ওইবনি, হায়বদি মতম পুম্নমক্তা নৌদুনতা লৈবা (নুতন ওইবা), হৌরকফমসু ওইবা, হৌজিকসু লৈরিবা, তুংদসু অদুম লৈরগদবা ইবুংঙো মহাক্নি। চহি খূদিংগী নবেম্বর তাং ২৩দা পাঙথোকপা বাবাগী মপোক নুমিৎ, জম্মদিন উৎসব অমদা পাউত্তাক পীবদা মহাক্না অসুম্না তাকপি, "নখোয়না ঐগী চহি হায়বা

ওল্লোই, ঐগী চহি লৈতবনি।" মহাক্তি 'পুরাণপুরুষ'নি, লিরবনি; মহাক্কী মতম হায়বা অমা অমুক লৈতে; মফম হায়বা লৈতে; পূম্নমক লাহোক্লগা মীগী শক্লোন লৌবীদুনা লমচৎ কায়থরক্লবা, মপোকথীনা শিফম-নাফম খণ্ডদনা শিরগদবা মীওইবা জাতিবু কনবিবা লাকপনি। ইবুংঙো মহাক্কী মফমদদি ইতিহাস, পুরাণনচিংবা অসিদি মহাক্লা শান্নখিবা লীলা কয়াগী ৰারী অমুক হন্না লীদুনা শান্নবনি। পৃথিবীদা লৈরিবা দেশ খূদিংমক মহাক্কী মন্দিরগী কা মচা অমমম্লি; দেশ-দেশ খূদিংমক্তা লৈরিবা তোঙান তোঙানবা জাতি পূম্নমক মহাক্লা শান্নবা নাটক্কী লীলা কুমলিবা অভিনেতৃ ওাক্তনি। লীলাগী মথং-মনাও (ক্রম) হায়দোক্তে, লীলাগী অরোইবা দৃশ্য হান্না খণ্ডহন্দে। মরমদি মহাক্লা খঙ্ই মদুদি লীলাগী ফম্বাক্তা (রঙ্গমঞ্চ) করম্বা মতাংদা কনা চঙ্গনি, করম্বা মতাংদা করি থোক্কনি, কলাকারশিংগী মাগী মাগী হোৎনজমন, থাজবা, জ্ঞান অমসুং চেতনা শক্তিগী মখা পোল্লি। অসিগুম্বা সংসার রঙ্গমঞ্চদা লীলা কুম্লিবা মীওইবা কৌবা অভিনেতৃ অমগী মশাগী চহি খূদিংমক ইবুংঙো মহাক্লা মহাক্কী অপাম্বা, নুংঙাইজবা ইচ্ছা (প্রমোদ)কী মতুংইন্না ইখ্রবা ভাগ্য বিধাতা কৌবা লাইরিক্কী লামাই অমমমনি। মসি থাজৌ, থাজরবদি নহাক নুংঙাইনা হিংলে; থাজদ্রবদি নহাক্কী পুন্সি মায়থিবা অমসুং অমাঙ-অতানা থনগনি।

অসিগুম্বা পুরাণ পুরুষ ওইবা হৌবদগী লোইবা পূম্নমক খঙ্বা পুরুষোত্তম ওইবা, জগৎ সংসারবু শেম্লকপা অহানবা নুপা সাঈবু, "ওঁ শ্রী পুরাণপুরুষায় নমঃ" হায়না খুরুমজরি।

## (৮৪) ওঁ শ্রী অতীতায় নমঃ

'অতীত' হায়বসি সীমানা ৰাংমা লানখ্রবা নত্রগা পাক্ল শন্না পাঙথোকখ্রবা থৌওংবু খঙ্নে। বাবাবু 'অতীতায়' হায়না নামাবলি অসি পীরুবগী মরমদি মহাক্কী শক্তিদা কা অমা হেন্না তৌবা ওম্বগী মতাংদা

শৈথারকপনি। পুরুষ সুক্তনা হায়রি, "মহাক্তি (ভগবানদি) পৃথিবী শীনথুংনা শন্দোকই; জগৎ ব্রহ্মাণ্ড অসিসু শিনবা থুংই; অদুদা নত্তনা জগৎ অসিদা লৈরিবা মীওইবনা খঙবা ঙম্বা খুদিংমক্কী সীমানা ৱাংমদা লৈ।" অসুম্না বাবাদি মীওইবনা পীবা ঙম্বা ব্যাখ্যা অমসুং বর্ণন্গী ৱাংমদনি। অপার ওইগ্রবা পল লাম্ছোকখ্রবা থৌদৌবু পাউতম্নবা ৱাহে লৈতে। বাবানা হেক-হেক হায়, "ঐগী মিং লৈতে; মিং পূম্নমক ঐগী মিংনি।" মাগী মরমদা শিংথাবা লোইবা লৈবা নত্তে; মরমদি মীওইবগী কল্পনাগী ৱাংমদা লৈবা ইবুংঙোনি মহাক্তি। কনাগুম্বনা বাবাবু মশক খঙলবগুম খন্দুনা খজিক্তং নাপন কারকপদা হেন্না ঙকপা থৌওং অমা হেক্তা উত্তুনা অমুক্কা হেন্না ঙকহনগনি। খুদম ওইনা বাবাগী শ্রী হস্তদগী বিভূতি চাইথরকপদি মিংনা হেক উরবনিনা মদুগী মরমদা ৱারীনবা ঙমলে; খঙবগুম তৌরে। অদুবু, য়াম্না থাপ্প-থাপ্পবা দেশ, মহাদেশ কয়াদা ভক্তশিংনা লাৎচবা ফক্লাংদা থেৎপা চিত্রদগী কুমকুম, বিভূতি, চন্দন মকুপ খিকথরকপা, খোইহিনচিংবা চেম্ছরকপা, ভগবানগী নীলকান্ত মনি, ইবুংঙো মহাক্কী চিত্রদগী য়াম্ছরকপগা অসিনচিংবগী মতাং য়ৌরক্লবদি ঐখোয়না খঙ্বা ঙম্বা অমসুং খনবা ঙম্বগী (কল্পনা শক্তিগী) ৱাংমদনি। প্রশান্তিদগী মাইল ৪০০ লাপনা লৈবা 'শিরশি' কৌবা মফম অমদা ভক্ত ময়ামগী অপুনবা সভা অমদগী বাবাবু লাকপিনবা টেলিগ্রাম অমা থাখি। খুদক্তা বাবানা মাগী ইচ্ছা শক্তিনা শিরশিদা মহাক্না লেঙশিনবীনবা থারিবা আসন অদুগী নাকল য়েৎ-ওইদা ওঁকারগী প্রনব অনী হেক্তা উৎখি। 'প্রণব' অনী অদু হৌজিক ফাওবা শিরশিগী মাঙুব অচৌবা অদুগী মফম অনীদা থেত্তুনা লৈরি। বোম্বে (হৌজিক্কি মুম্বাই) দা শির্ডি সাঈগী ভক্ত অমনা পর্তি সাঈ বাবাগী বিভূতি অদু লৈতোন্দা লৈরবদা মহাক্কী পূক্নীংদা চিংনবা শঙ্কা অমনা 'ঐ তৌরিবা অসিবু চুমলিবরা, ভক্ত অমনা ভগবান মখল অনী লাৎপা অসি অমাং-অশেঙ্ খঙদবা মাল্লি' হেক খল্লকপদা, প্রশান্তি নিলয়মদা লৈনা-লৈনা বাবানা, বোম্বেদা লৈরিবা মাগী

ভক্ত অদুগী ফক্লাংদা থেংলিবা সত্য সাঈ বাবাগী চিত্র অদুদগী ইরং লংবা মঙাল অমা উংপিদুনা ভক্তগী চিংনবা অদু কোকহনখি। মতৌ অসুম্না ইবুংঙো মানা তৌথোরকপা থৌওংশিং অসি মীওইবনা খঙবা ঙম্বগী ৱাংমদা লৈ। বোম্বেদা লৈবা দশেরা কুম্মে য়াওবা য়াম্না চৎনিংবা অদুগা রেল-টিকেৎতি ককপা ঙমজদবা য়াম্না লাইরবা নুপা ভক্ত অমনা চৎপা ঙমদবগী ৱাদুনা কপখি। খুদক্তা, মাগী কা মনুংদা থেংলিবা বাবাগী চিত্র অদুগী মমাংদা রেল-টিকেট অমা য়াম্না ঙক্পা মওংদা তাদুনা লৈরম্মি। অতোপ্পা ভক্ত কয়াদসু থৌদোক কয়াদা মখোয়গী অৱাবা কোকপীবা অমসুং মশা ঙমদদুনা হিপ্লিবা ভক্ত কয়াদা কনা অমগীনা ময়াদা বিভূতি তারকপা, কনা অমগীনা মরাইপক্তা, কনা অমগীনা মোন মখাদা বিভূতি পেকেৎ লৈরম্বা থেংনখি।

অসিগুম্বা বাবানা মীওইবগী মপোক্তা পোক্লবসু, ঐখোয় মীওইবনা খঙবা ঙম্বগী ৱাঙ্মদা লৈবা সাঈবু "ওঁ শ্রী অতীতায় নমঃ" হায়না শৈথাদুনা খুরুমজরি।

## (৮৫) ওঁ শ্রী কালাতীতায় নমঃ

'কালাতীতা'গী অর্থদি মতমগী (কাল) ৱাংমদা লৈবা হায়বনি। বাবাদি 'মতম' কৌবা লাইনা পুনবা ঙমদে হায়না শৈথাবা নামাবলিনি। মহাক্তি অহৌবসু লৈতে, অরোইবসু লৈতে। অতৈ পূন্নমক তুমথ্রবসু মহাক্তি লৈহৌই। মহাক্তি লোইবা খম্বা নাইদবনি, জগৎ শীনবা থুংনা লৈবনি। ইবুংঙো মহাকপু 'দেশ কাল অপরিচ্ছিন্ন' (দেশ = মফম; কাল = মতম; অপরিচ্ছিন্ন = সীমানা লৈতবা) হায়না শৈথাই। মহাক্তি 'সনাতন সারথি' নি; লৈশেমগুঁদগী লৈরক্লবা সারথিনি। মহাক্লা লাউথোকপিথ্রবনি মদুদি মহাক্তি চহিনা (মতমনা) মহাকপু মাঙহনবা ঙমদে; মাগী থৌদাং লোইরগা

হৃকচাং থাদোক্লগদবনি। বিষ্ণু সহস্ত্রনাম্‌দা মহাকপু 'অজ' হায়বদি পোকপা নাইদবা 'অমৃত্যু' হায়বদি শিবা নাইদবা হায়না শৈথাবনি। বাবানা মফম অমদগী অতোপ্পা মফম অমা চৎপদা, অথাপ্পা অনকপা হায়বদুনা অথিংবা পীবা ওমদে; অদুনা বাবানা মফম অমদগী অমদা চৎপদা মতম চঙদে। মহাক্তি মতম অমত্তদা মফম কয়ামরুমদা, হায়বদি অমুক্তদা মফম কয়ামরুম য়ৌবা ওম্মি। ইংশোক ১৯৬৪গী ডিসেম্বর থাদা মতম অমত্তদা অন্ধ্রপ্রদেশকী ব্যাঙ্কটগিরিদা অমসুং কেরালাগী মঞ্জেরীদা য়ৌবিদুনা মনাই ভক্তশিংবু দর্শন পীনখি। মনিমুক্তা অমা, করিগুম্বা অমা পুথোকপা নত্রগা অনাবা অমা ফহনবা অসিগুম্বসিদি বাবাগীদমক্তদি মাগী ইচ্ছা, অনিংবা অদুনা অদুম হেক্তা ওইবনি। কুইনা চঙবা নত্তে; খুদক্তনি। মাগী ইচ্ছা শক্তিতনা কেলিফোর্নিয়াদা (আমেরিকা হায়রিবা লৈবাক অদুগী লম অমদা) লৈবা মাগী ভক্ত চার্লস পেন নত্রগা সিয়োনদা লৈবা আয়েঙ্গরগী ইমুং-মনুং অমসুং শিমোগা কৌবা মফমদা লৈবা রাওগী ইমুংনচিংবা ভক্তগী মফমদা মহাক্কী ইচ্ছা শক্তিনা মশামক খুদক্তা চত্তুনা মতেং পাংই। মতম অমসুং মফম্না ইবুংঙো মাবু অথিংবা পীবা অমসুং তপথহনবা ওমদে।

মহাক্তি তুংদা থোক্লগদবা থৌদোক্তা য়ৌবা ওমই; হৌগ্রবা থৌদোক মফমদা হনগৎনা চৎপা ওম্মি। বাবানা ঐখোয়দা তাকপি, "ঐদি নখোয়গী নহানমুক্কী মপোক খঙই", "নঙনা ওসি ফংজরিবা বর অসি নহাক্না হৌখিবা মপোক্তা নিংশ্রবনি।" মহাক্না মী কয়াদা থোক্লগদবা খুদোংথিবা কয়া মাঙজৌননা তাকপিশ্রবনি; মী কয়াবু অচুম্বা মাইকৈ তাকপিশ্রবনি।

অসিগুম্বা মতমগী ৱাংমদা লৈবা সাঈবু "ওঁ শ্রী কালাতীতায় নমঃ" হায়না খুরুমজরি।

## (৮৬) ওঁ শ্রীসিদ্ধিরূপায় নমঃ

'সিদ্ধি' গী অর্থ অনী শুই। ময়ামগী চৎনবী, লোকাচারগী অমা; অতোপ্পা অমনা শাস্ত্রীয় ওইবা অর্থ অমা। লোকাচারগী অর্থদা সিদ্ধি হায়বদি 'মায়পাকপা', 'লনথুম চেনবা', 'মপুঙ ফাবা' অসুম্না খঙ্নৈ। অসিগুম্বা চৎনরোলগী অর্থ অসিগী মতুং ইন্না রত্নমালা অসিগী মমাংদা পনখিবা গুণ খরদু য়েংলুরগসু বাবাদি 'সিদ্ধিরূপ' নি হায়বা খঙ্বা ঙম্মি। মহাক্নবু নিংখ্রবদি হেক্তা ওইবা, মহাক্নবু হায়খ্রবদি মদুগী ফল হেক্তা খুদক্তা ফংবা অসিনচিংবনি। বাবানা লম্ফে চৎলুরবা মী কয়াবু ঈশ্বরগী লম্বীদা লমজীংবী; অফবা মায়কৈদা লমজীংবী; শেংদোকপী, হিংবগী কান্নবা ফংহল্লি।

'সিদ্ধি'গী অতোপ্পা শাস্ত্রীয় ওইবা অর্থ অমনা, মীওইবগী শক্তিদগী হেনবা, 'অতিমানুষ' ওইবা খঙ্নৈ। অসিগুম্বা শক্তি অসি ইচ্ছা শক্তিগা খেন্নৈ, মসিদি মীচম অমনা যোগ সাধন কয়া তৌরবা মতুংদা ফংবসু ঙম্মি। অদুবু সত্য সাঈ বাবাদি সিদ্ধি মখল অসি যোগ অভ্যাসকা অমত্তা তৌদনা অঙাং ওইরিঙৈদা অদুম য়াওরক্লবনি। মহাক্কী সিদ্ধি মখল অসি মশাগী প্রকৃতিদা হান্না য়াওজরক্লবনিনা মানা হেক্তা কৌথবা হায়বদি অবাহন তৌবা ঙম্মি। বাবানা তাকপি, "সিদ্ধি মখল অসিদি, 'দিব্যতা'গী সাধন অমনি। মসিবু খুৎশাগী হৈ-শিংবা, মিত্রং অমগুম্না লৌদুনা পুক্লিংবু ভ্রম তৌহল্লোইদবনি।" মিত্রংশিং অসিদি যোগীশিংনা অভ্যাস মখল খরা মতম কুইনা সাধন তৌরগা ফংবা সিদ্ধিনি। বাবাদা য়াওরিবা সিদ্ধি অসিদি মশাগী য়াওজরকপনি।

খঙজদবা মী খরনা মশাবু য়াম্না খঙ-হৈরবা অমগুম উহন্নিংদুনা অসুম্না হায়বসু য়াওই, মদুদি সাঈ বাবানা সিদ্ধি ফংলবনি হায়দুনা তৌরিবা ময়াম অসিনা মহাক্কী আধ্যাত্মিক্কী লম্বীদা অকায়বা লাক্কনি। মখোয়না হায়রিবা অসি খঙজদদুনা তৌরিবনি। সিদ্ধিশিং অসি অকন্নবা যোগ সাধন,

তপস্যা কয়া তৌরগা ফঙলকপা ওইনা খন্দুনা হায়রিবনি; বাবাবু সাধক অমা ওইনা ইচম চন্না খন্দুনা তৌরিবনি। বাবাদি সাধক নত্তে; অসিগুম্বা সাধক ময়ামগী পন্থুংনি; মখোয়না তৌরিবা যোগ অভ্যাস ময়াম অদু মহাক্কী মনাক য়ৌবা ঙম্নবনি। বাবাদি; 'সিদ্ধি' হায়বদুগী মিংনা উবা শায়োন্নি। ইবুংঙো মহাক্না সংসারদা মীয়াম মরক্তা খোঙদাবিরকপা অসিদি মশাবু সিদ্ধি ফংলবনি হায়বগী নাপল কাবা অমসুং দৈবিক শক্তিবু পরিক্ষা লৌবা ঙম্লগনি খনবদগী মকোক লুমথরবা অব্বাবা তারবা অনাবশিং অদু ফহনবা লাক্পনি।

অসিগুম্বা 'সিদ্ধি' হায়বদুগী মিংনা উবা শায়োন ওইবিরিবা সাঈবু "ওঁ শ্রীসিদ্ধিরূপায় নমঃ" হায়না খুরুমজরি।

## (৮৭) ওঁ শ্রী সিদ্ধ সঙ্কল্পায় নমঃ

'সিদ্ধসঙ্কল্প' গী ব্রাহল্লোক্তি, 'নীংবু নীংলবদি হেক্তা থুংবা' হায়বনি। 'সিদ্ধ' মায় পাকপা; 'সঙ্কল্প' হায়বদি পূক্নীংনা নীংখিবা, ইচ্ছাবু খঙ্নৈ। অশম্বা ব্রাহল্লোক্তা, নামাবলি অসিদা হায়রিবনা বাবানা নীংবু নীংখ্রবদি হেক্তা ওইথোকই অসিনি। 'সিদ্ধসঙ্কল্প' গী মগুণ অসি অসুক্কি মতিক চাওই মদুদি মায় পাক্লবগীদমক্তা য়াম্না শুরুবা-নোমলুগদবা অমত্তা নত্তে; বাবানা নীংবা, অপাম্বা ইচ্ছা অদু গুলাপকী লৈনাদা লিক্লানা তরু-তনান্না তারকপগুম অদুক্কী মতিক লাইনা অনীংবা অদু ওইথোকই হায়বনি।

বাবানা তাকপীবগী মতুংইন্নদি সিদ্ধ মখল অসি ফংবদা, নীংবগা ফংবগা অনীগী মরক্তা মতম অমত্তা চঙ্দে। প্রশান্তিদগী মাইল ১৫০০ লাপ্না থোকখিবা থৌদোক্তা বাবানা প্রশান্তিদা লৈনা-লৈনা ভোপালদা লৈবা মনাইবু মথ্বাই কন্নিংবগী ইচ্ছা অদু নোংমৈ কাপকনু হায়না মনাইগী নাকোংদা তাহল্লবদা মতোমতা শিজরগে তৌরবা ভক্ত অদু কনবীখি। থৌদোক

অদুদনি বাবানা মতোমতা শিজরগে তৌবা মনাই ভক্ত অদুগী যুমদা খুদক্তা মহাক্কী ইচ্ছানা ভক্ত অদুগা য়াম্না তীন্নজবা ইমুং অমগী মী অহমগী শকলোন লৌদুনা থোঙ্ থীনখি; ইমুংদা চঙদুনা য়াম্না শাংনা ৰারী শান্নরগা, ঙহাক কাউথোক্লিঙৈ মিকুপ্তা নোংমৈ অদু মশা খঙহন্দনা পুথোক্তুনা মথ্বাই কনবিখিবদুনি। অতোপ্পা থৌদোক অমদনা বাবানা মমিং চংলবা ভাইওলিন খোঙবা ওস্তাদ Mr. Chowdiah দা মমিং মথা, লৈফম অমসুং তারিখ লোয়না য়াওবা তকমান অমা মহাক্কী ইচ্ছানা খুদক্তা পুথোক্তুনা মনা ওইনা কৃপা পীবিখি। তকমান শেম্বগী অঙকপা মতৌ অদুসু ভক্তশিংদা হকথেংননা উৎপিখি: অহাংবা আকাশতগী বাবানা তকমান অদু অহানবা শেম্বদা, মমিং মথা য়াওরমদ্রে; অদুনা খূৎ হাংদোক্লুরবা খুবাক অদু অমুক উমশিন্দুনা সেকেণ্ড অমরোম থম্লবা মতুংদা অমুক হাংদোকরকপদা লোয়না য়াওরকপনি।

অমুক্কা হেন্না ঙক্লবা বাবাগী 'সিদ্ধ সঙ্কল্প', মহাক্না নীংবু নীংলবদি হেক্তা সিদ্ধ ওই হায়বগী খুদম অমসু লৈরি। মতাং অমদা, এনথ্রোপোলোজিষ্ট (মানব জাতি শাস্ত্রী) হায়বদি মীওইবা জাতিগী হৌরকপা, মৈহৌরোল থিজিনবা সাইন্টিষ্ট (প্রোফেসর ওফ এনথ্রোপোলোজি) অমগা বাবাগা খন্নরকপদা অসুম অসুম লুশল্লক্তুনা মীওইবগী হৌরকফম য়োংগী মতাং য়ৌরকখি। মতাং অদুদা বাবানা উপাঙ্গী মথক্তা হিংবা ঙম্বা মতু য়াম্না চোমদবা অমসুং মমৈ পান্দবা য়োংজাও মখল অমা লৈ মদু প্রোফেসরনা হায়বদা চিখরম্লে তাকপীখি। প্রোফেসরনা মাদি মদুগী মতাং থেংনদে হায়না থাজদবা উৎলবদা বাবাগী ইচ্ছানা মখূৎ হাইবদা য়োংজাও অদুগী শিক্তক তৌবা মোদেল অমা খুদক্তা পুথোক্তুনা উৎখি। মহাক্না নুংশিত্তা খুবাম অদু ঙহাক পায়শল্লগা থম্বদা মহাক্কী ইচ্ছা শক্তিনা নুংশিৎ কৌবা পোৎচং অদুদগী হেক্তা ওনবনি।

অসুম্না বাবাগী ইচ্ছা অসিদি মফম খূদিংদা লৈবনি; ওইংগে হায়বদা গুপ্বনি হায়বগী ব্বারী অমসু লৈরি। গুজরাটতদি ঈশ্বরদা ভক্তি লৈবা ইমুং অমনা থা অমা চুপ্না চরা হেন্দুনা পূজা পাঠ তৌরবগী অরোইবা বর নুমিৎতা (valedictory puja) থুম তংবা চৎনৈ। বাবাগী ভক্ত ওইবা ইমুং অমনা থা অমা চরা হেন্দুনা পূজা তৌজবগী অরোইবা নুমিৎ অদুমক্তদা পুংফম চপ চানা বাবানা ইচ্ছা তৌবিদুনা, মন্দিরদা লাৎলিবা চিত্র অদুদগী থুম মহি চেন্থরকখি। অমেরিকাদা লৈবা "Cowan" শিংনা বাবাগী চিত্র অমত্তুং শীবিনবা খুরুমজখি। বাবানা মহাক্কী ইচ্ছানা চিত্র অদু মফম অদুমক্তদা য়ৌহনখি।

অসুম্না মহাক্কী অনীংবা খূদিং থুংলিবা সাঈবু, "ওঁ শ্রী সিদ্ধসঙ্কল্পায় নমঃ" হায়না খুরুমজরি।

## (৮৮) ওঁ শ্রী আরোগ্য প্রদায় নমঃ

'অরোগ্য', অনাবা লৈতবা হায়বা ব্বাহে অসি হকচাং ফবা, হকচাং নুংঙাইবা খঙ্নবা ব্বাহৈনি। বাবানদি ইরায় লায়না অসুম্না তাকপি, "হকচাং নুংঙাইনা লৈবা হায়বা অসিমক্তি চাং অমদা ময়ায় ওইরপ্পা চীঞাক অমসুং ময়ায় ওইরপ্পা পোত্থাবা অনী অসিগী ফলনি"। মসিমক্তি গীতাদা 'যুক্তাহার বিহার' হায়না অদুম তাকপনি। গীতাগী অধ্যায় ৬কী ১৭শুবা শ্লোক্তা অসুম্না য়াওরি,

যুক্তাহারবিহারস্য যুক্তচেষ্টস্য কর্ম্মসু।।

যুক্তস্বপ্নাববোধস্য যোগো ভবতি দু:খহা ।।৬.১৭।।

[দু:খহা যোগ - অৱা-অনা কোক্লবা ওইবা কোকপা যোগ অসিদি; যুক্ত অহার বিহারস্য - চাবা থকপা অমসুং পোত্থাবদা চাং কক্লা থম্বা গুম্বা মহাক অদুনা; যুক্তচেষ্টস্য কর্মসু-থবক তৌবদা চাং নাইনা মহাক অদুনা;

যুক্তস্বপ্নাববোধস্য-মতম চানা তূম্বা অমসুং মতম চানা হৌগৎপা মহাক অদুনা; ভবতি-ফংবা ওস্মি] অশুপ্পা অর্থদা, 'অব্রা-অনা কোকপা যোগ সাধন অসিদি চাবা-থকপা অমসুং পোত্থাবদা চাং কক্লা থম্বা ওস্বা, থবক তৌবদসু চাং নাইবা, তূম্বা-য়াহৌবসু চাং নাইবা মহাক অদুতনা ফংবা ওস্মি।' মতাং অসিদা পল্লিবা 'যুক্ত' হায়বদি 'শমজন্নবা' হায়রিবসি হিরম মঙানি: চীঞাক, পোত্থাবা, থবক, তূম্বা অমসুং হৌগৎপা মঙা অসিনি। মঙা অসি বেদ-শাস্ত্রনা তাকপা মতুংইন্না মী-মী অদুগী হকচাংগী ফিবম, পূক্লীংগী ফিবম, অকোয়বগী ফিবম কয়া অসিগা চুশিন্নবা অদুনি অরোগ্য, অনাবা চঙদবা হায়রিবা অসি।

বাবানা মরু ওইনা তাক্লিবদি হকচাং ফগে হায়রবদি পূক্লীং অসি কর্ম ইন্দ্রিশিংনা (কর্ম্মেন্দ্রিয়) মখোয়গী অপাম্বা মওংদা হোয়দুনা পুরিবা অদুদগী লৈথোকহৌবা ওন্নবতদা ওইগনি অসিনি। মসিগীদমক্তা, বাবানা খ্বাইদগী ফবা উপাইনি হায়না তাক্লিবদি 'নাম সংকীর্তন' অমসুং 'রূপ ধ্যান' অনী অসিনি। অদুনা বাবানা পীবা দিস্কোর্শ খূদিংমক, 'লেকচর' ওাক্তা নত্তে, 'মিকচর'নি। অতৈ হায়দে, 'পূক্লীং অমসুং হকচাং মশা ফহল্লু' অসিদনি। মরম অসিনা, মহাক্লা তাকপিবদা, মহাক্লা হায়রিবশিং অসিদা ব্রাহে অমা ফাওবা চিত্থদনা অমসুং ব্রা মচং অমা ফাওবা চিত্থদনা লৌখৎকগদবনি হায়না তাকপি। মরমদি পূক্লিংগী শান্তি ফংলবতদা হকচাং ফবা ওমগনি। অদুনা বাবানা ঐখোয়দা পীরিবা হকচাং নাদ-য়েক্তনা, ফনা থম্বা ওম্নবা 'হিদাক্তি' য়াম্না পামশল্লুদবা (দিতেচমেন্ট), ঈশ্বর ভক্তি লৈবা (ডিবোসন), মীওইবা অমসুং ঈশ্বরগী সেবা (সর্বিশ) তৌবা অসিতনি।

বাবানা পীবা থৌজান্দা খ্বাইদগী থোইদোক-হেন্দোকপা, বিশিষ্ট ওইবা দয়া কৃপা অসি অতৈ নত্তে; ডাক্তরনা খুৎ থারবা-লিরবা, লুরবা অনাবা কয়া ফহনবা অসিনি; ফহনবগী মওং অসিসু মেদিকেল সাইন্সনা খঙবা ওস্বগী ব্রাংমদনি। অদুগা লোয়নননা বাবানা মনাইশিংবু

পেলহন্নিংলকপা মতাং অমদা হেক হেক লাউরকই "কেন্সর হায়বা! কেন্সরদি কেন্সেল" (Cancer is cancelled) কেন্সরদু অদুম ফখি! ইবুংঙো মাগী হুকুম্নি, ইন্দবা-লাক্তবা য়াবা নত্তে। অথাপ্পদা লৈবা অনাবা কয়াদা বাবানা মমংদা নত্রগা মমাংদা দর্শন পীনবিদুনা "ফমুং কোনখৎলো, ঐগী ইনাক্তা লাকও; ইতুং ইল্লকউ!" অসুম্না তাকপিখিবা কয়া অমসুনি। অনাবশিং লাকখি অমসুং ফখি।

অসুম্না হকচাংবু নাদ-য়েক্তবা পীবিরিবা সাঈবু ঐখোয়না "ওঁ শ্রী আরোগ্যপ্রদায় নমঃ" হায়না খুরুমজরি।

## (৮৯) ওঁ শ্রী অন্নবস্ত্রদায় নমঃ

'অন্ন'=চীঞ্জাক, 'বস্ত্র'=শেৎন-ইন্নবা ফি; 'দায়'=পীবা; শেৎন-চানবা পীবগী মতাংশিদি শির্ডি সাঈ বাবাগী মতমদা য়াম্না মরু ওইখি। শির্ডি বাবানা তাকপি, "ঐগী ভক্তশিংগী লৈফমদা শেৎন-চানবা য়াৎলোই।" শির্ডি বাবানা হৈনজবা অসি চানিংঙাই লৈতবা, শেৎনবা ফি মতিক চানা ফংদ্রবশিংদা চানবা চীঞ্জাক, ফি-রোল পীবা অসিনি। মহাক্না ঐখোয়দা সেবা মখল অসি করম্না তৌগনি হায়বা য়াম্না কুপ্না তম্বী; মহাক্না মাগী ভক্তশিংদা পীরিবা থৌজান, নুংশিবা ময়াম অসিগী বিজ্ঞাপন তৌদুনা ফোংদোকপা তৌদে; মিংচৎকি নত্তে। মহাক্না মখোয়শিং অসিবু "লাইরবা, তোল্লবা" হায়বা য়াহে অসি শীজিন্নদে। "মখোয় অসি নখোয়গী মরী মতানি" হায়না তাকপি।

অদুবু, সত্য সাঈ বাবাগী নামাবলি ৮৯শুবা অসিদা হায়রিবা 'অন্নবস্ত্র' অসিদি খরা হেনবা মখলগীনি। সত্য সাঈনা 'অন্ন' বু "হকচাং ফবা" হায়না য়াহম্লোক পীরি; 'বস্ত্র' (ফি-রোল) হায়রগা সনমান 'ইকাই-খুম্নবা' গী য়াহম্লোক পী। মহাক্না তাকপী, "ঈশ্বরগী নাম শোন্দুনা, অফ-

ফত্ত (বিবেক-বিচার) খঙনা অপান্বা মীহৌবা অসুম অসুম থাদোক্তুনা বৈরাগ্যগী মগুণ হেনগৎহল্লিবা ইমুং অদুদা অৱা-অনা অমত্তা তাহল্লোই।” অদুনা বাবানা মচাশিংদা ‘হকচাং ফবা অমসুং সনমান’ অনীমক পীরিবনি।

বাবাবু শ্রদ্ধা অমসুং ভক্তিগা লোয়নননা নীংজরবা, থবক তৌবদা থকশি-খাশি ঙাক্লা চৎপা অমসুং ওইজ-ওইথক কাহেন্না পামশন্দবা ঙম্লবদি নহাক শোয়দনা ইবুংঙো মহাক্কী কৃপা ফংলবনি। কৃপা অসি ফংগ্রবদি নহাক্কী পুন্সিদা অৱা-অনা হায়বদি প্রাণহানি অমসুং ইজ্জৎ মাঙ্বা, মানহানি তৌররোই। মসি বাবাগী ৱাশক্লি; ৱাশক অসিগী মখাদনি নহাক্লা শাস্তি ফংদুনা নুংঙাইবা পুন্সি লেনবা ঙমজগদৌরিবা। কল্লক্-য়েংথিনবনা পীক থল্লবা পুন্সি মরেল অমদা অচৌবা শিনফম পায়রিবা ওফিসার ভক্ত অমদা, “ঐ খঙই, নহাক্লা হৌজিক তৌরিবা থবক অদু য়েক্লবনা কোয়শিল্লি।” হায়না ওফিসার অদুনা থবক্তগী পোত্থাগদবা চহি ১২ ৱাৎলিঙৈদা বাবানা হায়খি। মতম অদুদা বাবানা মখা তানা তাকপিখি, “অদুবু, করি অমত্তা কিগনু, ঐনা নঙবু নঙগী হৌজিক ওইরিবা অৱাবা তারিবা অমসুং ইজ্জৎ মাঙলিবা কয়া অদুদগী কনবিগনি অমসুং য়াম্মা ইকাই খুম্নমা থবক্তগী পোত্থাবা ফঙহনগনি।”

মতৌ অসুম্না, মনাই ভক্তশিংবু হকচাং ফবা অমসুং ইকাইখুম্নবা পীবিরিবা সাঈবু “ওঁ শ্রী অন্নবস্ত্রদায় নমঃ” হায়না খুরুমজরি।

## (৯০) ওঁ শ্রী সংসার দুঃখক্ষয়করায় নমঃ

‘সংসার’ গী অর্থদি ঐখোয়না থেংনরিবা অমসুং ঐখোয়সু মদুগী শরুক অমা ওইরিবা, অরেপ্পা অমসুং তং-তাবা লৈতবা ফিভম অসিবু খঙনৈ। ‘দুঃখ’ = অৱা-অনাবু অমসুং ‘ক্ষয়করায়’=মাঙহনবিরিবা হায়বনি। অশম্বদা বাবাবু লৈশি-লৈথোঙবা নামাবলি পরেংগী ৯০শুবা শ্লোক অসি ‘সংসারগী অৱা-অনা মাঙহনবীরিবা বাবা মহাকপু খুরুমজে’ হায়বনি।

পোকপা, মপান ফরকপা, মরায় চায়থরকপা অমসুং শিবা, পুন্সিগী চেনকদ্রবা তাংকক ঙাক্তনি অমসুং মপুম ওইরম্বা, কিনথরকপা; মহি ওইরম্বা, কংশল্লকপা; চাউরম্বা, পীকশল্লকপা; খুঞ্জাও-লৈচাওবা, খুন্তাক লানশিবা; পূম্নমক অসি সৃষ্টিগী খোঙচৎনি; মপান নাইদনা পাকচাউরবা জগৎ অসিমক সংসারনি; অসুম-মওইরে হায়বা লৈতবনি।

অদুগা, 'দু:খ' অব্রা-অনা হায়বা অসিমক সংসারগা খায়দোক্লবা য়াদ্রবা শক্তম্নি; মরমদি 'সংসার' অসি 'অসার' নি, শূন্যনি, অহাংবনি, সত্য নত্তে, অরেপ্পা-লেঙদবা নত্তে। অশম্বদা সংসার অসিদা হৌখিবা, হৌজিক অমসুং হোরেনগী থৌদোক অমত্তা মান্নদবনি। হায়রিবা অসিগুম্বা 'সংসার' হায়রিবা অসিদা মীওইবা অসি পোকপা-শিবগী মখা পোল্লি। অমুক পোক্‌ই; করি তৌনবা! অমুক শিনবা; পোকপা অমগা শিবা অমগা অনীগী মরক্তা তানশিনজরম্বা অমসুং শাগৎচরম্বা মহৈ অদু চাদুনা অনৌবা পুন্সি অমা অমুক লেন্নবা! অসিগুম্বা লেপ্পা লৈতনা চৎলিবা নত্রগা উংলিবা চাকা অসিনা নহাকপু চপখাইহল্লোয় হায়রবদি মসিদগী করম্না নাম্বোক্কদগে হায়বা পোরম অদু খঙ্‌বা তাই। মতাং অসিদনি, বাবানা সংসারগী 'দু:খ' অব্রাবা অসি করম্না হম্থহনগদগে নত্রগা পূম্নাং মাঙ্‌হনগদগে (ক্ষয়=মাঙ্‌হনবা, হম্থহনবা) হায়বা ঐখোয়দা তাকপিদুনা মতেং পাংবিরিবা। 'স্পর্শনম্ কর্ম্মবিমোচনম্' হায়বসি বাবাগী ব্রাশক্লি। মসিবু সাধনা তৌরবদি কোকপিরগনি অসিনি। 'স্পর্শ' হায়বদি, ভগবানগী চরণ শোকচবনা, 'কর্ম' হায়বদি কর্মগী লীপূনদগী (কর্মবন্ধন), 'বিমোচনম্' হায়বদি কোকপিগনি অসিনি। মসিগী মতুঙদা ঐখোয়না পুন্সিগী মিৎকুপ খুদিংমক্তা ঐখোয় ইশাদা য়াওরিবা ঈশ্বরগী মগুণ খঙ্‌বা ঙমগনি। মতম অদুদা কর্মবন্ধন পূম্নমক্তগী নাম্বোক্তুনা অমুক হন্না সংসার অসিদা পোক্তবা ঙল্লগনি। ইবুংঙো মহাক্কী বিশ্ব প্রেমদা মনিং মখা তম্বা ঙল্লগনি। 'প্রেম

স্বরূপ' ওইদুনা প্রেমগী তুংনফম ওইরিবা ইবুংঙো মহাক্কী মফমদা তিনখিবা অসিবু 'সায়ুজ্য'='অমত্তা ওইবা' কৌই।

ইশমশম্বদা বাবাগী চরণ শোক্লা পূকচেল তিংনা নীংজবা ঙন্নবদি নত্রগা নীংজবা ফংলবদি 'বিজ্ঞমান' ওইবা হায়বদি জ্ঞান লৈরবা পণ্ডিত অমা ওইবা ঙমদুনা সংসারগী অরেপ্পা লৈতবা, ওন্ন-তৈনবা, হায়বদি নুংঙাইবা-অৱাবা, নোকপা-কপ্পা, অমাঙ-অতোং, পোকপা-শিবা অসিনচিংবগী অবিদ্যা মায়াগী ভ্রষ্টাচার ময়ামদগী ইশাবু ঙাকথোকচবা ঙমহনগনি।

অসুম্না, অহোংবা নাইবা পুন্সিগী অৱা-অনাগী চাং হম্থহল্লিবা সাঈবু "ওঁ শ্রী সংসারদু:খক্ষয়করায় নমঃ" হায়না খুরুমজরি।

## (৯১) ওঁ শ্রী সর্বাভীষ্ট প্রদায় নমঃ

'সর্বাভীষ্ট' হায়বা ৱাহৈ অসি, 'সর্ব' অমসুং 'অভীষ্ট' ৱাহৈ অনীনা পুনশল্লগা শেম্বনি। সর্ব=পূম্নমক হায়বনি; অভীষ্ট=অপাম্বা, পামজবা হায়বনি। অদুনা 'সর্বাভীষ্ট'=অপাম্বা পূম্নমক হায়না খঙন। 'প্রদায়'=পীবা হায়বনি। অদুনা বাবাবু শোঞ্জবা নামাবলি ১০৮ গী মনুংদা ৯১শুবা শ্লোক অসিনা, 'সর্বাভীষ্ট প্রদায়', অপাম্বা পূম্নমকপু পীবিবা ইবুংঙো হায়না বাবাবু শৈথাদুনা খুরুমজবনি।

ভক্তশিংনা অহানবদা পামজরিবসি শেংনা-চানবা, লন-থুম, হকচাং ফবা, পূক্নীং নুংঙাইনা লৈবা অসিনি। মসিগী মথংদা ভক্তশিংনা পামজরিবসি ভগবানগী দর্শন ফংজবা অসিনি। বাবানা তাকপিরি, "ঙানা খোইদা থুবগুম ঐনা নঙবু অৱাবা পীদুনা, নখোয় পূম্নমকপু ঐগী ইনাক্তা চিংশিল্লিবনি। অদুম তৌরবতদা নহাক্লা ঐগী ইনাক্তা চংলকই; ঐবু থাজে অমসুং নঙগী পুন্সিদা নিয়ম নাইবা হৌরকই। মতম অদুদা ঐনা নখূৎ পায়দুনা

পুরগা নওগী অনীংবা পুন্নমক্ থুংহল্লি; অদুগা লোয়ননা মীওইবগী পম্মুং য়ৌনা লমজীংই; ভাগবত তত্ত্ববু মশক খঙহল্লি।" বাবানা পীগদৌরিবা নিয়ম নাইবা হায়রিবসি অতে থোইদোকপা নত্তে; বা ঙাওবদা অফ-ফত্ত খঙনা ঙাঙ্বা, তপ্না ঙাঙবা; চুরূপ-য়ুনচিংবা থকপা থাদোকপা, শা-ঙা চাদবা হায়বদি সাত্ত্বিক আহার চাবা; ইন্দ্রিশিংবু ইরাং হৌহনবা সিনেমা, ড্রামা য়েংদবা; ফত্তবা অমোংপা সাহিত্য পাদবা অসিনচিংবা খরা অসিদগী হৌবনি। মথংদা অমুক বাবানা পীরিবা অফবা নিয়মদি ভজন, কীর্ত্তন, জপ অমসুং ধ্যান চাং নাইনা চথবা অসিনি। অসুম তৌনা খোঙকাপ অমগী মথংদা অমা থাংদুনা মথং-মথং ফত্তবা লমচৎ অমসুং হৈনবী কয়ানা ঐখোয়গী চৈঙাক ওইরম্বা অদু অমমমদা ওইনা লৌথোকপা ঙম্লক্কনি। মতৌ অসুম তৌনা মতম অমদা ঐখোয়বু কুপশিন্দুনা লৈরম্লিবা অজ্ঞানগী লৈচিন-নোংফাই অদু অসুম অসুম পাথরক্তুনা ঐখোয়দা য়াওরিবা ভগবান (মাধব) গী দৈবিক শক্তি অদু মশক খঙ্লক্কনি। মসি নত্রনে, ঐখোয়না খ্বাইদগী পামজবা 'অভীষ্ট' হায়রিবদু। অদুগুম্বা অপাম্বা, অভীষ্ট অদু পীবিগে হায়বগীদমক বাবানা ঐখোয়বু মহাক্কী খ্বাইদগী পামজবা সেবক্ অমনি খন্দুনা মমানা মচাবু লুনা তৌবগুম য়োকপিরিবনি।

মতাং অসি শিব অমসুং শক্তি ('শিব' অমসুং 'উমা') পূন্নবা সোমপ্পাদা য়াওরিবা মমা ওইবগী 'রূপ' হায়বদি শক্লোন অদুনি। শক্তি অসিনা পীরিবসি পোৎ অনীনি। অমনা 'তুষ্টি' হায়বদি অপেনবা, হরাওবা, ফজবা থৌনা-লিংজেন, জ্ঞান, আত্মা সংয়ম, ইশানা ইশাবু ৱারকচবা অসিনচিংবা পীরি। অনীশুবা অদুনা 'পুষ্টি' হায়বদি লন-থুম, হকচাং ফবা, য়ুম-কৈ, শাগৈ-নাতৈ, বাঙাং-শাজৎ ফজবা অসিনচিংবা পীরি।

অসিগুম্বা অপাম্বা অনীংবা পূন্নমকপু থুংহনবিরিবা বাবাবু, ওঁ শ্রী সর্বাভীষ্টপ্রদায় নমঃ" হায়না খুরুমজরি।

## (৯২) ওঁ শ্রী কল্যাণগুণায় নমঃ

ভগবাননা মশক মওং নাইদবা, মগুণ ফোংদোক্তবা ফিবম (নির্গুণ = পরব্রহ্ম), দৈবিক মূল হায়বদি পূন্নমক্কী হৌরকফম ওইনা মতোমতা লৈরম্বদগী ময়াম ওইনিংলকপগী ঈথিল অমা ফাওরকপা মতমদা জগৎ অসি শেম্বা 'সৃষ্টি' তৌবা হৌখি হায়রি। অসুম তৌনা নির্গুণ ব্রহ্ম (পরব্রহ্ম) না শক্লোন লৌদুনা সাকার হায়বদি অপরব্রহ্মনা মীওইবগী শক্তমদা "সত্য সাঈ বাবা" ওইনা পোকপিররে; প্রকৃতিগী গুণ পূন্নমক চেল্লে। অদুগুম্বা গুণ ময়ামগী মনুংদা 'কল্যাণ গুণ' অসি অমনি। কল্যাণগী অর্থদি অফবা, ঙাক্তা ওইবা, মঙ্গল ওইবা হায়বনি। কল্যাণ গুণ অসিগী অথুপ্পা মগুণশিংদি, ফজবা, 'সুন্দর'; প্রেম, 'রুচির'; চীংলেম্বা, 'ভদ্র'; থোইদোক-হেন্দোকপা 'শ্রেষ্ঠ'; থৱাই নুংঙাইবা, 'প্রসন্ন'; কান্নফম খঙবা, 'হিতকারী'; লনথুম চেনবা, 'সমৃদ্ধ'; লাইবক ফবা, 'ভাগ্যবহ'; অফবা, 'অচ্ছা'; অসিনি। বাবাদা হায়রিবা গুণ ময়াম অসি চেল্লি। অদুনা, বাবানা সত্য সাঈ স্বরূপ শক্তম লৌবিদুনা ঐখোয়গী ঈরক্তা তিনবিরববু মনাই ওইরিবা ঐখোয়না পূক্নীং পেঙ্গদুনা নামাবলি অসিদা শৈথাজবনি।

সত্য সাঈগী শুমহৎনিঙাই ওইরবা শক্লোন, মঙাল চেল্লবা খোই-খোইবা শল্লাং, ফজবা মায়থোংদা মোমোন মীনোক, মিৎস্না থম্বালনা থৱানমিচাক্লুম লংলবা, পাতক তৌবা শাবাব্দা রেশমগী ফিজোল, নিংথিবা নাতোন, অরংবা মায়থোং, মায়থোংদগী কোইরপ্পা মঙাল, থম্বালগুম থোৎলবা ইবুংঙোগী খোঙয়া - ও! পূন্নমক অসিননি ইবুংঙো মহাকপু 'কল্যাণ স্বরূপ' কৌরিবা।

মথংদা চিন্তন তৌবিয়ু পূক্নীংদা ইবুংঙো মহাক্কী মেঙলবা খোঞ্জেন। অমৃত চেল্লবা আশীর্বাদ পীবিরিবা খুবাক; মহাক্কী পাম্বোম্না ঙাকপি-শেনবী ঐখোয়বু; মহাক্কী বিবেক, বিচার, মহাক্কী থৌজাল অমসুং মহাক্কী দিব্য

শক্তি! পূম্নমক নির্গুণ ব্রহ্মনা থোল্লিবা ফিজোলনি; শক্লোন নাইদবা 'নির্গুণ নিরাকারদ'গী শক্লোন নাইবা 'সগুণ সাকার' ওইরকপা অদুম্মক মসিনি। চুমথাগু মচু তরেংনা অমত্তা ওইনা পূনবদা অত্তৌবা মচু ওইরকপগুম, কল্যাণ গুণ ময়াম পূনশিল্লগা "সত্য সাঈ বাবা" ওইরকপনি। তশেংবমক্তি, ইবুংঙো মহাক্তি 'নির্গুণ ব্রহ্মনি'; মগুণ কয়া শক্তুনসু লোয়বা নাইনরোইদবনি।

বাবাগী প্রেমনা মহাক্কী কল্যাণ গুণ পূম্নমক্কী অথোয়বনি। বাবাগী প্রেমদি অতৎপা লৈতনা চেষ্টুরিবা অমসুং মীপূম খূদিংদা য়ৌহনবিরিবা নুংশিবগী ঈচেলনি। খল্লমই ঐখোয়না মহাক্কী প্রেমদি মীচং-মীখায় নাইদবনি; অদুবু পীরম্লে মহাক্কী প্রেম, শরুক চাম্মা হেন্না, খনগৎতুনা লায়র-অনং অশোন-অনা ঙাক্তদা! ইবুংঙো মহাক্কী কৃপাদি অতৎ-অখম লৈতবা অমসুং হায়নরুবা লৈতবনি; পূম্নমক খঙ্না পীবিরিবা থৌজাল্নি।

অসুম্না অফবা ঙাক্তা ওইরবা কল্যাণ গুণ পূম্নমক্না লৈতেংলবা মঙ্গলগী মশক ওইরবা সত্য সাঈ বাবাবু "ওঁ শ্রী কল্যাণগুণায় নমঃ" হায়দুনা খুরুমজরি।

## (৯৩) ওঁ শ্রী কর্মধ্বংসিনে নমঃ

কর্ম হায়রগা থবক তৌববু খঙনৈ; পুক্লীংগী থবক, ৱাখলগী থবক, ইন্দ্রিশিংগী থবক অমসুং হকচাংগী থবকপু খঙনৈ। থবক তৌবা খূদিংগী থবক্কী মহে কর্মফল অমমম তঙাইফদনা লোয়নৈ। অসিগুম্বা থবক ময়ামগী চেনফদ্রবা কর্মফল অসি কুইনা তৃংশিল্লক্লগা ঐখোয়-ঐখোয়গী লমচৎ ওইরকই। করিগুম্বদা 'ভাব'না শাগৎলগা পংখন-খনবগী হৈনবী নত্রগা থবক তৌবদা অফিঙ-অফায় তৌগনবগী মওং লৈরকপসু য়াওই হায়না বাবানা ঐখোয়দা তাকপী। অসিগুম্বা কর্মফল অসিনা মথংগী মপোক্কী মরাইবক লেপ্পী; নৌনা সংসারদা খোঙদারক্লিবা অঙাং খূদিংমক পোকপদগী

লোয়নরকপা পুন্সিগী শেল্লেপ খরা অদুম য়াওরকই। য়াওরক্লিবা শেল্লেপ অসি তোঙান-তোঙানবা ফিবমদা য়াওরকই; কনা অমগীনা অনাবা চবুন অমা ওইনা য়াওরকই; অনাবা অদু হকচাংগী ওইবা য়াই (আধিভৌতিক) পুক্নীংগী ওইবা (মানসিক) য়াই নত্রগা আত্মাগা মরী লৈনবা (আধ্যাত্মিক) ওইবা য়াই; কনা অমগীনা অনাবগী মহুত্তা হৈ-শিংবা, বুদ্ধি-লৌশিং চঙখোনবা ওইনা য়াওরকই। অসুম্না হৌখিবা মপোক্লা পীরল্লিবা শেল্লেপ অসিবু প্রারব্ধ কৌদুনা, মসিনা নৌনা পোক্লক্লিবা অঙাং অদুগী মরাইবক লেপ্পী। অসিগুম্বা কর্মফল অসিদগী নাম্থোক্লবা উপাইদি, (ক) তৌরিবা কর্ম পুম্নমক ঈশ্বরদা কখোকপা; কর্ম নত্রগা থবক অমা পাঙথোকপদা ঈশ্বর সেবানি খন্না তৌবা; করিগুম্বা মতমদসু 'ঐ' না তৌরিবনি খন্দবা নত্রগা (খ) তৌফম থোকপা থবক খুদিংমক 'ঐগী ইথৌনি' খন্দুনা তৌরিবা থবক অদুগী মহৈ নত্রগা কর্মফল অদু ফংগে খল্লুদবা অসিনি। হায়বদি তৌখিবা কর্ম অদুদগী লাক্কদৌরিবা মহৈ অদুগীদমক চিন্তা তৌরোইদবনি।

'ধ্বংসিনে' হায়রিবা অসি 'ধ্বংস'দগী লাকপনি; 'ধ্বংস' হায়বদি 'মাঙহনবা' নত্রগা 'থবক তৌবগী কর্মফলদগী কোকপিরবা' হায়বনি। বাবানা কর্মনা মীওইবগী পুন্সিদা চয়েৎনরিবা অসিদগী নাম্থোকহন্নবা উপাই অসি অহুমথোক্লা পীরি: (ক) জ্ঞান যোগ তাকপীদুনা জ্ঞানগী মৈরিনা কর্মফলবু চাকথেকহনবা; মসিবু 'জ্ঞানাগ্নি দগ্ধ-কর্ম' হায়না তাকপি (দগ্ধ নত্রগা দগ্ধ =চাকথেকপা)। (খ) ঐখোয়বু ভক্তিগী লম্বীদা হায়বদি ভক্তি মার্গদা চিংশিনবিবা। ভক্তি মার্গতনা ঐখোয়বু ঈশ্বরদা কর্মফল পুম্নমক কখোকপা ঙমহল্লি; মরমদি ভক্তি মার্গনা ঐখোয়বু ঈশ্বর মহাক্তি ঐগী থম্মোইদা লৈবনি হায়বা তাংদাংবা খঙবা ঙমহল্লি অমসুং (গ) বাবানা মহাক্কী থৌজাল অমসুং 'বর' পীবিদুনা ঐখোয়বু কর্মফলদগী নাম্থোকপা ঙমহল্লি। মতাং অসিগা মরী লৈননা বাবানা তাকপীখিবা অমা লৈ; বাবানা তাকপি, 'বর' ফংবা নত্রগা 'কৃপা' অমা ফংজবা হায়বসি ছাটিন অমা

ফংবগুম্বনি; মসিনা নওবু 'নোং' চোংপদগী কনগনি; 'নুংশাগী' মৈশাদগী ওাকথোকপিগনি। মতৌ অসুম্না বাবাগী বর ফংলবা মহাক অদুদি কর্মফলনা ওৎপা ওন্নরোইদবনি। বাবাবু থাজবা অমসুং মদুদগী ফংজবা থৌনা অদুনা ঐখোয়না কর্মফলগী তমথিরবা নিয়ম কয়া অদু করিসু ব্রাদনা নাম্থোকপা ওমগদৌরিবনি। হৌজিক্তি মাগী খুয়াদা চংজরবনিনা কর্মফলনা ইবুংঙো মহাক্কী মচা ওইরিবা ঐখোয়বু ওৎপা ওন্নরোই।

অসিগুম্বা কর্মফলবু কোকপীবা ওম্বা সাঈবু "ওঁ শ্রী কর্ম্মধ্বংসিনে নমঃ" হায়না খুরুমজরি।

## (৯৪) ওঁ শ্রী সাধু মানস শোভিতায় নমঃ

সাধুগী পূক্লীংদা মঙাল পীবিরিবা অমসুং ভক্তশিংগী পূক্লীংদা মঙাল পীবিদুনা সাধু ওইহনবিরিবা ইবুংঙো মহাকপু খুরুমজে। (সাধুমানস=সাধুগী পূক্লীং; শোভিত=মঙাল পীবিরিবা)। ভগবদ গীতাদা সাধুগী অর্থ তোঙান-তোঙান্না শীজিন্নে; অদুগী মনুংদা সাধুবু 'আচরাযুক্ত' কৌবা অসি অমনি; অর্থদি 'আচর' = লমচৎ ব্যবহার ফজবা; 'আযুক্ত' = লোয়নরবা; লমচৎ ব্যবহার ফবা মীবু সাধু কৌই হায়রিবনি; অতোপ্পা মতাংদা 'সাধু' বু 'শাস্ত্রনুবর্তী' সু কৌই; অর্থদি, বেদ-শাস্ত্রগী নিয়ম ওাক্লা (ব্রত) চৎপা মীবু 'সাধু' কৌই। মতাং অমদনা 'সাধু' বু 'সনমার্গস্ত' হায়না খঙনৈ; অর্থদি 'সন' নত্রগা 'সং' হায়রগা মরূপ ওইববু খঙনৈ; 'মার্গস্থ' হায়বনা লম্বীবু খঙনৈ। অশম্বদা আত্মজ্ঞান ফংনবা হায়বদি মশানা মশাবু মশক খঙনবা লম্বী হোংদনা চঙশিল্লিবা মহাক অদু সাধুনি; 'সনমার্গস্ত' হায়রিবসি অসিনি। মতাং অমদা অমুকসু সাধুবু 'সময়জ্ঞবৃত্ত' হায়না ফোংদোকই; অর্থদি অচুম্বা থবক্তবু মথৌ ওইমা খল্লবা মী অদু সাধুনি হায়বনি।

বাবানা মসিমসু লাউথোকপিরি মদুদি মহাক্না লাক্লিবা অসি 'সাধুত্বম্' সাধু ওইবগী মতৌ (অচুম্বা, অশেংবা অমসুং অফবা) অদু য়োকখৎনবনি।

মশানা মশাবু মহাক মুনি নত্রগা সাধুনি হায়রগা চীনগা খৃৎকা মান্নদবা হায়বদি আদর্শগা তৌথোরকপগা মান্নদবা অমসুং চুনদবা মী অদুগী থাক অদুদা লাক্কদবা নত্তে। কনাগুম্বা ভক্ত অমনা মাগী থাঙ্গৈশেংবা সাধু ওইবগী মগুণ (সাধুত্ব) অদু লৈরবদি মহাক অদুগী নুংদা লোত্তুনা লৈরিবা 'বাবা' অদু মপান্দা থোরক্তুনা শক উৎলক্কনি। বাবানা অমুকসু মতাং অমদা সর্বোদয়গী ভলুন্তিয়র অমদা অসুম্না তাকপীখি, "ঐনা নঙগী পুক্লীং খঙই; মসি ঐঙোন্দা লৈরিবা শক্তি ময়াম অদু শীজিন্নদুনা খঙবা নত্তে; ঐনা খঙলিবা অসিদি ঐ অসি হান্নগী নঙোন্দা য়াওদুনা লৈরবা অদুননি। কনাগুম্বনা মীগী পুক্লীং খঙনবা হোৎনরবসু ঐগী 'চেতনা' য়াওদনা খঙবা ঙম্মোই।" মরম অসিনা বাবাদি মী খূদিংমক্কী পূক্লীংদা অদুম লৈবনি; মহাক্লা সাধু ময়ামগী পুক্লীংদা 'শোভিত' ওইদুনা হায়বদি 'ঙান্দুনা' মতম পূম্নমক্তা লৈবা মরম্না মী পূম্নমক্কী পুক্লীংবু 'জ্ঞান' কৌবা অরংবা মঙাল অদুনা ঙালহল্লি। ভক্ত অমা হায়বসি সাধু অমনি। মহাক্কী পুক্লীংদা বাবানা ঙাম্থোইরিবনি। মহাক্লা কৃপা পীনবিরি।

অসিগুম্বা পুকচেল শেংবশিংগী থম্মোইদা মঙাল পীবিরিবা সাঈবু "ওঁ শ্রী সাধুমানসসোভিতায় নমঃ" হায়না খুরুমজরি।

## (৯৫) ওঁ শ্রী সর্বমত সম্মতায় নমঃ

'মত' কী অর্থদি 'ধর্ম' হায়বনি; সর্ব=পূম্নমক; সর্বমত=ধর্ম পূম্নমক; 'সম্মত'=ধর্ম পূম্নমক চপ মান্নে হায়বনি। অপূনবদা বাবাদি ধর্ম পূম্নমকপু অমতনি খঙবিবা ইবুংঙো মহাক অদুনি হায়না নামাবলি অসিনা শৈথাজবনি। মসিগী মরমদি বাবানা শন্দোকপা পাউতাক খূদিংমক ধর্ম পূম্নমক্তা চৎনবা য়াবা ৱাফমদা (সিদ্ধান্তদা) য়ুম্ফম ওইবননি। বাবানা ঐখোয়গী ইরক্তা লাকপিরিবা অসি ঐখোয় মীওইবা জাতিবু অমত্তা ওইনা

চান্ন-চিন্নবা হিংহনগে হায়বগিনি; অনৌবা ধর্ম অমা শন্দোক্নুনা চয়েংনহন্নবা নত্তে হায়না মহাক্না হেক-হেক তাকপি। ভারতকী হান্নগী পরম্পরাদগী লৈরক্নবা সনাতন ধর্ম হায়রিবা জাতি-বিজাতি খায়দবা হায়বদি সম্প্রদায়িক ওইদবা বেদগী খোল্লাউ, 'একম্ সৎ বিপ্রাঃ বহুধা বদন্তি' - 'পরমাত্মাদি অমত্তনি, অদুবু লৌশিং জ্ঞান চংখোনবা ঋষিশিংনা মসিবু তোঙান-তোঙানবা মওংদা ফোংদোকই।' (একম্=অমত্তা ঙাইরবা; সৎ=লেঙদ্রবা, চুমদুনতা লৈরবা ব্রহ্ম অদুবু; বিপ্রাঃ = জ্ঞানীশিংনা; বহুধা=তোঙান-তোঙনবা মওংদা; বদন্তি=ঙাঙি, হায়, ফোংদোকই) - খোল্লাউ অসি হিঙ্গৎনবা লাকপনি।

বাবানা মীপূম খূদিংমকপু 'প্রেমস্বরূপ' (নুংশিবগী শক্তম ওইরিবা); 'আনন্দ স্বরূপ' (নুংঙাইবগী শক্তম ওইরিবা) হায়না ভক্তশিংবু য়াম্না নুংশিবীনা মিংগৌবী (সম্বোধন তৌবি)। মরমদি মহাক্তি মী খূদিংমক অসি আত্মাস্বরূপনি হায়বা খঙই অমসুং মসি মী পূম্নমক্তা নীংশিংহন্নিংই। আত্মাগী মহৌশাদি - প্রেম, শান্তি অমসুং আনন্দনি। বাবানা লাউথোকপীখিবা, পৃথিবী অসি মহাক্কী য়ূম্নি; দেশ খূদিংমক মাগী তোঙানবা পোখাফম কা ঙাক্তনি অমসুং মী খূদিংমক মহাক্কি হায়রিবা অসি ঐখোয়দা ব্রহ্মতত্ত্ব তাকপীবনি; জগৎ অসি ঈশ্বরগী অনীংবা মতুংইন্না ওইরকখিবনি হায়বা অদুনি। সৃষ্টিগী মমাংদা ব্রহ্মদা ঈহুন (স্পন্দন), ভাইব্রেশন অমা ফাওরকখি; মদু ব্রহ্মগী সংকল্পনি, অনীংবনি। মহাক্না নীংলকই, 'একোহম্ বহুশ্যাম[২৭]-ঐ ইতোমতনি, ঐ ময়াম ওইনিংলক্রে।' অসুম্না নীংখিবা মহাক অদুনা জগৎ অসিদা লৈরিবা পূম্নমক অসি ওইখিবনি।

ইবুংঙো মহাকপু ভক্তি কৎপা মতমদা নঙগী নঙগী ধর্মগী মতুংইন্না কোক নোনগেরা, দণ্ডবৎ তৌগেরা, খূকউ-খুদক কুনগেরা, খুদোং চাগদবা মওংদা খুরুমজৌ। নহাক্কী লাইশোন অদু মহাক্না লোয়না তাই। "মমিং

পূম্নমক ঐগী মিং ঙাক্তনি; মিংনাইদবা হায়বদু ঐনি।" - অসুম্না বাবানা লাউথোকপিগ্রবনি। অদুনা কৌনিংবা মিং অমা কৌবদা মহাক্না তাই। বাবাগী মগুণ অসি অসুক্কী মতিক চাউশ্রে মদুদি মানা লাউথোকপি, "ঈশ্বর য়াদবা মী লৈতে; মরমদি ঈশ্বর থাজদে হায়রিবশিং অসিসু কনাগুম্বা নত্রগা করিগুম্বা অমদি নুংশিরি; মহাকসু ঐখোয়গুম্মা শান্তি অমসুং আনন্দ থিরি। মহাক্না থিরিবা নুংশিবা অদুম্মক ঈশ্বরনি; মহাক্না থিরিবা শান্তি অদুম্মক ঈশ্বরনি; মহাক্না থিরিবা আনন্দ (নুংঙাইবা) অদুম্মক ঈশ্বরনি।" মরম অসিনা বাবানা মশাগী পূক্নীং অমসুং বিচার লৈরিবা মী খুদিংমক আর্শীবাদ পী; মরমদি পূক্নীং অমসুং বিচারদগী থাজবা (ধর্ম=মত) ওইরকই। অদুনা বাবানা অমুকসু মখা তানা তাকপীরি মদুদি মীগী পূক্নীং অমগা অমগা মান্নদবনা তোঙান-তোঙানবা থাজবা, চৎনবী অমসুং ধর্ম তোঙান তোঙানলি। অসিগুম্বা ময়াম অসি পূনশিল্লগা 'সম্মত' ওইরকপনি; অদুনা বাবাদদি ময়াম অসি 'সম্মত' হায়বা ধর্ম অদুখক্তনি। অদুনা বাবাগী মফমদদি পূম্নমক অমত্তা ওইবনিনা মাগী মাগী ধর্ম অদু 'সনাতন ধর্ম' হায়রবসু য়াই; অতোপ্পা কনাগুম্বা অমনা মাগীদি 'আর্য্য সমাজ' হায়বদুনি হায়বসু য়াই; কনাগুম্বা অমনা মাগীদি ঈশ্বরগা ঐগা তোঙান-তোঙান থাজবগী মহুত্তা অমত্তনি হায়বদি 'অহম্ ব্রহ্মাস্মি' থাজবা মীনি (অদ্বৈতবাদী) হায়রবসু করিসু খেন্নদে; ঐদি 'দ্বৈতবাদী' হায়বদি ঐগা ঈশ্বরগা তোঙান-তোঙাল্লি হায়বদু থাজবা মীনি হায়রবসু অমহানি। ঐদি শিখনি, বুদ্ধিষ্টনি, খৃষ্টাননি, মুস্লিমনি হায়রবসু বাবাদা খেন্নবা করিসু লৈতে; কাঙবু অমনা ঐখোয়দি রেস্নেলিস্তনি, হায়বদি ন্যায়বাদী হায়রবসু, কাঙবু অমনা ঐখোয়দি ঈশ্বর লৈ-লৈতে হায়বদা য়াওবা মী নত্তে হায়বদি 'অনীশ্বরবাদী' নি, নত্রগা ঐদি ঈশ্বর থাজদবনি 'নাস্তিক'নি হায়রবসু ইবুংঙোদদি অমত্তনি - 'ঐখোয় খুদিংমক্তা য়াওরিবা 'ঐ' হায়বদুদি চপ মান্নবনি', তাকপিরি।

অসুম্না ধর্ম পূম্নমকপু চপ মান্নবা পান্দমদা থম্লিবা সাঈ বাবাবু "ওঁ শ্রী সর্বমতসম্মতায় নমঃ" হায়না খুরুমজরি।

## ৯৬) ওঁ শ্রীসাধুমানস পরিশোধকায় নমঃ

'পরিশোধ' গী অর্থদি পূমশেং শেংদোকপিবা হায়বনি। 'মানস'= পূক্লীং নত্রগা থম্মোইবু খঙনৈ। সাধু = অফবা তানখৎলক্লিবা ধর্ম চেনবা মী হায়বনি। অশম্বদা পুন্সিদা অফবা ঙাক্ত তৌরগে তানখৎলক্লিবা মী অদু সাধু অমনি। 'সাধুমানস', সাধুগী পূক্লীং হায়রগদি নমথাক তৌদবা, অকি-তুজুংবা লৈত্রবা, মরম খঙদনা চিংনবা তৌদ্রবা পূক্লীং অদুবুনি। অদুবু পূক্লীং হায়বা অসিনা মী অমবু লমখাংদা হেক-হেক লম্মাংনহনবা ঙম্বনিনা পূক্লীংনা ঐখোয়বু লাকচবা ঙমদনবা ভগবানগী মতেং লৌবা তাই। মরমদি ভগবানখক্তনা সাধুগী পূক্লীং শেংদোকপীনবা অশেংবা পরিশোধক্লি। অদুনা, ঐখোয়বু ভগবানগী নাম লেপ্তুনা শোন্নবা (নামস্মরণ) তক্শিল্লিবনি। ইবুংঙো মাগী শক্তমবু লাকশন্দুনা মাগী মিংখৈ তক্তনা শোঞ্জবা ঙম্লবদি পূক্লীং লমফৈ চৎহন্দে; পূক্লীং মায়ওন চুম্লবদি বুদ্ধি, লৌশিং থোকই; পূক্লীং শেংদোকই, পূক্লীংদা অকিবা, চিংনবা অন্ধবিশ্বাস চঙবা ঙমদে হায়বা অদু কাউরোইদবনি। মতাং অসিদনি, সত্য সাঈ বাবাদা চঙজবগী (শরনাগত) খুদোংচাবা অদু ময়েক শেংনা খঙবা ঙম্লিবা। বাবানা ঐখোয়দা তাকপিখ্রে, মহাক্তি মফম খুদিংমক্তা অমসুং মতম পূম্নমক্তা লৈ। মসিমক বাবানা ঐখোয়দা মতাং কয়াদা মিংতা শং-শং উহনবিখ্রবা সাক্ষীনি। অদুগা পূক্লীংদা অমোংপা চঙহল্লোই হায়রবদি বাবানা ঐখোয়বু লমজীংবিবা ঙম্মী হায়বসি কাউথোকখিদনবা মতম পূম্নমক্তা মিকুপ-নাহুম শিংনা লৈগদবনি। ঐখোয়না ফনা লোক্তুনা হোৎনরবসু চেনবা য়ারোই। ইবুংঙো মহাক্না মতম পূম্নমক্তা ঐখোয়গী থম্মোইদা লৈবনিনা মহাক্তি ঐখোয়গী খ্বাইদগী থাজবা পরিশোধকনি হায়বদি ঐখোয়গী পূক্লীংবু শেংদোকপিবা ঙম্বদি মহাক্তনি।

ঐখোয়বু পূক্লীং চুমথোকপিবদা নত্তনা অশেংবা লম্বীদা লমজিংবিবা মহাক্কি। ইবুংঙো মঙোন্দা চঙ্জদুনা সাধু অমমম ওইনবা হোৎনবা তাই। অসুক খুদোংচাবা অসি কদায়দগী ফংগনি!

বাবানা তাকপিখ্রবনি, মাগী মথৌদি 'পরিত্রানায় সাধুনাম্' সাধুশিংবু কনবিবনি (সাধুনাম্ = অফবা মীশিংবু, পরিত্রানায় = কনবিবগী থবক)। গীতাদা শ্রী কৃষ্ণনা অর্জুনদা মহাক্না অবতার তৌরকপগী মতাংদা অসুম্না তাকপিখি, "সাধুশিংবু ঙাকপি-শেনবীনবা, ফত্তবা তৌবশিংবু মরু ফংনা মাঙহন্নবা অমসুং পুণ্যবু অমুক হিঙ্গৎহন্নবা ঐনা যুগ-যুগ খূদিংদা অমুক-অমুক পোক্‌ই।" (২৮) অসুম্না মহাভারতকী লান হৌরমদাইদা অর্জুনদা ভগবান কৃষ্ণনা তাকপিখিবনি। বাবাগী সাধুশিংবু কনবিবগী থৌরাং অসিদা লান্নচিংবা তৌগদবগী মতাং য়াওদে। মীওইবগী মশাদা য়াওরিবা অফবা অমসুং ফত্তবগী হৈনবী অমসুং পূক্লীংগী ঈথিল অদু চুমথোকপিবা অদুখক্তনি। মসিমক বাবানা পাওতাক কয়ানা মহাক মশামক য়াওনা নত্রগা নাকোয়ননা মী কয়াগী হান্নগী ফত্তবা হৈনবী লমচৎ কয়া হোংহল্লিবা অসিনি। মহাক্না পাওতাক পীবদগী দিগম্বর স্বামী, স্বামী সৎচিদানন্দ, স্বামী অভেদানন্দ অমসুং অতোপ্পা সাধু কয়াবু হেন্না হেন্না ৱাংবা পুন্সিগী থাক অমদা থাঙ্গৎপীবা অসিনচিংবদগী খঙ্খ্রবনি মদুদি মহাক্নবু চুমথোকপিখ্রবা মী অদুদি শোয়দনমক্কী কনবিরবনি। বাবানা মানা নুংশিবা মী কয়াবু মতম খরা অৱাবা তাহল্লি; মরমদি অদুম তৌরবদি মহাক শোয়দনা মহাক্কী অরানবা, য়ৈখাই-থিনগাইবা অদু নাম্থোক্নবা হোৎনরকপদা মহাক্কী ভক্তি অমসুং শ্রদ্ধা অদু হেন্না খরা চেৎশল্লকনি। মতম অদুদা বাবানা মহাকপু পুমশেং শেংদোকপিগনি (পরিশোধ) অমসুং অচুম্বা লম্বী তাকপিগনি।

অসুম্না পরিশোধক অমা ওইনা অফবতা তৌরগে তানখৎলক্নবা অশেংবা থম্মোইবু থিদুনা মঙান পীবিরিবা স্যাঈ বাবাবু "ওঁ শ্রীসাধুমানস পরিশোধকায় নমঃ" হায়না শৈথাদুনা খুরুম্জরি।

## (৯৭) ওঁ শ্রী সাধকানুগ্রহ বট বৃক্ষ প্রতিষ্ঠাপকায় নমঃ

সাধক = অচুম্বা থিরিবা নত্রগা পম্বুংফম তাল্লিবা ঈশ্বর থাজবা মী; অনুগ্রহ= বর, থৌজানবিবা; বটবৃক্ষ = খোংনাং বট পাম্বী; প্রতিষ্ঠা= মফমচানা থম্বা; পকায়= উ পাম্বী য়োকপা হায়বনি। অপুনবদা 'সাধকশিং হায়বদি অচুম্বা পম্বুংফম তাল্লিবা সাধুশিংবু থৌজানবীনবা খোংনাং বট থাবিরিবা সত্য সাঈ বাবাবু খুরুমজরি' হায়বনি।

চহি কয়াগী মমাংদা শজিবু (বৈশাখ) পূর্ণিমা (বুদ্ধ পূর্ণিমা) নুমিত্তা নুমিদাংবাইরম অমা চিত্রাবতী তুরেল মপান্দা লৈঙোই শেক্তা মথক্তা পর্তি সাঈ বাবানা ভক্ত চাম্মুক্কা লোয়ননা ফম্মিন্নদুনা বারী শান্নরম্মী। বারী শান-শানা মথং মথং ভগবান বুদ্ধনা নুমিৎ অদুদা পোকখিবা অমসুং মতৌ করম্না মঙাল ফংখিবগী মতাং য়ৌরক্লম্মী। বুদ্ধনা নির্বাণ ফংখিবা গয়াগী 'বোধি ত্রি' হায়না পৃথিবী শিনবা থুংনা মমিং চংখিবা 'খোংনাং বট' পাম্বীগী মতাং য়ৌরকপদা ভক্ত অমনা হংজখি, "ভগবান বুদ্ধনা মাগী তপস্যাগীদমক অদুক থাপ্লা মফম অদু তান্না করিগী চংলুরিবনো?" বাবানা ইরাই লাইনা পাউখুম পীবিখি, "মরমদি সনা খোংনাং অদু ইচম চম্বা অমা নত্তে; খোংনাং পাম্বী অদুগী মখাদা য়াম্না অরুবা যন্ত্র অমা ফুমখিবনি; মরমদি যন্ত্র অদুগী মথক্তা খোংনাং বট পাম্বী থারবদি মফম অদুদা ফত্তবা প্রভাব চঙদে; অদুনা সাধকশিংগী ধ্যান তৌবদা পূক্লীং লাকশনবা একাগ্রতা পুরকপদা মতেং পাংই।" অসুম্না বারী শান-শানা ভক্তশিংগী মমাংমক্তদা বাবানা তুরেল লৈঙোইদগী চুথেক নাইবা কোরি কোম্পাক অমা খুদক্তা শেল্লম্মী; কোম্পাক অদুদা বাবানা বারী লীবদা য়াওখ্রবা অঙকপা ময়েক-মশোন, অঙ্ক মশীং কয়া য়াওরম্মী।

বাবানা মখা তানা তাকপীরম্মী মদুদি মহাক্না মসি তপোবনদা (প্রশান্তি নিলয়মগী নাকন্দা লৈবা চীংশাংশিং অদুবুনি) ফুমগনি অদুগা

মসিগী মথক্তা খোংনাং বট অমা (Ficus bengalensis) থাগনি। মসিগী মতুংদা হৌজিক ঐনা হায়খিবা যন্ত্র অদুগী থবক (প্রভাব) হৌরগদবনি। অথাপ-অথাপ্পদা লৈবা যোগীশিংগী মরক্তা কনাগুম্বনা মাগী সাধনা মপূং ফারক্লবা মতমদা অসিগুম্বা মীচং-মীথাই নাইদ্রবা শেংলবা মফম লৈ হায়না হেক খঙ্লকপদা হেক্তা চেল্লক্কনি; অদুগা মখোয়না মসিগী কান্নবা ফংগনি। মরম অসিনা বাবাদা পীরিবা "বটবৃক্ষ প্রতিষ্ঠাপকায়" হায়বা মিংথোল অসিগী বটবৃক্ষ (খোংনাং পাম্বী) অসি দক্ষিণামুর্তি হায়না মিংথোনবা জ্ঞান তাকপীবা গুরু শিব ভগবানবুসু খঙনৈ। অসিগুম্বা দক্ষিনামুর্ত্তিগী শক্লোন, লৌরিবা খোংনাং অসিবু থাবিরম্লিবা অসি সাধুশিংদা থৌজানবিবা (অনুগ্রহ) অমদি আর্শীবাদ অমনি। রাঘব অষ্টক্ স্তোত্রদা, হায়বদি ভগবান রামবু লৈশি-লৈথোন্দুনা শক্পা স্তোত্র নিপানগী মনুংদা স্তোত্র অমনা রামবু 'সাধুশিংগী অনীংবা পূম্নমকপু থুংহনবিবা 'সাধকমার্গ কল্পতরু' হায়না শৈথাবগুম বাবানা সাধুশিংগী নীংবা থুংনবা কল্পতরুগী মশক ওইরবা খোংনাং বট পাম্বী অমা থাবিদুনা সাধুশিংগী পচ্চুংফম ওইনবা অশেংবা মফম অমা থম্বীরে। অদুনা বাবাসু রাঘব (রাম) অদুমক্লী; মরমদি বাবানা সাধুশিংগী নীংবা থুংহনবা ওম্বা খোংনাং পাম্বী অমা থাবিরম্লবনি।

অসুম্না অচুম্বা থিরিবশিংবু থৌজানবিনবা খোংনাং পাম্বী অমা মফম চানা থাবিরম্বা সাঈ বাবাবু, "ওঁ শ্রী সাধকানুগ্রহ বটবৃক্ষপ্রতিষ্ঠাপকায় নমঃ" হায়না খুরুমজরি।

### (৯৮)ওঁ শ্রী সকল সংশয় হরায় নমঃ

সকল = পূম্নমক; সংশয় = চিংনবা; হরায় = মাঙ্হনবিরিবা; চিংনবা পূম্নমকপু কোকহনবিরিবা সাঈবু খুরুমজরি হায়না নামাবলি অসিনা শৈথারি। বাবানা চিংনবা পূম্নমকপু মাঙহল্লি। মরমদি গীতাদা হায়রি,

"চিংনবা লৈরবা মহাক অদু শিরবনি; মহাক হন্দক্কী মপোক্তসু, হয়েংমুক্কী মপোক্তসু নুংঙাইবা ওন্নরোই।" বাবানা অমুকসু তাকপীরি, "নহাক্কা শান্তি অমসুং আনন্দগী য়ূমজাও অমা শানিংলবদি থাজবা (শ্রদ্ধা) কৌবা মরা চেৎলবা নুংপাক্তা য়ুম্ফম থোনগদবনি; নঙনা কার তোংদুনা চৎপদা ড্রাইবর অদু থাজদ্রবা, গাড়ি অদু শারকপা ইঞ্জিনিয়ার অদু থাজদ্রবা, নঙনা চাক থোংলিবা পুজারি অদু থাজদ্রবা, নঙগী হিংফম কদায়দা লৈরি; হিংলবসু নহাক্কী পুক্সি অদু চিংনবা কৌবা ভূত অদুনা নঙবু মতম পুম্নমক্তা তম্নদুনা ব্বানা, অকিবা ফংনা হিঙ্গনি। চিংনবনা নুংশিবা মাঙহল্লি; চিংনবনা শিরবা মতুং ফাওবা য়াম্না লাক্লে। অহানবদা নশানা নশাবু থাজৌ; মদুনা ঈশ্বর থাজবগী অহানবা খোংথাংনি।"

বাবানা ঐখোয় পুম্নমকপু চিংনবা কোকহনবা হায়বসিদা মাগী মথৌ ওইরি। মহাক্কা মসি তৌনিংবগী খৌরাংবা লৈরিবসি নুপা, নুপী অমসুং অঙাং পুম্নমক আধ্যাত্মিক্কী লিক্লমদা খুমাং চাওশিনহনবা অদু পাম্বদগীনি। মহাক্কী হৌজিক্কী অবতারগী মরমদা বাবানা অসুম্না তাকপী, "তুং-মাং য়েংদনা পংথা থাজগনু। চঙশল্লু, ঙহাক লেপ্পু, য়াওশল্লু, নশাগী ওইবা খঙনবা হোৎনৌ, থাজৌ অমসুং কৃপা ফংনবা হোৎনৌ।" বাবাদি মহাক্কী অখোইবা মশম অদু অহাপ্পনি হায়বা চিংনবা উৎলকপা কয়াদা মহাক্কী মশমদু চিংদুনা য়েংহনবনি অমদি মখোয়গী চিংনবা কোকহনবনি। বাবাবু অকে-অমৌ পাম্বা উৎচনিংবা মীওইনি হায়না থাজরিবা মীশিংদা মচা খায়না তাকপীদুনা মখোয়গী অরানবা ব্বাখলশিং অদু চুমথোকপী; মহাক্কী মরমদা চিংনবা মচেৎ অমা ফাওবা লৈহন্দে; বাবানা মশা মতোমতা হেক-হেক হায়জে, 'চিংনবা মীদি নুংঙাইবা ফংদবনি।' (ন সুখম্ সংশয়াত্মানঃ) থাজবা হায়বা অসিমক চাওখৎলম্বী শেম্নবা নুঙ্ঙনি। ঐখোয়গী চিংনবা অমসুং অব্বাবা কয়া মথং-মথং লিথরকপদা বাবানা য়াম্না মুন্না তাই অদুগা মহাক মুন্না তাবদগী খঙলবনি হায়বা ঐখোয়দা থাজবা পোকহল্লি; অশেংবদি মহাক্তি

হান্নবা লোইনা খঙলবনি। ইবুংঙোনা মিত্রংগুম্বা খরা উহল্লিবা অসিদি ঐখোয়দা মহাক্কী দৈবিক শক্তি অদু থাজবা ওমহন্নবা উৎপনি। অসুম্ব তৌরবদি মহাকপু থাজদুনা মানা লমজিংলিবা ধর্মগী লম্বী অদুদা ঐখোয়না শোইদনমক্কী য়াগনি হায়বসি বাবানা খঙই।

অসুম্না, চিংনবা 'পুম্ববু কোকহনবিরিবা সাঈবু "ওঁ শ্রী সকলসংশয় হরায় নমঃ" হায়না খুরুমজরি।

## ৯৯) ওঁ শ্রী সকলতত্ত্ব বোধকায় নমঃ

লুর-লুরবা তত্ত্ব কয়া তাকপিদুনা জ্ঞান পুম্বগী মঙাল পীবিরিবা শ্রীসত্য সাঈবু খুরুমজে হায়বনি। 'সকল'গী অর্থদি পুম্নমক য়াওরবা, মপূং ফারবা, পিক থল্লববু খঙনৈ; 'তত্ত্ব'গী অর্থনা অশেংবা মশক, নুংলোন হায়বনি। (ব্রহ্মজ্ঞানবু খঙনৈ)। নামাবলি অসিদা বাবাবু 'সকলবোধক' হায়না শৈথারুবগী মরমদি মহাক্তি তত্ত্ব পুম্নমকপু তম্বীবা ইবুংঙো মহাক অদুনি খঙবদগীনি। বোধক = তাকপীবা হায়বনি। বাবানা য়াম্না তোইনা তাকপীবা "মী খুদিংমক্না মহাক কনানো, মহাক করি ওইরি, মহাক্না সংসার অসিদা লাকপগী মরম খঙ্গদবনি।" হায়রিবা অসি 'তত্ত্বমসি' (তৎ-ত্বম্-অসি)[২১] হায়বা ব্রহ্মতত্ত্ব অদু তম্বীবনি। খোম্ছোক অহুম অসি অমমম তোঙান-তোঙানবা অর্থ হল্লবদি, তৎ= মদু (ব্রহ্ম অদু), ত্বম=নহাক্না ; অসি = ওইবনি হায়রিবনি। 'ঋগ'; 'সাম', 'যজু' অমসুং 'অথর্ব' বেদ মরিনা ব্রহ্মগী মরমদা মহাবাক্য অমমম্ পীরি। মদুগী মনুংদা 'তত্ত্বমসি' অসিনা খ্বাইদগী মরু ওই হায়রি। সামবেদগী ছন্দোগ্য উপনিষদকী ব্রহ্ম মশক তাকপা সুত্র (পাওরৌ) অমনি। অপূনবা অর্থদি 'মদু নহাক্নি' হায়বগী প্রমান্নি। 'তৎ' (মদু) হায়রিবসি ব্রহ্মনি, ঈশ্বরবুনি; 'ত্বম' (নহাক) হায়রিবসিনা 'জীব' বুনি। জীবদা 'ঈশ্বর' য়াওরি হায়বা তাকপা ব্রহ্ম তত্ত্বনি। বাবানা মসিমসু

তাকপিরি, "খ্বাইদগী বাংবা 'থাদোকপা' বৈরাগ্য ফংনবগী খ্বাইদগী ফবা উপায়দি ব্রহ্মজ্ঞান খক্তনি। ব্রহ্মজ্ঞান্না খ্বাইদগী বাংবা জ্ঞান্নি।" বাবানা মসিমসু প্রমাণ তৌদুনা তাকপীরি, "নঙনা পান্দুরঙ্গ (বিষ্ণুগী অতোপ্পা মমিং অমা) ভগবানগী মূর্তিবু নুঙ ওইনা উরবদি ভগবান বিষ্ণুদু নুঙ ওইনা উগনি; নঙনা মদুবু বিষ্ণু ওইনা উরবদি নুঙ মশক শুকউ উরোই।" মতৌ অসুম্না নঙনা জ্ঞান লৈরবদি জগৎ সংসার অসি ব্রহ্ম ওইনা উগনি; মরমদি ব্রহ্ম অসিদগী ঐখোয় পূম্নমক ওইরকপনি;পূম্নমক অমুক ব্রহ্মদা তিনখিগদৌরিবনি। মসি হেক খঙবদা ঐখোয় মশেল অমগা অমগা নুংশিনদ্রিবা, মশক ফাওবা য়েংনিংদে হায়নরিবা, কল্লক-মিহৌনরিবা পূম্নমক পূমকোক কোক্লগনি। অসিগুম্বা বিচার অসিদগী 'বৈরাগ্য' (থাদোকপা) মশক খঙলক্কনি; মতম অদুদা জগৎকী অমত্তা ওাইরবা মশক 'সত' লেঙফদ্রবা পম্বুং (অলতিমেৎ আইদেনতিতি) খঙলক্কনি। বৈরাগ্যগী মতাংদা বাবাগী তাংদাংবা পাউতাক লৈ; "বৈরাগ্য হায়রগা নখোয়না লম্বোইবা হায়না লৌরিবা অদু লাল্লি; চহিগী মতুংইন্না চানবা, চুনবা য়েংদুনা চানদবমখৈ অসুম থাদোক্লম্বদু, 'বৈরাগ্য' হায়বদি থাদোকপা (রিননসিয়েসন) কৌই।" খুদম পীদুনা বাবানা তাকপীপ্রবনি মদুদি নঙনা চহি ৪০ শুরক্লবদা অঙাং ওইরিঙৈদা য়াম্না পাম্না শান্নরম্বা উকক্-ব্রাকক্ ময়ামদু করম্না খনবগে। জ্ঞানগী মতেংনা চুনবা-চুনদবা খন্দোকপা ঙমহল্লি।

অসুম্না জ্ঞানগী লম্বী কয়া তাকপীদুনা ঐখোয়বু 'ধ্যান' (বাবাগী ধ্যান বাহিনি) অমসুং 'জ্ঞান' (বাবাগী জ্ঞান বাহিনি) গী মায়কৈদা পুশল্লকই। মতাং অসিদা ব্রাহৌদোক অমা ওইনবা গীতাগী শ্লোক মতেক অমা নীংশিংদবা য়াদ্রি। গীতানা হায়রি,[৩০] "পূক্লীংনা ইন্দ্রিশিংগী মতুংইন্না কোইচৎ চৎপদগী পল্লেফম খঙদনা ঈশিংদা তাউবা হিবু নুংশিংনা হুন্বগুম পূক্লীং অসিবু পুখ্রবদা অশেংবা আত্মজ্ঞান পীবা ঙম্বা বুদ্ধিগী শীজিন্নফম

খণ্ডহন্দে।" হায়বদি, পূক্লীং লৈতাদ্রবদি বুদ্ধি মাঙ্ংই। বুদ্ধি মাঙলবদি জ্ঞান মাঙ্ংই। মতাং অসি য়ৌরকপসিদা পর্ত্তি সাঈ বাবানা মহাক্কী 'ধ্যান বাহিনি' দা তাকপীরি, "পূক্লীং লৈতানবগী খ্বাইদগী ফবা উপায়দি পূক্লীং (মনস) অমসুং ৱাখল (বুদ্ধি) অনী অসি থাদোক্লদনা নাক-য়েৎ খল মান্নবা চৎপা ওম্নবা যোগ তমগদবনি। মসি তম্বগী উপাই কয়ামরুম লৈবগী মনুংদা 'ধ্যান' যোগনা খ্বাইদগী অফবা উপাইনি। অদুননি, ধ্যানবু পূক্লীং অনী লোংহন্দবা হায়বদি 'একাগ্রতা' পুরকপা ওম্বা যোগনি হায়রিবা।" (৩১) ধ্যানদি জ্ঞান ফংনবগী লম্বী ওইবনা বাবানা অসুম্না অমুক তাকপীরি, "জ্ঞান হায়বসি জগৎ সংসার অসি অমাঙ-অতা লৈত্রবা ব্রহ্মদগী হৌরকপনি হায়বা খণ্ডবা ওন্নকপা অদুনি। মসি ব্রহ্মতত্ত্বনি; পূম্নমক অমত্তদগী হৌরকপনি; পূম্নমক মসিদা তিনখিগদৌরিবনি। জ্ঞান ফংনবগী অমত্তা ওইরবা লম্বীদি ভক্তি মার্গনি; পূম্নমক ভক্তিদগী হৌগদবনি; ঈশ্বরদা প্রেম লৈববু ভক্তি কৌই; প্রেম হায়বদি ইশাগী ওইজবা থাদোক্লবা অপাম্বা (কাম) মখল অদুনি। অসিগুম্বা 'ভক্তি' অসিনা মপূং মরৈ ফারক্লবা মতমদা, ভক্তিগী মনুংদা প্রেম য়াওবনা ভক্তি অসিতনা বৈরাগ্যগী লম্বী ফাৎলি। মরম অদুনা ভক্তি, জ্ঞান অমসুং বৈরাগ্য অহুম্মক অমগা অমগা থাদোক্লবা য়াদে; অহুমসিগী মনুংদা অমত্তং হেক ৱাৎপদা মখোয় অহুম্মক পূংমাঙ মাঙমিন্নে; অমত্তা ওইদে, হায়বদি ভক্তিসু ভক্তি ওইদে, জ্ঞানসু 'জ্ঞান' ওইদে; অনী অসি য়াওদ্রবদা 'বৈরাগ্য' হায়বদু অদুম মাঙখ্রবনি।"(৩২) বাবানা মসিমসু তাকপীরি, "বেদ, শাস্ত্র নৈনবা, ঈশ্বরগী নাম শোনবা, কর্ম কাণ্ডগী পূজা পদ্ধতি কায়দনা তৌবা পূজা, মূর্তি লাৎপা, ভজন্ শক্পা অসিনচিংবা ময়াম অসি পূক্লীং শেংদোকপা (চিত্তশুদ্ধি) ওম্নবা উপায় ওাক্তনি। চিত্তশুদ্ধি তৌরবা, থম্মোয় শেংলবদি ইশাগী নাপল মাঙহন্দুনা ঈশ্বর দর্শন ফংবা ওমহল্লি।

অসিগুম্বা লুর-লুরবা তত্ত্ব কয়া তাকপীদুনা জ্ঞানগী মঙাল পীবিরিবা সাঈবু "ওঁ শ্রী সকলতত্ত্ববোধকায় নমঃ" হায়না খুরুমজরি।

## (১০০) ওঁ শ্রী যোগীশ্বরায় নমঃ

'যোগীশ্বর' গী অর্থদি অথোয়বা যোগী (শ্রেষ্ঠ যোগী) হায়বনি। বাবাবু স্তুতি তৌবদা শৈথাবা মিংথোন্নি। বসিষ্ঠ মুনিনা 'পূক্নীং ঈংনা তপ্না অমসুং পেন্না লৈহন্নবা শীজিন্নরিবা উপাই অদু যোগ কৌই'[৩৩] ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা মাগী মরূপ অর্জুনদা যোগ তাকপদা , 'মায়পাকপা অমসুং মায়থিবা খোঙফম অনীমক্তা পূক্নীংবু চপ মান্নবা চাং অমদা থম্বা ঙম্বদু খ্বাইদগী রাংবা যোগনি'[৩৪] অমসুং ঋষি পতঞ্জলিনা, 'পূক্নীংদা অরেপ্পা লৈতনা কারিবা ঈথকপু লাকশন্দুনা থম্বা অদুবু যোগ কৌই'[৩৫] অসুম্না হায়। য়াম্না মরু ওই হায়না লৌনরিবা যোগগী ব্যাখ্যা অহুম অসিদগী খঙবদি যোগ হায়বসি পূক্নীং লাকশনবগী অভ্যাস ঙাক্তনি; অদুনা অশম্বদা পূক্নীং খুদুম চনবা ঙম্বা মহাক অদু যোগী কৌই। বাবাদি অদুগুম্বা যোগীশিং অদুগী ঈশ্বরনি, মপুনি হায়না নামাবলি অসিদা শৈথাবনি।

কঠোপনিষদনা হায়রি, "ইন্দ্রিয়শিংদগী পূক্নীংনা হেল্লি; পূক্নীংদগী বুদ্ধিনা, বুদ্ধিদগী মহত্তত্ত্ব (জীবাত্মা)না, মহত্তত্ত্বদগী অব্যক্ত (ব্রহ্ম)না হেল্লি"[৩৬] মসিনা তাকপদি জীবাত্মাদি বুদ্ধিগী মথক্তা লৈবনিনা 'মহাক্না' পূক্নীং, ইন্দ্রিয়বু (বুদ্ধি য়াওনা) রারকপা ঙমফম থোক্পনি; অমরোমদা জীবাত্মানা ব্রহ্ম (অব্যক্ত)গী শরুক অমসু ওইবনিনা য়াম্না শক্তি লৈফম থোক্পনি। অদু ওইরবসু জীবনা দেহ মনুংদা পুন্দুনা লৈখিবনা প্রকৃতিগী (মায়াগী) মখা পোল্লে অমসুং পূক্নীং, ইন্দ্রিয়নচিংবা রারকপা ঙমদ্রে। বাবাদি নামাবলি ৫৯দা অব্যক্ত রূপনি, ব্রহ্মস্বরূপপ্নি হায়খ্রে। অদুনা ইবুংঙো মহাক্তি প্রকৃতি, মায়াগী রাংমদা লৈ। মরমদি প্রকৃতিদি লৈশেম্বা (সৃষ্টি) গী মতমদা

ব্রহ্মানা মাগী অনীংবা (ইচ্ছা) অদু পাওথোক্লবা শেমখিবা দেবীনি। অদুনা বাবাদি মায়া চওদে; মহাক্তি আনন্দ স্বরূপনি; যোগগী মপুনি। মরম অসিনা বাবাবু যোগীশ্বর কৌবনি। বিষ্ণু পুরাণদা ভগবান বিষ্ণুগী মমিং চামগী মনুংদা 'যোগীশ', যোগগী অথোইবা হায়না শৈথাদুনা বিষ্ণুগী মিংথোন পী। যোগগী তুংনফম্নি হায়দুনা বিষ্ণুবু 'যোগনিষ্ঠা' সু কৌই। ভগবান বিষ্ণুদি মশামক আনন্দস্বরূপনি; যোগী অমনি হায়না শৈথাদুনা 'যোগীন' অমসুং যোগীগী শক্তোনমক্লি শৈথাদুনা 'যোগরূপিয়' সু কৌই। অদুনা গীতাগী অরোইবা শ্লোকতা হায়রি, 'যোগগী মপু কৃষ্ণ অমসুং লিরুং (গাণ্ডিব) পায়বা অর্জুনগা মায়কৈ অমত্তদা পূনশ্রবদি অফবা মঙ্গল, লান্দা মায়পাকপা, য়াইফবা অমসুং ধর্মবু নীংথিনা ঙাকপা শোয়দ্রবনি।'[৩৭] অশম্বদা যোগগী শক্তি য়াওরবা লানমী (যোদ্ধা) অমনা যোগেশ্বর অমগী লমজীং মখাদা কাপ্লকপা তেনগী সন্ধান্দি শোয়বা লৈতে হায়রিবনি। মরমদি যোগদি ইন্দ্রি খুদম চনবনি অমসুং পূক্লীং চাইথোক্তনা অনীংবা মপা অমদা থমদুনা পূম্নমকপু পূনশিনবনি (জ্ঞানেন্দ্রিয়ম্ সত্ত্বানি নিগ্রহ্য, মনসা সহ একত্ব ভাবনা, যোগ:)।

অসিগুম্বা যোগ অসিনি বাবানা মতম পূম্নমক্তা তাকপীরিবা অমসুং পূক্লীং শৌগৎপীরিবা। অদুগা লোয়ননা যোগদা খুমাং চাওশল্লবা কয়া অমদি বাবানা তাকপীবা মায়কৈ অমসুং চেকশিন-ব্রাহে কয়াগী মপূংফাবা কান্নবা ফংব্রবনি। বাবাগী লমজিং মখাদা থব্রাই মঙাবু মফমচানা লৈহন্নবা যোগ উপায় 'প্রাণায়াম' তম্বীবদগী অনাবা কয়া বাবাগী আশীর্বাদকা লোয়ননা কোকখ্রে। মরমদি মসি যোগীশ্বর বাবানা গুরু ওইনা তম্বীবদগীনি। 'প্রাণায়াম' হায়বদি প্রাণ = থব্রাই(বু), আয়াম=ঐগী অনীংবা মতুংইন্না থম্বা হায়বনি। প্রাণ মঙা (প্রাণ, অপান, সমান, উদান অমসুং ব্যায়ান) না মশক উদ্রবসু মীওইবগী হকচাংদা মাগী মাগী লৈফমদা মথৌ লৈজবনি। লমচৎ-শাজৎ অমসুং পূক্লীং খোইরাংবদগী প্রাণনা লৈফম চাফম খণ্ডদুনা

মশাগী মফম থাদোক্তুনা কোইচেন চেল্লি; মতম অদুদা অনাবা পোকই। প্রশ্নোপনিষদ (৩.৯) না প্রাণ মঙা অসিবু 'বরিষ্ঠ প্রাণ' কৌদুনা মরুওইনা থম্মি। প্রাণায়াম যোগনা মখোয় মঙামক নত্রবসু প্রাণ অমা অনীদং মফম চানা থম্বদা অতে প্রাণ পুম্নমক খুদুং ইল্লকই হায়রি; অরুবা বিদ্যানি। গুরু অমা য়াওদনা লাইরিক পারগা অভ্যাস তৌবা য়াবা বিদ্যা নত্তে। শোয়রগা অনাবা ফবগী মহুত্তা অনাবা হেণ্ডিল্লি। সত্য সাঈ বাবানা অসিগুম্বা অশোয়বা কয়া অসি চুমথোকপীদুনা যোগগী মতেংনা পুন্সিগী পান্দম ফংহনবীরি।

অসিগুম্বা যোগীশিংগী অথোয়বা, যোগীশ্বর শ্রী সত্য সাঈ বাবাবু "ওঁ শ্রী যোগীশ্বরায় নমঃ" হায়না খুরুমজরি।

## (১০১) ওঁ শ্রী যোগীন্দ্র বন্দিতায় নমঃ

অথোয়বা যোগীশিংনা বাবাবু পূজা তৌই; অদুগুম্বা বাবাবু খুরুমজে হায়না শৈথাবা নামাবলিনি। 'যোগীন্দ্র' হায়বদি কর্ম, জ্ঞান অমসুং ভক্তি যোগ অহুম পুন্না খঙবা মহাক অদুবুনি; যোগী অথোয়বা হায়বনি। যোগ হায়রগা কর্ম যোগ, জ্ঞান যোগ নত্রগা ভক্তি যোগ অমবু হেক্তা খঙনৈ। মরমদি যোগ অহুম্মক্কী মরক্তা অমা হেক খঙবদা অহুম্মক লোয়নৈ, লোয়না য়াওই। কর্ম যোগ হেক হায়বদা 'নিষ্কাম কর্ম' বু খঙনৈ। নিষ্কাম্ কর্ম হায়রগা থবক তৌবদা, থবক্কী মহৈ, ফলগীদমক খন্দবা, ইশাগী তৌফম থোকপা ইথৌনি খন্না তৌবা থবক অদুবু খঙনৈ; অমরোমদা, থবক্কী ফল পুম্নমক ঈশ্বরদা কথোক্লগা মায়থিবা অমসুং মায়পাকপা অনীমক্কী মরক্তা অমা ফংবদা পুক্নীং হম্বুবা নত্রগা মথোই কাবা তৌদবা অদুবু অশেংবা কর্ম যোগ কৌই হায়রি। মতাং অসি য়ৌরকপদা 'কর্ম' অসি 'ভক্তি যোগ'গী মায়কৈদা ওনশিল্লে। 'জ্ঞান যোগ' হায়রগা আত্মা মশক

খণ্ডবা ওম্নবা উপাই অদুবু খণ্ডনে। আত্মা মশক খণ্ডবা হায়রগা জগৎ অসিদা লৈশেন্বা লাইরেম্বী প্রকৃতিনা মহাক্কী অবিদ্যা মায়াগী শক্তিনা মখল-মথেল কয়া উৎলিবা অসিগী মরুমদা লোত্তুনা লৈরিবা 'পরমাত্মা' কৌবা, মফম-মতম পুম্নমক্তা চপ মান্নবা, চিত্ত (চৈতন্য) অদুবু মশক খণ্ডনবা হোৎনরিবা উপাই অদুবু 'জ্ঞান যোগ' কৌই। 'ভক্তি যোগ' গী মপূংদি, ঐগী অপাম্বা (কাম) পুম্নমক অরেম্বা ওাক্ত ওইরন্নে হায়বা জ্ঞান লাক্লবা মতমদা ভগবানদা চণ্ডজবা অদুবু খণ্ডনে। যোগ মখল অহুমগী মরক্তা অমদা হেক্তা 'যোগী' ওইবদা অহুম্মক মপূং ফারে হায়বগী মরমদি অসিনি মদুদি কর্ম তৌবদা জ্ঞান য়াওদবা য়াদে; লোয়ননা, জ্ঞান অমসুং কর্ম পুল্লবসু ভক্তি য়াওদ্রবদি তুংকোইবা য়াদে। অদুনা যোগ অহুম অসিগী অমা সাধন তৌবদা অতোপ্পা অনী অদু অদুম চৈন্নে। মতাং অসিদা বাবানা লাউথোকপীখিবা অমা লৈ মদুদি কনাগুম্বা মহাক অদুনা শাস্ত্র নিংথিনা খণ্ডলবা অমসুং অদুগা লোয়নবা যোগগী অশেংবা মশক খণ্ডলবদি মহাকপু (বাবা) খরগী মখৈদি খণ্ডবা ওমগনি। মতম অদুদা মহাকপু পূজা তৌনিংলক্কনি; মসিবুনি 'যোগীন্দ্র বন্দিতা', যোগ খণ্ডলবশিংনা ইবুংঙো মহাকপু ইকাই খুম্নে, খুরুমজে হায়রিবা অসি। যোগ মতিক চানা খণ্ডদ্রবদি থাক অসি য়ৌবা ওমদে। ঝাখল-লৌশিং লৈবা কয়ানা ভাবনা শাজল্লগা কল্পনা তৌরগা ফংবা ওমদে। মসিবু 'অপ্রাপ্য মনসা সহ' হায়না (মনসা=কল্পনাগী, সহ=শক্তিনা, অপ্রাপ্য=ফংবা ওমদে) শাস্ত্রনা ফোংদোকই। বাবানা মসিমসু তাক্কপি, "কনাগুম্বা অমনা ফনা কন্না, মতম চণ্ডনা হোৎনরবসু ঐগী রহস্য অসিদি কনানসু খণ্ডবা ওম্মোই।" অদুবু মাগী আর্শীবাদ ফংলবা অথোয়বা যোগীশিং (যোগীন্দ্রশিং) দি খণ্ডবা ওমগনি। বাবাদি মায়া শক্তিগা লোয়ননা লাক্লবা মহাশক্তিনি হায়রি; অদুনা মহাক্তি যোগ শক্তি পুম্নমক্কী হৌরকফম্নি। পুরাণগী

মতুংইন্না মহাশক্তি হায়রগা ভগবান শিববু খণ্ডনৈ; 'মায়া' হায়রগা দুর্গাগী অতোপ্পা মমিং অমা ওইরি; অদুনা মহাশক্তি হায়রবদি শিব-দুর্গা অনী পূল্লবা শক্তি ওই; অদুনা বাবাদি 'শিব' অমসুং 'দুর্গা' গী অপূনবা শক্তিনি হায়বসি তাক্লী। হথযোগীশিংনা ঈশিং মথক্তা চংপা ওল্লিবা নত্রগা অতৈ মিংনা উবদা থাজবা ওমদবা শক্তি কয়া উংপা ওল্লিবা অসি নহাকসু ফংগে হায়রবদি মহাক্কী থৌজাল ফংলবা মতমদতা ওমগনি। ভক্তিযোগীশিংনা মহাকপু 'পান্দুরঙ্গ', 'ব্যঙ্কটেশ', 'মুরালি কৃষ্ণ', 'শিব-শক্তি', 'গণপতি' নত্রগা 'বর লক্ষ্মী' ওইনা উগনি। জ্ঞানযোগীশিংদদি মহাক অসি 'দক্ষিণামূর্তি' (মহাদেবগী অতোপ্পা মমিং অমা) ওইনা দর্শন পীবি। ইবুংঙো মহাক্তি যজ্ঞ অমসুং আহুতি পূল্লমক লৌরিবনি; মরম অসিনা কর্ম তৌরিবা খূদিংমক্তা মহাকপু পূজা তৌরিবনি। 'যজ্ঞ'গী শাস্ত্রীয় ওইবা অর্থদি 'কখোকপা' হায়বনি। কর্ম হায়বসি কর্মযোগনি; কর্ম যোগ হেক হায়রকপদা 'নিষ্কাম কর্ম' নি; অদুনা নিষ্কাম কর্ম খূদিংমক যজ্ঞ অমমমনি। অসিগুম্বা কর্ম অসিদি থাঙ্গৈশেংবা কখোকপনি। অসিগুম্বা কর্মদান অসি ভগবাননা লৌবী হায়রিবনিনা 'কর্ম' অসি ভক্তি ওইরবনি। অদুনা বাবানা অসুম্না অমুক তাকপীরি, "ঐনা সংস্কারগীদমক্তা যজ্ঞগী আহুতি অমসুং দান লৌই।" বাবানা তাকপীখিবদা 'সংস্কার' হায়বদি ফত্তববু ফগৎহনবা অদু সংস্কারনি হায়রি (Gems of Wisdom)। অদুনা বাবানা সংস্কার খূদিংমক্তা কৎলিবা আহুতি (বলি) পূল্লমক লৌই অমসুং অফবা কর্ম (সৎ কর্ম) তৌবদা বাবানা পেনবী হায়বনি। স্বামী অমৃতানন্দ অমসুং স্বামী সদানন্দনা বাবাদা চংজদুনা পাউতাক লৌখি। স্বামী অভেদানন্দনা সাঈ বাবাবু পূর্ণব্রহ্ম অদুমক্লি হায়না লাউথোকপিখ্রবনি। স্বামীশিং অসি যোগ নিংথিনা হৈরবা 'যোগীন্দ্র' ওাক্তনি। যোগীশিং অসিনা বাবাবু কয়াদা নীংজরিবা (বন্দিতা)।

অসিগুম্বা অথোয়বা যোগীশিংনা পূজা তৌনরিবা সাঈবু "ওঁ শ্রী যোগীন্দ্রবন্দিতায় নমঃ" হায়না খুরুমজে।

## (১০২) ওঁ শ্রী সর্ব মঙ্গলকরায় নমঃ

সর্বমঙ্গল=পূম্নমক্কী মঙ্গল; কর=ওইহনবা। সর্বমঙ্গলকরায়=পূম্নমকপু মঙ্গলগী মশক ঙাক্ত ওইহনবিরিবা; নমঃ=খুরুমজরি। অপুনবদা অফবা ঙাক্ত ওইহনবিরিবা সাঈবু খুরুমজরি হায়বনি। ইবুংঙো মহাক্তি নুংঙাইবা, য়াইফবা, লাইবক ফবা, শান্তি অমসুং অপেনবা পীবিরিবা ঈশ্বরনি। মহাক্তবু হেক উজবদা পুন্সিদা অনৌবা নুংঙাই য়াইফবগী তাংকক্ (মঙ্গল মুহূর্তম্) অমা হৌবগা চপ মান্নে। শাস্ত্রগী নিয়ম মতুংইন্না পাঙথোকপা অঙাংগী মিংথোনবা (নামকরণ), চউম্বা (অন্নপ্রাশন), না-হুৎপা, লাইমিং লৌবা (উপনয়ন), লুহোংবা (সুভ-বিবাহ), ষষ্টিপুর্তি শান্তিনচিংবা (চহি ৬০ শুবগী পূজা-পাথ) মঙ্গল সংস্কার পূম্নমক্তা ইবুংঙো মহাক্না আশীর্বাদ পীরি। মহারাজ অশোকনা নুঙদা হক্তুনা ইরম্বা 'ধর্ম মঙ্গল' হায়বদি ধর্মগা লোয়ননা হিংবা, ধর্ম শন্দোকপা, ধর্মগী মরমদা সৎ-সঙ্গ তৌবা অমসুং ঈশ্বরগী মগুণ শকপা, ধর্ম চাওখৎহনবা অসিনা বৈদিক ক্রিয়া, পূজা তৌবা, উৎসব্ কৎপা কয়াদগী য়াম্না হেন্না মরু ওই হায়না তাকপি। অদুনা বাবানা ধর্ম চাওখৎনবা অফবা থবক (ধর্ম মঙ্গল) পাংথোকপদা হেন্না পুক্নীং চঙই। মহাক্না ঐখোয়গী ইরক্তা য়াওবিররিবা অসি ধর্ম চাওখৎহন্নবগীদমক্তনি।

বাবানা ঐখোয়বু নুংঙাই য়াইফবা মঙ্গল আশীবাদ পীবিরিবা অসিসু মীয়াম পূম্নমক "ঈশ্বর পরিগ্রহণ", ঈশ্বরদা পুক্নীং লুপশিন্নবগীদমক্তনি। অদুম তৌরবদি মী খুদিংমক ইবুংঙো মহাক্কী মগুণ খঙলকপগা লোয়ননা মহাক্না মী খুদিংগী থম্মোইনুংদা লৈরি হায়বদু খঙলক্কনি। বাবানা মসিমসু তাকপী মদুদি মীওইবগী হকচাং অসি ঈশ্বর উবা অমসুং ঈশ্বর খঙবদা শীজিন্ননবা খুৎলাই অমনি। মরম অসিগীদমক ইবুংঙো মহাক্না ঐখোয়বু হকচাং ফহনবিরিবা, পাঙ্গল কলহনবিরিবা, বুদ্ধি-লৌশিং পীবিরিবা, নুংঙাই-য়াইফবা অমসুং মিৎশিং-নাশিংবা হেনগৎহনবিরিবা।

অসুম্না ঐখোয় পূন্নমকপু অফবা ঙাক্তা পীবিরিবা, মঙ্গলগী মশক ওইবা ঙাক্তা তৌবিরিবা সাঈবু "ওঁ শ্রী সর্বমঙ্গলকরায় নমঃ" হায়না খুরুমজরি।

## (১০৩) ওঁ শ্রী সর্ব সিদ্ধি প্রদায় নমঃ

'সিদ্ধি' গী অর্থদি অশম্বদা থবক্কী হৈ-শিংবদা থোইদোকপা মায়পাকপা অদুবু খঙ্নৈ। 'সর্বসিদ্ধি' = সিদ্ধি পূন্নমক পূল্লবা; 'প্রদায়'= পীবা হায়বনি। 'সর্বসিদ্ধিপ্রদায়' হায়বসিনা পূন্না পীরিবা অর্থদি "থবক পূন্নমক পাঙথোকপা ঙম্বা, থবক তৌবদা থোইদোকপা হৈ-শিংবা ইবুংঙো মহাক অদুবু' হায়বনি। বাবাগী সর্বসিদ্ধিগী মতাং অসি থাবদা লোইবা লৈরোই; অশম্বদা বাবাগী আশীবাদ হেক ফংবদা মমিৎ তাঙলবা মীবু উহল্লী ; মরোল থোক্তবা মীবু মরোল থোকহল্লী; মখোঙনা চৎপা ঙন্নমদ্রবা মীবু চৎহল্লী; অপঙচুরবা মীবু শিঙ্গৎহল্লী। অসুম্না বাবাদি পোৎ খুদিংমক্কী মরুমদা লোৎতুনা লৈবা শক্তি অদুনি।

সিদ্ধিগী অতোপ্পা রাহস্থোক অমনা পতঞ্জলি যোগ সূত্রদা য়াওবা রাজযোগগী উপায়না ফংবা ঙম্বা তোপতোপ্পা, থোইদোক হেন্দোকপা, 'অতিমানুষ' ওইবা শক্তি অদুবু খঙনৈ। শক্তি অসি পতঞ্জলিগী মতুংইন্না, পোকপদগী য়াওহল্লকপা, নত্রগা ঔষধি শীজিন্নদুনা, মন্ত্রগী পান্থেনা, তপস্যাগী পান্থেনা অমসুং যোগগী অয়োঁবী খ্বাইদগী রাংবা থাক্তা লৈরবা 'সমাধি'গী পান্থেনা ফংবা ঙম্মী হায়রি। সিদ্ধি ফংনবা পান্থে ময়াম অসিগী মনুংদা শ্রী সত্য সাঈ বাবানা অমত্তং খ্বাইদগী ফৈ হায়না লৌখৎলিবসি 'তপস্যা' অসিনি। বাবাগী ভাগবত বাহিনিদা 'তপস্যা'গী মতাংদা অসুম্না হায়রি, 'তপস্যাগী মতেংনা জগৎ সৃষ্টি, স্থিতি অমসুং প্রলয় তৌরিবনি। তপস্যাগী মতেংনা মীওইবনা মশানা মশাবু মশক খঙ্বা ঙম্মী।'

তপস্যা হায়বদি পুক্লীং, জ্ঞান অমসুং ইন্দ্রিশিংবু পুন্নপ লাকশিন্দুনা থন্নগা আত্মজ্ঞান ফংনবা 'হোৎনবা' অদুনি। মীওইবগী ইন্দ্রি খুদিংমক্লা মপাঙ্গোংগী পোৎ ময়াম অসিগী মতুং কোইন ইন্নে; ইন্দ্রি মশেন অমগা অমগা খুৎশম্নদুনা অপাম্বা অদু ফংনবা তান্নে; মদুগী ফলনা পুক্লীং অসি ইরাঙ লাঙদুনা পোত্থাফম খঙহন্দে, অৱাবা ওই। অদুনা পুক্লীংবু ঈশ্বরদা থমদুনা অকনবা নিয়ম কয়াগী মথাদা জপ, ধ্যান, সৎকর্ম নত্রগা দান কর্ম কয়া তৌদুনা অচুম্বা লম্বীদা পুরকপবু তপস্যা কৌই।

বাবাগীদি মাগী ইচ্ছা শক্তি অদুমক সিদ্ধিনি। মহাক্কী ইচ্ছানা অমসুং আর্শীবাদ খক্তনা সিদ্ধি পীবা ঙম্মী। সিদ্ধি মখল খূদিংমক মাগী মখুত্তা লৈবা পোৎনি; মরমদি বাবাদি শক্তি পূম্নমক্কী হৌরকফম্নি; মদু মীওইবগী শক্তি মনুংদা লৈবা সিদ্ধি ওইবা য়াই নত্রগা থৌইদোক-হেন্দোকপা 'অতিমানুষ' ওইবা দিব্য-শক্তি ওইবা য়াই। কনাগুম্বনা মহাক সিদ্ধি ফংলে হায়না মশাবু চাউথোকচনা হায়রক্লবদি মহাক বাবাগী আর্শীবাদ লৈরে হায়না লাউথোকপগা চপ মান্নে। বাবাদি পূম্নমক পীবিরিবা মহাক অদুনি। সিদ্ধ ফংলিবা মহাক মশানা খঙজদবা নত্রগা খঙশিন্নদবা ওইবদি য়াই। মহাক্ বাবাগী কৃপা ফংলবনি। মহাক্কী অনুগ্রহ (অৱাবা কোকপীবা কৃপা) না নবগ্রহগী দশা পূম্নমক কোকপা ঙম্মী অদুগা মানুষবু (মীওইববু) মাধব (ঈশ্বর) ওইহনবা ঙম্মী।

অসুম্না অৱাবা, য়ৈখাই থিনগাইবা পূম্নমকপু কোকপীরিবা অমসুং অফবা থবক্ খূদিংদা মায় পাকহনবিরিবা সাঈবু "ওঁ শ্রী সর্বসিদ্ধিপ্রদায় নমঃ" হায়না খুরুমজরি।

## (১০৪) ওঁ শ্রী আপন্নিবারিনে নমঃ

'আপন্নিবারি' = 'আপদ' + 'নিবারন'; 'আপদ'গী অর্থদি অৱাবা তারবা হায়বনি। 'নিবারণ' গী অর্থদি কোকপীবা হায়বনি। ৱাহৈ অনী অসি

পূনশিল্লগা শেম্বা য়ানশন-ব্বাহে, 'আপন্নিবারিণ' হায়বসিগী অর্থদি 'অব্বাবা কোকপীবা মহাক' হায়বনি। ইবুংঙো মহাক্তনা লাইবকথীবা অমসুং অব্বাবা তারবা মতমদা ঐখোয়বু কনবিবা ওম্মী হায়না সাঈ বাবাবু স্তুতি তৌজবনি। লাইবক থীবা থৌদোক, অব্বাবা, খুদোংথীবা অসিনচিংবা ফত্তবা থৌদোকশিং অসি পূল্লিগী চেনফদ্রবা থৌদোক্লি; ঐনা ঐনা তৌখিবা কর্মগী মতুংইন্না ফংবনি। অসিগুম্বা ফত্তবা কর্মফলশিং অসি বাবানা পাম্বে মঙাথোক্লা শীজিন্নদুনা ঐখোয়বু কনবি: (ক) থৌদোক্কী শাফু (প্রতিঘাত) খাওবা ওম্নবা ইবুংঙোনা পাঙ্গল হাপ্পীবা (খ) 'অব্বাবা থৌদোক' অমসুং 'ভক্ত' অনীগী মরক্তা পীরিবা শাফু অদু ভক্তিনা মরক থৎতুনা হন্থহনবা (ছাটিন খন্দোক্তুনা নোং থুপ্পগুম, পাদুকা শীজিন্নদুনা খুয়াদা তিংখং য়ুহন্দবগুম) (গ) লাইবক ফবা অমসুং লাইবক থীবা হায়বা অনীমক অমগা অমগা করিসু খেন্নদবা, ভগবাননা শান্নবা, ঙাইহাক্কী ওইবা মায়াগী লীলা ঙাক্তনি হায়বা খঙনবা ঐখোয়দা তম্বীবা (ঘ) বাবা মশামক্লা অব্বাবা তারিবা মহাক অদুগী মহৎশিন্দুনা ব্বাবীবা; ঐখোয়বু শুকশোক শোকহন্দবা অসিনি। মহাক্লা তাকপীখিবা লৈ, "নঙঙোন্দা অব্বাবা পীরিবা মতম খজিক্তগী ওইবা মায়াগী লীলা অদু লোইদ্রিবা ফাওবা ঐনা নঙগী মহৎ শিন্দুনা শোকহন্দবনি।" অমসুং (ঙ) মশামক নত্রগা অতোপ্পা শক্লোন লৌদুনা থৌদোক থোকফমদা চত্তুনা অব্বাবা কোকপীবা, খুদম ওইনা ভোপাল সহরদা ভক্ত অমনা মতোমতা শিজরগে তৌবদা বাবানা ভক্ত অদুগী মরূপ অহমগী শক্লোন লৌদুনা কর্মবিখিবা রিভোলবরগী থৌদোক; 'জোডি আদিপ্পল্লি সোমপ্পা'গী মতাংদা নুপী মচা অমা ব্বাম্বরক্তুনা অশিবগুম লৈপ্রবদা বাবানা মী অহমগী শক্লোন লৌদুনা অঙাং অদুবু হিঙৎহনবিখিবা; উত্তর প্রদেশতা চেল্লিবা রেলগাড়ী অমা ইলেক্ট্রিক শোর্ত শার্কিৎ ওইদুনা মৈ চাক্কে তৌরকপদা বাবা মশামক্লা ইলেক্ট্রিক ফেন শেমবা মেকানিক্কী শক্তম লৌদুনা মৈরিক কাপ্পীবা ফিউজ অদু শিন্দোকপীখিবা, কয়া কয়া

অদুগুম্বা, মী-মী অদুগী তারিবা দশা মতুংইন্না, মহাক মশামক লাকপীদুনা কনবিবা। অসুম্না মহাক্তি মতম পূম্নমক্তা, মফম খূদিংমক্তা মিংয়েং থম্বীদুনা কদায়দা করি শোয়খিগদগে হায়না ঐখোয়বু শেন্নবিরি। ইবুংঙো মহাকপু থম্মোইশেংনা কৌজরবা, মহাকপু থাজরবদি মহাদেশকী অথাপ্পা অমসুং সমুদ্রগী ঈপাক অমসুং অহাংবা আকাশনা থাপতোকহনবা ঙমদে। মহাক্না হেক্তা য়ৌবনি; মনাইশিংবু কনবিবনি। বাবানা তোয়না লাউথোকই, "ঐগী ভক্তশিংবু তেক্ত-কায়দনা থম্বা হায়বসিমক ঐগী ইথৌ ময়ামগী মরক্তা য়াম্না মরুওইবা ইথৌ অমনি।"

অসিগুম্বা মনাইশিংবু খুদোংথিবদগী কনবিবা সাঈবু "ওঁ শ্রী আপন্নিবারিনে নমঃ" হায়না খুরুমজরি।

## (১০৫) ওঁ শ্রী আর্তিহরায় নমঃ

'আর্তি'গী অর্থদি হকচাংগী নত্রগা পূক্নীংগী অৱাবা অমসুং অনাববু খণ্ডনৈ। 'হর' হায়বদি মাঙ্হনবা, থুগাইবা ঙম্বা, নত্রগা পুরগা চৎখিবা অদুবু খণ্ডনৈ। অৱা-অনাবু মাঙহনবিবা মহাক অদু অতৈ কনাসু নত্তে, বাবানি। শির্ডিদা লৈরিঙৈদা সাঈ বাবানা হায়খি, "কনাগুম্বা ভক্ত অমা লৈখা তারকপদা ঐনা ঐগী পাম্বোম মরি তিংথোক্নুনা ওকই (পাম্বোম মরি অসি বিষ্ণুগী পাম্বোম মরি অদুনি।) অমসুং অৱাবা তারবা ভক্ত অদুবু কনবিরিবনি।" পুট্টপর্তিদা লৈরবা সাঈ বাবানা তাকপীরিবনা, "ঐগী ৱাশক অমা লৈ, মদু অতৈ করিসু নত্তে; অৱাবা কোকহনবা, মী পূম্নমকপু মতম পূম্নমক্তা হরাও-নুংঙাইনা লৈহনবা; পূক্নীং, হকচাং অমসুং আধ্যাত্মিকী নুংঙাইবা পীবা অদুনি।" বাবাগী থৌজালনা হোস্পিতালদা অনাবা কয়া, ওপরেসন কয়া তৌদুনা ফহনখ্রবনি; অদুগী মনুঙদা খরদি বাবা মশামক ওপরেশন য়াওনবা লেঙবীরকখি। নিউয়োর্ক, কুৱাইট, মুজফ্ফরনগরদদি

বাবা মশামক হোস্পিটালগী ওপরেশন থিয়েটর মনুংদা লেঙবিরক্লগা অনাবশিংদা থেমজিনবীদুনা পাঙ্গল হাপ্লীখি। মোতোর কার এক্সিদেন্ট কয়াদা কারশিং অদু ব্রাইশল্দুনা, পাকশনবা কয়া, থরো-থরো ওনবা কয়া য়াওখি; অদুবু মদুদা তোংবা মাগী ভক্তশিংদি অশোই-অঙাম য়াওদনা হিংহনবিখি। পূম্নমক খঙবা, সর্বজ্ঞ হায়বদু ইবুংঙো মহাক্নি; মহাক্তি ইচ্ছা শক্তিনি; পূম্নমকপু কনবিবা, রক্ষক হায়বদু মহাক্নি। ঐখোয়না অরা-অনা লৈতনা নুংঙাইনা লৈগে হায়রবদি ইবুংঙো মহাক্কী থৌজাল মরিক অমত্তং ফংলগা য়ারবনি। ইবুংঙোগী থৌজাল ফংনবা অমত্তা ঙাইরবা মহাক্না তাকপীবা লম্বীদি সত্য, ধর্ম, শান্তি অমসুং প্রেমনি। মহাক্না পেনবিদুনা 'ফরেনা' হেক হায়বদা অনাবা অদু খুদক্তা হেক্তা ফবনি। মহাক্না তারা কৌবী চহি ১৭তা ঙাইরিবী ভদ্রবতী হায়বা খুঙ্গং অমদা লৈবী নুপীমচা অমদা "হৌগৎলো, চৎলু" হেক হায়বদা নুপীমচা অদু প্রশান্তি নিলয়ম অহুমলক কোইনা চৎখি। নুমিৎ অদুদগী মহাক পুমফ-ফদুনা অনৌবা পুন্সি অমা ফংজখি; নুপীমচা অসি কুইনা নাদুনা হৌগৎপা ঙমদনা লৈরকপনি।

ডা: এস: ভগবনতম্না ইংশোক ১৯৬৯গী শিবরাত্রি নুমিৎতা লাউথোকখি মদুদি বঙ্গলৌরদা লৈবা হোস্পিটালগী ওপরেসন থিয়েতরদা মহাক মশামক্কী অনাবা অমগীদমক তেবল মথক্তা হিপ্তুনা ওপরেসন তৌরিঙৈদা বাবানা মশামক কা মনুংদা চংলকখি। মতম অদুদা ওপরেসনগী থোঙ লোল্লিবনি; মপান্দা থোঙ মথক্তা অঙাংবা বম্ব থাল্লিবনি।

অসিগুম্বা ভক্তশিংগী অরা-অনাবু মাঙহনবিরিবা সাঈবু "ওঁ শ্রী আর্তিহরায় নমঃ" হায়না খুরুমজরি।

## (১০৬) ওঁ শ্রী শান্ত মূর্তয়ে নমঃ

বাবানা তাকপিবদা খৎন-চৈনবা তৌদবা, পুক্লীং লাংদনা মী অমা অমসুং সমাজ অমা নুংঙাইনা লৈনবগী ব্রাফম হেক খন্নরকপদা আধ্যাত্মিকী

যুম্বী মরি হায়বদি, সত্য, ধর্ম, শান্তি অমসুং প্রেমগী ৱাফম তঙাই ফদনা চঙই। মসিগী মনুংদা শান্তি অসিমক য়াম্না মরু ওইবা অমনি। অদুগা মসিমসু বাবানা লাউথোকপীখি মদুদি মী খূদিংমক শান্তিগী শক্তম(শান্ত স্বরূপ) ওাক্তনি। মহাক্না মসি হায়বিরিবগী মরম লৈ; বাবা মশামক অসি শান্তি হায়বদুমক্কী মিংনা উবা শক্তমনি; অদুগা লোয়ননা বাবানা মী খূদিংমক্কী থম্মোইদা লৈ হায়রিবনিনা ঐখোয় খূদিংমক অসি তশেংনমক্কী শান্তি হায়বদু ওইরবনি। ঈথক অমসুং নোংলৈ নুংশিংনা ফনা কন্না হৌদুনসু সমুদ্র মনুংগী ঈশিং লেঙহনবা ঙমদবগুম, নোংথাংনা আকাশপু লেঙহনবা ঙমদবগুম ভগবাননা লেঙশিল্লিবা ঐখোয়গী থম্মোইগী থুপ্লবা কাচিন অসিদি মপাম্ছোংগী ঈথক-ঈরৈনা শোকপা ঙমদে। বাবানা মসিমসু তাকপি, "শান্তি হায়রগা ঈথক হৌদবা, ঈরাং লৈতবা ওাক্তসু নত্তে; শান্তি হায়বসিদি সত্যগা ধর্মগা মিলন ওইরবা মতমদা থোরকপা অদুনি; অদুনা অচুম্বদা যূম্ফম ওইবা ঙম্নবা খোংথাং খূদিংদা অচুম-অরান খঙনবা হোৎনগদবনি।" মতাং অসিদা বাবানা মসিমসু অমুক হায়রি মদুদি শান্তিদি ইন্দ্রিবু কন্না লাকশল্লবতদা ফংবা ঙমগনি; পূক্নীংদা নীংজিঙ মাংজিঙ তৌরিবা, অমুকসু নুংশিবা, অমুকসু হেক নুংশিরক্তবনচিংবা তৌরিবসি ইন্দ্রিগী অপাম্বা (কাম) অমসুং মদুবু ফংদবা অসিদগীনি। অদুনা ইশাবু শান্তি ওইনা থমগে হায়রবদি পূক্নীংবু খোংজেল তপথহল্লগা বুদ্ধি শীজিন্নদুনা 'কাম' হায়না খঙনরিবা অপাম্বা ময়াম অসিগী মশীং হন্থহনগদবনি; মরমদি শান্তিগী মগুণ হেনগৎপসি নীংবা থুংদবগী মশীং য়ামহনদ্রগা ওইরকই। নীংবা থুংলবা অপাম্বা অদু খরদা পেম্ছোক্লগা অনৌবা অপাম্বা, মিহৌবগী চাং হেনগৎহন্দ্রগা শান্তিগী মগুণ অসুম অসুম হেনগৎলক্কনি। অসুম্না শান্তি হায়বসি অৱাবা অমসুং নুংঙাইবা অনীগী ঈথিল চঙহন্দবা পল মখল অমনি। য়াম্না নুংঙাইরবসু য়াম্না মথোই কাদবা, অৱাবদসু হেক্তা তুকথদনা পূক্নীংবু খল্ল মান্ননা থল্লবা মতমদা শান্তি ফংই। অদুননি সংসারগী অৱা-নুংঙাই,

হায়বদি প্রকৃতিগী মায়ানা চঙ্বা ঙমদ্রবা ইবুংঙো মহাক্কী দর্শন ফংজবতদা ঐখোয়না শান্তিগী পরা অমা ফাবগুম ইশাদা ফাওরিবা।

বাবানা ধর্ম সভা কয়াদা, সৎসঙ্গ কয়াদা, মীয়াম মমাংদা, অভিভাষণ পীবা মতমদা ঐখোয় পূম্নমকপু 'শান্তি স্বরূপ' হায়না সম্বোধন তৌই; মরমদি মহাক্না ঐখোয় খূদিংমক্তা লোত্তুনা য়াওরিবা শান্তি অদু উবা ফংই। ঐখোয়দা লোত্তুনা য়াওরিবা 'শান্তি' অদুসু অতৈ কনাসু নত্তে, বাবা মশামক্নি। অদুনা বাবানা হায়, "মী খূদিংমক্তা সাঈ অমমম্ য়াওই।" "অন্দরি লোনূ সাঈ উন্নাড়ু" , বাবানা তেলেগু লোন্দা হেক হেক হায়বিবদু মসিনি। মরম অদুনা খূদিংমক্কী থুপ্পবা থম্মোইগী কাচিন্দা সাঈ লৈ; সাঈ হায়রিবসি শান্তি অদুমক্নি।

অসিগুম্বা ঙমখৈ নাইদ্রবা শান্তিগী শক্লোন ওইরিবা সাঈবু "ওঁ শ্রী শান্তমূর্তয়ে নমঃ" হায়না খুরুমজরি।

## (১০৭) ওঁ শ্রী সুলভ প্রসন্নায় নমঃ

'সুলভ' = য়াম্না লায়না; 'প্রসন্ন' = পেনবিবা হায়বনি। 'সুলভপ্রসন্নায়' হায়বদি য়াম্না লায়না পেনবিহৈবা মহাক অদুবু হায়বনি। বাবাদা খোংথাং অমত্তং হেক থাংজল্লকপা খুদক অদুদা আশীর্বাদ পীবা হৌরবনি; মহাক্তি পূম্নমক খঙবনি, হায়বদি সর্বজ্ঞনি। মহাক্তি ভগবান শিবগুম্না ইচম চম্না উন্নবদা নুংঙাইজবনি। মহাক্কী থৌজান্দি ফংজবদা লুনা থোক্তে; থৌজাল হৈবনি। অদুবু মহাক্কী থৌজান পাল্লিবা মী মশামক অদুদগী মহাক্কী অপাম্বা অদু অমুক্তং হায়রকপদি বাবানা পাম্মী। বেদ পুরাণনসু হায়রি,'পূম্নমক খঙবিবা বিশ্বেশরনা মতম পূম্নমক্তা থৌজান হৈবগা লোয়ননা ঐখোয়বু রক্ষা তৌবিরগে হায়না ঙাইদুনা লৈবনি।' (সর্বজ্ঞোপিহি বিশ্বেশঃ সদা কারুণি কোপিসৎ সংসার তন্ত্র বাহিত্বাত্

রক্ষপেক্ষাম প্রতিক্ষতে।) কনাগুম্বা অমত্তনা কৌজরকপা, হায়রকপা তৌদনা হেক কনবিরুবদা ভগবানবু থম্মোই পান্দবা মীচং-মীখাই নাইবা, থৌশা-ৱাশাদবা অমা ওইনা মাগী ভক্তশিংনা খনখিগনি হায়বগী পান্দমদা মাঙোন্দা নিজরকপা, হায়জরকপা অদুতদা 'প্রসন্ন', পেনবীদুনা থৌজান পীবগী নীতি-নিয়ম অমা ঙাকই; মরমদি, ইবুংঙো মহাক্তি 'বিশ্বেশ্বর', জগৎকী মপু ওইবনিনা তয়াং-তশোয়বা অমসুং মীচং-মীখাই নাইবা য়াদে। করিগুম্বা মতমদা হৈ-লৈ (পত্রম্-ফলম্) কৎপা-কৎতবা ঙাইদে। নিদা নিয়ু, হেক্তা পীগনি; কৌরকউ, পাউখুম হেক্তা ফংগনি। অদু নত্তনা নঙনা তোঙান্না লেপ্তুনা লৈরগা, মোং-হাদনা, ৱা-লান অমত্তা ঙাঙদনা লৈরবদি মহাক্তি উশন্নদনা থৈদোক্তুনা অদুম চৎপনি। বাবানা মসিমসু তাকপি মদুদি নিয়ম অমসুং নিষ্ঠাগা লোয়নননা মহাকপু লাক্তুনা খুরুমজরবদি, হায়বদি কুম্মৈ-ফিয়োংগী মওংদা লাৎপা নত্তবা, পূকচেল শেংনা, ইন্দ্রি খুদম চন্না খুরুমজরবদি মহাক্না শোয়দনা কনবিগনি। মতাং অসিদা খঙজিনগদবা অমনা শাস্ত্রনা তাকপা মতুংইন্না 'নিয়ম' অমা ঙাকপগীদমক ভক্ত অমনা তৌগদবা থৌদাং খরা লৈ; মদুদি হকচাং শেংদোকপা (শৌচ), পূক্নীং শঙ্কা লৈতনা পেম্থোকপা (সন্তোষ), ইন্দ্রি খুদম চনবা, ৱাঙাং-শাঙাংদা পূক্নীংগী ঈহৌলদা অশোয়বা য়াওদনবা য়ান্না কন্না ঙাকপা (তপস্যা), ধর্মগী লাইরিক নৈনবা, 'ওঁ' মন্ত্র থীবা অমসুং ঈশ্বর ভক্তি লৈবা (ঈশ্বর প্রণিধান) অসিনি। 'নিষ্ঠা' হায়বদি খোঙফম চেৎপা হায়বনি; লমচৎ ফজবা, পূক্নীং লাংদবা, পূক্নীং ফাজিনববুসু খঙনৈ। মসিদা নত্তবা, তৌদবা য়াদ্রবা খরসু; শাস্ত্রনা তাক্নী; মখোয়শিং অদুদি জীববু তাথি-তাওইনা তৌদবা 'অহিংসা', অচুম্বা ঙাকপা 'সত্য', মীগী মপোৎ লৌদবা 'অস্তেয়' অমসুং লনথুম য়ান্না পৈশিন্দবা 'অপরিগ্রহ' অসিনি। অশম্বদা ঈশ্বরগী মগুণবু মতম পূম্নমক্তা শকশোন্দুনা লৈবনা নিয়ম অমসুং নিষ্ঠা পূন্না পাঙথোকপগা চপ মান্নে।

অসিগুম্বা, ভক্ত অমবু মশাগী ওইবা নিয়ম খরদং ঙাকহনবগা লোয়ননা অমুক্তং হেক হায়জরকপদা ইরায় লায়না পেনবিবা ঙম্বা সাঈবু "ওঁ শ্রী সুলভপ্রসন্নায় নমঃ" হায়না খুরুমজরি।

## (১০৮) ওঁ শ্রী ভগবান সত্য সাঈ বাবায় নমঃ

শ্রীসত্য সাঈ বাবাবু মীয়াম্না 'ভগবান' হায়না ভক্তিগা লোয়ননা কৌজে। ভক্তশিংনা নুংশিজদুনা ভক্তিগা লোয়ননা কৌজবা ওইরগসু মহাক্কী মতিক মগুণ 'কীর্তি' হায়বদি অসি শাস্ত্রবিধিগী মতুংইন্না য়েংলুরগদি থোইদোক হেন্দোক্না চানরি। মরমদি শাস্ত্রনা হায়বা মতুংইন্না পীরিবা ভগবান অমদা লৈফম থোকপা থোইদোকপা মগুণ, বিশিষ্টতা তরুক লৈ; মখোয়শিং অদুদি : (১) ঐশ্বর্য্য হায়বদি থোইদোক-হেন্দোকপা শক্তি লৈবা, তৌগে হায়বদা ঙম্বা, য়ৌনিংবদা য়ৌবা ঙম্বা; (২) ধর্ম হায়বদি পুণ্যগী থবক তৌবা, অচুম্বা চৎপা, মীচং-মীখাই নাইদবা, চপ মান্নবা উবা; (৩) য়শঃ হায়বদি মিংচৎ, মতিক-মঙাল চাউবা; (৪) শ্রী হায়বদি লনথুম, মঙ্গলগী মশক ওইবা, ফজবা, চীংলেম্বা, আনন্দ; (৫) জ্ঞান হায়বদি বুদ্ধি, পূক্নীং চেৎপা, পূমখঙ খঙ্বা; (৬) বৈরাগ্য হায়বদি অপাম্বা মিহৌবা লৈতবা, পীথোকপা, পূক্নীং চাং অমদা থম্বা, অচীকপা, শান্তি অসিনি। বিষ্ণু পুরাণনা তাক্নীবা ভগবানগী অতোপ্পা ব্যাখ্যা অমসু লৈরি। মসিমসু সত্য সাঈ বাবাবু ভগবাননি হায়বা হান্না তাকলম্বদৌনা তৌই। বিষ্ণু পুরাণা হায়রি, 'পূম্নমক্কী হৌরকফম অমসুং লোইফম খঙবা, লাকফম অমসুং চৎফম খঙবা মহাক অদু; অমরোমদা অবিদ্যা (মায়া)বু খুদম চন্দুনা বিদ্যাগী তুংনফম ওইরিবা ইবুংঙো মহাক অদুবু ভগবান কৌই।' 'অবিদ্যা' গী মতাং য়ৌরকপদা নীংশিংহৌদবা য়াদবা মতাং অমা লৈ। মদুদি, প্রকৃতিগী গুণ অহুম লৈ - 'সত্ত্ব', 'রজস' অমসুং 'তমস'। গুণ অহুম অসিনা প্রকৃতিনা থৌওং অনী পাঙথোকই। থৌওং অমনা 'মায়া' কৌই, অতোপ্পা অমদুনা

'অবিদ্যা' কৌই। মায়া অমসুং অবিদ্যানা শকয়েং মিংশেল ওইরগা সৎ-চিৎ-আনন্দ ব্রহ্মবু শক্য়েং অনি থোক্লা কাপথোকই। সত্ত্ব গুণনা চাং হেন্দুনা 'রজস' অমসুং 'তমস' বু নমথদুনা লৈরিঙৈ মতাংদা মায়াগী মিংশেলদা কাপ্‌থোরকপা মঙাল অদুবু 'ঈশ্বর' কৌই; 'রজস' অমসুং 'তমস' গুণনা 'সত্ত্ব' গুণবু নমহত্তুনা অবিদ্যা মিংশেলদা কাপথোরকপা মঙাল অদু 'জীব' কৌই (থব্বাইসু কৌই)। জীব অমসুং ঈশ্বরগী মতাংদা ভাগবতনা অসুম্না হায়রি, "অবিদ্যা অসিনা শুমহৎখিদুনা জীবনা সৎ-চিৎ-আনন্দগী শরুক অমা ওইনা প্রকৃত গুণ-অহুমগী ব্বাংমদা লৈফমথোক্‌পা ওইরবসু মশামকপু (দেহগা শম্নরুবদগী) প্রাকৃতিগী ওইবা পোৎনি হায়না খন্দুনা সংসারগী অব্বাবা ফংই।"(৩৮) অমরোমদা ঈশ্বরদি মায়া চঙদে। মসিবু গীতানা অসুম্না হায়রি, "জগৎ পুম্নমক অসি প্রকৃতিগী গুণ অহুম্না পীবা থৌওংনা শুমহৎলি; মরম অসিনা সংসারগী জীবশিংনা ঐবু খঙবা ঙমদে। ঐদি হায়রিবা প্রকৃতিগী পোৎয়াম অসিগী ব্বাংমদা লৈ।"(৩৯) অশম্বদা মায়া লাংদা থুরবা জীবগী অশেংবা জ্ঞানবু অবিদ্যা মায়ানা কুপশিল্লি, অদুনা জীবনা ব্বারিবনি; ঈশ্বরদি (ভগবানদি) মায়াগী ব্বাংমদা লৈবনা অব্বা-অনা চঙ্‌দে হায়রিবনি। মতাং অসিদা মায়াগী ব্যাখ্যা অমসু ব্রহ্মবৈবর্ত পুরাণদা অসুম্না য়াওরি(৪০), "মায়া হায়বা ব্বাহে অসিদা, 'মা' গী অর্থ মোহ (শুমহৎপা) হায়বনি; অদুগা 'য়া' গী অর্থ ফংহনবা হায়বনি; মোহগী নীংবা থুংহল্লিবসি প্রকৃতিগী পোৎয়াম অসিননি। মতৌ অসুম্না 'মোহ' গী অপাম্বা পুম্নমক ফংহনবা মরমদগী প্রকৃতিবু মায়া কৌই।" ঐখোয় মীওইবনা (জীবশিংনা) খঙজিনগদবদি ঐখোয়না খঙলিবা, উরিবা, লেঙলি পাল্লিবা 'দেহ' ময়াম অসি অদুম লেঙদনা লৈরগদবা, মাং-তাক্লরোইদবা নত্তে; পুম্নমক প্রকৃতিগী মায়ানি। অবিদ্যা মায়ানা শুমহত্তুনা পুম্নমক শিররোই-নাররোইদবা ওই খল্‌হল্লি। মঙাশুবা অবতারদা কপিল ভগবাননা মহাক্কী সাংখ্য শাস্ত্রদা প্রাকৃত তত্ত্বশিংবু মচা

## Reference

| Namavali No. | Super suffix No. | Reference |
|---|---|---|
| 2nd | 1 | Gita ‖7/24‖ |
| 5th | 2 | Bra. Sutra ‖1/1/2‖ |
| | 3 | Siva - Jnana Upd: ‖1/4‖ |
| 7th | 4 | Gita ‖4/8‖ |
| 13th | 5 | Gita ‖4/14‖ |
| 27th | 7 | Gita ‖9/22‖ |
| 32nd | 8 | Gita ‖7/16‖ |
| | 9 | Gita Bhumika - Sri Aur. (Manisana Shastri)-Purushartha |
| 35th | 10 | Gita ‖18/66‖ |
| 44th | 11 | Svetasvataro Upd : ‖3/6‖ |
| 49th | 12 | Gopalsahasranama ‖13/6‖ |
| | 13 | Chh. Upd: ‖3/14/1‖ Mand. Upd: ‖4/1/17‖ |
| 50th | 14 | Gita ‖18/61‖ |
| 51st | 16 | Gita ‖18/66‖ |
| 59th | 17 | Gita ‖8/18‖ |
| 68th | 19 | Gita ‖9/31‖ |
| 71st | 20 | Gita ‖3/2‖ |
| 77th | 21 | Gita ‖4/1‖ |
| | 22 | Gita ‖4/4‖ |
| | 23 | Gita ‖4/5‖ |
| | 24 | Gita ‖2/7‖ |
| 82nd | 25 | Gita ‖15/18-19‖ |
| 83rd | 26 | Kath. Upd: ‖1/2/18‖ |
| 95th | 27 | Aita.Upd: ‖1/1/1‖ |
| 96th | 28 | Gita ‖4/8‖ |
| 99th | 29 | Chh. Upd : ‖6/8/7‖ |
| | 30 | Gita ‖2/67‖ |
| | 31 | Dhyan Vahini (Baba) pp 3-6 |
| | 32 | Gyan Vahini (Baba) pp 36-43 |
| 100th | 33 | Yoga Vasistha |
| | 34 | Gita ‖2/8‖ |
| | 35 | Patanjali Yoga Sutra ‖1/2‖ |
| | 36 | Kath. Upd : ‖2/3/7‖ |
| | 37 | Gita ‖18/78‖ |
| 108th | 38 | Bhaagavata ‖5/7‖ |
| | 39 | Gita ‖7/13‖ |
| | 40 | Brahmvai : Krishna Janma Khanda ‖21/7‖ |

***



“ঐ নখোয়গী থম্মোইদ্ মনুংদা লৈরিবা প্রেমগী থাওমৈ অদু চুথংগা লাকপনি। থাওমৈ অদু নোংমে-নোংমেগী অসুম খরা খরা ঙানবা থেংনখৎলকপা অদু ঐগী অপাম্বনি। ঐ অনৌবা অতোপ্পা ধর্ম অমা হৌদোকপা লাকপা নত্তে। অনৌবা সম্প্রদায় নত্রগা চংনরোল অমা শাগৎলবা মিতাপশন তৌবা লাকপসু নত্তে। অনৌবা পাওজেল অমা শন্দোকলবা মী খোম্বা লাকপসু নত্তে। হায়রা চংনদুনা লৈরম্লবা ধর্ম মহৌ অমতমু মাওন্দ্রবা লাকপা নত্তে। ঐনা লাকপদি নখোয়না মৌলিক চৎচরিবা ধর্ম অদু অমুক্তা হেন্না চেৎশিন্না থাজনবা লম্বী তাকে হায়বগীনিমক্তনি। মদুনা মরম ওইদুনা খৃষ্টান অমনা হেন্না ফবা খৃষ্টান অমা ওইরকপা, মুস্লিম অমনা হেন্না ফবা মুস্লিম অমা অমসুং হিন্দু অমনা হেন্না ফবা হিন্দু অমা ওইরকপা ঙমহনগনি। ঐগী ওইবা তোঙানবা সেবক নত্রগা ভক্ত খোমদুনা হায়রা চংলিবা ধর্ম অমত্তবু অথেংবা তৌবগী শৌরাং ঐতোন্দা লৈতে। ধর্ম পূর্ণমক্কী মফমদি অমত্তনি; মুক্তং তোঙাম্লবসু ধর্ম তোঙাম্লবসু থবাইদি অমত্তনি হায়বগী আধ্যাত্মিক তন্ত্র, নুংশিবা প্রেমগী মণ্ডণ, প্রেমগী খৌদাং, প্রেমগী লম্বী, প্রেমগী পোৎলুম হায়বদি প্রতিজ্ঞা অদু তাকপা লাকপনি।”

শ্রী সত্য সাই বাবা (৪ জুলাই, ১৯৬৪)



সত্য সাই
পরব্রহ্মনে নমঃ